# ৱাখলগী শক্তি

( থাঃআ শিন্নঃনবা )

( ১বা, ২ শুবা অমসুং ৩ শুবা শরুক )

মীওইবগী ৱাইদগী কাম্নবগীদমক ৱাখলবু
লৌশিন্না ঙম্নবগী অচুম্ব নিয়মশিং—

আর, কে, এস, সিংহ

মমল লুপা ১৫/-

মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমীগী মতেংনা কোংজবা

---

# ব্রাখলগী শক্তি

( স্বামী শিবানন্দ )

হন্দোকচব :—

আর, কে, এস, সিংহ

# অকোঙবগী বারোল

মসিগী পীব্র-চাউবব লাইরিক অসিগী মগুণদি ইচম-চম্ম হিক্কম লামায় অসিদং পাবদগীন্থু খঙব য়াই। মসি আত্মাচার্চ্চা শৌনব, অত্মজ্ঞান তাম্মনব, ব্যক্তিত্ব-শক্তি ফংনব অমসুং পুন্সিদ মায় পাক্নবগী মরমদ মতম চম্মদ পুক্নিং চিংশিনবিঙাই ওইরব, হিবম কয়াদ কান্নরব অমনি।

মসি জ্ঞানিশিংদ মঙাল পীব, অফব হিরমদ অচৌব থবক কয় পাঙ্থোক্লবগীদমক মীওইবগী নিঙন-শক্তিবু মপাঙ্গল হাঙ্গ লেৎপৎ-শাগৎপগী থবক অমনি। ছাত্রশিং, মীওইশুবরবশিং, ডাক্তরশিং, ইঞ্জিনিয়ারশিং, কারবারগী মীওইশিং, অচুম্ব থিবশিং অমসুং ভগবন্ত প্রেমীশিং পুম্নমক চেক্কোক্ত অসিগী চেনাশিং অসিদ য়াথলগী থৌ-নৈনব, য়াথলগী শক্তি অমদি চুম্ন থনব, শাক্ক সৈরব, ইনাকপুনব মায় পাক্নব, সুঙাইরব পুন্সি অম ফংনবগী অকক্নব লমজিং কথ মরাং কায়ন য়াওরি।

ডিভাইন লাইফ সোসাইটি।

থ্বাইদগী কান্নব হংম্নবদু ওই। অমরোমদ, মহাক মশামক্কী ওইব অরাংব জ্ঞানগী আধ্যাত্মিকী লম্বী তাকপ লাইরিক কয়া অমস্তু ইবিরে। মহাক মশামক অসি ভারত অপুম্বগী আধ্যাত্মিক সংস্কৃতি অদুগী শকফম অম ওইন শিবানন্দজীন পুক্সিগী জ্ঞান কয়া মাওরব লাইরিক চা-কয়া মীওইব জাতি অসিদ দান পোরি হৌজিক্কী লাইরিক অসিদি মশা মথন্তন সমর্থন তৌজব, অচম্ব সাধারণ প্রজা অমাদ আধ্যাত্মিক পরিবারগী মীশুক্ত কয়াদ পীব থুদোকনি। মসি মী কা'বু অমদ, থোইদোক হেন্দোক্ন ধর্ম অমাক থাজবদ্রুব, ঈশ্বরদ প্রেম পোক্লিব, থাজব লৈতব অদুম্মদ ওইরগ শক্তি লৈব, অশেংব, শান্তি লৈব, মরাং কায়ব চাওখংপ, মুঙাইব অমদি নিঙব থুংব পুন্সি অমগী থোরাংবদি লৈরিব মীওইশিংন লাইরিক অসিগী কান্নবদু ফংগনি।

শিবানন্দজীন হৌজিক্কী লাইরিক অসিদ রাথল-শক্তিগী চাউরব জ্ঞান অসি মওং অহুম থোক্ন পুথোক্লব লোইনরি।

১। অরাংব মনোবিজ্ঞানগী লমদম :—মসিদ শিবানন্দজীন রাখলশিং অসিবু শকফম নাইরব, লমচৎ-মওং নাইব, লাইবক হোংহনব অমসুং হিরম থুদিংদ মায় পাকব পুন্সি অম ওইনবগী শক্তিশিং অদু ওইন লায়রি।

২। অশেংব মনোবিজ্ঞানগী রাংমগী লমদম :—লমদম অসিদি পাক-চাউন শন্দোক্লুন লৈরব পারা অমাদি পন্দুপ কয়াগী মওংদ লাইরিক অসিদ মাওরি। মতুন মীওইবগী পুক্নিং

## ৱাখলগী শক্তিন লাইক্কতপ হাক্সংসি হোংদোকপ ঙমই.

Man sows a thought and reaps an acti on.
He sows an action and reaps a habit.
He sows a habit and reaps a character.
He sows a character and reaps a destiny.

মী অমন ৱাখলগী মরু অম তুন্নি, অদুগ থবকী মহয় লোকই। মহাক্ন থবকী মরু তুন্নি, অদুগ চৈনবি অমগী মহয় লোকই। মহাক্ন চৈনবি অমগী মরু তুন্নি, অদুগ লমচৎকী মহয় লোকই। মহাক্ন লমচৎকী মরু তুন্নি, অদুগ মরায়বক হায়ব মহয় অসি লোকই।

মীওইবন মহাকী ৱাখল অমসুং থবক্ন মশামকী মরায়বক শেম্মি। মহাক্ন মহাকী মরায়বক অসি হোংদোকপ ঙমই। মসিদ করিগুম্ব অমত্ত চিংনরিঙাই লৈতে। চুম্ম খনব অমসুং কম হোংনবদগী মহাক্ন মহাকী মরায়বকী মপু কায়বদু ওইব ঙমই।

অপঙ্ব মী খরন হায়রি: "পুম্নমক অসি কর্ম্মন তৌরিব ডাক্তনি পুম্নমক অসি লাইবক্ক ভমপ্রব ডাক্তনি। ঐগী কর্ম্মন ইরায়বক অসিদ অসি তৌ নত্রগ অদু তৌ হায়দুন ভমপ্রবদবু ঐন কম হোংনজুন করিবু কায়গদগে? মসি সুপ্নগী ঐগী ইরাইবক ডাক্তনি।'

মসি অচাওবাই চুরবনি। মসিন চমম্বা, জ্ঞান তাবব অমদি অরা-অনাশিং থোকহল্লি। মসিদি কম্মগী নিয়মশিং অদুবু শুপ্‌থঙ্ক থঙ্‌দব অনানি। মসিদি মরৈ লান-ন য়েংপনি জ্ঞান ঐলব মীশক অমন অসিগুম্ব বাহং অসি কদৌঙৈদম্ব তৌরোই। নহাক্ক নশাগী রাখলশিং অমসুং থবকশিংন নশামক্তী নরায়বক শেমজবনি

নহাক্ক তৌজিক খন্‌নিঙ্‌বদ খনব য়াই। তৌনিঙ্‌ব থবক তৌবদ নহাক নলিঙ্‌-তম্ব অমনি। ডাকু ওইব মীশক অসি মতম পুম্নমক্ক লোইব নাইদন ডাকু ওইরগদব অন নত্তে। মহাকপু সাধু অমগ সঙ্গ তোঙ্গন্নু। মহাক মতম খরগী মন্‌দ অহোংব লাক্কনি। মহাক তৌজিক রাখল অমসুং থবক্ক অহোংব লাক্কনি অমসুং মতুন মহাক্কী মরায়বক হোংলক্কনি। মতোন্দ সাধুগী লমচৎ অদু চেল্লক্কনি।

ডাকু রত্নাকরন বাল্মীকি মুনি ওইনা হোংলকখি জগাই অমসুং মাধাই পুমকোং হোংখ। মখোয় খাইদগী চাউরব ডাকু ডাক্কুনি। নহাক যোগী অম নত্রগ জ্ঞানী অম ওইব ঙম্লিবনি। র খলগী শক্তি শিজিন্নৌ। অচুম্ব থম্লু। পুকচেল চাইথোক্ক থম্নু। চুম্ব খন্‌ব, অচুম্ব পাম্ব অমসুং অচুম্ব থবক তৌবদগী নখোয় পুম্নমক সাধু অমসুং যোগীশিং ওইরসনু।

—স্বামী শিবানন্দ

# হিরম-লমাই

হিরম লমাই

## অহ্রানব পন্দুপ

### রাখলগী শক্তি—মসিগী প্রকৃতি অমসুং দর্শন

## অহুমশুবা পন্দুপ
## বাখলগী শক্তিশিংগী মথৌ

# তরুক্কুশুবা পন্দুপ

## রাখলগী মখলশিং অমসুং মখোয়বু জয় তৌব।

# তরেৎশুবা শন্দুপ

## রাখলবু লাকশিন্নবগী শোয়দব নিয়মশিং

## নিপান শুম্বা পন্দুপ

## ৱাখলগী কলচয় অসিগী মওংশিং

## মঙা শুবা পন্দুপ

### বাখল-শক্তিগী চাওখৎলকপশিং



## মাপল শুবা পন্দুপ

### বাখলদগী বাখল পোকপ

## ৯ শুব্মা পন্দুপ

## রাথলদগী রাথল পোকপা



## ১০ শুব্মা পন্দুপ

## রাথল শক্তিগী দর্শণ শাস্ত্র

## ১৯শুবা শন্দুপ
## রাখলগী শক্তি অমসুং ঈশ্বরবু ফংজব

## ১২ শুম্না শন্দুপ

## অনৌব সভ্যতা অমগী রাখলগী শক্তি



---

# অহানবা পন্দুপ

## ( বাখলগা শক্তিগী প্রকৃতি অমসুং দর্শন )

---

## ১। খোঙজেল্দ বাখলন মঙাল্লগী য়াঙ্‌ব হেন্নি

মঙাল্‌ন সেকেণ্ড অমদ মাইল ১,৮৬,০০০ কী চাংদ য়াঙ্‌ন চৎলবন্র অশেংবমক বাখল হায়বসিদি মতমগী মপুংদ চল্লে।

বাখলদি ইলেক্ত্রিকসিটিগী কোঙদোকফম ওইরিব ইঠর অসি-মগীস্র হেন্ন কুপ্লি। রেডিও লাউথোরকপদ, কলিকতাদ ঊশৈ শকপ মী অমন ফজরব ঊশৈ অম শক্লকই অমস্তং নহাক্ন মখোয়শিং অদুবু নহাকী দিল্লীদ লৈব য়ুমগী রেডিওদ শিঙথিন তারে। পাউ পুন্নমক রায়ারলেসদ ফংই।

মতৌ অদুগুম, নহাকী নপুক্লিং অদুস্র রায়ারলেসকী মেচিন অমগুম্বনি। শাধু অমন শান্তি ওইন, পুক্লিং চেৎন, পুক্লিং মকা লায় আধ্যাত্মিকী ঊথক ঊপোমগ লোয়নন পৃথিবী অসিদ পুক্লিং মকা লায় অমস্তং শান্তি ওইব বাখল কয়া থাদোরক্‌ই। মখোয় অদুন মঙালগী খোঙচৎকুম য়াঙন মায়কৈ পুন্নমক্ত শন্দোকখি, অদুগ মীশিংগী মপুক্লিংদ চঙখিন্ন মখোয়দ মদুগ মায়ন পুক্লিং মকা লায় অমস্তং শান্তি ওইব অদু ফাওহল্লুই। অমরোমদ কল্লক-থিহৌব, লমন থুম্লিংব অমাদি তুকচনবগী বাখলন থল্লব সংসারিক

মীওইশিংনসু মদুগুম্ব ফত্তব ৱাখলশিং অদু শন্দোকই অমসুং মতুন মী লিশিং কয়া কয়াগী মপুক্নিংদ চঙখিতুন শক্তুগ মায়ব তুক্কচরব, কাময়দ্রব ৱাখলশিং পোকহল্লি।

২। ৱাখল্‌ন চংপগী মওং।

ঐখোয়না করিগুম্ব ঈশিং নৈব পুখ্রি অমদ নুং মচা অমা থাদরবদি মতুন তাকরিব মফম অদুদগী ঈথক-ঈপোম কয়া অকোয়বদ মথং মথং চংলি।

যোমবত্তিগী মঙালসু মতৌ অসুম্ব অতিয়াগী ঈথক ঈপোম ( Etherial vibrations ) অসি ফাওতুন মায়কৈ পুম্নমক্ত যোমবত্তি অদুদগী শন্দোক্ল চংলি।

তায়রিব মওং অসিমক্তদ, করিগুম্ব অফব নত্রগ ফত্তব ৱাখল অমন মী অমগী মপুক্নিংগী ৱাংম লাম্থোক্লুন মনগী ঈথক নত্রগ পুক্নিংগী মুংশিং অসিদ য়েতুন মায়কৈ খুদিংদ পাক-চাউন চথোকই।

ৱাখলগ হায়বসিন মী অমদ্রগী অতোপ্প মীওক অমদ চংপ-তুম্বগী ওইথোকপ য়াব লম্বী অদু করিনো? মসিগী খ্বাইদগী ফরব ওইথোকপ য়াব ব্যাখ্যাদি মসিনি মতুদি মন নত্রগ পুক্নিংগী ঈথক-ঈপোমশিং অসিন অতিয়া অসি ইথরগুম্ব থম্ব নৈ, অদুগ মুংশা-শরন পুক্নিংদ কাওবগী লম্বী ওইবগুম, ইসরুন মৈশা মঙাল অমসুং বিজুলি শক্তিগী লম্বী ওইবগুম অমদি মুংশিংন খোঙ্গেলগী লম্বী ওইবগুম পুক্নিংগী ঈথক ঈপোমশিং অসিন ৱাখলগী লম্বী ওইনৈ।

### ৩। ইঠর নম্রগ অহাঙব অতিয়া অসিন ৱাখলশিংবু ইদুন থমজিলহৌই।

নহাক্ক ৱাখলগী শক্তিন পৃথিবী অসিবু লেঙ্হন্ব ঙমই। ৱাখলগী অচৌব শক্তি লৈ। মসিবু মী অমদগী অতোপ্প মী অমদ থাদোক-থাজিন তৌব য়াই। মমাঙদৈগী মুনি ঋষিশিংগী শক্তি লৈরব ৱাখলশিং অদু হৌজিক ফাওব অাতয়া অসিদ রেকোর্ড তৌদুনা লৈরি (অকাশিক-রেকোর্ড) ইন্দ্রিশিংন উব ঙমদব পোৎ উব ঙম্ব যোগীশিংন হায়রিব ৱাখলগী মমিশিং অসিবু থঙ্ব ঙমই। মখোয়ন মখোয়শিং অদুবু তাব ঙমই।

নহাক অসি ৱাখলগী সমদ্রুন ইকোয় কোয়শিল্লিবনি। নহাক অসি ৱাখলগী সমদ্রুদ তাউরিবনি। নহাক্ক ৱাখলগী করিগুম্ব শরুক হরবু চূপশিল্লি, অদুগ থর অমন ৱাখলগী সংসার অদুদ হাপচিল্লকই।

মী পূম্নমক অসি মশা মশাগী ৱাখলগী সংসার অমমম লৈ।

### ৪। ৱাখলশিং অসি অহিংব পোৎশিংনি।

ৱাখলশিং অসি অহিংব পোৎশিংনি। ৱাখল অম হায়বসি নুং মচেৎ অমগুম্ন মপং ওইব পোৎনি। ঐখোয়দি ঐখোয়ন ওইরিব অসি ওইখিদব, লেপখিব য়াই, তৌইগুম্বসু ঐখোয়গী ৱাখলশিং অসিদি শিব নাইদে।

ৱাখলগী অহোংব পুম্নমক অসি মাগী মচাক ওইরিবা (পূল্লিংগী) ঈথক-ঈপোম অসিগ লোয়নৈ। ৱাখল অসি শীজিন্ন-রকপা মতমদ থোইদোক হেন্দোক্ক কুপ্পব মাগী মচাক অম চঙই।

রাখলশিং অসিন মপাঙ্গল কল্লিবমখৈ থুনমক ঐখোয়গী থবক্তী মহৈ থুনমক য়াল্লি । রাখল অসি কাপথোরকপ নাই অমস্তুং অকক্লব মায়কৈ অম তন্ন চৎলি । রাখল অ সন কাপথো-রকপগী চাং অমস্তুং মায়কৈগী মতুংঃন্না মাসন পাঙথোকে নিঙলিব থবক অদুগী ফল লেপ্লি ।

## ৫ । রাখলশিং অসি কুপ্লব শক্তিশিংনি ঃ

রাখল অসিদি কুপ্লব শক্তি অমনি । মসি ঐখোয়দ চিঙ্গাক্ল পীবনি । করিগুম্ব মহাক্ল ছন্দোগ্য উপনিষদ্ত য়াওরিবা উদ্দালক। অমস্তুং শ্বেতকেতুগ শান্নব বারী অদু পারবদি রাফম অসি ময়েক শেংন খঙগনি ।

করিগুম্বা চিঙ্গাক অসিনবু শেংলবদি রাখল অসিসু শেং-লকই । অশেংব রাখল চেন্ব মীদি য়াম্ন শক্তি লৈন বা ঙাঙই অমস্তুং মাগী রাঙাও তারিবশিং অদুগী মপূক্লিংদ অকন্ব মমি তাহন্ব ঙমই । মহাক্ল মহাক্তী অশেংব রাখল্ন মরম ওইদুন মী-লিশিং কয়া-কয়াদ থৌইনশিন পীব ঙমই ।

অশেংব রাখল্ন খুবগী অথোব ময়াদগী হেন্ন থৌই । মতম পূন্নমক্ত অশেংব চীং-লেম্ব রাখলবু য়োকখৎলু । রাখলগী কল্চর্ অসি চপ চাব চিঙ্গাক অমনি ।

## ৬ । রাখলশিং অসি বায়ারলেস মেসেজগুম্বনি ।

তূকচ্চব; মিহৌব, লমন খুম্মিংব, অমস্তুং য়েংথিনব রাখলশিংবু য়োক্লুন থম্ব মীশিং অদু য়াম্ন খুদোংথিনিঙাইনি । মীশিংগী

মৱক্ত পোত্থাকম খণ্ডহনব্রিব অমসুং ফত্তব-ভাব খন্নহল্লিব অসি মখোয় অসিননি। মখোয়গী ৱাখল অনসুং মপুক্লিংদ ফত্তবশিং অদু ৱায়ারলেস মেসেজগুম্ব অতিয়াদ থাদোকংখি অদুগ অসিগুম্ব ঈথক ঈপোমগী পাউশিং অসিগ চাশিন্নরুব মীশকশিং অদুন লৌশিল্লি;

ৱাখলশিং অসি অকিব ফংন য়াঙ্ন চৎলি। অশেঙব অমসুং চীং-লেম্ব ৱাখল লৈব মীশিংন মখোয়গী য়ুমলোন্নবশিং অমসুং অথাপ্পদ লৈখিবশিংবু তেংবাংই।

৭। ৱাখলশিং অসি অকিব ফংলব শক্তি ওাক্তনি।

ৱাখল অসিগী অকিব-ফংলব শক্তি লৈ। ৱাখলন্ অনাব লায়েংব য়াই। ৱাখলন্ অতোপ্প মীশিংগী মপুক্লিং ওল্হনব্ ঙমই। ৱাখলন্ তৌনিংবা করিগুম্ব অম হেক্ত তৌব: ঙমই। মসিন অঙকপ থবক কয়া তৌবা ঙমই। ৱাখলগী অয়াঙবগী চাংদি ৱাখলন্ লাম্ব ফংদে।

ৱাখল হায়বসি মপাঙ্গল কল্লব শক্তি অমনি। মসি মান-সিক-প্রাণগী ঈথক ঈপোম্ন (Vibration of psychic prana) নত্রগ সূক্ষ্ম প্রাণ্ন পুক্লিংগী মচাকশিংদ থেংবদগী থোরক্পনি। মসি চিংশিনব, সূপচিনব অমসুং চিংথোকপগী শক্তিশিংগুম্বনি। ৱাখল অসি কোয়্ন চৎলি নত্রগ লেঙই।

৮। ৱাখলগী ঈথক অমসুং ৱাখল্ন-চৎপ।

পুন্নমক্তা মথক্ত মসিগী সংসার অসিবু করিনো? মসি হিরন্য-গর্ভ নত্রগ ঈশ্বরগী ৱাখল অদু পোৎশক ওইন মশক ওথোরকপ অম নত্তন করিসু নত্তে।

নহাক্ত বিজ্ঞান্দা মৈশা, মঙাল অমসুং বিজুলিগী ঈথক ঈপোম (wave) থেংনরিগনি। যোগদস্থ ৱাখলগী ঈথক-ঈপোম (thought wave) লৈ। ৱাখলগী অকিব ফংলব শক্তি লৈ। মী খুদিংমক্তা ভাব ইতা তাদনা ৱাখলগী শক্তিগী চাং অসি ৱাম্না হেন্না নত্রগা হপ্পুন হাকথেঙনৱবা ঙাক্তনি।

জ্ঞানদেব ভার্তিহারি অমসুং পাতঞ্জলিনচিংব অচৌব থৌমী-শিং অথাম্বদ লৈব মীশিংদগী পাউ লৌব অমসুং ঐখোয়দগী পাউ থাদোকপ অসি পূল্লিংগী পাউ থাব (mind-telepathy) পূল্লিংগী রেডিও অমসুং ৱাখল থাদোকপনচিংবন মরম ওইন তৌই। ৱাখল থাদোকপ (telepathy) হায়বসি পৃথিবীন খঙনরকপ ইহান হানবা ৱায়ারলেস, টেলিগ্রাফ অমসুং টেলিফোনগী থবক্তি।

নহাক্ত টেনিস্ অমসুং ক্রিকেটনচিংব শান্নবুন হকচাং ফন থম্নবগীদমক হকচাং শাজেল্নচিংব তৌবগুম অচুম্ব ৱাখলগী ঈথক ঈপোম থাদোকপ, অশেংব চিঞ্জাক চাব, পূল্লিং পোত্থাব, ফিবম হোংদোকপ, অফব চীং-লেপ ৱাখলশিং থন্দুন পোত্থাব অমসুং মায়থোং মকা লাম্বগী হৈনবী অম শেম্গত্তুন পূল্লিংগী হকচাং শাজেল তৌগদবনি।

## ৯ ৱাখল ঈপোমগী অঙকপশিং।

নহাক্ত থাদোকখিব ৱাখল খুদিংমক অসি কদৌকৈদম্ভ মাঙব নাইদ্রব ঈথক-ঈপোম ঙাক্তনি। মসিন সংসারগী পোৎ খুদিংমক অসিদ য়েদুন-থেংদুন চৎলি। অত্তুগ করিগুম্ব নহাক্তী ৱাখল

অদুন পূকচেল চাউব, অশেংব অমস্তুং শক্তি লৈব ওইরবদি মদুন পোৎ খুদিংমক্ত মীয়ুংশি পোকপ ঈথক-ঈপোম অম শন্দোকই।

ভাব ইতা-তাহোৌদন, নহাক্ত মান্নব মী পুম্নমক্ত নহাক্ত থাদোকখিব ৱাখলশিং অদু মখোয়গন ওম্ব চাং মতুংইন্ন লৌশিল্লি অমস্তুং মখোয়দগী অমুক থাদোকই। মদুগী ফলন নহাক্ত নহাক্কী থবক্কী অফ-ফত্তু কল য়েংদন নহাক্ত থবক্ত শক্তি থাদদুন চংগরি অমস্তুং মদুদ ওইজব থিব অমদি ওক্তব ৱাখল্ন হন্নব পূকচেল পীকপ পুরকই।

## ১০। মথল মথা য়ান্নব ৱাখলগী ঈথক ঈপোম।

মী খুদিংমক অসি মাগী মাগী ৱাখলগী সংসার অমমম, মশাক্তগী ওইব ৱাখলগী মওং, মহাক্তগী ওইব পোৎশিংবু য়েংবগী মওং অমস্তুং মহাক্তগী ওইব থবক তৌবগী মওং লৈ।

মী খুদিংমক অমগ অমগ খোঞ্জেল অমস্তু মায়থোং মান্নদবগুম ৱাখল অমস্তুং জ্ঞানগী মওংস্তু খেন্নৈ। মরুপ মপাংশিংগী মরক্ত ইরায় লায়ন ভাব তান্নদব থোংক্লিবসি মরম অসিননি।

কনাগুম্ব অমনা অতোপ্প অমগী মিৎয়েং অদু চুম্ন খঙব ঙম্নদে। মরম অসিদগী য়াম্ন লুন ভিন্নব মরুপ মপাংশিংগী মরক্ত ফাওব তরুব, চেথাইনব অমদি খৎন-চৈনব অসি মিনিট অমগী মনুংদ থোকই। মরুপ ওইবা অদু কুইব য়াদে।

কনাগুম্ব অমন অতোপ্পগী পূক্লিংগী ঈথক (mental-vibrations) নত্ত্রগ ৱাখলগী ঈথক (thought-vibrations) শিং

অদুগ চাশিন্নহনগদবনি। মদুতদ মী অমন মী অমবু থঙব ঙম্নগনি

কান্ন থল্লব ৱাখল, ভূকচ্চবা ৱাখল. মিহৌচাউব অমসুং ওইজব থিব অসিনচিংবশিং অসি পুক্লিংগী ফিবম অসিবু মওং কায়হল্লি অমসুং লৈচিন নোংফায় থাংব ইচাই চাইব জ্ঞান ওইহল্লি অমসুং মদুন কাউগনব অমদি জ্ঞান মাঙ্‌বনচিংব ওইহল্লি।

## ১১। ৱাখলগী শক্তিবু য়োকৃথৎপা।

মহৌশারোল নেনবদ নখোয়ন "লৈনরিবা মরী অদু শেংন ফোঙদোকপগী শক্তি" (forms of orientation) হায়ব ৱাহৈশিং অসি খেংনরিগনি। মদুদ শক্তি পুন্নমক লৈরবসু মদুদগী ঈচেল অমদি খক থোরক্লোই। মসি য়োৎচাবিগ শমজিন্নগদবনি অমসুং ফোঙদোকপগী শক্তি ওইরিবা অদুদ বিজুলিগী শক্তি থাজিন-গদবনি।

মতৌ অদুগুম্ন, কান্নদব সংসারিকী ৱাখলশিংনা চাইথোকপ্রব অমদি মায়কৈ লান্ন শীজিন্নপ্রব মখল মথা অয়াম্ন পুক্লিংগী শক্তিশিং অদু মায়কৈ চুম্ন নিঙথিন আধ্যাত্মিকী লম্বিদ থাজিনগদবনি।

নহাকী থোপ্ত কান্নদব পাউ কয়া তুংশিন্দুন থমগনু। নপুক্লিং অদু মদুদ পুক্লিং চঙ্‌দব তম্বীয়ু। নঙোন্দ কান্নদব করিগুম্ব অমত্ত তম্ন্গনু। মদুতদ নহাকী নপুক্লিং অদু ঈশ্বরগী ৱাখল্‌ন থম লৈগনি। নহাক্ল হৌজিক, চাইথোকপ্রব ৱাখলগী মঙালশিং ত্তদু পূনশিনব মরম্ন অনৌব পুক্লিংগী পাঙ্গল ফংগনি।

১২। সেল-থিওরি অমসুং রাখলশিং।

সেল অম হায়বসি জীবগী জীব (Protoplasm) ওইবা মশা পান্ব কয়ামুক্কী অপুনব অমনি। মসিদ জ্ঞানগী শরুক য়াওরি। সেল খরন লোৎশিল্লি, খর অমন ফোংদোকই। মহাও খণ্ড্নব সেলশিং অৎন বীর্য্য থোকহল্লি। খোংজাবিগী সেলশিং অদুন ঈশিং থোকহল্লি। সেল খরন লাম্মীগী মতৌগুম্ব থবক তৌই। মখোয়ন মপানগী ছু চেনবা মচাকশিং অমসুং মহিকশিংদগী হকচাং অসিবু ঙাকথোকই। মখোয়ন মখোয়শিং অসিবু তুমহল্লি অমসুং মপান্দ পুথোকই। সেল খর অমন শিংলিশিং অমসুং অতৈ হকচাংগী অতোপ্প মফমশিংদ চিঙ্গাক পী।

সেলশিং অসিন নহাক খণ্ড্দন মখোয়গী মথৌ তৌই। মখোয়গী থবক-থনাশিং অসি থোইদোকপ শিংলি মখল অমন কন্ট্রোল তৌই। মখোয় অসি থোগ্গ লৈব পুক্লিংগ হাকথেঙনন মরি লৈনৈ।

পুক্লিংগী ঈথিল খুদিংমক, রাখল খুদিংমক অসি সেলশিং অসিদ পুরকই। মখোয়শিং অসিন মখল মখা অয়াম্ব পুক্লিংগী ফিবমশিং নক্রগ মওংশিং অসি য়'ম্ব হোংদোক হোংজিল তৌই। করিগুম্ব রাখল অসিন চমম্বরব, অন্নাব তারব অমদি নত্ত-ওইদবশিংগী রাখল ঈথক-হৌরব, অদু ওইরবদি মখোয় অদু শিংলিশিং অসিন হকচাংগী মফম শীনব থুংন লৈরিব সেলশিং অসিদ টেলিগ্রাফকুম্ব পাউ থাদোরকই। সিপাহিগুম্ব ঙাকশেম্নব লৈরিব সেলশিং অসি খণ্ডহৌদন অকিব পোকই।

মখোয়শিং অসি মপাঙ্গল শোম্বরকই অমসুং মখোয়গী মখৌ নিঙথিন পাঙথোকপ ঙম্লক্তে। মখোয় অসি থবক ঙমদ্রব হায়বদু ওইরকই।

মী খরা অমদি থমথেংন হকচাংগী জ্ঞান অসি লৈ। মখোয়দ আত্মাগী ভাব লৈতে। মখোয়ন চাং নাইদব পুন্সি অম ওইন হিংই অমসুং মখোয়ন মখোয়গী চাক্খাউ অহ্ত অথুম-অহাউ অমদি অশাব পোৎশিংন থলহল্লি। চাব-তুম্বব অমদি মাংথোকখিনব যন্ত্রশিং অসিবু পোথাব ফংহন্দে। অদুন মখোয়ন হকচাং শোন্‌ব অমসুং অনাবগী লায়না কয়াদগী অব্রাব নংই। মখোয়গী মশাদ লৈরিব এটোমশিং, মোলেক্য-কুলশিং অমদি সেলশিং অসিগ চা-নদব নত্রগ পক্লদব ঈথক ঈপোম কয়া থোকহল্লি। মখোয়শিং অদুদ-আশা, থাজব, শ্রদ্ধা, চীংলেম্ব অমসুং মায়থোং মকা লাম্ব হায়বদু লৈতে। মখোয়দুদি মুঙাইব হায়বদু ওইদ্রবনি। জীবনি-শক্তি অদু নিঙথিন মখৌ তৌদ্রবনি। মখোয়গী জীবনি-শক্তি অদু অনেম্বদ লৈখা ভারবনি। মখোয়গী মপুক্লিং অদু অকিব, নিঙব কায়ব অব্রাব অমসুং লাঙতক্লবন থল্লবনি।

## ১৩। য়েলহৌডৈগী বাখল অমসুং হৌজিক্কী বিজ্ঞান।

বাখল হায়ব অসি পৃথিবী অসিদ খ্বাইদগী কল্লব শক্তি অমনি। যোগী অমগী শাপোৎ-লানপোৎশিংগী মনুংদ বাখল হায়বসিন খ্বাইদগী কল্লব খুৎলাই অমনি। শেমগৎ-শাগৎপগী

ৱাখলন মওং হোংদোকহৱি, নৌথোকহল্লি অমম্বং শেমগৎ-শাগৎলি।

থাপ্প লৈশ্রব শক্তি অসিগী ওইথোকপ য়াবশিংবু থাইন-ভৈদন খ্বাইদগী মপুঙ ফাব মওংদ পুখৎলকই অমম্বং খ্বাইদগী ৱাংলব, ওইব-য়াব কাম্নব মওংদ শিজিন্নৈ।

মরমদি, ৱাখল হায়ব অসি সৃষ্টি অসিগী মরুমদ লৈরিব য়েলহৌভৈগী শক্তি অদুনি। ইন্দ্রিশিংন লাম্ব ফংলিব সৃষ্টিগী পোৎ পুম্নমক অসি জগৎকী অপুনব অমত্ত ওইব পুক্লিং অমদগী থোরকপ ৱাখল অমত্তন ওইরিবনি। সংসার অসিমক য়েলহৌ-ভৈগী ৱাখলশিং অদুগী ফোঙদোকপ শক্লোন অমনি। লৈরিব অথোইব ঈশ্বরগী মহা-মৌনি (Eternal stillness) গী ঈথক-ঈপোম অদু ওইন, অহানব ৱাখলগী শক্লোন অসি পুথোকখি। মসি ইচ্ছা হায়ব হিরন্য গর্ভ, জগৎকী থৱাই ওইরিব Cos-mic soul ) পাক চাউন শন্দোকখ্রিবশিং নত্রগ ঈথক ঈপোমশিং ( Vibration ) অসিগী হৌফম ওইরিব অংগী মরী লৈনব অৱাংব থাক্কী ৱাফমনি।

ঈথক-ঈপোম (Vibration) হায়রিব অসি পোৎ মকুপ-শিংবু লেপ্তুন হঙৎ-হন্দা চিংথোক-চিংশিন ( Oscillation ) তৌবগুম্ব অম নত্তে, ত্তৌইগুম্বসুং হায়নিঙাই লৈতন কুপগ্রব, সাধারণ মীওইবগী পুক্লিং অসিন লাকশিন্‌ব ভম্‌দব মখৈ কুপগ্রব অমনি।

অদুগা, শক্তি পুম্নমক অসি মমৈথংদ অশেংব ঈথক ঈপোম

অমদ পূনশীনখি দব ঙাক্কনি হায়বসিদি তশেংলবনি। মপান-থোংগী পোৎশিংগী প্রকৃতি অসি মতম কুইন থিজিল হুমজিল্লব মতুংদ হৌজিক্কী বিজ্ঞানস্ম হন্দক্ক নৌন ৱাকম অসি থেংনগ্রবনি।

## ১৪। রেডিয়ম্ অমসুং অতাঙ্‌ব্‌ যোগী।

রেডিয়ম্ হায়ব অসি অতাঙ্‌ব পোৎ অমনি। মখোয়গী ৱাখলশিংবু লাকশিল্লব যোগীশিংস্ম সংসার অসিদ রেডিয়মগুম্ন ৱাস্ন অতাঙ্‌ব অমনি।

জা চন্দনদগী লেপ্তন সুংশিব মনম্ শন্দোকপগুম ঈশ্বরগী মনম্ অমদি মঙাল্‌ন (য়োৎচাবিগুম চিংশিনব ব্রহ্ম তেজ) মহাক্কী ৱাখল খূদিংমকপু লাকশিল্লব, মতম পূম্নমক্ক ব্রহ্ম নত্রগ মপান নাইদ্রব অ দত লৈরব যোগী অদুদগী শন্দোরকই।

মহাক্কী মমায়গী সুংশিরব মনম্ অমসুং মঙাল অদু ব্রহ্ম-বর্থনি। নহাক্ক জবাকুসুম, আতরগুলাপ অমসুং লৈহাউবগী চবুল অম শায়রবদি কা পূম্নমক অদু লৈগ মান্নন সুংশিব মনম্ন শীনব থুংন শন্দোকই।

মতৌ অদুগুম্ন মহাক্কী ৱাখল পূম্নমকপু লাকশিল্লব যোগী অমগী সুংশিব মনম. মিংচৎ অমসুং ইজৎ (যস অমসুং কীর্ত্তি) অদু শারু-শম্ন শন্দোকই। মহাক্তি সংসার পুম্নমকী অপূন্‌ব শক্তি অম ওইরবনি।

## ১৫। ৱাখলগী অরূস্ব, অচৌ-পিশক অমসুং মওং মতৌ।

ৱাখল পূম্নমক অসি অরূস্ব, মওং-মতৌ, অচৌ পিশক, ক্বিভম মুর্ত্তি, মচু, মগুণ অমসুং শক্তি লৈ। যোগী অমন

হায়রিব পূম্নমক অসি মহাক্কী মপুং হজিনব যোগগী মখিৎ অদুন উব ঙমই।

ৱাখলশিং অসি পোৎশিং অসিগুম্বনি। নহাক্না নহাক্কী মরুপ অমদ কোমলা অম পীব অমসুং মহ্রু অমুক হন্না লৌশিনবগুম্না নহাক্না কান্নরব, শক্তি লৈরব ৱাখল অম নহাক্কী মরুপ অমদ পীব ঙমই অদুগ মহ্রুবু অমুক হন্না লৌশিন্‌বসু ঙমই।

ৱাখল হায়বসিদি অচৌব শক্তি অমনি; মসি কোয়চৎ-চংলি অদুগ মসিন শেমগৎ শাগৎপগী থবকসু তৌই। ৱাখলগী শক্তিন নহাক্না অঙকপ কয়া তৌব ঙমই। নহাক্না ৱাখল চুম্না অমসুং হৈ-শিংন শিজিন্নবগী বিদ্যা অদু শোয়্‌দনা খঙগদবনি।

১৬। ৱাখলগী মওং, মসিগী মমিং অমসুং মচু।

নহাক্কী নপূক্লিং অদু মপুঙফান ঈংথন, ৱাখলশিং অমত্তা য়াওদনা লৈরে হায়না খল্লু। অদুম ওইনমক, ৱাখল অম হেক চঙ্‌লকপগ খুদক অদুমক্তদ মসিগী মমিং অমসুং মূর্ত্তি নাইরবনি।

ৱাখল থূদিংমক অসি করিগুম্বা মমিং অম অমসুং করিগুম্বা মূর্ত্তি অম লৈব ঙাক্কনি। মতৌ অস্সুম্না. মী অমনা খল্লিব ৱাখল থূদিংমক নত্রগ মী অমদ লৈরিব ৱাখল থূদিংমক অসি করিগুম্বা ৱাহৈ অমসুং মাগ মরী লৈনবশিংগ মরী লৈনব অদু নহাক্না খঙগনি।

মূর্ত্তি হায়বসিন অচৌব অদুগ মিং হায়বসিন অপিকপ ৱাখল কৌব কোঙদোকপগী শক্তি অমখক্কী মংংনি।

অদুবু মখোয় অহুম অসিদি অমতনি : অম অসিন লৈব মফম অদুদ অতোপ্প অনি অসিস্থ লৈ। করিগুম্ব মিং লৈব মফম অদুদ অতোপ্প অনি অসিস্থ লৈ। করিগুম্ব মিং অম লৈব মফম অদুদ মূর্ত্তি অমস্থং ৱাখল লৈ।

আধ্যাত্মিক্কী ৱাখলদি মচু নাপু ( Yellow ) মাল্লি। অশাউব অমস্থং তূকচ্চব ৱাখলদি হকচিন্ন ঙাঙ্লব ( dark red ) মচুনি, অদুগ ইশাগী ওইজখিব ( selfish ) কী ৱাখলদি ৱাউথাংনব ( brown ) মচুনি— অসিনচিংব মথং মথংনি।

১৭। ৱাখলগী শক্তি, থবকশিং অমস্থং শিজিন্নফমশিং।

ৱাখল অসি মরু ওইগ্রব, অঙ্গংব অকন্ব শক্তি অমনি— সংসার অসিদ লৈব য়াম্ম মরু ওইগ্রব, কুপগ্রব অমদি থিংব ঙমদ্রব শক্তি অমনি।

ৱাখলবু খুৎলাই ওইন শিজিন্নদুন নহাক্ত শেমগৎশ াগৎপগী শক্তিশিং তানশিনব ঙমই। ৱাখল হায়ব অসি মী অমদগী অতোপ্প মী অমদ ফাওদুন চৎল্লি। মসিন মীশিংবু হোংহনব ঙমই। অকন্ব ৱাখলগী শক্তি লৈব মুপা অমন অশোনব ৱাখলগী মুপা অমবু হোংহন্ব ঙমই।

হৌজিক্কী মতম অসিদদি ৱাখলগী নৈনব, ৱাখলগী শক্তি অমস্থং ৱাখলগী খোঙচং অসিগী মরমদ মশীং লাকঙমদ্রব লাইরিক কয়া লৈরে। মখোয়শিং অদুবু নৈনক্করবদি নহাক্ত ৱাখলগী

শক্তি, মসিগী থবকশিংগী অমসুং শিজিন্নফমশিংগী পাকচাউরব জ্ঞান ফংগনি।

১৮। ঐখোয়না মপান নাইদ্রব ঋাখলগী সংসার অমদ লৈরি।

সংসার পূম্নমক, য়াম্ন নাব, অহল ওইব, শিব অমদি অচৌব পাপ, মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ পূম্নমক অসি সুপ্নগী ঋাখল ওাক্তনি। ঋাখলন মী অমবু কাজিল্লি। মহাক্কী ঋাখলশিংবু লাকশিল্লব মহাক অদু পৃথিবী অসিদ ঈশ্বরগী শককম ওন্তোক্তুনা লাকপ অমনি।

ঋাখলশিংগী সংসার অমদ নহাক অসি হিংলিবনি। ইহান হান্‌বদি ঋাখল হায়ব অসিনি। মথংদ ঋা ওাঙ্‌নবগী ইন্দ্রি অসিদ ঋাখলবু ফোঙদোকপ অসিনি। ঋাখল অমসুং লোন অনি অসি য়াম্ন নকুব মরী লৈনৈ। অশাউব, ছু-খানরব অমসুং য়েংথিনবগী ঋাখল্‌ন অতোপ্পশিংবু শোক্‌হল্লি। ঋাখল পূম্নমক্কী হৌরক্‌ফম ওইরিব পূক্লিং অসিবু মাঙ্‌হনগ্রবদি মপানথোংগী পোৎশিং অমত্তস্তু উররোই।

ঋাখলশিং অসি পোৎ ওাক্তনি। খোঞ্জেল, শোকপ, মওং, মহাও অমসুং মনম, পঞ্চ কোষ, মিকপ থোকপ, মঙ্‌-মঙ্‌ব অমসুং কন্ন তুম্ব হায়রিব ফিবম পূম্নমক অসি পূক্লিংদগী থোক্‌প ওাক্তনি। সঙ্কল্প, কাম, অশাওব, অপাম্ব, মতম— মখোয়শিং অসি পুক্লিংদগী থোক্‌পা ওাক্তনি হায়বসি খঙঙ্‌। ইন্দ্রিশিং নক্রগ লৌশিং-পুম্ব ( senses ) অসিগী নিংথৌদি

পূব্লিং হায়ৰ অসিনি। পূব্লিংগী খোঙচৎ পূম্নমক অসিগী মরুদি ৱাখল হায়ৰ অসিনি।

ঐখোয়ন ঐখোয়গী অকোয়বদ খঙ্লিব ( Perceive ) ৱাখলশিং অসি মওং-নাইব নত্রগ পোৎ ওইব পূব্লিংগী ফিবম ওাক্তনি। ৱাখলুন শেমগৎলি, ৱাখলুন মাঙহল্লি। অথাব অমস্তুং অথুব্ব হায়ৰ অসি পোৎশিংদ লৈবা নত্তে, অদুবু মখোয়দি পূব্লিংদ, কার্ত্তা অসিদ— ৱাখল অসিদ লৈবনি। মখোয় অসি ৱাখলদগী পোকপ ওাক্তনি।

পোৎশিং অসিদ শান্নব পূব্লিং নত্রগ ৱাখলগী লিলা অসিন থ্বাইদগী নরুব অদুবু য়াম্ন লাপ্ন উহল্লি. অদুগ অমত্তনস্থ অমস্তুবু লাপ্ন উহল্লি ( Vice versa ) সংসার অসিদ লৈরিব পোৎ পূম্নমক অসি মরী লৈনদব ওাক্তনি মখোয় অসি ৱাখল্দন. পূব্লিংগী কল্পনাতন মরী লৈনহল্লি অমস্তুং নকশিন্নহল্লি। পোৎশিংদ মচু, মওং অমস্তুং মগুণ হাপ্লিব অসি পূব্লিংতন তৌরিবনি। কন্ন, লেপ্তন খন্ব পোৎ অদুগী মওং শকফম অদু পূব্লিং অসিন লৌয়কই।

মরুপ অমস্তুং য়েরুব, পাপ অমস্তুং পুন্য পূম্নমক পূব্লিংদ লৈবনি। মীপূম থূদিংন মহাক মহাক্কী মপূব্লিংগী বল্পনাদ অফব ফত্তব অমদি অরাব-মুওাইবগী সংসার অম শাগৎপ ওাক্তনি। মখোয়শিং অসিদি নহাক্কী নপূব্লিংগী মতুং ইনব ওাক্তনি। সংসার অসিদ অফব নত্রগ মুওাইব হায়ৰ অম লৈত্তে। নহাক্কী কল্পনাতন অদুম্ন ওইহন্ব ওাক্তনি।

## ১৯। ৱাখলশিংগী বিজুলি শক্তি অমসুং দর্শন

ৱাখলশিং অসি অচৌব শক্তি ওঁাক্তনি। মখোয়শিং অসি বিজুলি শক্তিদগী হেন্না মপাঙ্গল কল্লি। মখোয়শিং অসিন নহাক্কী পুন্সিবু ওঁাকশেল্লি, নহাক্কী লমচৎ শেম্মি অমসুং নহাক্কী নরাইবক লেম্মি।

মতম খজিক্তুংদ ৱাখল অমথক্তুংন কন্নদৌন ৱাখল কয়ামুক থোক্ক চাউথোকখিব অদু খঙজিল্লু। নঙোন্দ নহাক্কী মরুপ মপাং-শিংগী চা পাটি অমগী ৱাখল লৈরে খল্লসি। চাগী ৱাখল অমথক্তুং অসিন খুদক অদুমক্তদ চিনি, শঙ্গোম, চা-কপশিং, টেবলশিং, চৌকিশিং, টেবল-ফিদা, খুদৈ-গমশা, চামচ্, ডবলরুটি, বেস্কুট-নচিংবগী ৱাখলশিং পোক্লকই। মরম অদুন, সংসার অসি ৱাখলশিংগী পাকথোক-চাউথোকহনব অম নত্তন অতৈ করিসু নত্তে। মপান-থোংগী পোৎশিংদ পুক্নিংগী ৱাখল চাউথোক্হন্ব হায়বসি কাজিন-পুন্শিনব অমনি, অদুগ ৱাখলগী থাদোকপ হায়বসিদি নিঙ্তম্বনি।

ৱাখল অদু অহানব ময়োল চোংখৎলক্পদ নহাক্ক য়াম্ন মুম্ন য়েংশিলহৌগদবনি। মদুতদ নহাক অশেংব সুঙাইব হায়বদু ওইগনি। পুক্নিংন ত্রিক তৌই অমসুং শান্নৈ। নহাক্ক মসিগী মহৌশাগী ওইব লম্বীশিং অমসুং শাক্তৎশিং অসি খঙজিন্গদবনি। মদুতদ নহাক্ক মসিবু ইরায় লায়ন লাকশিনব ঙমগনি।

পৃথিবী অসিদ খ্বাইদগী থোইদোক হেন্দোকপ দর্শনগী হাক-থেংনরব ফিদমগী লাইরিক্তি ভারতকী "যোগ বশিষ্ঠ" হায়বসিনি।

লাইরিক অসিগী য়া·মচংদি মসিনি : "অনিগুদ্রব ব্রহ্ম নক্সগ শিব-নাইদ্রব আত্মা মতোমতমক লৈ। অসুম্ন লৈবগুম ভৌরিব সংসার অসি অরৈব সংসার নত্তে। আত্মা-জ্ঞানুন কনাগুম্ব অমযু পোকপ-শিবগী চক্র অসিদগী নাম্থোকপ ঙমই। য়াথলশিং অমসুং অপাম্বশিং মাঙহনব অসিমক মুক্তিনি। পুক্লিং চাউথোক্হন্‌ব অসিমক অনিঙ্ (sankalpa) নি। অনিঙ্‌ব নুক্সগ য়াথলন মাগী তোঙান-তোঙান্‌ব শক্তিশিংবু শন্দোক্তুন সংসার অসি ওইহল্লি। সংসার অসিদি পুক্লিংতন শান্নবনি। সংসার অসিদি মথল অহুমগী মতমগী মনুংদ লৈতে। সকল্প মাঙহনব অসি মুক্তিনি। মসিগী অপিকপ ঐ, অপাম্ব, অনিঙব, য়াথলশিং অসি মাঙহল্লু। আত্মাতদ ধ্যান তৌ অমসুং জীবন মুক্ত অম ওইয়ু।"

২০। মপানগী সংসার অসি হান্নন বাথলশিংগী মনুঙদ লৈরমই।

য়াথল খুদিংমক অসি মমি অমমম লৈ। টেবল্ অম হায়বসি পুক্লিংগী মমি অদুগ মপানগী করিগুম্ব থরগ তিন্নবনি।

নহার মপান্দ উরিবশিং অসিগী ওন্ন-তৈনব লাথ্বা অমমম পুক্লিংদ লৈ। মিৎনহা অসি মিৎকী মনুংদ লৈব অমুব অকোয়ব পোৎশক অমনি। "রেটিনা" হায়বসিসু অপিকপ শরুক অমনি। অপিকপ খুৎলাই নক্সগ পোৎশক অসিদ উব অচৌব চৌংগী মমিবু কমদৌন পুক্লিং অসিদ ফাওহল্লিবনো? মসি অঙকপশিংগী অঙকপ অমনি।

চাংজাউগী মখি অম হায়ন পুক্লিংদ লৈরবনি। পুক্লিং অসি মপান্দ উরিব পোৎ পুম্নমক অসিগী মখি য়াওরব অপাক্প মপাক অমনি।

২১। সংসার অসি ৱাখলগী কল্পনা অমনি।

চেকশিন্ন নৈনরবদি সংসার অপুম্ব অসি তশেংবমক মীওই-বগী ৱাখলগী কল্পনা – মনোমাত্র জগৎনি হায়বসি উরকনি। পুক্লিং অসিবু শেংদোকপ অমম্নুং লাকশিনব হায়বসি যোগ পুম্নমক্কী পান্দমনি। পুক্লিং হায়রিব অসিমক অরেপ্প লৈতন ফোঙদোক্লিব অপাম্ব অমম্নুং ৱাখলশিং অসিগী মখি তাহৌবশিং অদু নত্তন অতৈ করিম্ব নত্তে। পুক্লিং হায়বদু মসিন তৌরিব অসিনি। ৱাখল্‌ন নহাকপু থবক তৌহল্লি; অনৌব পুক্লিংগী মমিশিং শেম-গত্লুন পুক্লিংগী মচাকশিং অসি ওইহল্লি।

যোগ হায়ব অসিন ফত্তব থবক কয়াগী তুংনফম ওইরিব পুক্লিং হায়ব অসিমক্তদ মরু ফুক্তোক্লব নিয়ম কয়ান য়ৈশিল্লি। পুক্লিংগী মরু ওইব মরম হায়বদি ৱাখল অসিবু যোগন য়েংশিল্লি, লাকশিল্লি অমম্নুং লেপহল্লি। ৱাখল অসিন হেনগৎলক্পদ অত্তর-জ্ঞানগী থবক হৌগৎলকই অমম্নুং আত্ম-জ্ঞান পোক্লকই। সংসার অসিবু মিৎন কুপ্পদ শেমগৎনব নত্রগ থুগায়নব শক্তি অদু ৱাখল অসিদ য়াওরি। সংসার অসিবু পুক্লিংন মশাৎকী সঙ্কল্প নত্রগ অনিঙব ৱাখল অদুগী মতুংইন্ন শেম্মি। সংসারবু শেম্লিব অসি পুক্লিং হায়ব অসিননি (মনোমাত্র জগৎ; মন কল্পিত্ জগৎ)

পুক্লিংগী লিলা মতুংইম্ম মসিন কল্ল অমবু মিৎকূপ অম অদু মিৎকূপ অমবু কল্ল অম ওইন লৌই। মঙ অমগী মতুংদা অতো মঙ অমসু মঙবগুম উব য়াব মওং অমত্ত য়াওদন পুয়িং হায়ব অসিন উব য়াব পোং কয়ামুক শেম্মি।

২২। ঋাখলশিং, সংসার অমসুং মতম্ম পুক্সব অশেংব।

বিশ্ব-বৃক্ষ অসিগী শম্দোরকপ ময়া লিশিং লিশিং, মশাশিং অনৌবা উনাশিং অমসুং উহৈশিং পুম্নমক্কী মরু ওইব মরমদি পুক্লিং হায়ব অসিনি। করিগুম্ব নহাক্ন ঋাখলশিং অসিবু মাঙ হল্লবদি নহাক্ন খুদক্ত বিশ্ব-বৃক্ষ অসিবু মাঙহন্ব ঙমগনি।

ঋাখলশিং অসি মখোয়ন হেক কৌগৎলকপগ থুনমক মাঙ হল্লু। ঋাখলশিং অসি মাঙহন্বদগী মরু অদু কংশিল্লকনি অমসু বিশ্ব বৃক্ষ অসি থুনমক থুইথরকনি।

মসিদি য়াম্ম খাঙব কনব অমসুং উইল কনব দরকার লৈ ঋাখলশিংবু নোইহৎপ্রবদ নহাক্ন কৃপাগী সমুদ্রদ ঈরুপ্প ফংগনি মসিগী ফিভম অসি দি বর্ণনা তৌব য়াদ্রবনি। মসিদি নহাব নশামক্ক হাকথেঙনন খঙজগদবনি।

শীং চাকখোকপ্রব মতুংদ মৈন মফমদ হজিনজখিবগুম সক্কল্ল নত্রগ ঋাখল পুম্নমক অসিন হেক মাঙখিবগ পুক্লিং অসি মাগী হৌরক্ফম ওইরিব আস্লাদ পুনশিনখিগনি। মতম অদুদ; কনাগুব অদুনা কেবল্য, মতম্ম পুক্সব অশেঙব, মপুঙ ফান নিঙতম্লব ফিভম অদু ফংলবনি।

## অনিশুবা পান্দুপ

## রাখলগী শক্তি-মসিগী নিয়মশিং অমসুং খোঙচৎশিং

১। রাখলন ভাগ্য বিধাতা শেম্বা।

করিগুম্বা পুন্সিং অসিন রাখলগী পরিঙ অমদ লেপ্তুনা চৎথরবদি রাখলগী শাফু অসিন মতোমত চঙজখিদুনা লম্বী মরম অম ফাংলি অদুগ অসিগুম্বা রাখলগী মওং অসিন অশিববু হিঙ্গৎহল্লি, অদুগ মসি অপাম্বগী মনুং চনব মরম্ন রাখলগী অপাম্ব অমসুং শক্তিগী মতুংইন্না সংসারিক সাধারন জীবন অসিদ অমুক হল্লকই।

মসি নিঙশিংগদবনি — রাখল খুদিংমক অসি মশামক্তা ওইম্না মমি অমমম লৈজে। করিগুম্বা অকরুব মীয়মলেনগী পুন্সি অমদ শেমগৎখিব মখল মখা অয়াম্ব পুন্সিংগী মমিশিং অদুগী মওং ওইবশিং অদুন পুন্সিংগী লম্‌দম্‌দ চৎখি। মসিন মথংগী মপোক অমগী যুম্ফম অম ওইরুই।

মপোক খুদিংদ অনৌব হকচাং শেম্নবগুম অনৌব পুন্সিং অমসুং অনৌব বুদ্ধি অম মপোক খুদিংদ শেমলুই।

রাখল অমসুং লাইবক্ত ভৌরিব থবকশিং অসিবু মরিক চুম্ন ব্যাখ্যা তৌব হায়বসি অয়াম্বব থবক নত্তে। থবক খুদিংমক ফল অনি-অনি থোকহল্লি। অমন মী অদুগী মপুন্সিংদ অদুগ অতোপ্প

অমন সংসার অসিদ থোকহল্লি। মহাক্ত অতোপ্পশিংগী মকমদ তৌরুব থবকশিংগী ফল মতুংইন্না মী অমন মহাক্তী তুংগী পুন্সিগী ওইরুগদব ফিবম কয়া শেম্মি।

থবক খুদিংমক অসি ওইহল্লক্রবগী হৌখিব ( হান্নগী ) মরম অমমম লৈ ; থবক খুদিংমক্তগী থোকখিব মথোয়গী তুংগী (future) হায়ব অমমম লৈ। থবক অমদ মতুবু ওইহল্লিব অপান্ন অম লৈ অমস্তুং মতুবু মওং শেম্বিব য়াথল অমস্ত লৈ।

য়াথল অম হায়বসি থবক অমস্তুং মহয়গী লোইব নাইদব মরী অমনি। ফল খুদিংমক্ত মরম অমমম থোকহল্লি, অদুগ মরম খুদিংমক্তস্তু ফল অমমম থোকহল্লি। অপান্ন, য়াথল অমস্তুং থবকশিং লোইব নাইদব মরী অমমম লৈনহল্লি। অপান্ন অমন য়াথল অম পোকহল্লি। য়াথল অসিন মশামক থবক ওইন শায়োল্লকই। থবক অসিন লাইবকপু লাং থাকই।

হৌজিক, কম্ন মীনম-শোরি তৌদ্রবস্তু অতোপ্পগী লন-থুম পান্নগী লাঙ্তক্রব ওইজব থিব অদুন কনাগুম্ব অমবু মথংগী মপোক্ত হুরানব ওইহল্লি, অদুগ লোম্ন-থুপ্ন থম্মোয়দ তুকচ্চবা অমস্তুং লমন খুন্সিংবগী য়াথল লৈখিবশিং অদুন মীহাৎপ ওইরক্রবগী মরুনি।

অদুগ অমরোমদস্তু, ওইজব থিদব, মুংশি চাউব অসিন পুকচেল চাউব অমস্তুং সাধুশিং ওইন মহন্ন ফংই। মীমুংশি চাউবগী য়াথল খুদিংমক অসিন সংসার পুম্নমক অসিগ মরুপ ওইব থোৎ- নোব অমস্তুং মীমুংশি খঙব মীশিং শেমগৎপদ মতেং ওই।

ঋষি বশিষ্ঠন য়ামদ সুপা থোক্ল থোনা ফুদোক্লব নত্ত্রগ মহাক্কী আত্মা বলগী শক্তি অদু উৎথোক্লব হায়খি। থোদোক খুদিংদ নোল্লুক্ল য়াব ভোগন্নু। মচুন থেমচুন থবক ভোইন্দব অমসুং অভন্‌ব ওইহনগনি। য়াথলগী অচৌব শক্তি অসি থগউ। য়াথল থোনা শীজিন্নৌ। চূন্ন থন্‌ব হায়বসিন নহাকপু নরাইবক ফব অম ওইহনগনি।

প্রারব্ধ হায়বসি হৌখিব মপোক্কী পুরুষার্থনি। নহাক্ল থবক্কী মরূ অম হুল্লবদি হৈনবী শাক্তৎকী মরূ অম লোক্কনি। হৈনবী শাক্তৎকী মরূ অম হুল্লবদি নহাক্কী লমচৎ ওইন ফল ফংগনি। নহাক্ল লমচৎকী মরূ হুল্লবদি নরাইবক্কী মরূ লোক্কনি।

মী হায়বসি মহাক্কী মরাইবক্কী মপুনি। নহাক্কী নরাইবক অসি নহাক নশামক্ল নশাগী য়াথলগী শক্তিন শেমজৌ। মসি নহাক্ল পায়বদি ভোব ওস্ব অমনি। হকচাং অমসুং য়াথলগী থোনা অমদি শক্তি পুম্নমক অসি নওোন্দ লৈরিব ওাক্কনি। মখোয়শিং অদু হাংদোরকউ অদুগ ননিওতম্ব অমসুং অচৌব অম ওইয়ু।

## ২। য়াথলশিংন নহাক্কী শকফম শেম্মি।

নহাক্কী নমায় অসি গ্রামোফোনগী রেকোর্ড নত্ত্রগ প্লেট অমগুম্বনি।

অমোৎপ য়াথল খুদিংমক অসি নহাক্কী নমায়দ য়াথলশিং অদু য়েক্লব পাইজনি নত্ত্রগ য়েত্ত্‌মনি। নহাক্কী নমায় অদু তুকচ্চব, অশাউব, মিহৌব, কল্লকপ, লমন খুম্নিংবনচিংব অমোৎপ য়াথল্‌ন নমায়দ দাগ অমসুং অশোকপ কয়া ওইন কুপশিল্লি।

নহাক্কী নমায়দ অশোকপগী দাগ লৈরিব অতুদগী ঐখোয়ন নহাক্কী নপুক্লিং অদু খুদক্ত খওব ওমই। ঐখোয়ন নহাক্কী নপুক্লিংগী লায়না অদুগী লায়ওং লেপ্পি।

মহাক্কী মপুক্লিংগী রাখলবু লোৎশিনব ওস্মি খল্লিব মহাক অদুমক খাইদগী চাউরবা মীনম্ব অমনি। মহাক্কী ফিবমদি শাদানুবন ডায়রক্তগ লৈপাক্ত মকোক য়ুংশিন্দুনা মকোক লোৎলগ কনামতন উরম্লরোই খন্ব উচেক জাৎ অদুগুম্বনি। ঈশ্বরগী ওইব রাখল অদু চথৌ অদুগ ভেক্ত নত্রগ মঙাল হেনগৎহল্লু।

লেপ্তুন ফত্তব রাখল খনব অসিন অমম্ব পুক্লিংগী মমি হেন-গৎহল্লি অমস্তুং অরুব গুহাদ ঈশিং শোক্লব থাদখিব অহোব পাত্রন গুহা মপান্দ থেংদুন ভোকপগুমই। মায়দ ফোঙদোকইবশিং অসি অশেঙবমক মনুংগী ফিবম অদুবু ফোঙদোকপনি নত্রগ অশেঙব পুক্লিংদ লৈরিবশিং অদুনি।

মায়থোং অসি এডভর্টাইজমেণ্ট বোর্ড অমনি মসিদ পুক্লিংদ লৈবশিং অদু উৎথোক্লি। নহাক্কী রাখলশিং, মতশিং, মওংশিং অমস্তুং পুক্লিংগী ঈহৌশিং অসিন মায়দ মখোয়গী অকন্ব মমি ভাহল্লি।

মায় হায়বসি য়াম্ম মিৎশিং-নাশিংলব অমস্তুং হায়ব-ইল্লব পুক্লিংদ লৈব রাখলশিংবু রেজিষ্টার ভৌদুন ইশিন্নব খুৎলাই অমনি।

মায় অসি পুক্লিংগী ফিভম অমস্তুং মসিদ য়াওব কয়া য়েংননব নিঙখিন ভৈথোক্লব শকয়েং মিংশেলনি।

৩। হকচাংন. ফোঙদোকইবশিং অসি ঋাখলগী মওং মতৌশিংনি।

পুক্নিং হায়বসি মপানগী হকচাং অসিগী অকুপ্প ( Subtle ) মওং অমনি। মপানগী হকচাং অসিদি ঋাখলগী মপান্দ ফোঙ-দোকপ শক্তম্ অমনি। মরম অদুন, ঋাখল্না থবক তৌরক্পা মতম্দ হকচাং অসিস্ত থবক তৌরকই।

য়েংবদ কুক্রু কক্রাকপ ( rough appearance ) ন্থপা অমন মহৌশাগী ওইন অতোপ্পশিংবু নুংশিব অমসুং থোজাল পোক্কন্দে, মরম অদুন অঙম-অরায় থঙ্দব ( rough minded ) মী অমবু অতোপ্পন নুংশিব অমসুং থোজাল পোক্কদে।

তশেংনমক মায় অসিদ মথল-মথা অয়াম্ব পুক্নিংগী মমিশিং অদু তারি অমসুং অদুবু জ্ঞান লৈব মী অমন ইরায়-লায়ন থঙব ঙমই।

হকচাংন পুক্নিং অসিগী মতুং ইল্লি। করিগুম্ব পুক্নিং অসিন অরাংব অমদগী তারে হায়ন খল্লবদি হকচাং অসিমক্ত খুদক্ত শেম-শাই অমসুং মপানথোংগী ওইব খুদম কয়ামুক উৎলকই। অকিব, লাঙতক্লব, অৱাব, পুক্নিং মকালাম্ব, নুংঙাইব, অশাউব, পুন্নমক অসিন মায়থোংদ মখোয়গী মথল মথেল নাইব মমিশিং অদু তাহল্লি।

৪। নঙগী নমিৎশিংন নঙগী ঋাখলশিংবু নমথাক তৌরি।

থবায়গী মিহুৎথোঙশিংগী মহুৎ শিল্লিব মীংশিং অসিন পুক্নিংগী ফিবম অমসুং মওং মতৌ অদু তাকই।

পাউশিং নত্রগ অৱাব, ন্নুংঙাইতব, নিঙব-কায়ব, তুকচ্চব, পুক্নিং মকালাম্ব, শান্তি ওইব, হকচাং-নুংঙাইব, শক্তি, পাঙ্গল অমস্তুং কজবগী ৱাখলশিং অসি থাদোক্লনব মীৎশিং অসিদ টেলিগ্রাফকী খুৎলাই অম য়াওরি।

নহাক্ল অতোপ্পগী মমীৎশিং খঙ্নব জ্ঞান লৈরবদি নহাক্ল খুদক অদুমক্তদ পুক্নিং খঙ্ব ঙমগনি। নহাক্ল য়াম্ম চেকাশন্ন অতোপ্পগী মমায়, ৱারী ৱাতাও অমস্তুং লমচৎ-ব্যবহারগী মওঙশিং অদু য়েংলবদি মী অমগী মপানগী ৱাখল নত্রগ অচুম-অৱানগী ৱাখলশিং খঙ্ব ঙমই। মসিদ থৌনা, বুদ্ধি, তম্ব, লৌশিং অমস্তুং হাকথেংনব জ্ঞান খজিক্তং চঙই।

৫। কত্তব ৱাখলন পুন্সি অসি হু ওইহল্লি।

অৱাবগী ৱাখলশিং অমস্তুং অকিবগী ৱাখলশিং অসি ঐখোয়দ লৈব অকিব কংলব শক্তিশিংনি। মখোয় অসিন পুন্সিগী হৌরকফম্ অসিমকপু হু ওইহল্লি অমস্তুং চান্ন-চিন্নন লৈব থবক ঙম্ব পাঙ্গল কন্ব অমদি থৌনা ফব হায়বদু মাঙহল্লি। অদুগ পুক্নিং মকা লাম্ব, নুংঙাইব অমস্তুং থৌনা, অৱাব কোক্প, নিঙথিব ৱাহৈনচিংব ওন্ন-তৈনব ৱাখলশিং অসিন শাউগৎহন্বগী মহুত্তা থবক ঙম্ব অমস্তুং পুক্নিংগী শক্তিশিংবু নিঙথিন শেমজিল্লি। মতম পুম্নমক্ত পুক্নিং মকা লাম্মু। মোমোন নোকউ। নোকথোকউ।

৬। পুক্নিং হকচাংগী চাং মান্নদবশিং।

ৱাখল্ন হকচাংগী মথক্ত মাগী প্রভাব তাহল্লি। পুক্নিংদ অৱাব তাবন হকচাংবু মপাঙ্গল শোম্বহল্লি। অমরোমদ হকচাং

অসিনস্থ পূক্লিংদ প্রভাব তাহল্লি। অফব হকচাং অমন অফব পূক্লিং থম ওইহল্লি। করিগুম্ব হকচাং অসিন নাব্রবদি পূক্লিংস্থ নারকই। হকচাং অসিন মপাঙ্গল কন্‌ব অমস্তুং মশা ফব ওই-রবদি পূক্লিং অসিস্থ মশা ফব অমদি পাঙ্গল কন্‌ব ওই।

শাউগত্তুন হিংশা তৌবন ব্রেণ্গী সেলশিং অসি শাথীন শোকহল্লি, ঈদ ড় চেলহল্লি, করিগুম্বদ ব্রাল্লহল্লি অমস্তুং শোন্থহল্লি। পূক অমস্তুং খোয়রি-লিনশাংদ চাব তুম্লনব গ্যাস্ত্রিক জুইস (Gastric juice) না মশিঙ্গানচিংব মচি থোকপশিং লেপহল্লি। নহাক্কী পাঙ্গল, শক্তি মাংহন্দুনা মতম চাদনা অহল ওইব অমদি পুন্সি তেনবনচিংব ওইহল্লি।

নহাক্ক শাউরিবৈদ পূক্লিং অসি অপন্‌ব অম ওইরকই। মতৌ অস্তুম, পূক্লিং অসিদ অপন্‌ব থোক্লবস্থ হকচাং অসিদস্থ অপন্‌ব ওইহল্লকই। শিংলি পাকল তৌরকই। নহাক্কী নপাঙ্গল শোল্লকই। অশাউববু ন্নুংশিবনা লাকশিল্লু। অশাউব হায়বসি সাধারন চৎনরিব বুদ্ধি অসিন লাকশিনব ঙমদ্রব মপাঙ্গল কল্লব শক্তি অমনি। অদুবু মসি অশেংব জ্ঞান (সাত্ত্বিক বুদ্ধি) নত্রগ বিবেক-বিচারন লাকশিন্‌ব ঙমই।

৭। ব্রাথলগী শেমগৎ শাগৎপগী শক্তিশিং।

সংসার অসি ব্রাথল্‌ন শেম্বনি। পোৎশিং অসি ব্রাথল্‌ন লৈহন্‌ব ঙাক্তনি। ব্রাথল্‌ন অপাম্ববু হেনহল্লি অমস্তুং কামবু ময়াই কাহল্লি। অদুন, ওম্ন তৈনব, অপাম্ব অমস্তুং কাম্ অদুন অহান্-বগী অপাম্বগী ব্রাথলশিং অদু থিংগনি। অদুন কনাগুম্ব মুপা

অমবু মসিন লাকহৎলিঙৈদা ওন্ন-ভৈনব ব্রাথল অমন মাগী অপান্ন অমস্তুং কান্নশিং অমু মাঙ্ হন্‌বদ মত্তেং ওইগনি।

মুপা অমবু নহাক্কী মরুপ অমনি হায়না খল্লু, অদুগ মদু অশেংবমক মরুপ ওইরবনি। মহাকপু নকাক্কী মরুপ ওইন খল্লু, মদুম্ন ভৌরবস্থ পূক্লিং অসিন ব্রাথল অদু মপুং ফাব অচুম্ব অম ওইহল্লক্কনি। পূক্লিংগী থবকশিং অসিবু খঙ্‌লবা অমদি সাধনা ভৌদুনা মসিবু লাকশিল্লবা মহাক অদু তশেংন মুঙাইরবনি।

## ৮। মান্নব ব্রাথলশিংন অমগ অমগ নকশিন্নৈ।

ব্রাথলগী সংসার অসিদস্থ “মান্ন-মান্নবত্র নকশিন্নৈ” হায়বগী নিয়ম অসি ইল্লি। মান্ন-মান্নব ব্রাথলগী মীশিংন ঐখোয় মশেন নকশিন্নৈ। “মচু মান্নব উচেক ময়াম পুন্ন চ'ক্কামিন্নৈ” মী হায়ব-সিদি মাগ ভিন্নরিব সঙ্গদগী মশক খঙই” হায়বনচিংবা পাউরো অসি হায়নরিবনি।

ডাক্তর অমন ডাক্তর অমগ নকশিন্নৈ। কবি অমন অতোপ্প কবি অমগী মপূক্লিং চিংশিল্লি। ঈশৈ শকপ অমন অতোপ্প ঈশৈ শকপ অমবু মুংশি। দার্শনীক অমন অতোপ্প দার্শনীক অমবু মুংশি। ব্রারেম ঙাঙ্‌বন ব্রারেম ঙাঙ্‌ব পামই। পূক্লিং অসিস্থ “চিংশিন্নবগী শক্তি” লৈ।

নহাক নশামক্কী ব্রাথলশিং অরস্তুং ব্রাথল পরিংশিং অদুগ মান্নব ফিভমশিং, প্রভাবশিং, ব্রাথলশিং অমদি জীবগী শক্তিশিং অদু উরিব অমস্তুং উদব মায়কৈশিং অসিদগী নঙোল্লোমদ লেপ্তুন চেনশিল্লক্কনি।

ব্রাখলগী লমদমদদি মাস্ন-মাস্নব ব্রাখলগী মীশিং অসি অমগ-অমগ সুংশিনৈ। ঐখোয়ন খঙ্নবু ওইব্রবস্তু খঙ্দনবু ওইব্রবস্তু মসিন সংসার শিনথুংলব নিয়ম অসি লেপ্তুন চথরিব অমনি।

নহাক্র নহাক্রী মরমদ অপান্ব ব্রাখল অম হেক লৈজব্রিব-মখৈ অমদি মতুবু য়োক্লুন হেক থল্লিবমখৈ লম কয়া নব্রগ সমব্র কয়া চত্তুনস্তু নঙ্ন খঙ্ন নব্রগ খঙ্দন, অরেপ্প লৈতন নঙোল্লোমদ চিংশিল্লকনি অমস্তুং নহাক্রী য়োক্লুন থল্লিব ব্রাখল অদোমদ ঙামথরকনি। ব্রাখলাশং অসিদি নহাক্রী নরম্মাইগী নরলনি অদুন নহাক্র মসিবু হোংদোক-হোংজিন তৌবগী মওং অদু নিঙ্থিন খঙ্দুন মসিবু নহাক চান্নব মওংগী চাং অমদ থম্ব য়াই।

নহাক্র ওইগে নীংলিব ব্রাখল অমস্তুং ফিদম অদু লৌরগ থবক্ত ওপ্পোকউ। ফিভম অমস্তুং মতম্ন নহাকপু চিংদুন পুহনগনু। লমচৎ অমস্তুং ফিদম শেম্বসি মশাগী ব্রাখলগী মখা পোল্লি, কাউগনু।

৯। লোক থুল্লাই অমস্তুং লৌনগন্‌ব ব্রাখলগী লায়না।

পুক্লিংন তৌব থবক অসিনা অশেংব থবক্লি। ব্রাখল হায়-বসিমক অশেংব থবক্লি। মসিদি অকন্‌ব শক্তি অমনি। ব্রাখল হায়বসি শোক্লবদ য়াম্ন লৌনগল্লি, নত্তে, মসি (Spanish flue) লোক থুল্লাইদগী হেন্ন লৌনগল্লি।

নঙোন্দ লৈব থৌজালগী ব্রাখল অদুন নহাক মরী লৈনরুব কনাগুম্বগী মকমদস্তু থৌজালগী ব্রাখল ফাওহল্লি। অশাউবগী

রাখল অসিন শাউরিব মী অদুগী অকোয়বদ লৈরিবশিং অদুদস্থ মদুগ মান্নব ঈথক-ঈপোমশিং ফাওহল্লি। মসিন মী অমগী থ্রেগু থাদোক্তুন অথাপ্পদ লৈব অতোপ্পশিংগী থ্রেগুদ চঙুই অমস্থং মখোয়বু শাগৎহল্লি।

নঙোন্দ লৈব হরাও নুঙাইবগী রাখল অমন অতোপ্পশিংদস্থ হরাও নুংঙাইব রাখল পোকহল্লি। নহাক্ত হরাওন নোক-খেদুন অমদি নুংঙাইন জগোয় শাদুন শান্নব অঙাং কাঙবু অম উরবদি নহাক নুংঙাইব অমদি হরাওবন পিক থনগনি।

ঐখোয়দ ফাওরকপ নুংঙাইবগী রাখল অসিন থৌজানবিদুন অতোপ্পশিংদস্থ নুংঙাইবগী রাখল অম ফাওহনবিরকই। মতৌ অস্থম্ন চীংলেম্ব অমস্থং পুক্লিং থৌগৎপ রাখলশিং অসিস্থ অতোপ্প-শিংদ মান্নব ফল থোকহল্লি।

হুরানবশিংগী মরক্ত অফব অমদি পুকচেল শেংলব মী অম লৈহল্লু। মহাকস্থ হুরানব হোৎকনি। য়াম্ন থম্মোয় পেৎপ মী অমবুস্থ য়ু থকপশিংগী মরক্ত থম্মু। মহাক য়ু থকলকনি, রাখল হায়ব অসি য়াম্ন লৌনগনব অমনি।

১০। মনোবিজ্ঞানগী নিয়ম অম শীজিন্নব।

থম্মোয় অদু নহা ওইন লৈয়ু। "ঐ অসি অহল ওইরে হায়ব খনগম্মু। "ঐ অহল ওইরে" হায়ন খন্‌ব অসি ফত্তব শাজৎ অমনি। অসিগুম্ব রাখল অসি য়োকখৎকম্মু। চহি ৬০ শুরবদ "ঐ অসি চহি ১৬ নি খল্লু। নহাক্ত খন্‌ব মতুংইন্ন নহাক্ত ওই-গদৌরিবনি। মসিদি মনোবিজ্ঞানগী অচৌব নিয়ম অমনি।

“মী অমন খন্‌ব মতুংইন্ন মহাক্ন ওই।” মসি য়াম্ন চুমপ্রব অমনি নত্রগ অচুম্ব অদুমক্নি। “ঐহাক অকন্‌ব অমনি” খল্লু, নহাক অকনব ওইরক্কনি। “ঐ অশোনবনি” খল্লু, নহাক অশোন্‌ব ওইরক্কনি। “ঐ অসি অপঙবনি” খল্লু, নহাক অপঙ্‌ব ওইরক্কনি। “ঐ অসি সাধু অমনি নত্রগ লাইনি” খল্লু, সাধু নত্রগ লাই অদু নহাক ওইরক্কনি।

ৱাখল হায়বসিমক্তন মী অমবু মওং শেম্মি অমস্তুং হৈদূনা শাই। মী থূদিংমক অসি মহাক মহাক্কী মশাগী ওইব ৱাখলগী সংসার অমমম লৈজৈ।

কল্পনান অঙকপ থবক কয়া তৌই। ৱাখলগী অকন্‌ব শক্তি লৈ। হায়স্তু হায়খ্রে, ৱাখল হায়বসি মপং (Solid) ওইব পোৎ অমনি। নহাক্ন হৌজিক ওইরিব অসি নহাক্কী হৌখিব ৱাখলশিংদুগী মহয়নি, অদুগ নহাক্কী তুংগী ফিবমস্তু নহাক্কী ৱাখল অসিগী মতুং ইনবনি। মহাক্ন চুম্ন খল্লবদি চুম্ন ঙাঙ্‌গনি অমস্তুং চুম্ন থবক তৌগনি। ৱাহৈ অমস্তুং থবক হায়বসিদি ইচম চম্ন ৱাখলগী তুং ইঙ্কবতনি।

## ১১। ৱাখলগী নিয়মশিং অসি খঙঙু।

মীপুম খুদিংমক্ন মখোয়গী মপুক্নিংগী মওঙশিং অমস্তুং মখোয়ন তৌরিবশিং অদু মপুং ফানা খঙ্‌গদবনি। মদুতদ কনাগুম্ব অমন সংসার অসিদ মরা তপ্ন অমদি মুংঙাইন লৈব ঙমগনি। মহাক্ন মহাক্কী পান্দম অদু পাঙথোক্নবগীদমক তেংবাংগী শক্তি পুম্নমক খ্বাইদগী ফব মওংদ নিঙথিন শীজিন্নব ঙমগনি।

মওং চাদব শক্তিশিং অমদি ওন্ন-তৈনব ঈচেলশিং অদু মহাক্ক অরেম্বদ তাহন্‌ব ওমই। ঈশিং ঈচেল্‌দ ঙাশিংন হঙ্গৎন চেন্‌ব ওম্বগুম মহাক্ক মশামকপু নিঙথিন শেমজিনজদুন অমদি মতিক-চান ওাক্ক-কন্নবগী নিয়ম কয়া শীজিন্নদুন যুগোৎ চাদব খুদোংথীব কয়াবু লাকশিন্‌ব ওমই।

অদুবু নত্রবদি মহাক মীনাই অম ওইরনি। মখল-মখা অয়াম্ব ঈথিন কয়ান মায়কৈ কয়াদ হুমদুন উপায় লৈতন কঙাউ-নহল্লি। তুরেলদ উগী উপাক তাউথবগুম মহাকস্তু মক্ষম খঙ্‌দব ঈচেল অমদ তাউথৈ। মহাক ইনাক্‌খুন্‌ব অমস্তুং করিগুম্ব অমত্তু অরাৎপ লৈত্রব মী ওইরবস্তু মহাক য়াম্ন অরাব অমদি সুংঙাইতব ওইগনি।

মেরিনর কোম্পাস পায়ব, সমুদ্রগী জ্ঞান লৈরব, সমুদ্রগী লম্বী অমদি নোংলৈ-নুংশিৎকী মরমদ খঙ্‌লব ষ্টিমারগী কেপ্টেন অমন নিঙ্‌থিন জহাজ থৌব ওমই। অদু নত্রবদি মহাকী ষ্টিমার অদু অমদ নত্রগ অমদ উপায় লৈতন হুমখিগনি অমস্তুং উন্‌ মপাক্ক নত্রগ চীংদুমশিংদ থেংজিন্দুন উপায় লৈতন অরাব্‌ তাগনি। মতৌ অদুগুম্ন, ব্রাখলগী অমদি প্রকৃতিগী নিয়মশিং অসিগী জ্ঞান লৈরব পুন্সিদ, সমুদ্রগী শিংলব হিয়োন্‌ব অদুন নিঙথিন হোনব ওম্বগুম মহাকী পুন্সিগী লমখুংফম অদু য়োৌব ওমই।

ব্রাখলগী নিয়মশিং অসিবু খঙ্‌লগ নহাক্ক নহাকী লমচৎ অদু নহাক্ক অপাম্ব মওংদ শেম্ব নত্রগ মওং লেপ্প ওমগনি। সাধারন ওইন হায়নব "মী অমন খন্‌ব মতুংইন্ন মহাক্ক ওই।"

হায়ব অসি রাথলগীদমক্ত য়াম্ন চুম্নব নিয়ম অমনি। নহাক অশেংবনি থল্লু, নহাক অশেংবা ওইরকনি। নহাক পুকচেল চাউবনি থল্লু, নহাক পুকচেল চাউব ওইরকনি।

অফব লমচৎকী মুর্ত্তি অম ওইয়ু। পুম্নমক্কী য়াইফনব থল্লু। মতম পুম্নমক্ত অফব থবক তৌ। সেবা তৌ, নুংশিবিয়ু, পীথোকউ। অতোপ্পশিংবু নুংঙাইহল্লু। অতোপ্পশিংবু সেবা তৌব তম্মু। অদু ওইরবদি নহাক্ন নুংঙাইবগী মহৈ য়ানগনি। নহাক্না খুদোংচাব ফিবম নত্রগ লাইবক ফব অমদি মওং চাব কয়া ফংগনি

নহাক্ন অতোপ্পশিংবু মবুক নুংঙাইহন্দ্রব, নহাক্ন মীনম-শোরি তৌরব, ফত্তব তৌরব, মীরা ঙাঙলব, রারী শাক্তিন্দুন ঙাঙলবদি, নহাক্ন অতোপ্পশিংবু তুহৎলব, নহাক্ন নত্তব উপাইন অতোপ্পশিংগী মরল-মথুম লৌরব, অতোপ্প অমদ নুংঙাইরোইদোব থবক তৌরব, অদু ওইরবদি নহাক অরাব নংগনি। নহাক খুদোংচাদব ফিবম নত্রগ লাইবক থিব অমদি মওং চাদব কয়া ফংগনি।

মসি রাথল অমসুং প্রকৃতিগী নিয়মনি। ঈংন নত্রগ মথাদগী থল্লকপ রাথলন নহাক্ন অফব নত্রগ ফত্তব লমচৎ শেমগৎপ ঙম্ব অদুগ মান্নন অফব নত্রগ ফত্তব কর্ম্ম তৌদুন নহাক্ন নহাকী খুদোংচাব নত্রগ খুদোংথিব ফিবম কয়া শেমজব ঙমই।

অফ ফত্ত থন্‌গন্‌ব মীশিংদি মতম পুম্নমক্ত চেকশিল্লি, মমিৎ মনা শিংই অমসুং ফিবম য়েংন থবক তৌই। মহাক্ন মতম পুম্নমক্ত মহাকী রাথলশিং অদুবু য়েংশিল্লি। মহাক্তি মনুং হক্তিম য়েংশিল্লি।

মহাক্কী পুক্লিংগী কারখানা অসিদ অকক্নব মতম অমদ থোরক্প পুক্লিংগী বৃত্তি নত্রগ গুণশিংদু মহাক্ক খঙই। মহাক্ক মহাক্কী পুক্লিংগী কারখানাগী থোঙ্গাল অসিদা ফত্তব ৱাখল অমত্ত চঙকন্দে। মহাক্ক মখোয় অদুন হেক হৌগৎলক্প খুদক অদুমক্তদ মাঙহল্লি।

মহাক্ক ফন খন্ব অদুন অমদি মহাক্কী ৱাখলগী মওংশিংবু য়েংশিনব, মসুং হক্তিন্ন খন্ব. পুকচেল চাউব ৱাখল্ন মহাক্কী অকব মৱাইবক লৈপ্লি। মহাক্কি মহাক্কী ৱাঙাঙদ চেকশিল্লি। মহাক্কি ৱা ৱাম্ন ঙাঙদে। মহাক্ক সুংশিব অথুম্ব ৱাদমক ঙাঙই। মহাক্ক কদৌডৈদস্থ অতোপ্পগী মবুক সুংঙাইরোইদব অকন্ব ৱা ঙাঙদে।

মহাক্ক খাঙ্ব-কন্ব, মীসুংশি খঙ্ব অমদি বিশ্বপ্রেম হায়বসিবু য়োকখৎলি। মহাক্ক অচুম্ব ঙাঙ্নব হোৎনৈ। অসুম্ন, মহাক্ক ৱা-ঙাঙ্নবগী ইন্দ্রি অমসুং ৱা ঙাঙ্নীংবগী ইথিল (impulse অসিবু য়েংশিল্লি। মহাক্কি অকক্নব ৱাহৈশিংদমক ই। মসিন মহাক্ক মীশিংগী মপুক্লিংদ নীঙথিব অমসুং খুদোংচাৱব মমি অম তাহল্লি।

মহাক্ক ৱাখলদ, ৱাহৈদ অমসুং থবক্ত অহিংসা অমসুং ব্রহ্মচার্য্যবু সাধন তৌই। মহাক্ক অশেং-অমাং অমসুং অচুম্ব শাজৎকী সাধন তৌই। মহাক্ক মতম পুম্নমক্ত পুক্লিং চাং-মান্নন অমদি হরাওন লৈননব হোৎনৈ। মহাক্ক অশেংব ভাব থম্নব হোৎনৈ। মহাক্ক ভাপ মখল অহুম (হকচাংগী, ৱাহৈগী অমসুং পুক্লিংগী) অসি তৌনব হোৎনৈ অমসুং মহাক্কী থবকশিংবু লাকশিল্লি। মহাক্ক করিগুম্ব ফত্তনব অমত্ত খন্ব ঙমদে। মহাক্ক ফত্তনব থবক অমত্ত তৌব ঙমদে।

মতম পুম্নমক্ত মহাক্ন খুদোংচাব ফিবম্দত লৈননব হোৎলৈ। মুংঙাইব য়েনথোক্পা মহাক অদুতন মতম পুম্নমক্ত খুদোংচাব কয়ান পুরকপ মুঙাইব অদু ফংব ঙমই। অতোপ্পশিংদ অরাব পীব মহাক অদুন, চিংননিঙাই লৈত্রব ৱাখলগী নিয়ম অসিগী মতুং ইন্ন অরাব অমসুং অনাব নংননব খুদোংথিরব ফিবম কয়া থেংনহল্লি। মরম অদুন মীওইবন মশামক্কী ৱাখলগী মওংন মশাগী লমচৎ অমসুং অতোপ্প ফিবম কয়া শেম্মি।

অফব ৱাখলশিংন ফত্তব লমচৎপু অফব মওংদ ওন্থোকপ ঙমই, অদুগ অফব থবকশিংন মরম ওইদুন খুদোং চাত্রব ফিবম কয়াবু খুদোং চানবগী মরম ওইহন্ব ঙমই।

১২। অরাংব ৱাখলশিং অসিদ নিয়মশিং অদু য়াওরবনি।

নহাক্ন খন্ব ৱাখলগী মতুং ইন্ব মীশক অদু নহাক্ন ওই। নঙগী ৱাখলগী মতুং ইন্ন নঙগী নপুন্সি অদু ওইগনি। নহাক্কী ৱাখল অদু ফগৎহল্লু। অফব ৱাখলন অফব থবক ওইহল্লি।

সংসারিক্কী পোৎশিং অসিগী মরমদ ইচম চম্ন খন্ব হায়ব-সিমক অরাব অমনি। ৱাখলগী থবক অসিমক্তন মায়াগী অপুন্ব অসি ওইরিবনি। অশেংব ৱাখলদি বিজুলিদগীসু হেন্ন মপাঙ্গল কল্লি।

ইন্দ্রিশিংদ ফাওরিব পোৎশিং অসিন খুদুম চল্লব পুক্নিং অসি মনিঙ্ তম্ব ফংজদে, অদুগ পোৎশিং অসিন চিংশিনব ঙমদ্রব পুক্নিং অদুদি মনিঙ তম্নবনি। পুক্নিং অসিদি ডাকু মখল

অমনি। পুক্লিংগী ডাকু অসি হাল্লোকউ। নহাক মতম পুম্নংক্ত মনিঙতম্ন অমদি মুঙাইন লৈগনি। নহাকী নপুক্লিং অসি লাকশিন্নবগীদমক নহাকী শক্তি পুম্নমক শিজিন্নৌ। মসি অশেংব মুপা থোকপ নত্রগ পুরুষার্থ হায়ব অদুনি।

ইশাগী ফত্তবশিংবু য়াজদব হায়বসি পুক্লিং শেংদোক্লবগী অমদি ফজনবগী উপাইশিংনি। শেংদোকউ অমম্তং খল্লু। পুক্লিং মকা লাম্ব হায়বসি য়াওদন জ্ঞানবু কুপশিল্লিব অপঙবগী লৈরোলশিং অদু লেৎথোকপ য়াদে।

চিঞ্জাকী অকুপ্প (Subtle) শরুকশিং অদুন পুক্লিং অসি ওইহল্লি। পুক্লিং হায়বসিমক্তবু চিঞ্জাক্ল শাবনি। চিঞ্জাকী অকুপ্প (Subtle) শরুকশিং অদুন পুক্লিং অসি ওইন মশক ওন্থোরকই। চিঞ্জাক হায়বসি ঐখোয়গী চৌম্ন চারিবশিং অসি ঙাক্ল নত্তে, তৌইগুম্বম্নং ঐখোয়ন ঐখোয়গী ইন্দ্রি পুম্নমক অসিগী থোঙদ লৌশিল্লিব পুম্নমক অসিনি।

মফম পুম্নমক্ত ঈশ্বরবু উব তম্ম। মসিমক মিংকী অশেংব চিঞ্জাক্লি। অশেংব রাখল হায়ব অসি অশেংব চিঞ্জাকী মতুং ইনবনি। নহাক্ল অশেংব ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিং অদু য়োকখৎ-লবতদ নহাক্ল নিঙথিন উব, নিংথিন তাব, নিঙথিন মহাও লৌব অমদি নিঙথিন খনব ঙমগনি।

করিগুম্বা পোৎ অমবু অশংব নত্রগ অঙাঙব গ্লাস অমগী থোঙদা য়েংউ পোৎ অদুবু শংন নত্রগ ঙাঙন উগনি। মতৌ অদুগুম্ব পোৎশিং অসি পুক্লিং মিংশেল অসিগী থোঙদ অপাম্ব

হায়বসিন মচু শঙবনি। পুক্লিংগী ফিবম পুম্নমক অসি হোংব নাইব ঙাক্কনি; মখোয় অসিন অব্রাব অমম্তং মুঙাইব ওইহল্লি।

ব্রাখলগী নীংতম্ব অদু লৈয়ু। লান্‌ব নাইরব অমম্তং অতন্‌ব ব্রাখলগী মীনাই ওইব অসিদগী নশাবু ননীং তম্মু। লোম্ব নাইদ্রব আত্মা অদুবু হল্লু। মসি চপ-চাব, মহৌশাগী ওইব ব্রাখল অদুগী অচুম্ব নিয়ম অদুনি। ব্রাখলশিং অসি শেংদোক্লব মতুংদ আত্মা অসি মশা মথন্তন ফোঙদোকচরকই। পূক্লিং অসি অপাম্ব অমত্ত য়াওদন, কচেব ভাব য়াওদন, অতন্‌ব নত্রগ অপাম্ব নত্রগ ব্রাখল য়াওদন থোদব য়াদব হায়ব অমমুক লৈহন্দন, আশা হায়ব অমমুক থোরুদন ঈংন লৈরব মতম্‌দত অথোইব আত্মা অদুন ঙাল্লকই। মতুদত কৃপা হায়বতু হাকথেংনরকই। সাধুশিংন কেল্লিব পুক্সি মওং অদুদ হিংঙু। ব্রাখল, পূক্লিং অমস্তং শারমচৎপু নম্থনব অমত্ত ঙায়রব লম্বী অদু মসনি। অমরোমদ নহাক্ক পূক্লিং অসি জয় তৌদ্রিফাওব মতম কুইনগী ওইব শোয়ত্রব মায়পাকপ অদু ফংব ঙমদে।

১৩। ব্রাখল—হাইগৎলোং অমনি।

নহাক্কী ব্রাখল অসিগীদমক য়াম্ন চেকশিল্লু। নহাক্কী নপূক্লিংদগী থাদোরকপা খূদিংমক অসি নঙোন্দ অমুক হল্লকপনি। নহাক্ক থল্লিব ব্রাখল খূদিংমক অসি নঙোন্দ হাইগৎলা ঙাক্কনি।

নহাক্ক কনাগুম্ব অমবু তূকচ্চরবদি তূকচ্চব অদু নঙোন্দ অমুক হল্লকনি। নহাক্ক কনাগুম্ব অমবু নুংশিরবদি নুংশিব অদু নঙোন্দ অমক হল্লককনি।

ফত্তব রাখল হায়বসিদি শাপ অহুমলক কংবনি । অহানবদ, মসিবু খল্লিব মহাক অদুন মপুক্লিং অদু মশা ফৎহনবদে । অনিশুবদ, মসিগী পান্দম্‌ফম ওইরিব মীশক অদুদ ফৎহন্দে । অকোনবদা, মসিন পুক্লিং অতিয়াদ ( mental atmosphere ) ফত্তব শন্দোক্তুন মীওইব পুন্নমক্কী মাঙ্‌নব ওইরকই ।

ফত্তবা রাখল পুন্নমক অসি, মদুন পান্দম ওইরিবা মীশক অদুদ থাঙ-শৎপ অমনি । নহাক্ন করিগুম্ব ফত্তব য়েক্নব রাখল অম য়োকখৎলবদি তশেংনমক নহাক অসি নহাক্ন সুঙাইত্রিব অদুবু হাৎপ মীহাৎপনি । নহাক অসি নশান আত্মা-ঘাট তৌজরবনি, মরমদি ফত্তব রাখলশিং অদু নঙোন্দত অমুক হঞ্জিল্লক্কনি ।

ফত্তব রাখলদ হৈনরব পুক্লিং অসিদি মদুগ মান্নব অতোপ্পগী রাখল চিংশিন্নবগীদমক্তদি য়োৎচাবিংগুম্ব অমনি অমসুং মদুনসু হান্নগী ফত্তব অদু অমুক হেন্ন মরা চেৎশিলহল্লি ।

পূক্লিং অতিয়া ( mental atmosphere ) দ পাইশিল্লকপ ফত্তব রাখলশিং অসিন পুক্লিংদ লৈব জ্ঞানগী শরুক অদুদ হূ চেলহল্লি । ফত্তব রাখল খন্দুন লৈব হায়ব অসিন মথং-মথং ওইন অফব লৌশিন্নবগী শক্তি অদু মাঙলকই অমসুং খল্লিব মী অদুবু মহাক্ন খল্লিব অদু থবক ওইন পাঙথোক্নব ঈনশিল্লি

## ১৪ । রাখলশিং অমসুং সমুদ্রগী ঈথকশিং

রাখলশিং অসি সমুদ্রগী ঈথককুম্বনি । মখোয় অসি মশীং থিঙমদ্রব ঙাক্তনি । নহাক্ন মখোয়বু লাকশিন্নব হোৎগৎলকপদ অরাব অম ওইব য়াই ।

ৱাখল খর অমন মাঙখিগনি-অদুগ ৱাখল খর অমন ঈশিং ঈচেলগুম্ন চেম্বরক্কনি। মতম অমদ নমথক্লব থায়নগী অরিব ৱাখলশিং অদু মতম অমদ অমুক মমায় থাঙগৎলক্কনি। সাধনাগী কররিগুম্ন মতাং অমগুদম্ম লেপথোকম্ম। মহাক্ত শোয়দনা মনুংগী ওইব আধ্যাত্মিকী পাঙ্গল ফংগনি। মমৈথংদ মহাক নমায় পাকনি। মহাক্ত-হৌজিক নংলিব অরাব খুদোংথিব পুম্নমক অসি থায়নগী যোগীশিংন থেংনক্লব ঙাক্কনি।

পুক্নিংগী হোংদোক হোংজিন্নাইব ফিবম অসিবু কোক্হনব হায়ব অসি অরুব অমদি মতম চঙব অমনি। নোংম নক্রগ নিনিগী মনুংদ ৱাখল পুম্নমকপু মাঙহন্‌ব ঙম্মদে। ৱাখলশিংবু লাকশিন্‌বদ মহাক্কী সাধনা তথ্যাই চল্লবদ থেংনব খুদোংথিব নক্রগ অপন্‌বশিং অদুন সাধনা অদু লেপ্‌হন্‌গম্ম।

মহাক্কী দরকার ওইব অমস্তুং অপাম্বগী চাং হম্মহনব হায়বসি মহাক্কী অহানব হোংনবা অম ওইগদবনি। মহাক্কী দরকার অমস্তুং অপাম্বগী চাং হম্মহল্লু, অদুদগীদি ৱাখলশিং অদু মশা মতোমতন হম্মজখিগনি। অম্নম-অম্নম, মথং-মথং ওইন ৱাখল পুম্নমক মরু কোকখিগনি।

১৫। মচু অমস্তুং সাধুগী ৱাখলশিংগী ফল

বুদ্ধন লাউরম্মী "ঐখোয়ন ওইরিব পুম্নমক অসি ঐখোয়গী ৱাখলদগী থোকপ ঙক্কনি" পোকপ-শিবগী চক্র থোকহল্লিব অসিসু ঐখোয়গী ৱাখলশিং অসিননি। মরম অদুন, ঐখোয়ন মতম পুম্নমক্ত ঐখোয়গী ৱাখল অসি শেংনব হোৎনগদবনি।

ঐখোয়ন সাধু অমগী মনাক্ত চঙ্ন কয়্বদ ঐখোয়দ পুম-তোপ তোপ্প পুক্সিং মকা-লাম্ব অম কাওই, তৌইগুম্বনুং ঐখোয়ন কত্তুব অমদি ওইজথিব মীশিংগী মনাক্ত নক্লূরবদি ঐখোয়দ পুক্সিং লুমজদব অমত্তুম কাওই। মসিগী মরমদি সাধু অমগী তেজদগী থোরক্প ঈথকশিংদ শাক্তি অমত্তুং পুক্সিং মকা-লাম্ব লায়বত্তু য়াওই, অদুগ মশাগী ওইজবত থিব মীশক থোরক্প অদুদন কত্তুব অমসুং মশাগী ওইজব থিবগী রাখল য়াওই।

রাখলগী অনিশুব ফল অমন—মসিন অরেপ্প মওং অম থোক্হন্-ওইহন্ব অসিনি। রাখলগী মগুণ অমসুং মওং অদুগী মতুং ইন্ন রাখলগী মূর্ত্তি অদুগী মচু অমদি অশেংব ফিবম লেপ্পে। রাখলগী মূর্ত্তি হায়ব অসি অহিংব পোৎশক অমনি অমসুং মসিদ খল্লিব মীশক অদুগী অকনব রাখল অদু ফোঙদোক্লকম ওই। শংবানব রাখলগী মচু অসিন ভক্তিবু খঙনৈ।

আত্ম-জ্ঞানগী রাখলগী মূর্ত্তিদ খ্বাইদগী হেন্না মুংশিরব, অচৌব মঙালন মৈরব অচম্ব মচুনি। ওইজব থিব, চাউথোকপ অমসুং অশাউবগী রাখলগী মূর্ত্তিশিংদি মথং মনাও নাইন রাউ-থাংনব কমলা মচু অমসুং অঙাঙব মচুনি।

মতম পুম্নমক্ত ঐখোয়বু, হায়রিব রাখলগী মূর্ত্তিশিং অসিন কোয়শিল্লি অমসুং ঐখোয়গী পুক্সিং অসিদ মখোয়ন অকনব ফল অম তাহল্লি। ঐখোয়গী রাখলশিং অসিগী শরুক মরী থোকপগী শরুক অমদি ঐখোয়গী নত্তে, ইচম-চম্ব অতিয়াগী ঈথক ঈপোৎশিং অসিদগী লৌশিনবনি। মখোয়শিং অসি অয়াম্বদি কত্তুব রাখল

ঙাক্লনি। মরম অদুন, ঐখোয়না মতম্ পুম্নমক্ত পুক্নিংদ ঈশ্বরগী নাম শোন্‌গদবনি। "মসিন ঐখোয়বু অপাইব ৱাখলশিং অমিগী কত্তুব ফল কয়াদগী কনবিগনি।

১৬। মায়খোংগী তেজ অমসুং শক্তি লৈরব পুক্নিংগী খোঙ্‌চৎ।

থোইদোক হেন্দোক্ল অৱাংব ৱাখলগী শক্তি লৈরবশিং অদুদ অৱাংব মায়খোং তেজ লৈবতবু ঐখোয়না উগনি।

হেন্ন অৱাংব থাক্কী শক্তি চেনব পুক্নিংগী মীশক অমন খর হন্নব থাক্কী পুক্নিংগী মীশকপু লাকশিন্‌ব ঙম্ব অসি থোইদোক্ল খঙজিননীংঙাইনি। অদুগ গুরু নত্রগ হেন্ন অৱাংব গুণগী মীশক অমগী মমাঙদ করি ওইকম থোকপগে হায়বদু পল্লদুনা কায়দে। মহাক্ না অমসু ঙাঙত্রবসু চুম্নদ—মহাকী মমাঙদ কম অসিমক পুক্নিংদ জ্ঞান ফাওরকপ অমসুং অনৌব থোইনশিন্ন কম্না ঐখোয়গী পুক্নিংদ হানজিনবিরকপ অমনি। পুক্নিং অসিন তেজ (Aura) হায়বদি পুক্নিং নত্রগ ৱাখলগী মঙাল পুরকই। Aura হায়ব অসিগী সংস্কৃত ৱাহৈদি তেজ হায়বসিনি. মসি পুক্নিংগী লমদম অদুদগী থোরকপ অৱাংব নত্রগ মঙালগী অকোয়ব অদুনি। মখোয়গী মপুক্নিং অদু মপুঙ্ ফানা চাওখৎলবশিং অদুদ 'পুমলং লংব অম ঐখোয়দ ফাওগনি। মসি য়াম্ন থাপ্ন শন্দোকই অমসুং মাগ নক্লরুব মী কয়ান মদুগী কান্নব ফল ফংই। মনোবিজ্ঞানীক নত্রগ প্রানীক নত্রগ পুক্নিংগী তেজশিং অসিদগী অধ্যাত্মিকী তেজনা য়াম্ন হেন্ন মপাঙ্গল কল্লি হায়বসি খঙজিনবা য়াই।

১৭। রাখলশিং অমসুং পুক্লিংগী ফিবমশিং অসিগী খোঙচৎ।

অরাব পুক্লিংগী ফিবমদ লৈব মীশিংন অরাব মশেল তিন্নীংই অমসুং অতোপ্পশিংদগী অমদি প্রকৃতিগী অহাঙ্ব অতিরাদ রেকোর্ড তৌদুন লৈহৌবশিং অসিদগী অরাবশিং লোথোরকই।

আশা লৈব, থাজব য়াব অমসুং করাও তয়াম্বগী রাখল লৈব মীশিংন অতোপ্পশিংদগী মখোয়গ মরূব রাখলশিং অন্ধু লোশিন্নকই। মখোয়দি মতম পুন্নমক্ত মখোয়ন হোৎনজব অদুদ মঙ্গায় পাকচৈ।

নত্তু-ওইদব পুক্লিংগী ফিবমশিং নীংব-কায়ব, অশাওব, তুকচ-বশিং অসিন অতোপ্পশিংগী ফত্তবব শীল্লি। মখোয়ন অসিগুম্ব ফত্তব পুক্লিংগী ফিবমশিং অসি অতোপ্পশিংদম্ভ শন্দোকই। মখোয়শিং অসি মরাল লৈব ওাক্তনি। মখোয় অসিন রাখলগী সংসার অসিদ য়াম্ন চাউরব অমাঙব কয়া থোকহল্লি।

সুংঙাইব অমসুং মায়থোং মকা লাম্ব মীশিং অসি সমাজ অসিদ পীবিব ক্লপা অমনি। মখোয় অসিন অতোপ্পশিংবুম্ব সুংঙাইহল্লি।

নহা ওইরিবী, মশক ফজবী মুপী অমন মহাকী মথজাই নক্রম মনাতোনদ য়াম্ন থীন অমোৎপ মওং চাদব অম লৈরব কান্দ মমায় থুমদুন লৈব অমসুং মপান থোরক্তুন সমাজগী মনুঙদ ময়ামপ তিন্ন-নীংদব অদুমক মান্নন নহাক্ল নীংব কায়ব ফিবমদ লৈরিবৈদ, হজোইব ফিবম নক্রগ মিহৌবগী ফিবম অমদ লৈরিবৈদ নহাক্ল সমাজদ থোরক্তুন নহাকী নমায়বশিং অমদি অতৈ অতোপ্প

মীশিংগ ভিন্নহৌইদবনি। মরমদি নহাক্ হায়রিব ফিবমশিং অদু অতোপ্পশিংদ শন্দোক্লগনি। নহাক অসি সমাজদ কিনম্লম অমম্ভইরগনি।

১৮ ৱাথল হায়ব অসি সংসারগুংন কোয়চৎ চৎলি।

ৱাথল্‌ন থাঙ্গশেংনমক ত্রেঙ অসি থাদোকই অমসুং কোয়চৎ চৎলি। অফব নত্রুগ ফত্তব ৱাথল অমন মুপা অনগী ত্রেঙদু থাদোকপদ মসিন মন্ নত্রুগ পুক্নিংগী ঈথক ঈপোম অসিদ কাথৎ-লকই অদুগ মদুন য়াম্ন লাপ্ন অমসুং পাক-চাউনা মায়কৈ খুদিংদ শন্দোকই।

মসিন অতোপ্পশিংগী ত্রেঙশিংদসু চঙই। হিমালয়গী গুহা অমদ লৈব সাধু অমন আমেরিকাগী কাচিন অমদ শক্তি লৈরব ৱাথল অম থাদোকই। গুহা অমদ মশাবু শেংদোকপ লাক্লরিব মহাক অদুন ভশেংনমক সংসার অসিবু শেংদোকই অমসুং সংসার অসিবু পাক্-চাউন ভেংবাংই। মতোন্দগী থোরক্পা অশেংব ৱাথল অদুন মদুবু পামজ্জব মীশিং অদুক চঙখিবদ কনাগুম্ব অমত্তন থিংব-ঙমদে।

পৃথিবীগী লৈমায়দ লৈব ঈশিং মরিক থুদিংদগী মুমিৎলক অরেপ্প লৈত্তন মনিল চিংথৎপগুম অমসুং অসুম্ন চিংথৎপ্রক্ মনিল-শিংন লৈচিল ওইবগুম নহাক্ থাদোয়কপ নহাক নশামকী চান্ন থগ্গব ৱাথল অদু ৱাংন কাথৎলকনি অমসুং মহাক্কা অভিন্না অসিদ ভাউথৎলকনি অমসুং নহাক মায়ব অতোপ্পশিংক থাদোয়কপ

ৱাখলশিংগা তিনৈ। মমৈথংদ মসিগী অশেংবা ৱাখলশিং অসিনা পান্নৱা শক্তি কয়াবু জয় তোননবা অকনবা শক্তিগা লোয়নন কুমথরকনি।

---

## তাল্ল মশুবা শক্তুপ

### ৱাখলগী শক্তি অসিগী মগুণ খ্মসুং শিজিন্নবা

১। ৱাখলগী ঈথকাশিংন (Thought Vibrations) অতোপ্পবু সেবা তৌ।

অশেংবা সাধু নত্রগা সন্ন্যাসি অমন মহাক্কী ৱাখলগী ঈথকশিং শীতিন্নদুনা মক্কাক তৌনিঙ্বত তোব ঙমই সন্ন্যাসি নত্রগা যোগী অমন কবিগুরু সংস্থান অমগী প্রসিডেন্ট নত্রগা সমাজীক নত্রগা রাজনীতিগী আন্দোলন অমদ লুচিংবা ওইবগী দরকার লৈতে। মসিদি অপঙবা অমসুং অঙাংমানবা ৱাখল অমনি।

ভারতবাসিশিং অসিনা হৌজিক্তি নোংচুপলোমগী ধর্ম শন্দোকপশিংগী ৱাখল লৌনরক্রে, অদুন সন্ন্যাসিশিংসু মপান থোরক্তুনা সমাজগী অমদি রাজনীতিগী লম্বী কয়াদ শরুক য়াগদবনি হায়নরক্রে। মসি অৱাবগী মশক ওইরবা অৱানবা অমনি।

সন্ন্যাসি অমন, াধু অমন সংসার অসিবু মথেং পাংথিনবগী-দমক স্টেট-ফোর্মদ কাদুনা প্রজাশিংগী মপুক্কিং থোগৎলুবগী দরকার ওইদে।

সাধু খর অমাদ মশান থূদম ওতচুন শন্দোকই। মখোয়গী পুক্নি অচুদি শিক্ষা হান্নবতুগী মূর্ত্তিনি। মখোয়বু দশন তৌজবমক্তদ মী লিশিং কয়া কয়াগী মপুক্রিং থোগংলিবনি।

সাধু অম হায়বসি অতোপ্পশিংগী মফমদ দিব্য-জ্ঞানগী সেংদ্রব থাকনকম্ অমনি অশেংব সাধুশিংবু দর্শন তৌজবদগী মী কয়াগী মফমদ আধ্যাত্মিকী থৌইনশিন পোক্লে

সাধুশিংগী ৱাখলগী ঈথকশিং ( Thought Vibrations ) বু কনানম্ভ পীংব ঙমদে। মখোয়গী অশেংব, অকনবা ৱাখলগী ঈথকশিং অদু য়াম্না থাপ্না চন্নুন মী লিশিং কয়াগী মপুক্রিংদ চঙদুন সংসার অসিবু শেংদোকপি। হায়রিব অসিদ চিংননীঙাই লৈতে।

## ২। পাউতাক পীদুন ডাক্তরশিংন লায়েংব ঙমই।

ডাক্তরশিংন পাউতাক পীবগী বিজ্ঞান অসিগী মপুং ফারব জ্ঞান অম লৈগদবনি। পূকচেলশেংব, মীয়ুংশি খঙব ডাক্তরদি য়াম্না তাঙলবনি। পাউতাক পীবগী জ্ঞান লৈতব ডাক্তরশিংন ফনব তৌবদগী ফত্তনব তৌবন হেল্লি। মখোয়ন করিগুম্বদ অনাবশিংবু দরকার লৈতন কিহন্দুনা হাৎপস্থ য়াওই।

করিগুম্ব ইচম্ চম্ব, সাধারনশিংন লোক খজিক্তং থুংবক ডাক্তর অদুন হায়, 'মরুপ। হৌজিক নহাক টি, বি, পক্লে। নহাক ভোৱালি নত্রগ সুইজারলেণ্ড নত্রগ ভিয়েনাদ চৎপা তারে।, নহাক টি, বিগী ইঞ্জেক্সন কাপ্পা তারে"। মসিদ মরাক্লবক থীবক অনাব অদুদি কিবদ লোইরে। যক্ষাগী করিগুম্ব খূদম অমক্ত লৈতব ইচম চম্ব,

চুম্ন থবাক্ত মুংশিং থর ফুখিতুন নপ্ থর চোবতুবু ডাক্তরগা মাঙ্-নবগী মশক ওইব, লায় পাউতাক পীশিনব অংমদি কিহন্ব অতুন অনাব অদু থাঙ্গেশেংন থবাক অমসুং খোনাউগী অনাব (phthisis) ওইরকই।

ডাক্তরন মহাক অদুদ হায়বিগদবনিঃ "ও' মসিদ কারিস্থ লৈতব অমনি। মসিদি ইচম চম্ব লোকনি। নহাক হয়েংদি শোয়-দন ফরগনি। মুংশাখর চিংশিনবদ মুংঙাইনব থাউগুম্ব করিগুম্ব থর নাতোন্দ হায়্। চিঞ্জাক্ত থর শেমদোকউ। নহাক ছসি অসিমক চরা হেন্দোকপ য়াম্ন ফগনি।" অসিগুম্ন হায়রব ডাক্তর অসিদি ঈশ্বর অদুমক্কি। মহাক অদুদি পূজা তৌগদবনি।

মসিদ ডাক্তর অমন হায়রক্প য়াই। "ফরে, অদুদ ঐন মসি তৌরবদি ঐগী থবক অসিদি মাঙ্রু তারে। সংসার অসি ঐ হিংবদ মুংঙাইররোহ।" মসি অরান্ব অমনি। অচুম্বদি মতম পুম্নমক্ত মায় পাকপনি নহাক্ত থোজাল হৈব অমসুং মীমুংশি খঙ্ব অম ওইরবদি মী পুম্নমক্ত নঙোন্দ চেনশিননরকনি। নহাকী প্রাক্তিস অদু মীন ঙুং-ঙুং ঙংলরগনি।

পাউতাক পীদুন লায়েংব অসি চৎনৈ। মসিদি হিদাক য়াও-দন লায়েংব অমনি। মসিদি পাউতাকপু হিদাক ওইনা শীতিম্ন বগী জ্ঞান অমনি। অফব অমসুং শক্তি লৈরব পাউতাক্ত নহাক্ত লায়ন মখল খুদিংমক লায়েংব য়াই। নহাক্ত মসিগী বিদ্যা অসি তমশিনগদবনি অমসুং মসিবু প্রাক্তিস তৌগদবনি। হোমিও-পেঠিক, এল্লোপেঠিক, আয়ুর্বেদীক অমসুং য়ুনানীগী লায়েংবশিংন

অ সগুম্ব বিদ্যা অসি থঙ্জিনগদবনি। মখোয়না মসিগী মহৈ অসি মখোয় মখোয়গী নিয়মশিং অতগ লোয়নন শীজিন্নগদবনি। মসিগী অনি পুন্সিনব অসিন মখোয়গী প্রাক্টিস অদু মীন ঙু:ং-ঙু:ং তিন্নগনি।

৩। যোগীশিংনা বাখল থাদোক্নুন পাউ শন্দোকই।

মখোয়গী অধ্যাত্মিকী ঈথকশিং (Spiritual Vibrations) অমদি চিংশিন্নবগী মশাক ওইরব তেজশিং অসিন মরম ওইদুনা মীম খঙ্নহনব অশেংব যোগীশিংনা প্লেট ফোর্মদা কারিব "যোগীশিং-দগী" হেক্ন সংসার অসিবু হেংবাংই। ধর্ম্ম প্রচারগীদমক্ত খাইদগী বাংনা থক্লিব আসনশিংদগী নত্রগ প্লেট-ফোর্মশিংদগী ধর্ম্ম প্রচার তৌরিবশিং অদু অধ্যাত্মিক জ্ঞান লৈত্রিব অমসুং থোইদোক-হেন্দোকপ অৱাংব জ্ঞান অমদি মখোয়দা য়াওজারিব শক্তিশিং অদু খম থেংনা শীজিন্নত্রিব অনিশুব থাক্কী মীতাশিংনি।

অথঙ্-অহৈশিং অমসুং মহাত্মশিংনা পৃথিবীগী তোঙান তোঙানব মফমশিংদা লৈব মখোয়গী মতিক চাব শিষ্যশিংদ মখোয়গী বাখলশিং অদু বাখল থাদোকপগী মহৈয়না ( Telepathy ) পাউ ওইনা থাদোকই। ঐখোয়দা থোইদোক হেন্দোকপ অঙকপ ওইনা খোল্লিব পাউ থাবগী উপাই অসি যোগী অমদি যাম্না চমত্রব সাধারণ ওইহৌবা অমনি।

৪। অতোপ্পশিংবু বাখলনা ঈনশিন্নব:-

নহারু অতোপ্প মুপা অমবু করিগুম্ব খোল্লেল থোক্‌প লোল, অমত্ত য়াওদনা ঈনশিনব (influence) ওমই। মরকার লৈরিবদি

নীংবগী শক্তিন য়োকখৎলব ৱাখলগী চপ্ চুংব অনিঙব অদুনি। পুক্নিংন পাউ থাব টেলিপেথি হায়বদু মসিনি।

নহাক্না টেলিপেথিদ সাধন তৌগদবা পাওা অম মসিদ লৈরে। অথাঙ্বদ লৈব নহাক্কী মরুপ নত্রগ নচিন মনাও অমগী মরমদ ৱাখল তৌ। নহাক্কী নবুক্নিংদ মকাক্কী কমায় অদুগী ভশেং ভশেংব মমি অম তাহল্লু। করিগুম্বা নঙ্ন মহাক্কী ফোটো অম লৈরবদি মদুদ মুন্ন য়েংউ অমস্তুং মদুদ পোক্লেল থাক্না ৱা ঙাংচু। নহাক্না ফমুংদ তুম্বা চঙ্বদ ফোটো অদুগী মরমদ য়াম্না পুক্নিং চঙ্ন খল্লু। মথংগী সুমিত্ত নত্রগ অদুরাইদ মহাক্না নঙোন্দ অপাম্ব মতুং ইন্না চিঠি ইরকপ য়াই. মসি নখান হোৎনৌ চিংনগনু। নহাক্না য়াম্না ঙকনি

নহাক্না টেলিপেথিগী বিজ্ঞান অসিদ মাম্না পাক্নি অমস্তুং চেৎন থাজগনি। করিগুম্বদ, নহাক্না করিগে। অম ইরিবদ মত্রগ খবর পারিবদ ইথঙ খঙহোদন নহাক্কী নরব মরুপ মপাং অমস্তুং নমা নচা অমদগী পাউ তাগনি। মতুদ নহাক্না মাগী মরমদ অথুব ৱাখল লাক্নি। মদু মহাক্না পাউ থ রকইবনি। মহাক্না নহাক্কী মরমদ য়াম্না কম্ন খন্দুন তৌরিবনি।

ৱাখলগী ঈথক ( Thought vibration ) অসিন মঙাল অমস্তুং বিজুলিদগী হেন্না য়াঙন চৎলি। অসিগুম্বা ফিবমশিং অসিদ, করিগুম্বদ পুক্নিংগী লৈখা ( subconscious mind ) অসিন পাউ নত্রগ পুক্নিংগী মমিশিং পোৎশল্লি অমস্তুং মদুবু পুক্নিংদ জ্ঞান ওইন ফাওহল্লকই।

৫। ৱাখলগী শক্তি অসিগী মথক মথা অয়াম্ব শীক্তিন্নরুকম।

ৱাখল শক্তিগী বিজ্ঞান অসি য়াম্ন নুঙাইৱ অমসুং য়াম্না কুপ্প অমনি। ৱাখলগী সংসার অসিন মপাম্বোংগী পোৎকী ওইৱ সংসার অসিদগী হেম্ন অশেংৱ-অওইৱ হায়ৱদু ওই।

ৱাখলগী শক্তিদি য়াম্ন কন্ৱনি। নহাকী ৱাখল খুদিংমক অদু নঙোন্দদি মশাগী মমল লৈজৱ ঙাক্তনি। নহাকী হকচাংগী পাঙ্গল, নহাকী পুক্রিংগী পাঙ্গল, নহাকী পুন্সিদ মায়পাক্পা অমসুং নহাক্ত অতোপ্প নহাকী মরুপ-মপাংশিংদ নুঙাইহনখিৱ কয়া— পুন্নমক অসি নহাকী ৱাখলগী মওং অমসুং মগুণ অদুগী মতুং ইনৱ ঙাক্তনি। নহাক্ত ৱাখলগী কল্চর অসি খঙজিনগদৱনি অমসুং ৱাখলগী শক্তি অসি কন্খৎহন্গদৱনি।

৬। ৱাখলগী শক্তিশিংগী মমল্।

করিগুম্ব নহাক্ত ৱাখলগী ঈথৱ-ঈপোমশিং ( Thought Vibration ) অসিন তৌরিৱদু নীংথিন খঙ্জৱ, ৱাখলবু লাক-শিন্নৱগী নিয়মশিং অদু খঙলৱ, অতোপ্প অরাপ্পদ লৈৱশিংদ কাম্নগদৱ অশেঙৱ শক্তি লৈৱ ৱাখল থাদোকপগী নিয়ম অদু খঙ্লৱ অদু ওইরৱদি ৱাখলগী শক্তি অসি নহাক্ত শরুক লিশিং অম হেন্না কান্নৱ মওংদ শীজিন্নৱ ঙমগনি। ৱাখল হায়ৱ অ সন অঙকপ কয়া তৌই।

অরানৱ ৱাখল্ন পূক্রিংদ কাজিন-পুনশিন্ৱ নুঙাইতৱ থোক-হল্লি। অচুম্ব ৱাখল্ন পূক্রিং নুংঙাইৱ, নীঙ্তম্ব থোকহল্লি। মরম

অদুন চুপ্প খল্লু অমসুং ননিঙ্ভম্ব অদু ফংঙ্। পুক্নিংগী শক্তিবু খঙজদুন নঙোন্দ লোক্তুন লৈরিব অঙকপ থবক কয়াগী শক্তিশিং অদু হাংদোকউ। নমিৎ উইশিল্লু। তপ্প খ্যান ভৌ। নহাক্ন অরাপ্প পোৎশিং উব ফংগনি, অরাপ্প খোঞ্জেল তাব ঙমগনি, পৃথিবী অসিগী করিগুম্ব মফম অমদগী হেন্দোক্লুন অতোপ্প গ্রহ অমদ ফাওবসু পাট্ট থাব ঙমগনি। নঙোন্দগী মাইল লিশিং কয়া লাপ্প লৈব মীশিংগী অনাব লায়েংব ঙমগনি অমসুং অরাপ্প মফম অমদ মতম ঙাইহাক্নংগী মনুঙদ চৎপ ঙমগনি।

পুক্নিংগী শক্তিশিং অসিবু থাজৌ। অপাম্ব পুক্নিং-চঙ্ব, অনিঙ্ব, থাজব অমসুং থব্রাম্ন য়াওশিনব হায়ব অসিন পাম্লিব ফল অদু পীবিরকনি। পুক্নিং হায়বসি আত্মাদগী থোরকপ মহাক্কী মায়া নত্রগ শুমহৎপ শক্তি অদুদগী থোরকপনি হায়বসি নীংশিংঙ্।

৭। ব্রাখলশিং অসিন অকক্নব থবক কয়া মপুং ফাহল্লি।

নহাক্ন অব্রাবদ তারব মরুপ অমদ মুঙাইব অমসুং অচুম্বন-চিংবগী ব্রাখলশিং থাদুন নহাক্ন লৈরিব মফম অদুমক্নদগী মতেং পাংব য়াই। নহাক্ন খঙ্জব অশেংব, অচুম্ব ব্রাখলশিং অদু শীজিন্নদুন নহাক্ন অচুম্ব থৌরিব মরুপ অমবু ভেংবাংবিব ঙমই।

নহাক্ন পুক্নিংগী অতিয়াদ অশেংব অমসুং থৌইনশিন পোক্পব ব্রাখল কয়া মখোয়ন লৌশিনজব ঙম্বব থাদোকপ ঙমই।

করিগুম্বদ নহাক্ন কনাগুম্ব মুপা অমদ মুংশিবিব অমদি মতেং ওইজগদব ব্রাখল অম থাদোক্লবদি মসি নহাক্কী ত্রেগু থাদোক্লন

মুপা অদুদ চুমথ্রিং চ লি অদুগ মুপা অদুগী মপুক্লিংদ মদুগ মারব রাখল পোক্লকই অমসুং নঙোন্দ মদুগী শরুক অনি মপাঙ্গল কন্-খৎন হল্লকই।

নহাক্ন কনাগুম্ব মুপা অমদ তুকচ্চব রাখল অম থাদোক্লবদি মদুন মুপা অদুদ চৈনা অম পীগনি অদুগ মদুন নঙোন্দসু শরুক অনি হেন্ন কন্ন হল্লক্লুন চৈনা পীরগনি।

মরম অদুন, রাখলগী নিয়মশিং অসি খঙ্জিল্ল। মতম পুম্নমক্ত ঙাকপীব মুংশিবিব অমসুং থৌজালবিব রাখলশিং অসি-দমক নহাক্কী নপুক্লিংদগী থাদোরকউ।

নহাক্ন অতোপ্পদ উপায় ওইগদব রাখলশিং থাদোক্পা মতমদ মদু চপ-চান, অচুম্ব মওংদ অমসুং লক্ষ থমদুন তৌ। মদুতদ মসিন অপাম্ব ফল অদু থোক্হন্ব ঙমগনি। মদুতদ রাখল অকক্লব থবক অম নীংথিন পাঙথোকপ ঙমগনি।

## ৮। থবক তৌনব ঈনশিন্নিব রাখলশিংগী শক্তি।

থবক্কী পোরমশিং অমসুং মখোয় অদুন পুক্লিং অসিদ ওই-হল্লক্প ফলশিং অদু ময়েকশেংন খঙজিল্ল। নহাক্ন পোরম খঙ্ন থবক তৌবগী মরমদ চেকশিনগদবনি। কনাগুম্ব অমদ অমাঙব ওইরুগদব অরান্ব পোরম অমত্ত শীক্তিন্নরুগনু। নহাক্কী য়াম্ন অমাঙব অমসুং মঙোন্দ উপায় ওইগ্রব থবক কয়া ওইরকনি। নহাক্ন রা ঙাঙথোক্তিবৈদ নীংথিজন খলহৌ।

ওজাশিং অমসুং প্রোফেসারশিংন পোথি-পোরমশিং অসিগী জ্ঞাণ নীংথিন লৈগদবনি। মখোয়না ছাত্রশিংবু নীংথিন মায়-পাক্ন মহৈ তম্বীব অমসুং হৌদোকপিব ঙমগনি।

খা ভারত্তা ইমুং-মনুং অঙাং কপ্পদ মমা-মপাশিংন কিহন্দুন থেন্নব বাহৈ অম লৈ। "মসিদ য়েংঙু, বালু, ইরেনন্দুকানন্ (মমিৎ অনি পানব মী) লাক্লে। তুমিন্ন লৈয়ু নত্রবদি এৈন মুপা অসিদ নঙবু পীথোক্লগনি।" "পুচাগুি (ভুট) লাক্লে।" মসিগুম্ব মখলগী নাউথেম অসি য়াম্ন মাঙ্-তাক্লবগী মশক্তি। অদুন অঙাংশিং অসি মীকিথি ওইগল্লি।

অঙাংশিংগী মপুক্লিংদি চিংথোক-চিংশিন য়াব, অথোৎপ অমসুং লাঙ্গৈন কোন্ব য়াব অমনি। চহি মতাং অসিদ তাখিব পুক্লিংগী মমিশিংদি মরেক শেংন লৈ। মখোয়না চাউরক্লব ফাওবদ পুক্লিংগী মমিশিং অসি হোংদোকপ নত্রগ মুথৎপ য়াররোইদব ঙাক্কনি। অদুন অঙাংশিং অসিন মী অম ওইন চাউরক্লব ফাওবদ মশাদ কিগন্ব পোকই।

মমা-মপাশিংন মচাশিংগী মপুক্লিংদ থৌনা হায়বদু হাল্লিন-বিগদবনি। মখোয়না হায়বিগদবনি "মসিদ নোংশা অম লৈরে। লাই অসিদ লৈরিব নোংশা অসি য়েংউ। নোংশা অমগুম্ব ওংঙু। থৌনা ফব ওইয়ু। শিবাজী, অর্জ্জুন নত্রগ ক্লাইবকী ফোটোশিং অসি য়েংঙু। অকিব লৈতব হায়বদু ওইয়ু।

নোংচুপলোমদদি ওজাশিংন অঙাংশিংদ লানগী ফোটোশিং উৎলি অদুগ হায়—"মসিদ য়েংঙু জেমস, নেপোলিয়ানগী ফোটো

অসি য়েংঙ্। মহাক্কী থৌনা কব মতৌ অসি য়েংঙ্। মহাক লাম্মীশিংগী কমান্দর-ইন-চিফ নত্রগ ব্রিগেদিয়ার জেনরেল ওই-নীংত্রা ?" মথোয়না অঙাংশিংবু পীক্লিঙৈদগী হৌন মপুক্লিংদ থৌনা হাপ্পিরমই। মথোয়না চাউরক্লগ হায়রিব পুক্লিংগী মমিশিং অসি অতোপ্প মপানগী থৌইনশিন ফংদুনা মপাঙ্গল কন্থৎলকই।

৯। ৱাখল থাদোকপগী সাধনা তৌ।

অফানব :হৌগৎলকপদ অনকপদ টেলিপেথিগী সাধনা তৌ। মসি অহানবদদি মুমিদাংগী মতম্দ সাধন তৌব হৌবন হেন্ন কৈ।

নহাক্কী মরুপ অদু পুং ১০ তাবদ পুক্লিং চঙ্ন পাউ লৌনবগী ফিবমদ লৈনব হায়নৌ। অমম্ব কা অমদ নমিৎ উইশিন্দুনা বজ্রাসন নত্রগ পদ্মাসন্দ ফম্বব হায়নৌ।

হায়নখিব মতম অদুমক্তদ নহাক্কী পাউ থাখিনব হায়নৌ। নহাক্ক থাগদৌরিব পাউ অদুদ ধ্যান তৌ। হৌজিক কন্ন নীংঙ্। ৱাখলশিং অদুন নহাক্কী ব্রেণ অদু থাদোকখিদুনা নহাক্কী মরুপ অদুগী ব্রেণদুদ চঙ্খিগনি।

হৌগৎলকপদ অম নত্রগ অমদ অরান্ব থর য়াওব য়াই। নহাক্ক সাধনাদ থুমাঙ চাউশিল্লকপ অমদি হৈ-শিংলকপগী মতং ইন্ন চুন্ন পাউ থাব অমসুং লৌশিন্ব ঙম্মকনি।

মতুংদ নহাক্ক পৃথিবীগী মফম অতৈ অতৈদ পাউ থাব ঙম-মক্কনি। ৱাখলগী ঈথকশিং অসি কুংশিন্ব অমসুং শক্তিদ খেন্নব লৈ। পাউ থারিব অমসুং পাউ লৌরিব অনিমক্ক য়ান্ন অকন্ব

ধ্যানগী সাধনা তৌব দরকার লৈ। অদু ওইরবদি পাউ অদু চপ চাব অমদি শক্তি লৈব ওইগনি, অময়োমদস্তু পাউ অদু শেংনা লৌব ঙমগনি। টেলিপেথি অসি অহান্ ব সাধনা হৌগৎলকপদ য়ুম অমগী কা অমদগী অতোপ্প কা অমদ তম্মু।

অসিগুম্ব বিজ্ঞান অসি য়াম্ন মুংঙাইব অমসুং পুক্নিং চিংশিন্-গন্ ব অমনি। মসিদি খাঙ ্ব কন্ বগ লোয়নন সাধনা তৌগদবনি। মসিগীদমক ব্রহ্মচার্য্য হায়বসি য়াম্ন মরু ওইব অমনি।

## ১০। থোইদোকপ মনোবিজ্ঞান অমসুং পুক্নিং লৈথানুংগী ৱাথলশিং।

শেংলব গঙ্গাগী ঈচেলন গঙ্গোত্রি, হিমালয়দগী হৌরক্লুন চহি চুপ্প কংব নাইদন গঙ্গা সাগরদ তাব অদুমক হেক মান্নন ৱাথলগী ঈচেল অসিসু বাসন নত্রগ অকুপ্প পুক্নিংগী অপাম্বশিংগী লৈফম ওইব পুক্নিংগী লৈয়োলমুংদ লৈরিব সংস্কার ( পুক্নিংগী মমিশিং ) অসিদগী হৌরকই অমসুং মিকপ থোকপ, তুমদব মতম অমদি তুমদুন মঙ মঙ লিঙৈদ থেংনব পোংশিংগী মায়কৈদ অয়েপ্প লৈতন চেনশিল্লি। রেল গাড়ীগী চাকাশিং অদু য়াম্ন শারব মতমদ ইঞ্জিন থম্ফমদ রেলগী ইঞ্জিনশিং পোত্থাহন্দুন থমই, তৌইগুম্বসুং অঙকপগী মশক ওইরব পুক্নিংগী ইঞ্জিন অসিদি মিকুপ অমত্তসু পোত্থাব লৈতন ৱাথলগী লম্বীদ চৎথৈ।

টেলিপেথি মীগী পুক্নিং খঙ ্ব, মিত্রং তৌব অমসুং মনো-বিজ্ঞানগী লায়েং অসিনচিংবগী মরমদ তৌব সাধনাশিং অসিন পুক্নিং হায়বসি তশেংন লৈ অদুগ অৱাংব অচৌব পুক্নিংন অনেম্ব

হন্থব পুক্লিংবু লাকশিনব ঙমই হায়বসিগী প্রমাণ তৌরবনি। কোলোম মতোম্তন লাইরিক ইহনবগী থবক (automatic writing) বু অমসুং মিত্রংন শুমহৎলব মী অমগী হকথেংনব জ্ঞানশিং অসিদগী লৈখা-থংব পুক্লিংগী শরুক (Sub-conscious mind) হায়ব অম পুং কুনমরি থবক লেপ্তুন শূদুন লৈ হায়বসি ঐখোয়ন তশেংন খঙলবনি। আধ্যাত্মিকী সাধনা তৌদুন ৱাখল অমসুং পুক্লিংগী লৈখা থংব শরুক অদুবু হোংদোকউ অমসুং অনৌব মপোক অম লৌ।

## ১১। অকনুব দৈব্য জ্ঞানগী শক্তি।

ৱাখল অসি পুন্সিনি। নহাক্ন খল্লিব অদুমক নহাক্ন ওই-রিবনি। নহাকী ৱাখল অদুমক্ন নহাকী ফিবম শেম্নি। নহাকী ৱাখল অদুমক্ন নহাকী সংসার ওইরিবনি।

নহাক্ন অফব ৱাখলশিংত খন্দুন নশাদু হকচাং ফন থম্ব ঙমই। নহাক্ন নবুক্লিংদ ফত্তব ৱাখল ঙাক্তু য়োক্তুন থম্ব, লায়না চেল্লব মসলগী ৱাখল, শিংলি শোনবগী ৱাখল অমসুং হকচাং মসুং ইন্দ্রি শেংদবগী ৱাখল কয়া লৈরবদি নহাক্ন কদৌঙৈদসু হকচাং ফন, শক ফজন অমদি পুক্লিং নুংঙাইন লৈব ঙম্লোই।

হকচাং অসিদি পুক্লিংদগী থোরকপনি অমসুং পুক্লিংগী মথা পোনবনি হায়বসি নহাক্ন কাউরোইদবনি।

নহাক্ন অফব ৱাখলশিংবু য়োকখৎলবদি নহাকী নশা অদুসু ফগৎলক্কনি। নুংশিব, শান্তি ওইব, অপেনব, অশেংব, মপুং ফাব

অমস্তুং দৈব্যস্ত্র ওইরব য়াথলশিং অদুন নহাক অমস্তুং নহাকী অকোয়বদ নৈরিবশিং অদুবু মপুং ফাহল্লি অমস্তুং দৈব্যস্ত্র ওইহল্লি। ঈশ্বরগ মরী লৈনব য়াথলশিং অদু য়োকখৎলু।

---

## মরিশুবা পন্দুপ
### য়াথলগী শক্তিশিংগী মথৌ

১। য়াথলশিং অসিন হকচাং ফহল্লি।

হকচাং অসি মনুংদ পূক্লিং অসিগ মরী লৈনৈ হায়বদগীদি হকচাং অসি পুক্লিংগী শরুক অমনি হায়বসিন হেন্না চাশিন্নে। মসিদ অকুপ্প, মিৎন উব ঙমদব অদুদগী মশক নাইব, মূর্ত্তি ওইন ফোঙদোক্‌প অমনি য়া নাবদ নত্রগ চাকথাউ নাবদ নত্রগ না-নাবদ খুদক্ত পুক্লিং অসি অনাব ওইরকই। মসি নীংথিন, মওং চুম্ন খন্‌ব ঙম্লক্তে, ইরাঙ লাঙঙকই অমস্তুং অপন্‌ব ওইরকই।

পূক্লিং অসিন য়াম্ন হন্থরক্লবদি হকচাং অসিসু নীংথিন মথৌ তৌব ঙমদে। হকচাং অসিবু অৱাব অশোক্‌প ওইহল্লিব অনাব অদুবু অনিশুব মথসগী লায়না ব্যাধি কৌই, অদুগ বাসনাশিং নত্রগ পূক্লিংদ শোকখিব অপাম্বশিং অসিবু পুক্লিংগী নত্রগ অহান্‌ব থাকী লায়নাশিং অথি কৌই।

মপানগী দেহগী হকচাং ফব অসিদগী পুক্লিংগী হকচাং ফব অসিন হেন্না মরু ওইব অমনি। করিগুম্ব পুক্লিং অসিন মশা

করবদি হকচাং অসিদি মশান অমুম ফজরবনি। করিগুম্ব নহাক্কী পুক্নিং অমসুং ৱাখল অদু শেংলবদি নহাক অহানব অমসুং অনিশুব থাকী লায়ন খুদিংমক্তগী নীংঙমগনি। "Mens sana in corpore sano" — পুক্নিং ফরগ হকচাং ফৈ।

২। ৱাখলশিং অসিন ব্যক্তিত্ববু (personality) চাউখৎহল্লি।

অফবা চী'লেম্ব ৱাখল্‌ন পুক্নিং অসি চাউখৎহল্লি অমসুং থম্মোইবু চাউথোকহল্লি। ইহান হান্‌ব ৱাখল অদুন পুক্নি'বু ময়াই কাহল্লি অমসুং অমম্ব, লায়না পক্লব ৱাখল কয়া পোকহল্লি।

মখোয়গী ৱাখল অমসুং ৱাহৈশিংবু খজিক্তং লাকশিন্দুন ফাজিল্লবশিং অদুন পুক্নিং ঈংব, চী'লেম্ব, ফজব, মায়থোং মকা লাম্ব, খোঞ্জেল সু'শিব অমসুং মমিৎশিং অদু লংন ওয় ফজব ওইহল্লি।

৩। ৱাখলশিং অসিন হকচাংগী মগুং হোংহল্লি।

ৱাখল খুদিংমক নত্রগ পুক্নিংদ ফাওরকপশিং অসিন নত্রগ ৱাহৈশিং'ন হকচাং অসিদ থেংব-য়ৈব অম ফাওহল্লি অমসুং মদুন অকন্‌ব পুক্নিংগী মমি অম থনম্মী।

নহাক্ক করিগুম্ব ওন্ন-তৈনব ৱাখল ( opposite thought ) অম শিজিন্নব হৈরবদি নহাক্ক শান্তি ওইব অমসুং শক্তি লৈরব পুন্সি অম সুঙাইন লেনব ঙমগনি। সুংশিবগী ৱাখল্‌ন খুদক্ত তূকচ্চবগী ৱাখল কোক্‌হন্‌গনি। থৌনাগী ৱাখল অম হায়বসি অকিব কোক্লবগীদমক শক্তি লৈরব হিদাক অমনি।

৪। ৱাখলগী শক্তিন লাইবক হোংব য়াই।

মীওইবন ৱাখলগী মক হুন্নগ থবক ওইন মহম লোকই।

মহাক্ন থবকী মরূ হুন্নগা হৈনবী ওইন মহয় লোকই। মহাক্ন হৈনবীগী মরূ হুন্নগা লমচৎ ওইনা মহয় লোকই। মহাক্ন লমচৎকী মরূ হুন্নগা লাইবক হায়বহু ওইন মহয় লোকই।

মীওইবম মহাক মশামকী বাখল অমসুং থবক্ন মশাগী মরাইবক শেমজৈ। মহাক্ন মহাকী মরাইবক হোংদোকপ ঙমই। মহাক্তি মহাকী মরাইবক হায়বহুগী মপুনি। মসিদ করিস্থ চিংন-নিঙাই লৈজে। চুম্ন খন্দুন অমদি কম্ন হোংনদুন মহাক্ন মহাকী মরাইবক হায়বহুগী মপু ওইব য়াই।

অপঙব মী খরন হায় ঃ– "কর্ম্মন পুম্নমক ভৌরিবনি। পুম্নমক অসি লাইবক্ন ঙাক্তনি। ঐগী কর্ম্মন ঐবু মসি ভৌ নত্রগ মহু ভৌ হায়ন তমগ্রবহুবু ঐন করিগী হোৎনরুগদৌরিবনো? মসি সুপ্ন ঐগী ইরাইবক্তম থোকহল্লিবনি।"

মসি অঙাওব বাখলনি। মসিন চপ লেপ্লব, ফমজিল্লব অমসুং অরাব কয়া পুরক্নি। মসিদি কর্ম্মগী নিয়মশিংহুবু মপুং ফাম ভাব ভানদব অমনি। মসিদি লায় য়েংলব মরৈনি। জ্ঞান লৈব মী অমন অসিগুম্বা মরৈ অসি কদৌঙৈদম্থ ভৌরোই। নঙগী মসুংদগী কুদোরকপ বাখলশিং অমসুং থবকশিং অদুমক্তন নহাক্ন নহাকী নরাইবক শেমজবনি।

হৌজিক নহাক্ন অপাম্বদ খজরগা নঙগী ননিঙতম্ব বাখল লৈ। নহাক্ন ননিঙ তম্ব থবক ভৌব য়াই। ফত্তব মী অম হায়ব অসি মতম পুম্নমক্ত ফত্তহুনত লৈয়গদব অম নত্তে। মহাকপু সাধু অমগ ভিয়হল্লু। মহাক মতম খরদংদ হোংলক্নি। মহাক্ন হৌজিক ভোঙানব মওং অমদ বাখল ভৌরম্বনি অমসুং থবক

পায়খৎলকনি অচুগ মচুন মহাক্কী মরাইবক হোংলকনি। মহাক্কী লমচৎ অচু সাধুগী মতৌ ওইরকনি।

দাকু রত্নাকরন বাল্মীকী মুনি ওইন হোংলকখি। জোগাই অমসুং মাধাইসু পুমহোং হোংখি। মখোইশিং অসি মপা নৈত্রব দাকু ওাক্ক-নি। নহাক্ন যোগী অম নত্রগা জ্ঞানী অম ওইব ঙম্মি। নহাক্ন নঙগী নরাইবক শেমজব ঙম্মী। নহাক্ন অপাম্ব মওংদ নশাগী কর্ম্ম অচু হোং-দোকপ ঙমই। ৱাখলগী শক্তি অচু শিজিন্নৌ। চুম্ব খল্লু, পুকচেল চাউথোকউ। নহাক্কি সূপ্নগী "খন্ব" অমসু "তৌব" হায়রবসিদমক হোংনগদবনি। চুম্ব খন্ব, অচুম্ব পাম্ব, অচুম্ব তৌব হায়রবসিন যোগী অম ওইব ঙমই অমসুং মিলিয়োনারি অম ওইব ঙমই। অফব ৱাখল অমসুং অফব থবক্ন, অফব কর্ম্মন নহাক্ন ইন্দ্র নত্রগ ব্রহ্মাগী পদবী ফাওব ঙংব ঙমই। মীওইব অসি উপাই লৈজত্রব জীব অম নত্তে। মহাক্কি মশামক্কী মনিঙ ঙম্ব ৱাখল অম লৈজবনি।

৫। ৱাখলশিং অসিন হকচাং মনুংদ অকায়ব (Physiological disorders) থোকহল্লি।

ৱাখলদ ফাওরক্প অহোংব থুদিংমক্ন নহাক্কী নপুক্সিংদ ইনিল পীরক্নি (makes vibration) অমসুং মসিন মপানগী হকচাং অসিদ অমুক থাদোরকপ নহাক্কী ত্রেঙগী শিংলিশিং অচু মথৌ তৌহল্লি (causes activity)। অসিগুম্বা শিংলিগী থবকশিং অসিন রাম্ন য়াঙলবসু য়ান-শিন্নব মওং কয়া মখোয়দ থোকহল্লি। হায়রিব অহোংব থোকহল্লিব পুন্নমক অসি ৱাখলগী থবক্তগী ওই-রক্প ঙাক্কনি।

অকন্‌বা কাম; ভুকচ্চব, মতমকুইন য়াম্ন ৱিহৌবকপা, মতম শাংব লাওতক্নব, শাউগনবশিং অসিন তশেংনমক হকচাংগী মচাক-শিং অসি মাঙহল্লি অমসুং থম্মোই, ফিরাক, ঈশিংকোম, পৈ, অমসুং চাকখাউনচিংবগী লায়না পোকহল্লি।

মসি য়াম্ন নিঙথিন খঙজিন্‌ব য়াব ৱাফম অমনি মতুদি হক-চাংদ লৈরিব মথুলশিং (অহোব মচাশিং = cell) অসি পুক্লিংদ ফাওরকপ ৱাখলশিং অতুগী মতুং ইন্ন শিথব নত্রগ চাওখৎলকপ নাই, পুক্লিং শিথরকপ নত্রগ পুক্লিং কনখৎলক্‌প নাইরকই মরমদি নহাক্ন য়াম্ন কম খন্‌ব মুর্তি অদোমদ নহাক অসি লৈশিল্লকই।

পুক্লিং অসিন করিগুম্ব অকক্নব ৱাখল অমদ লৈশীল্লকপদ অমদি মতুদ লেঙ্‌দন লৈব মতমদ ৱাফম অতুদগী অৱেপ্ন ঈথক ঈপোম (vibration) অম হৌরকই অমসুং তত্তুন মসিগী ঈথক অসিন হন্ন হন্ন কুওশিন্ন হৌরকপদ মশা মথন্তুন হৈনবী শাক্তৎ ওইরকই। হকচাং অসিন পুক্লিং অসিগী মতুং ইল্লকই অমসুং পুক্লিংগী অহোংব কয়া অতু মতৌ তম্নকই। করিগুম্ব নহাকী ৱাখল অতুন পুক্লিং চঙলক্লবদি মিৎ অসি লেপলকই।

## ৬। ৱাখলগী শক্তিন ফিবমশিং (Environment) শেমই।

মীওইব অসি মহাকী অকোয়বদ লৈরিব ফিবমশিং অতুগী শক্তিন ওইবনি হায়বসি তোম্নন হায়নব অমনি। মসি অচুম্বদি নত্তে। মসি ঐখোয়ন খাজব ওমদে, মরমদি মতম পুম্নমক্ত থৌ-দোক্ন মসিগী ওম তৈনবগাক্ত থোকই। পৃথিবীগী থাইদগী চাউব

মুপা কয়া কয়া লাইরব অমসুং খুদোংচাদব ফিবম কয়াগী মথাদ পোক্লকই।

ধর্ম্মশালা অমসুং অমোংপ ফিবমশিংদ পোকপ কয়াসু পৃথিবীদ খ্বাইদগী য়াংন কাখিব লৈ। রাজনীতি, সাহিত্য অমসুং কবিতাদ মখোয়গী মমিংশিং অদু শৈশরুরি। মখোয়শিং অদু অরংব লাইপোক অমসুং পৃথিবী অসিগী লমজিং মৈরা পায়খিবশিংনি। মসিবু নহাক্ল কয়িনি হায়ন লৌবগে ?

সার টিঃ মুথুস্বামী আয়ার হায়ব ভারত বাসিশিংগী মথুংদ অহানব মদ্রাজ হায় কোর্টকী জজ অদু খ্বাইদগী থমখেংন লায়রব অম ওইন পোকই। মহাক্ল অহিংদ ম্যুনিসিপালিটিগী লেমতোন্ থাং-মৈদ লাইরিক ওরাইখি। মহাক্কী মতিক চান চা-ননব লৈরমদে। মহাক ফি শেগায়ব শেৎলমই। মহাক্ল কয় লানথেংনখি অমসুং অচোব ওইখি। মহাক্ল মহাক্কী অকন্ব নিঙ্ন শক্তি অমসুং লেঙদ্রব য়ারেপ্ন মহাক্কী ফত্তব ফিবমগী শক্তিবু নমথখি।

নোংচুপলোমদদি মুচী অমসুং ডুমশিংগী মচাশিংন য়াম্ন য়াংব থাক ফাওব কাথৎনরকই। লন্ডনদ খোঙ্প কাপ-থাব অমসুং মুথকফমদ মু-:য়ানব য়াওব অমদি হোটেলদ চানব থোং-থাকপ মুপা মচাশিংন অফাওব কবিশিং অমসুং মায়পাক্লব জর্নেলিষ্টশিং ওইখিব কয়া লৈ।

জোনসন্ হায়বসি য়াম্ন খুদোংচাদব ফিবমশিংদ লৈরমই। গোল্ডস্মিথ অসি চহিদ পাউণ্ড ৪০ দং ফংবগী ফিবমদ লৈরকই। সার ব্যোলটর স্কোট অসি য়াম্ন লায়রন হোরকই। মহাক্কী লৈননব

লম লৈরজদে। জেমস রামসে ম্যেকদোনেলগী পুন্সি পন্‌বদ মতিক চায়। মহাক্তি য়াম্ন লুপা থোকপ মীশক অমনি। মহাক্তি লায়রব হায়বত্তুদগী শক্তি হায়বদু ওইনা হৌরকখি — লৌবুক্ত থবক শূব শিনমী অম ওইরম্বদগী বৃটেনগী প্রধান মন্ত্রিগী থাক ফাওব হাইগৎ-লকখি। মাগী অহাংব থবক্তি চয়োল অমদ শিলিং ১০ ফংদুনা লেকাফাদ ঠিকানা ইব ওইরম্মী।

মহাক্তি চা ফাওব লৈব ঙম্‌দব মথৈ লায়ররমই, অদুন মহাক্ত চাগী মহুত্ত ঈশিং থক্লমই। মহাক্ত থা কয়ামুক লুতিগী চাব মরু-ওইব চিঞ্জাক্তি পেনি অহুম পীব মনগী শতুম, য়াম, য়েরুম, শঙ্গোম অমসুং চিনিশিং য়াক্কদুন শেন্দ্র অচাপোৎ অমনি। মহাক্তি ছাত্রসু ওইব ওঝা অমনি। বিজ্ঞান অমসুং রাজনীতিদ মহাক য়াম্ন পুক্লিং চঙ্‌লম্‌ই। মহাক্তি জর্নেলিষ্ট অমনি। মহাক্ত চুম্ন হোৎনজব-মক্তন প্রধান মন্ত্রিগী ফম ফাওব ফংখি।

আদ্বৈতা দর্শন পুথোকপ, আধ্যাত্মিক্কী অচৌব মুর্ত্তি অমদি লংলব লাইপোক ওইরব শ্রীসঙ্করাচার্য্য অসি লায়রন, ফিবম মঙং চাদন পোকখি। মসিগুম্ব অসিদি থুদম লিশিং অমনি। মরম অমিন ফিবম (unfavourable, environment) ফত্তবন অচৌবগী অচঙ্‌ব মরু অমদি লাইপোকশিংগী মচং অদু মাঙ্‌হন্‌ব ঙমদে অমসুং কনাগুম্ব অমন হৈশিংন শিভিম্নব, থাঙ্‌ব কন্‌ব, অরাব মায়োক্লব, অচুম্ব চৎপ, পুকচেল শেংব, ভিম্নব য়াব, পুকচেল শেংব মরম, নীঙ্‌ব কন্‌ব অমসুং কম্ন লেপ্প অসিদগী ফিবমশিংবু নম্থব ঙমই হায়বসি য়াম্ন ভশেং ভশেংব অমনি।

মী থুম্নিংমক অসি মহাক্কী সংস্কারগ লোয়নদুন পোক্লকপ ঙাক্তনি। পুক্লিং অসি টৈবুলা রাসা নত্রগ অহাঙব চেবাংগুম্ব

অম নত্তে। মসিদ হৌখিব মপোক কয়াগী রাখল অমসুং থবকী মমি অদু য়াওই। সংস্কারশিং অসিদি লোত্তুনা লৈব মচি ওইবশিং অদুনি। মসিগী অকব সংস্কারশিং অসিদি মীওইবগী মরুওইব লন-থুমনি। ফিবম ফত্তবগী মরক্ত লৈদুনস্থ সংস্কারশিং অসিন মহাকপু মপানথোংগী জুগোৎ চাদব লমহেন্‌বশিং অসিদগী ঙাকপি কনবিগনি। মখোয়শিং অদুন মহাকী চাওথৎলকপ খোংচত্ত মত্তেং ওইরৈ।

খুদোংচাব অমত্ত নাম্থোকহনগন্নু। খুদোংচাব পুন্নমক নশা-মক্ল লৌশিল্লু। খুদোংচাবশিং অসি নহাক্কী চাউথৎচনব অমস্তুং চিংথৎচনবগীদমক্নি। লম্বী মপান্দ মশা ঙমদবা অনাব অম উপাই লৈতব ফিবমদ তাদুন লৈরম্লবদি মহাকপু নরেংবান্দ পোথৎলু নত্রগ গাড়ীদ হাপ্তুন থ্বাইদগী নকৃপ ল্যায়য়েংশঙদ পুবিয়ু। মাবু সেবা তৌবিয়ু। মঙোন্দ শঙ্গোম নত্রগ চ নত্রগ কোফি অশাব লানশিল্লু। ঈশ্বরগী ভাবত মহাক্কী মখোঙ অদু হামদোক চামথোকপিয়ু

মফম পুন্নমক্ত শিন্‌ব থুংন লৈব পুন্নমক্কী মসুঙদ লৈব ঈশ্বর অদু মঙোন্দ লৈ হায়ন থন্‌ব ভম্মু। মহাক্কী মিৎয়েংদ, মহাক্কী রাঙাংদ, মহাক্কী মুংশা শ্বরদ, মহাক্কী মিহুন্দ অমদি মহাক্কী শ্বর হোমব ইন্দ্রিশিংগী খোঙচত্ত লৈরিব ঈশ্বর অদু য়েংঙু।

ঈশ্বরন খুদোংচাব অসি নহাক্কী থৌজাল অমদি প্রেম চাউ-থৎচনব, নহাক্কী থম্মোই শেংজনব, তুকচ্চব অমসুং মিহৌব কোক-চনবগীদমক্ পীবিরিবনি। করিগুম্বদ নহাক্ল য়াম্ন কিরক্‌প অম ফাও-রক্লবদি মদু ঈশ্বরন নহাকপু পুন্সিগী খুদোংথীব ফিবম অমদ থমদুন

থৌনা  ফুদোকহন্নব অমদি পুরিং লৌশিং পুথোকহন্নব ফিবম অমদ থম্বিরিবনি। পৃথিবীগী অকাওব মীওই পুম্নমক্ত খুদোংচাব পুম্ন-মকপু মতাংচান শীজিন্নখিব ঙাক্তনি। ঈশ্বরন খুদোংচাবশিং পীবিদুন মীওইবগী পুরিংশিং অসিবু মওং তাহল্লি।

নহাক্কী অশোনব অচুম্ব পাঙ্গল য়াওরি হায়বসি নিঙশিংলু. মরমদি মতম পুম্নমক্ত মচুন নহাকপু নশা ঙাকথোক-কম্থোক্রবগী-দমক মিৎ-না শিংহল্লি। লায়রব হায়ব অসিগীম্ম মশাগী অকব গুণ লৈজরিবনি। লায়রব অসিন নোল্লুনহল্লি পাঙ্গল কলহল্লি, খাওবগী শক্তি লৈহল্লি অচুগ অকে-অমো অসিন তলহল্লি, চাউ-থোকহল্লি, শোম্বহল্লি অমসুং মথল মথা অয়াম্ব কত্তব হৈংবী কয়াগী হৌরকফম ওইহল্লি।

মরম অসিন ফিবম ফত্তবগীদমক মুকম মুকম শোনগন্নু। নহাক নশাগী পুক্নিংগী সংসার অমসুং ফিবম কয়া শেমগৎলু। অশেংবমক ফিবম ফত্তবশিংদগী হৌগৎলকপ অমসুং হৌগৎকে খল্লিব মপা অচু য়াম্ব কনব অম ওইগদবনি। করিগুম্ব অমত্তন মাবু লেঙ্হনব ঙম্মোইদবনি। মহাক অসি অকনব মচাক্ত শাব ওইগদবনি। মহাক্কী অকনব শিংলিশিং লৈগদবনি।

মীওইব অসি তশেংনমক ফিবম অমসুং তাঞ্জাগী জীব অম নত্তে। মহাক্ত মখোয়শিং অচুবু মাগী তৌবঙম্ব শক্তিন, লমচংন, রাখলন, অফব থবকশিংন অমদি অচুম্ব মপা থোকপ থবক্ত লাকশিনব অমসুং শেমদোকপ ঙমই (পুরুষার্থ)। তীব্র পুরুষার্থন লাইবক হোংদোকপ ঙমই। মরম অসিদগী বশিষ্ঠ অমসুং ভীষ্মন

পুরুষার্থ হায়বসিবু লাইবক্তগী ৱাংল থমলম্মি। মরম অদুনা সুংশিরব ইচিন ইনাওশিং! ৱাখল থৌনা শিজিন্নৌ। প্রকৃতিবু জয় তৌ অদুগ লোম্ব নাইদব সৎ-চিৎ-আনন্দ আত্মাদ সুডাইয়ু।

৭। ৱাখলশিংগী মপানগী হকচাং অসি শেমই।

হকচাং অমসুং মসিগী ইন্দ্রিশিং অসি ৱাখল নত্তন অতৈ করিস্ত নত্তে। হকচাংলোমদ ওমথব পুক্নিং অদুন হকচাং অসিমক ওইরকই অদুগ মদুদ অদুম লৈথোকই অমসুং হকচাং অদুমক্ত খুদুম চলহলগ্রে।

মসিগী মপানথোংগী হকচাং অসিদি পুক্নিং অসিন মশান পামজব মওংদ মশাগী সুডাইনবগীদমক অমদি শক্তি ময়াম মপান্দ পুথোকখিনবগীদমক অমসুং মদুন জ্ঞানগী লম্বী নত্ত্রগ থোংলম, জ্ঞান ইন্দ্রি মডা অসিগী থোডদ সংসার অসিগী হাকথেংনব জ্ঞান ফংজনবগীদমক মওং অসিদ হায়দুন শেম্বনি। তশেংনমক হকচাং অসি ঐথোয়গী ৱাখলশিং, মওংশিং, থাজখিবশিং অমসুং পুক্নিংগী ঈথিলশিং অসিন পোৎশক নাইনা মশক ওন্নকুন মপানগী মিৎ অসিন উব য়াব মওংদ থোরকপনি।

হকচাং পুম্নমক অসিন সুপ্নগী পুক্নিং অসিদত মথোয়গী লৈফম ওই। ঈশিং য়াওদনবু লৈকোল অম ওইব য়াত্রা?

থবক-থন পুম্নমক চালাইরিবসি পুক্নিং অসিদন তৌরিবনি অমসুং মসি হকচাংশিংগী মসুংদ খাইদগী ৱাংবনি। মপানগী হকচাং অসিন হেক তুমখিবগ পুক্নিং অসিন য়াম্ন থুনমক্ মহাক্ত পামজব

হকচাং অমদ চঙই। ঐখোয়গী হকচাং অদি পাঙ্খৎলকপদি ঐখোয়ন যুদ্ধি-লৌশিং অসি শেংনা উৎপ ঙম্মোই।

মীশিংগী মরক্ত অয়াম্বন রাথল অসি হকচাংগী মথা য়াম্ন পোয় লৈ। মখোয়গী মপুক্কিং অদুদি খজিক্তং কাঙ্থোকপ মরম্ম মখোয় অয়াম্বন অন্নময় কোষদ লৈ। জ্ঞানময় কোষবু চাউখৎহল্লু অদুগ জ্ঞানময় কোষ (বুদ্ধি)ন মনোময় কোষ (পুক্কিং)বু খুদুম চনশিল্লু।

হকচাং অসিবু নহাক নশামক্তি হায়ব অরান্ব রাথল অসিমক্ত অরান্ব পুম্নমক্তী মরুনি। লায় খনখিবদগী নহাক্ত নশাবু হকচাং অসি ওইন মশক তাকই। হকচাংনি হায়বসি পোক্লকই। নহাকপু হকচাং অসিগী মথা পোলহল্লকই নাপল হায়বদু মসিনি। মসিদগী ঐগী হায়ব ভাব (মমতা) অসি পোক্লকই। নহাক্তা নহাক অসিবু নঙগী মুপি, অঙাংশিং অমসুং যুমনচিংবশিং অসি ওইন শক তাকই। অরাব, অনাব অমসুং অপুন্ব বন্ধনশিং অসি নপ্শিল্লুব নত্রাগ শক তাকপগী মওং অসিননি।

---

# ৱাখলগী শক্তি

## (অনিংবা শরুক)

---

### তরুক্শুবা পন্দূপ

### ৱাখলগী মখলাশিং অমসুং মখোয়গী অকোয়বা শৌব।

### ১। অৱাব ৱাখল্শিংগী ফাজিল্লু:

নহাক্কী ৱাখল পুম্নমক অদুদ য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিল্লু। নহাক অসি অৱাব ৱাখল অমন লাকখ্রলে হায়না লৌরসি। নহাক্না নিঙবা কায়ব কয়া হাকথেংনগনি। শঙ্গোম নত্রগ চা কপ্‌মচা অম থকউ। পূরিং মকা লাম্না ফম্মু। নঙগী নমিৎশিং অদু উইশিল্লু। নিঙবকায়বগী হৌরকফম অদু পুথোকউ অদুগ মদু লৌথোকখিনব হোৎনৌ।

অৱাব ৱাখলশিং অমদি মদুগী ওইরকপশিং অদু লাকশিন্ন-নবগী দমক থৌইনসিন পোক্পা ৱাখল অমসুং পোৎ কয়াগী মরমদ খল্লু। অমুকসু হন্না নিঙশিংউ—অশেংবন শেংদবগু লাকশিনাল। মসি প্রকৃতিগী চাউয়ব নিয়ম অমনি।

হৌজিক ওয়া তৌনব ৱাখলশিংগী মরমদ—অৱাবগী ওয়া তৌনব অদুদ কয়া খল্লু। নহাক্কী নপূক্লিং অদুবু চাউখৎহনবা পোৎশকশিং অদুগী মরমদ খল্লু। পূক্লিং মকা লাম্ব হায়বদুগী মরীদ খল্লু। পূক্লিং মকা লাম্বন কায়বশিং অদুগী মরমদ ৱাখল তৌ। নহাক অসি হায়রিব গুণশিং অসি তশেংনা লৌরে হায়না খল্লু।

"অ-উ-ম (ওম্) পুক্লিং মুংঙাইব" হায়বসি নবুক্লিংদ হন্ন হন্ন শোল্লু। "ঐ অসি পুক্লিং য়াম্ন মুঙাইরবনি" হায়বসি নশাদ ফাওহল্লু। মোমোন নোকউ—কয়ারক হন্ন নোকথোকউ।

**ঈশৈ শকুউ:**—করিগুম্বদ মসিন নহাকপু খুনমক মিকপ থোক্হনগনি। ঈশৈ শকপ হায়বসি অরাব কোক্লবগীমদক্ত য়াম্ন কান্নব অমনি। 'ওম্" হায়দুন মশী' কয়ারক হন্ন হন্ন শোল্লু।

মুংশিৎ-মুংশা লাংব মক্ষমদ চেল্লু। নিঙব কায়ব অদু খুনমক কোক-খিগনি। মসি রাজ যোগীশিংগী পিতৃপক্ষ ভাবনা হায়ব অদুনি। মসি খ্বাইদগী অরায়ব নিয়ম অমনি।

অরাবব্ নিঙদুন, খাঙদুন, য়াথং তৌদুন তাংখোকপগী নিয়ম অসি য়াম্ন কান্নরবস্থ "নিঙব" হায়ব অদুদি য়াম্ন হেনগৎহন্‌ব দরকার ওই। মসিদ নিঙবগী শক্তি য়াম্ন চঙই। সাধারণ মীচমশিংনদি মায় কয়া পাক্লোই। অতোপ্প ওন্ন-তেনব রাখল অমন মহুৎ শিন্দুন নক্রগ মফম ওংখোক্লদুন অচুম্ব রাক্ষম অম শীজিন্নবগী নিয়ম অসি য়াম্ন অরায়ব অমনি। মতম খক্তিক্তংদ ফত্তব রাখলশিং অদু মাঙ-খিগনি। মসিগুম্ব সাধনা তৌ অদুগ থঙঙ্। নহাক্ল কয়ারক হন্ন মায়থীরবস্থ মখা চৎথো। নহাক্ল কয়ারক হন্ন ফন্নব তুংদ অমস্তং সাধনা কয়া তৌরব মতুংদ নমায় পাক্কনি।

নহাক্ল অতৈ নত্ত-ওইদব রাখলশিংবুস্ত মওং অস্তম্ন তৌব য়াই। করিগুম্ব অশাওবগী রাখল অম লৈরবদি মুংশিব হায়বসিগী মরমদ খল্লু। করিগুম্ব মিরোবগী রাখল লাক্লবদি দান তৌব অমস্তং পুকচেল চাউথোকপগী অফবশিং অদুগী মরমদ খল্লু। করিগুম্বদ

অরাব নীঙব-কায়বগী ৱাখল লাক্লবদি নহাক্ন মতম খরগী মমাঙদ উখিব পুক্নিং হুরব দৃশ্য অমগী মরমদ খল্লু নত্রগ করিগুম্ব পুক্নিং হুরব পেরাগ্রাফ অম নিঙশিংউ।

করিগুম্ব থম্মোই শোকপ মুঙাইতব অম য়াওরবদি ঙাকপীব হায়বদুগী মরমদ খল্লু। অপাম্বগী ঈহৌ অম লাকপদ ব্রহ্মচার্য্যগী খুদোংচাবশিং অদুগী মরমদ খল্লু। পুকচেল শেংদব অম থোক্লবদি পুকচেল শেংব, তিন্নব য়াব হায়বদুগী মরীদ খল্লু। অরিকপ হায়বদু ওইরবদি পুকচেল চাউথোকপ অমদি পুকচেল চাউবা মীশিং অদুগী মরমদ খল্লু।

করিগুম্ব নিঙব থুংদব নত্রগ অপাম্ব অম লৈরবদি অচুম-অরান অমসুং আত্মা বিচার হায়বদুগী মরীদ খল্লু। নাপল তৌরবদি নোল্লুকপগী মরমদ খল্লু। তৌশিন্নরবদি ইচম-চমথোকউ অমসুং মতুগী খুদোংচাবশিংতু খল্লু। মিহোব অম লৈরবদি পুকচেল চাউব অমসুং লেমথোক্প হায়বদুগী মরমদ খল্লু। করিগুম্ব অকিব পোক্লবদি থৌনাগী মরমদ খল্লু অমসুং অসুম্ব মথং মথং তৌ।

নহাক্ন নত্ত-ওইদব পুক্নিং ৱাখলশিং অদু তান্থোকখিগদবনি অদুগ মশেংব-অওইব ফিবম অম লিংখৎকদবনি। লেপতন সাধনা তৌব অসি মরু ওইব অমনি। নঙগী মরুপ খন্বদ য়াম্ন চেকশিল্লু। ৱা খজিক্নং ঙাঙঙু অদুগ মদুম্ব অফব চান্নব হীরমদত ঙাঙঙু।

২। নক্ষত্রগী ৱাখলশিং অদু লাকশিল্লু :

হৌগৎলকপদদি নহাক্ন ৱাখল লাকশিনবগী সাধনা অদু য়াম্ন অরুব অম ওইন হাকথেংনগনি। নহাক্ন মথোম্ন অদুগ লাম্হৈংনব

তাই। মখোয়স্তু মখোয়গী লৈজব অদু মাঙদনবগীদমক্ লৈজবী থাদুন লাপ্লেংনরক্কনি। মখোয়না হায়রক্কনি, "ঐখোয়স্তু পুক্নিংগী কোম্নুং অসিদ লৈননবগী অধিকার পুম্নমক লৈ। মকম অসিদি ঐখোয়না নিঙশিংব থোক্কুব মতমদগী হৌন দখল তৌদুনা লাক্রবনি। হৌজিক্ ঐখোয়না কৱিগী ঐখোযগী লম অসি থাদোক্কদৌরিবনো? ঐখোয়না ঐখোয়গী জীবন-সত্ত্ব অসিগীদমক অরোইব ফাওব লাপ্লেংনগনি"

মখোয়না য়াম্না তমথিবগ লোয়নন নঙোন্দ চোংশিন্দুনা লাক্কনি। মহাক্না ধ্যানগীদমক ফম্ব মতমদ সূপ্নগী ফত্তব ৱাখল ঊাক্কুনা য়োম-শিল্লক্কনি। নহাক্না মখোয়বু নমখগে হোৎনবদ মখোয়না মপাঙ্গল কন্না শরুক অনি হেনগৎন নঙোন্দ আক্রমন তৌরক্কনি। অদুবু মতম পুম্নমক্তা অচুম্বা নঙ-গুইদবশিংবু লাকশিল্লি।

ন্নুমিৎকী মমাঙদ অমম্বা লৈব ঙমদবগুম, নোংশাগী মমাঙদা করোকৈন লেপ্পা ঙমদবগুম মসিগী নত্তুগুইদব অমম্ব ৱাখলশিং অসিগী মিৎন উব ঙম্দব লান্দাবশিং শান্তিগী য়েক্লবশিং অসিন চীং লেম্লব আধ্যাত্মিকী ৱাখলশিং অসিগী মমাঙদ লেপ্প ঙমদে। মখোয় মশা মতোম্তন শিজখিগনি।

৩। জুগোৎ-চাদব ৱাখলশিং অদু তাম্থোকখো:

নহাক্না নপুক্নিংদগী দরকার ওইদব, কান্নদব অমম্নুং জুগোৎ চাদব ৱাখল পুম্নমক তাম্থোকখো। অদু নত্রবদি নহাক্না আধ্যাত্মিকী চাওখৎপদ অথিংব পল ওকবীরাব।

নহাক্ন ফত্তব ৱাখল কয়া য়োক্লন থল্লব কান্দ ঈশ্বরগী ৱাখল্লন মহুৎ শিনজিল্লু। সূপ্নগী মতেং ওইগদব অমসুং কান্নগদব ৱাখলশিং অদুতমক য়োকখৎলু। কান্নব ৱাখলশিং অসি আধ্যাত্মিকী চাওখৎনবগীদমক খোঙথাংফমগী নুংশিংনি।

নপুক্লিং অদুবু থাইনগী অৱিব চৎনবী হৈনবীশিং অদুদ চঙ্‌হনগনু য়াম্না চেকশিন্ন য়েংশিল্লু।

ঐখোয়গী খোঙ্‌উপ মনুংদ চঙ্‌ব নুংমচা অদুন ঐখোয়বু নুঙাইহন্দ্রবদি ঐখোয়না মদুবু হুন্দোকই। ঐখোয়ন অমুক্তংবু মরম অদু নিঙশিন খঙনদদি পুক্লিংদ চংঙক্পা ফত্তব ৱাখল পুন্নমক তাংথোকখিব চমগনি। মসিগী মরীদ য়েংননিঙাই লৈতে হায়বসিদ চিংননিঙাই লৈতে। মসি খুদম লৈব, অশেংব অমদি লাননিঙাই লৈতব অমনি।

নহাক্কী নপুক্লিংদগী ফত্তব ৱাখল তাংথোকখিব অসি নঙগী খোঙউপ মনুংদগী নুং মচা লৌথোক্পগুম্ন অরায়ব থবক্নি। অদুগ মী অমন মদু তোব ঙাম্নবমখৈ মহাক্ন মহাক্কী অথোইব মতৌ অমসুং প্রকৃতিবু জয় তোবগী মরমদ ঙাঙব অদু সূপ্নগী অপঙব ফোঙদোকপগনি।

## ৪। সংসারক্কী ৱাখলশিং অসিগী পণ্ডিত অম ওইয়ু :

নহাক্ন পুন্সিদ অনৌব ওইন ৱাখলগী লৈনব অসি হৌগৎলক্পদদি সংসারিক্কী ৱাখলশিং অসিন নঙোন্দ খুদোংথব কয়া থোকহল্লব য়াই। নহাক্ন ধ্যানগী সাধনা অমসুং আধ্যাত্মিক্কী জীবন

অম ওইন চৎথরকপদস্ম মখোয় অসিন নঙোন্দ অৱাব ওইহল্লকনি। তৌইগুম্বস্থুং, মহাক্ন মহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী ৱাখলবু য়োকখৎপ অমদি ধ্যান অসিদ চাং নাইরবদি সংসারিক্কী ৱাখল পুম্নমক মশা মতোমতন খর খর শিথজরক্কনি।

ধ্যান হায়রবসিদি অসিগুম্ব ৱাখলশিং অসিবু চাকথেক্নব মৈনি। সংসারিক্কী ৱাখল পুম্নমক অসি তাপ্থোক্নব হোৎনরুগনু। মহাক্কী ধ্যান অদুগ মরী লৈনব অফব ৱাখলশিং অদু য়োকখৎলু। অৱাংব পোৎশিং অদুগীদমক ৱাংন খল্লু।

মতম পুম্নমক্ত য়াম্ন চেকশিন্ন মহাক্কী মপুক্লিং অদুবু য়েংশিল্লু। নমিৎ-ননা শিংউ। মপুক্লিংদ শাগৎপ, মিহৌব, অশাউব, তুকচব, অপাম্বনচিংবগী ঈথকশিং হৌহনগনু। মসিগী অমুব ঈথকশিং অমস্থুং সংসারিক ৱাখলশিং অসি ধ্যান, শান্তি অমস্থুং জ্ঞানগী য়েক্নব ঙাক্কনি।

ঈশ্বরগী ওইব ফজরব ৱাখলশিং অসি য়োকখত্তুনা মখোয়শিং অসিবু খুদক্ত জয় তৌ। অফব ৱাখল খন্দুন অমস্থুং করিগুম্ব মন্ত্র অম নত্রগ ইবুঙো মহাক্কী নাম শোন্দুন, ইবুঙো মহাক্কী করিগুম্ব রূপ অমগী মরমদ খন্দুন, প্রণায়ম্ সাধন তৌদুন, ইবুঙোগী নাম্ শক্চদুন অফব থবক তৌদুন, সংসারিক্কী ৱাখলশিং অসিদগী থোরকপ অৱাবশিং অদুগী মরমদ খন্দুন ৱাখলশিং মাঙহনব য়াই।

মহাক্নবু অশেংবগী থাক অদু য়োৱবদি সংসারিক্কী ফত্তব ৱাখল অমত্তস্থ মহাক্কী মপুক্লিংদ হৌৱক্লোই। লান্দারক্‌প নত্রগ য়েক্নবশিংবু থোঙান্দ থিংহৌরগ হেন্ন লায়বগুম্ব সংসারিক্কী ৱাখল

পুম্নমক অসিন্থু হেক হৌগৎলকপদ থিন্দনমক লাকশিনহৌবন হেন্না লায়ন থোকই। ময়োল্ চোংখৎলকপদ থদৎলু। মসিগী মরু অদু মনুংদ লুন তাহন্‌গনু।

## ৫। শেংলব ৱাখলশিংবু জয় তৌ:

নহাক্ন সৃতিগী তৌরিব থবক অদু তৌরিবৈঙদ নঙোন্দ ফত্তব ৱাখল অমত্ত চঙ্‌লকলম্মোই, তৌইগুম্বসুং নহাক্ন পোত্থারিবৈঙ অমদি পুক্নিং অসি হাঙনা লৈরিবৈঙদ ফত্তব ৱাখলশিংন লৌনম তৌনব কন্ন হোৎনবক্কনি। পুক্নিং অসি ৱাই-শংলব কান্দ নহাক্ন য়াম্ন চেকশিনগদবনি।

হন্ন হন্ন তৌব থবক্কী ৱাখল অসি মপাঙ্গল কনখৎলকই। করিগুম্ব নহাক্ন শেংদব ৱাখল অম নত্ত্রগ অফব ৱাখল অম অমুক্তংবু য়োকখৎগ্রবদি মদু অমুক হল্লক্নবগী অপাম্ব অম লৈ।

মান্ন-মান্নব উচেকশিং পুন্ন পাইমিন্নবগুম ৱাখল্ মান্নব মশেল পুনমিন্নে। মতৌ অসুম্ন, করিগুম্ব নহাক্ন শেংদব ৱাখল অম য়োকখৎলবদি শেংদব ৱাখল মথল খুদিংমক পুনশিল্লক্নি অমসুং নহাকপু অৱাব পীরগনি। করিগুম্ব নহাক্ন অফব ৱাখল অম য়োকখৎলগন অফব ৱাখল পুম্নমক নহাকপু তেংবাংবিনবগীদমক পুনশিল্লকনি।

## ৬। য়াম্ন কুপ্নব নত্ত-ওইদব ৱাখলশিং:

নহাক্কী ৱাখল পুম্নমক অদুবু নমথব, শেংদোকপ অমসুং মথং মনাও নাইহনব তম্মু। নত্ত-ওইদব অমসুং চিংনব পুম্নমক অদুগ

লাম্নেংনৌ। ঈশ্বরগী ওইব নিঙথিজরব রাখলশিং অদু নঙোন্দ মায়কৈ খুদিংমক্তগী লাকল্লু:

নিঙব কায়ব, মঙ্গল ওইদব, অশোনব, অমম্ব, চিংনব, কিজবনচিংব রাখলশিং অসি নত্ত-ওইদব রাখলশিংনি পাঙ্গলক্নব থাজব, থৌনা অমসুং পুক্নিং মকা লাম্বনচিংব অফ-মুঙাইগী রাখলশিং অসি য়োকখৎলু। নত্ত ওইদবা রাখলশিং অদু মাঙখিগনি।

জপ তৌব, প্রার্থনা তৌব ধ্যান অমদি ধর্ম্ম-শাস্ত্রশিং পাদুন পুক্নিং অসি ঈশ্বরগী ওইব রাখলন শলহল্লু। নত্ত ওইদব অমদি ঈশ্বরগ মরী লৈনদব রাখলশিংদ পুক্নিং চঙলুগনু। মখোয় অদু হৌখিগদব ঙাক্তনি। মখোয়শিং অদুগ লাম্নেংনরুগনু। ঈশ্বরদ পাঙ্গল পীবিনব প্রার্থনা তৌ। সাধু মহাত্মাশিংগী জীবন চরিত পাউ। ভাগবত্ত অমসুং রামায়ণ পাঠ তৌ। ভক্ত পুন্নমক অসিগুম্ব লম্বী অসি চৎখিব ঙাক্তনি। মরম অদুন শম্মোইদ য়াওশল্লু।

৭। হৈনবা ওইরব রাখলশিং অদূ লাকশিল্লু :

কনাগুম্ব অমগী মথম্মোইদ লৈরিব "ঐ" হায়বদুগী মরমদ হৈনবদুন নত্ত্রগ আত্মা চিম্থন্ তৌদুন হকচাং, ফিজেৎ, চিঙাক্ অমদি অতৈ অসিগুম্ব কয়াগী মরমদ লৈব হৈনরব রাখলশিং অসি লাকশিনগদবনি। মাস অঙম্ব চীং কাবগুম্বনি। মসিদ খাঙ্ব্ কনব্ লেপ্পুন সাধনা তৌব অমসুং মনুংগী ওইব আধ্যাত্মিক সাধনা চঙ্ক।

শ্রুতিশিংন কল্ল লাউরি: "আত্মা অসিদি অশোনব মীশিংন ফংব ঙমদে।" পুকচেল শেংলব ভক্তশিংদন ইন্দ্রিশিংগ মরী

লৈনব পোংবী ওইব সংসার অসিদগী মমায় লৈথোক্নুন মশা পুম্নমক অদু লোম্ব নাইদব অদুগী মরমদ রাখল তৌই।

অপাম্বশিং অমদি মশাং থিঙমত্রব হৈনবী ওইরব রাখলশিং অসি মাঙহল্লব মখোয়শিং অদুতন মখোয়গী খ্বাইদগী ফজরব থাজবন থল্লব, শান্তি ওইরব অমদি চপ মান্নরব ব্রহ্মগী মফম অদু ফংজগনি। মখোয়না পুম্নমক অসিদ চপ্ মান্নব মিৎয়েং অম লৈরগনি। মসিগী ফত্রব অমদি শক্তি লৈরব পূক্নিং অসিন অনাব, অকিব, মথল মথা অয়াম্ব তোঙান তোঙানবশিং, ধর্ম্মগী য়েক্নবশিং, থোইদোক-হেন্দোকপশিং অমদি লাম্বাশিং অসি থোকহল্লি অমসুং পুকচেল চাউব, আধ্যাত্মিকী লন পুম্নমক মাঙহল্লি। অসিগুম্ব অরাবন থল্লব পূক্নিং হায়বসি হাত্তোকউ।

উরিব পোৎ অদুগ মিৎয়েং অদুগ য়েংলিব মীশক অদুদ অমত্ত ওইরব কান্দ আনন্দ ( কৃপা ) গী হাকথেংনব অদু ওইরকই। মসি তুরিয় হায়ব ফিবম অদুনি। মদুদগীদি কনাগুম্ব মীশক অদুন মৎপ নাইত্রব জ্ঞান, আত্মা অদুদমক মফম খুদিংমক্ত উরগনি। হৌজিক্তি, অমগ-অমগ থেন্নব অমসুং জুরা চৎপ (অনি অনি চৎপ) পুম্নমক মপুঙ ফান মাঙত্রগনি।

চিংশিনবগী রাখল অমসুং চিংথোকখিবগী রাখল, অপাম্ব অমসুং পামদব, রাগ-দ্বেশ পুম্নমক মপুঙ-ফান মুৎথিগনি। মদুদগীদি সাধু অদুন হকচাং অসিন মরম ওইদুনা থবক তৌরব কাওবদ হকচাং অসি লৈরি হায়বসি খোন থঙলরোই। মপূক্নিংন অরাপ্পদ লৈখিব মাপী প্রেমীক অদুগী রাখল তৌরগ মশাগী ইমুং মনুংগী থবক-থনা

পুম্নমক কাৱদন তৌব ম্নপী অদুগুম্ন মহাক্ন সংসারীকী মায়া ময়াম অসিগী মৱক্ত লৈদুনম্ন মহাক্ন কদোম্বৈদম্ন মশাবু লাকশিন্ৱ অদু কাউথোক্তে। সাধু অদুন মতম পুম্নমক্ত ব্রহ্মদদ মপুক্লিং থমই।

নহাক্ন নহাকী নপাম লমদম অদু ফংবদ মতোং ওইগদব ধর্ম্মগী থবকশিং অদুদং নহাক্ন মতুংদ সংসারীকী ম্নুঙাই য়াইফবগী ৱাখল য়াওদন মতম পুম্নমক্ত পাঙথোক্‌প ওইরমম্নু। জুরা ওইব, তোঙান্নব অমম্মুং খেন্নবশিংবু মাঙ্‌হন্দুন মঙাল পুম্নমক্ত থল্লব ব্রহ্মাগী ম্নুঙাইরব সমুদ্র অদুদ নহাক ঈরাৱদুন লৈব ওইরসম্নু।

## ৮। মরুওইদব ৱাখলশিংবু লাকশিন্ৱ :

মরু ওইদব অমদি মরী লৈনদব ৱাখলশিংবু ভাম্ভোক্নব হোৎনগম্নু। নহাক্ন হেক ভাল্লিব মখৈ মখোয়ন অমুক হঞ্জিল্লকনি অমম্মুং মখোয়গী মপাঙ্গল হেম্ন কনথৎলক্নানি। নহাক্না নহাকী শক্তি অমম্মুং নিঙবগী পাঙ্গল হেনগৎহনগদবনি।

তোঙান তাদব মীশক অম 'ওইম্নু। পুক্লিং অদু ঈশ্বরগী ওইব ৱাখলশিংদন থলহল্লু। মখোয়শিং অদু অম্মম-অম্মম মাঙ্‌জখিগনি। লেপ্তুন ধ্যান তৌদুন নশামকপু নির্ভিকল্প সমাধিগী ফিবমদ থম্মু।

হকচাংগী তোংশাশিংবু মহাও লয়খায়ব অদুন পুক্লিং মকা লামহল্লি অমম্মুং শান্তি ওইহল্লি। কোমথোক্কনব অসিদগী নহাক্ন পুক্লিংবু, চোকথরব শিংলিবু অমদি থবক হেম্ন শুক্নরব তোংশা

অসিবু পোথাহল্লি। নহাক্ন পূক্নিংগী শান্তি, পাঙ্গল অমস্যুং শক্তি মৱাং কায়ন কঙ্গনি নহাক্ন হকচাং নক্লগ নপুক্নিং অদু কোম-থোকহনবগী সাধনা তৌবদ ত্রেগু অদু মখল মখা অয়াম্ব কান্নদব মপাঙ্থোংগী ৱাখলশিংম য়াই চিলহল্লোই। অশাউব, নিঙব কায়ব, মায় পাক্তব, কিবম চাদব, অৱাব সুঙাইতব খঙনবনচিংবশিং অসিন মনুংদ পূক্নিং অসি চপশিন্দুন ংকশিল্লকই। মখোয় অসিবু তাঙ্থোকখো।

৯। পুক্নিংগী ঈথিলশিংদু হোংদোকউ :

ৱাখল খন্‌বসি মখল মরি শুরি, মদুদি খুদম অমদ খনব, পুক্নিংগী ঈথিল অমদ খন্‌ব পুক্নিংদ থকপান্নদুন খন্‌ব অমস্যুং হৈনবী ওইন খন্‌ব অসিনি।

ৱাহৈশিংগী মতুংইম খনব অসি খুদম অমদ খনবনি। পুক্নিংদ থকপান্নব অসিন পুক্নিংগী ঈথিলদগী হেন্ন শক্তি লৈ। হকচাং, চাব, থকপ, ঈরুজবনচিংবগী ৱাখলশিং অসি হৈনব্রব ৱাখলশিংনি।

খুদম অমদ খন্‌ব ৱাখলশিং অসি নহাক্ন ইরায় লায়ন তোকপ ঙমই। পুক্নিংগী ঈথিল অমস্যুং পুক্নিংদ থকপান্নব ৱাখলশিংবু তোকহনব হায়বসিদি অরুবনি।

পুক্নিং ঈংব অর্মাদি পুক্নিং মকা লাম্ব হায়ব অসি অৱাব অমস্যুং অশাউববু কোকহল্লগ ওইহনব য়াই। তশেংবমক অকিব হায়বসিদগী অৱাব অমস্যুং অকিব অসি পোক্লকই। চেকশিল্লু অমস্যুং ৱাখল তৌ। মরমচাদ্‌ন ৱাব পুন্নমক থাদোকদবনি।

থৌনা, মুঙাইব, কৃপা, শান্তি অমসুং মায়থোঙ মকাপাম্ব কায়বসিগী মরমদ থল্লু। ইয়াং-য়াংব, অরায়ব আসন অমদ ফমদুনা মিনিট তরামঙারোম পোত্থাদুন লৈয়ু।

নহাক্ক আরাম-চৌকি অমদ ত্তিংথোকপ য়াই। নমিৎ অদু উইশিল্লু। মপানগী পোৎশিংদগী নপুক্কিং অদু কন্দোরকউ। নপুক্কিং অদু তুমিন্ন লৈকল্লু রাখলগী মণ্ডল-মণ্ডন থল্লকপশিং অদু তুমিন্ন লৈহল্লু।

১০। হৈনথ্রব রাখলশিংগী মশীং হন্থহল্লু :

মহৌশান, সাধনা তৌদব মীশিংদ রাখলগী মথল মরি নক্রগ মঙান মতম অমত্তদ পুক্কিং অসিদ লৈ। ইমুং মনুংগী রাখলশিং, কারবারগী রাখলশিং, ললোনবগী রাখলশিং, অফিসকী রাখলশিং, হকচাংগী রাখলশিং, চান-থক্রব, আশা তৌরুব অমদি অরাৎ-অপাশিং, পৈশা ফংনব পোত্নম থর, লমন খুদ্রব রাখলশিং মপান থোকপ, থোঙ হাম্ব অমসুং ইরুজবনচিংবগী রাখলশিং অসিন মতম অমত্তদ লৈ।

নহাক্ক মুংখিলগী পুং ৩·৩০ তাবদ লাইব্রিক অম য়াম্ন মুঙাইন পারিবৈদ মুংখিল পুং ৪ দ শান্নগদব ক্রিকেট মেটচ অদু মুংঙাইন য়েংবগী রাখল অদুন মরক মরক্ক য়েৎশিল্লকপ য়াই। মতম অমত্তদ পুক্কিং চঙন, রাখল অমথক্কং মহাক্ক থননিঙলিব-মখৈ থনব হায়বসি সুপ্নগী যোগীতন তঙনি।

নহাক্ক পুক্কিং অসিবু য়াম্ন চেকশিন্ন য়েংলবদি রাখল কন্নামুক চঙশিন্নরকপ অসি থেংনগনি। পুক্কিং অসি মনিঙ-তম্ন, পান্দম

অমত্তু য়াওদন চংলি। হকচাং অমসুং মসিগী অপাম্বশিং, মরুপ-মপাংগী ৱাখল খৱ, পৈশা তানবগী ৱাখল খৱ, চাব-থকপগী ৱাখল খৱ, নহাক্ক অঙাং ওইরিৱৈঙগী ৱাখল খৱ অসিনচিংবসি লৈগদবনি।

নহাক্ক পূক্লিং অসিবু নৈনব ঙম্লব অমসুং বিষয় অমগী ৱাখল-শিংদ চংথরব নত্রগ অতৈ অতোপ্প ৱাখলশিং য়াওদন শূপ্নগী মথল অমত্তু থম্লব, অদু ওইরবদি মতু হেক্মক্ য়াম্ম চাউরব মায়পাকপ অমনি, অমসুং ৱাখলবু লাকশিন্ব হায়বসিদ য়াম্ম খুমাঙ চাওশিল্লব খোঙথাং অমনি। নপূক্লিং হন্থগনু।

১১। আশা পোকপ ৱাখলশিং পুনশিল্লু।

দৈব্য জ্ঞান ফংব হায়বসিন পুন্সিগী লমথুংফমনি। মসিগী লমথুংফমদি নহাক্কী মাঙখিব য়াব হকচাং অমসুং হোংব নাইব অৱেপ্প পূক্লিং অসিবু নত্তে, তৌইগুমসুং নহাক্কি পূমশেং-শেংলব, মতম পুম্নমক্ত মনিঙ তম্লব আত্মা অদুনি হায়ন খঙলকপ অসিনি।

আশা পোক্লব ৱাখল অসি মতম পুম্নমক্ত নিঙশিংঙু। অজোনিত্য স্যাসতোয়ম্ পুরানো; পোক্তব, অৱেপ্প, মতম চুপ্নগী ওইব অদু মসিগী কুইরব জপ অসিনি। নহাক্কী অশেংব প্রকৃতিদি মসিনি। নহাক্কি মিং অমসুং মুর্তি অসিদ য়ানব, হোংব নাইব পিল্লব ব্যক্তিত্ব অসি নত্তে। নহাক্কি ৱাম, স্বামী নত্রগা মেথ্রু নত্রগ গারদে নত্রগ আপত্তে নত্তে। নহাক্কি থুদোংথীব থৌদোক অমদগী কোইপাই পাইব অপঙবগী লৈচিন্না কুপশিন্দুনা মসিগী তোল্লব মায়া অসিদ তারবনি। হৌগৎলো, মিকপ থোক্লো অদুগ নহাক্কি অশেংব আত্মা অদুনি হায়বসি খঙঙু।

অতোপ্প, অঙকপ উপনিষদকী ওইব অাশা পোকপ ব্লাথল অমস্থ লৈরি। মদুদি— "ইচ্ছা বসাব্লিদম সর্ব্বম" সংসারদ লৈরিব পুম্নমক অসি ইবুঙো মহাক্কী পুন্সিন চঙদুন লৈব ঙাক্তনি হায়ব-সিনি। লৈরাংশিং অমস্তং অশংব নাপিশিংগ নোকমিন্নৌ। নারক-মোংশোং, নাপি-শিংবী অমদি নৌন চোংথৎলকপ অনৌব মৱোনশিং অসিগ নোকমিন্নৌ। য়ুমলোম্নব পুম্নমক, হুই, হোদোং মন মী, পাক্ষীশিং অওইবমক, প্রকৃতিগী সৃষ্টি পুম্নমক অসিগ মরুপ ওইবদু হেনগৎহল্লু। নহাক্ক মপুঙ ফাব্রবা অমদি ইনাক-খুল্লব পুন্সি অম ওইগনি।

১২। অব্রাংব অফব ব্রাথলশিংদ নৈনৌ।

নহাক্ক, নহাক্কী ব্লাথলগী শক্তি চাওখৎহল্লিঙলব, নহাক্কী ব্যক্তিত্ব শেমগৎনিঙলব অমদি অচৌব ওইনিঙলব অদু ওইরবদি থৌইন-শিন পোকপ, অরাংব অফব লাইরিক খর মতম পুম্নমক্ত নঙগ লোয়নন থম্মু। মখোয় অদুবু হন্ন হন্ন নহাক্কী মুতিগী পুন্সি অমস্তং হুতিগী তৌব থবক্কী শরুক অম ওইদ্রিকাওব পাউ।

থন্নবা য়াব অব্রাংব-অফব থবকশিংগী পরেং অম মসিদ লৈরে :—

১। তশেং তশেং জ্ঞান হায়বসিন থম্মোই অসি চাউখোকহল্লি অমস্তং পুক্লিংগী মপাঙ্গল কল্লহল্লি।

২। লায়রব হায়বসিদি অত্তনবগী মব্লাম্ব অহল্লি।

৩। আত্ম-জ্ঞান হায়বসিদি খ্বাইদগী চাউরব লনগৈনি। ধ্যান হায়বসিন জ্ঞানগী শোৱৈনি।

১৩। অরানব ৱাখলশিংগীদমক অচুম্ব বাখলশিং।

কাম অমসুং মিহৌবশিং অসিবু ব্রহ্মচর্য্য কয় তৌদুনা, সত্যবু খঙনব অমদি ঈশ্বরবু খঙনব লেপতনা হোৎনজদুনা, অশেংব হায়ব-ডুগী অচৌব অফবশিং অদুদা ধ্যান তৌদুনা জয় তৌগদবনি।

তুরুচ্চব অমসুং অশাউবগী ৱাখলশিং অসিবু দুঃশিব, ঙাকপিব খৌজানবিব, মরুপ ওইব শান্তি, খাঙব অমসুং অহিংসা হায়বশিং অসিনা লাকশিনগদবনি

চাউথোকপ অমসুং চাউথোকপগ মরী লৈনব ৱাখলশিং অসিবু নোল্লুকপ হায়বদুনা য়োকখৎপগী কান্নব অদুদা নিয়ম নাইনা পুক্নিংগী পরীক্ষা তৌদুনা লাকশিনগদবনি।

কল্লকচাউবা, অপাম্ব অমসুং মপু ওইনিঙবগী ৱাখলশিং অসি পূকচেল শেংব, পাম্বিরুদব, পূকচেল চাউব, পেন্থোকপ অমসুং লাঙতক্লবিরুদব হায়বশিং অসিনা ভান্থোক্কদবনি

পূকচেল চাউব অমসুং চীংলেম্ব, লৈবাকমচা ভাব অমসুং থম্মোই চাউথোকপ হায়বসিনা নঙোন্দ অনেম্ব, মিহৌচাউব অমদি পূকচেল পিকপগী ৱাখলশিংবু লাকশিনবদা নঙোন্দ মতেং পাংলগনি।

অরানব ৱাখল অমসুং অপঙব ভাব হায়ব অসি অচুম্ব-অরান খনবগী শক্তি চাউখৎপনা থ্বাইদগী লেঙথিনা জয় তৌই।

চাউথোকপ হায়বসি মায়কৈ কয়াদগী চমথোরকপ হায়বসিদা লাকশিল্লি, অদুগ নাপন্ হায়বসিবুদি নোল্লুকপনা লাকশিল্লি।

## ১৪। ৱাখলশিংগী স্বুর।

মখল মখা অয়াম্ব ৱাখলগী মওং কয়ামুক লৈ। মিৎন উব ৱাখলশিং লৈরি। নাকোংন তাব ৱাখলশিং লৈরি (তাবগী মওংদ খনব)। খুদমগী ৱাখলশিং লৈরি (খুদমশিংন খনব)। ৱাখল খর অমন হৈনখিব ওইন তৌই।

লেঙ-ওত্তুন খনব ৱাখলশিং লৈরি (চৎপ অমদি শাম্নবগী মওংদ খনব)। পূক্লিংগী ঈহৌ অমদগী খনব ৱাখলশিং লৈ। ৱাখলশিং অসি উবগী থাক্তগী তাবগী থাকলোমদ হোংব নাইৱকই অমসুং তাবৱোমদগী লেঙ-ওৎপৱোমদ হোংলকই।

মনগ প্রানগ মৱী লৈনবগুম্ন ৱাখল অমসুং শোৱগী মৱী লৈনৈ। পূক্লিং অসিন চপ-য়ুংলবদি শোৱ তপথৱকই। কনাগুম্ব অমন ৱাখল অসি তথক-তথৱবদি শোৱ অসিম্ন থুগৎলকই। সাইকোগ্রাফ হায়ন খঙনব ৱাখলবু পাননব মেচিন অম লৈ মদুন ৱাখলগী মখলশিং অসি চুম্ন ইশিল্লি।

## ১৫। পূকচেল পিকপ ৱাখলশিং অমসুং অৱাংব লমচৎপু ৱোকথৎপ।

লাকশিন্দ্রব ৱাখলশিং ফত্তব পূম্নমক্কী মরুনি। ৱাখল খুদিংমক অসি মতোমতনদি খম থেংন নোল্লি, মরমদি পূক্লিং অসি মহৌশান মশীং থীঙমদ্রব অমদি মখল-মখা য়াম্নব ৱাখলশিংন চিংথোকই।

ৱাখলশিং অসিদ অথিংব পীৱিবমখৈ পূক্লিং অসি চপ্ য়ুংখংলকই অমসুং মদুগী ফল ওইনা মাসদ মপাঙ্গল অমসুং শক্তি হেনগৎলকই।

পুকচেল পিকপা অমসুং অতোনবা রাথলশিংবু মাঙহনবা থাঙব-কনবগী থবক কয়া দরকার লৈ, তৌইগুম্বসুং চৌং-লেম্লব রাথল কয়াবু য়োকথংপ হ'য়বসিন অতোনব রাথলশিংবু মাঙহন্নবগী থাইদগী অরায়ব অমসুং ফবব নিয়মনি। রাথলগী নিয়মশিং অসিবু খঙদব সংসারিকী পুকচেলগী মীশিং অসি তোঙান-তোঙানব তুক্কচ্চব, অশাউব লমন থুম্বিংব, অপাম্বনচিংব মথল থুদিংমকী রাথলশিং অসিগী মচিঞ্জাক ওইনৈ অমসুং নিঙবগী শক্তি শোনব, খন্দোক-থঞ্জিনগী শক্তি রাংলকপ অমদি পুক্লিংগী অকুপ্প অরুব য়াওন কয়াদ মীনাই ওইনব অসি থোকই।

পুক্লিংগী শক্তি ফংনবগী থাইদগী ফবব নিয়মদি চৌং-লেম্ব, পুকচেল চাউব অমদি অফব রাথলশিংবু, য়োকথংপ অসিনি; অদুগ মখোয়গী মতেংন পুক্লিং চঙবব, থাইদোক্কুন তোঙান তাহনব সংসারীক ওইব অমসুং মথাগী রাথল কয়াবু লাকশিল্লি।

ফত্তব রাথল অমম পুক্লিংদ মুংঙাইতব অম থোকহল্লবদ মদুবু অয় তোননবগী থাইদগী ফবব নিয়মদি মদুবু থোওই-রুদব হায়ব অসিনি। ফত্তব রাথল অমবু এখোয়ন কমদোন থোওইদব ঙমগদৌরিবনো? মসিবু কাওথোক্লগা এখোয়ন কয়ম কাউথোকপ ঙমগনি? মদুদ অমুক কম পুক্লিং চঙলুদব অমসুং মদুগী ময়মদ মরুম কোন্দুন লৈতব লায়বসিনম্ম ওইব য়াই।

পুক্লিং অসিন মদুব অমুক চঙলুদব মত্রগ মদুব অমুক মরুম কোন্দুদব হায়বসিবু এখোয়ন করম্ম থিংব ঙমগদৌরিবনো? য়াম পামজব করিগুম থরম অমদি চৌংলেম্ব, পুক্লিং থোগৎপ মরম

থবদ খন্দুনা হোৎনগদবনি। থৌওইরবদ, কাউথোকপ, পুক্নিং থৌগৎপ মরম থবদ থনব— হায়রিব মরম অদুম অ'সন ফত্তব রাখলশিং অসি লাকশিনবগী অচৌব সাধনা অম'নি।

## তরেৎশুবা পন্দুপ

### রাখলবু লাকশিন্নবগী শৌয়দব নিয়মশিং

১। ধ্যানগী সাধন তৌদুনা রাখল লাকশিনব।

রাখলগী কোঙ্গোল কারকপ অদু ভুমিন্না লৈহল্লু। পুক্নিংগী ইথকশিংবু ঙাংহল্লু। হৌগৎলকপদাদি মূর্তি অমদা ধ্যান তৌ। লৈ অমদ, ভগবান বুদ্ধগী মূর্তিদ, থম্মোয়গী অরংব মঙাল হায়রব অসিদ সাধু অমগী চিত্রবতা অমদা নত্রগা নহাক্কী ইষ্টদেবতা অদুদ ধ্যান তৌ।

অয়ুক অঙনবদ, অয়ুক পুং ৮-দ, দুপিদ'' রাই পুং ৪ দ অমসুং ভুমিদাং পুং ৮-দ অহুমলক নত্রগা মরিরক ফম্মু। ভক্তশিংনা হৃদয়দা ধ্যান তৌই। রাজ যোগীশিংনা ত্রিকুটিদা (পুক্নিংগী লৈফমদা) ধ্যান তৌই বেদান্তিশিংনা অস্থূপ্প অদুদা ধ্যান তৌই। ত্রিকুটি হায়বসি পিশুম অনিগী মরক অসিবুনি।

নহাক্ক নাতোনগী মতোন, নাতোন নত্রগা মূলাধারা (রাংলেন শক্তি অরোইব মতোন) দসু ধ্যান তৌব য়াই।

পুক্নিং অসিদ মরী লৈনদব রাখলশিং চঙলকপদা থৌওইরু-পন্নু। মখোয় অদু হৌখিগদব ঙাক্তনি। মখোয় অদু নমদুনা চাম্থোকপু। মখোয়দি হন্দোক হঙ্গিন তৌরকনি। মসিন নহাক্কী

অনিঙব অদুদ মরাল শীরকনি। মখোয়ন শরুক অনি পাঙ্গল কনখৎন চেঙকল্লুনি। অদুবু, ঈশ্বরগী ওইব ৱাখলশিংনা মহুৎ শিনজিল্লু। মরী লৈনদব ৱাখলশিং অদু অসুম অসুম খুইথখিগনি। ধ্যানগী সাধনাদা য়াম্ন ঈংনা অমসুং তপ্ন তৌ।

ধ্যান হায়বসি পুক্নিংগী অরাঙব শক্লোন ময়াম অসি মাঙখিনবগীদমক্নি। ধ্যান তৌবন পুক্নিং অসিবু মুক্তি অমদ নত্রগা অতোপ্প পোৎশক অমদ মতম কুইনা লৈহল্লি। পুক্নিংগী ঈথকশিং অমদি অমত্ত ওইব ধ্যানগী সাধনাদা অপনব ওইরব মখল-মখা অয়াম্ব অথিংব কয়াবু মাঙহল্লবদং হোংনগদবনি।

ধ্যান হায়বসি ইন্দ্রিয়শিংগ মরী লৈনব ৱাখলশিং অমসুং অপাম্ব, অরাব অমদি ইরাং, চমম্বব ৱাখল, অতনব ৱাখল অমসুং অপঙবগী ফত্তব ৱাখলশিং অসিন ওন্ন-ৈতনবা অদুনি।

মপানগী ওইব পোৎশিংদ পুক্নিংনা ধ্যান তৌব অসি লায়ন থোকই। পুক্নিং অসিগী মপান্দ থোক্নিংব মহৌশাগী ওইব ফিবম অম লৈ। নহাক্কী নমাঙদ শ্রীকৃষ্ণ, রাম, নারায়ণ, দেবী নত্রগা ভগবান যীশু নত্রগা করিগুম্ব অয়েকপ লাই অম থম্মু। মহুদ লেপ্পুনা নমিৎ কুপ্পুনা য়েংউ। মকোক্ত মুম্ন য়েংউ। হায়রিব ফিভম অসি হন্ন হন্ন তৌ। নহাক্কী নপুক্নিং অদুন ঈংথরক্লব কান্দ করিগুম্ব মকম থোইদোকপ মফম অমথক্তদ য়েংউ। অদুদগী মিৎ উইশিল্লু। অদুগ লাই অদু পুক্নিংনা য়েংউ।

লাই অদু য়াওহ্নফাওবদা নহাক্ক য়াম্ন শেংনা মদুবু উব ওয়কনি। পুক্নিংগী লাই অদু নহাক্ক মিকুপ অমত্তং কৌবদ

লাকহনব ঙমগনি। মুমিৎ খুদিংগী পুং থরদি নহাক মৌনি ভোগদবনি। মতুঙদ পুক্নিং অসি য়াম্না লায়ন অমদি য়াদন থ্যান তৌব ঙমই।

ধ্যান দদি নহাক্না সুপ্নগী বাখল অমতমক লৈগদবনি নত্রগ পুক্নিং পাৎয়াই অসিদ ঈথক অমতং হোৎনগদবনি। পুক্নিং অসিন সুপ্নগী পোৎ অমথক্কুংগী মশক লৌরকনি। পুক্নিংগী অতৈ অতোপ্পা থবক-থনা পুন্নমক লেপখিগদবনি।

## ২। শোয়দব মগুৎ অমন বাখলবু লাকশিন্বা:

মাঙ্-তাক্লব নত্রগ পাম্নত্রব বাখলশিং অসিবু নহাক্কী পুক্নিংগী শোয়দবি, অকক্লব ফিবম অমন চঙ্‌হল্লনবগী শক্তি অদু নহাক নশামক্ত ভাম্মৌ। অসুম্না তৌব অসিন নহাক্না নহাক্কী মসুংদ লৈব আত্মাগী অৱাংব পুক্নিংগী ঈথিনশিং অমসুং মপালগী অৱাংব শক্তিশিং অমদি প্রভাবশিং অদু লৌশিনজব ঙম য়াই। নহাক নথণ্ড পাথি তৌজো "ঐন ইশাবু থিংজিনজরবনি; ইখাদ লৈব পোৎ খুদিংমক্ত ঐ অসি ইশান অফব অম ওইজরবনি অদুগ অৱাংবদ লৈব পোং পুম্নমক্কী অৱাংব প্রভাবশিং লৌশিঙ্গনবগী হাংদোকচরবনি। পুক্নিংগী ফিবম অসি আন তান মরক মরক্ত লৌরগন মসিন য়াম্না থুনমক হৈনবা অম ওইরকই।

পুন্সিগী অউব অমসুং ঊদব মায়কৈ অনিমক্কী অনেম অমসুং পামনত্রব প্রভাবশিং লাকপ অদু অৱাংব প্রভাবশিং পুম্নমক্ত মখোয়বু বার্তন তৌরুব চাং অদুক য়াম্না লাক্রবদ মনুংদ চঙখিগনি।

পুক্নিং অসিদ চিংনব হায়বসি লৈ, অদুগ মসিদ অশোংব

অওইব হায়বসিন্থ লৈ। ঈশ্বর হায়ব অম লৈবু লৈরবম্থ লৈবু লৈত্রবম্থ চিংনব অমদি লৈ। মসিবু সম-পায়া তাব কৌই। ঐহাক অসিন ব্রহ্মবু খঙব ঙনগদ্র নত্রগ ঙম্নোইদ্রা হায়ব অতোপ্প চিংনব অমস্থ লৈরি। অদুগ অতোপ্প খোজেল অমন হায়রি : "ঈশ্বর নত্রগ ব্রহ্ম অসি অশেংবনি। মহাক্তি ঐগী খুত্তা লৈব অমলকা হায়ব উহৈ অসিগুম্ম মপং ওইব, পায়ব য়াবা অশেংব অমনি। মহাক্তি জ্ঞান অমস্থং মুঙাইব মপৈ ময়াম অদুনি ( প্রজ্ঞা-নঘনা চিদ্‌ঘনা, আনন্দঘন )। ঐ খঙবা ঙমই।"

ঐখোয়দি করিগুম্ম খর তশেং-তশেংন খঙলবনি, অদুগ ফিদমশিং অসি নিংথিন মথাদ মপান-ময়া তাগ্রব ঙাক্তনি। ফিদম খর অমদি লৈচিন ইথাং থাংই অমস্থং কয়া চেস্তে। মখোয় অসি অমুক পাই অমস্থং অমুক চৎলি। ঐখোয়ন ফিদম খর য়োকখত্তুন মখোয় অহুবু মপান ময়া তান চেৎন হৌহনগদবনি ; রাখল ময়েক শেংব হায়বসিন পুক্লিংদ চমম্লব অমস্থং জ্ঞান-তানদব অদু কোকহল্লি। "ঈশ্বর হায়বসিবু লৈবু লৈত্র নত্রগা লৈবু লৈতত্র, ঐবু আত্মা জ্ঞান তানবদ মায় পাকত্র পাকলোইদ্র" হায়বনচিংব চিংনবশিং অসি লাকপদ "মসি অচুম্বনি ঐ শোয়দন মায় পাক্তনি। মসিদ করিগু চিংনবিঙাই লৈতে।" হায়তুন নিংথিন মথায় চুম্লব পোথি কয়ান কনশিম্ন লৌগদবনি। "ঐগী দিব্যনারিদ, ঐগী রাহৈ পুকৈদ "ঙমদে", "ওইথোক্তে", "লুই" অসিনচিংব রাহৈ অসি য়াওদে। মুখিংকী মথাদ পুম্নমক অসি ওইথোকপ ঙাক্তনি।" নঙগী নপুক্লিংনবু কম লেম্লবদ করিগুব অহত্ত অরুব লৈতে। কম

নিঙব অমদি চেৎন লেপ্পন হিরম থোৌদোক খুদিংদ নত্রগ তৌরু তৌরুব খুদিংদ অমসুং পুক্নিংবু জয় তৌবদ শোয়দন মায় পাকনি।

৩। মতেং পিদবুন বাখলবু লাকশিনব :—

পুক্নিং অসিন ফত্তব হিরম কয়াদ কোয়ন চৎলকপদ মতেং পিরুগনু। তপ্প তপ্প পুক্নিং অসি নহাক্ক থুডুম চল্লক্কনি। পুক্নিংদ মতেং পিদব হায়ব অসিগী প্রা'ক্টকেল মেথোদ অদু মসিদ লৈরে। করিগুম্বা পুক্নিং অসিন— "ঐ ঙসিদি অথুম অহাও চাগনি' হায়রবদি পুক্নিং অসিদ হায়গু "ঐন ঙসিদি নঙোন্দ নতেং পীরোই। ঐ অথুম-অহাও চারোই। ঐ সুপ্নগী ভল অমসুং হবাইদমক চাগনি" করিগুম্বা পুক্নিংন ঙসি সিনেমা য়েংগনি' হায়রবদি পুক্নিংদ হায়গু— ঐ স্বামী রামানন্দগী সৎ সঙ্গ য়াওরুগনি অমসুং মহাক্কী উপনিষদকী ভাষন তারুগনি।" করিগুম্বা পুক্নিং অসিন "ঐ মুগাগী যুদ্ধৎ ফিৎকনি'' হায়রবদি পুক্নিং অসিদ হায়গু "ঐ মতুংদ মুগাগী ফী অমত্ত শেৎলোই, ঐদি খদরদ শেৎকনি" মসি পুক্নিংদ মতেং পিদনবগী নিয়মনি। পুক্নিংদদি মতেং পিদব হায়বসিদি ইন্দ্রিগী ঈচেলশিং অসিদ হঙ্ৎন ইরে ইবনি পুক্নিং অসি পাশিল্লক্কনি অদুগ তপ্প তপ্প মসি নহাক্কী হায়ব ইল্লব মীনাই অম ওইরক্কনি। নহাক্ক পুক্নিং অসিগী মপু অম ওইরক্কনি।

মশাবু লাকশিল্লব মীশক অদুন ইন্দ্রিগ মরী লেনব পোৎশিং অসিগী মরক্ত মশা ফাজিন্না অমাদ চিংথোক-চিংশিনব অসিদগী মনিঙতম্ন চৎতুন শান্তি ফংই। পুক্নিং অমসুং ইন্দ্রিশিং অসি মহৌশান চিংশিনব অমসুং হন্দোকপগী ঈচেল অনি য়াওই।

মরম অসিন পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রশিং অসিন করিগুম্ব পোৎ থর অম পাম্মী অদুগ করিগুম্ব পোৎ থর অমন পামদে। তৌইগুম্বসুং মশা লাকশিন্ন চৎলব মীওই অমন ইন্দ্রিশিংগ মরী লৈনবশিং অসিগী মরক্ত চিংথোকপ অমসুং চিংশিনব অসিদগী মনিঙ তমদুন মশান মপু ওইজৈ অমসুং থম নাইত্রব শান্তি অদু ফংজৈ।

মশাবু লাকশিল্লব মহাক অদুদ নিঙবগী শক্তি য়াম্ন কল্লি। মরম অদুন পুক্লিং অমসুং ইন্দ্রিশিং মহাকী অনিংব য়াথং অত্র ইল্লি। মশাবু লাকশিল্লব মহাক অদুন দুঃখশিব নত্রগ তুকচ্চব য়াওদন স্বপ্নগী হকচাং অসিগী কশেংন চঙদব য়াদব পোৎশিং অদুদং লৌই। শাস্ত্রন য়াদব পোৎ অমত্ত মহাক্ন কদোইদৈ-দম্নু লৌদে।

## ৪। ৱাখলবু পাথহন্নব কলা

ৱবর থাফমশিংদ থারিবশিং অদুন অচৌব পাম্বীশিগী মনাক্ত হৌব। অহেনব পাম্বী মচাশিং অদুবু য়াম্হোকপগী নিয়ম অম চৎথরকই। অসুম তৌব অসিদগী মখোয়ন অচৌব উপাম্বীশিং অসিদগী মখোম ৱবর মহী) য়াম্ন লৌব ঙমই। মতৌ অসুম নহাক্ন অমৃতগী সঙ্গোম নত্রগ লোইব নাইত্রব অমৃত অদু থকচনবগী-দমক ৱাখলশিংবু অমমম ওন মাঙহনগদবনি।

থুম্মোক মন্নুংদগী অফব উহৈমখৈ নঙন থমহৌব অমসুং কত্তবমখৈ হন্দোকপ অদুগুম্ন নপুরিংদ অফব ৱাখলমখৈ থমকৌ অমসুং কত্তবমখৈ হন্দোকখো।

য়েক্রবশিংন মখোয়গী লানবনগী মনিংথোঙলোমদ থোরকপদ লাম্মী অমন মকোক অমমম ককপগুম ৱাখলশিং অসিন লানবনগী থোঙদগী পূক্লিংগী মথক্ত থোরকপদ অমমম ওইন ককথৎলু।

করিগুম্ব চুম অম মমৈ ককথৎপদ অককপ মমৈ অদুদ হিংননবগী শক্তি খজিক্তং লৈহৌব মরম্ম য়ে য়ে হাই। মিনিট অম নত্রগ অনিগী মতুংদদি লেঙ-ওৎপ পূম্নমক লেপখি। মতৌ অদুগুম ৱাখলশিং অসি হন্থহল্লব অমসুং পাথহল্লব ফাওবদ ৱাখল থরদি চুম মমৈগুম লেঙখিগনি। তৌইগুম্বসুং মখোয় অদু শক্তি য়াওদ্রবনি। মখোয় অদুন করিগুম্ব অমত্ত শাথিন মাহ-তাকহনব ঙম্মরোই।" মখোয় অদুদ হিংননবগী শক্তি লৈত্রবনি।

ঈরাক্লয়ব মীশক অমন মশাবু কঞ্জনবগীদমক করিগুম্ব অকংব অম পায়নব হোৎনবগুম মসিগী মপুন্সি য়াওদ্রব ৱাখলশিং অসিন মখোয়গী হায়গী মশা কনব পূন্সিগী ফিবম অদুদ হজিল্লক্লব কন্ন হোৎনৈ। নহাক্ল সুমিৎ থুদিংগী চাং নাইন ধ্যান অমসু প্রার্থনাগী সাধনা অদু তৌজয়বদি মখোয় অদু খী য়াওদ্রব থাংমৈগুম্ন মতোমত্ত শিজখিগনি।

কাম, অপঙব, মিহৌব, চাউথোকপ অমসুং তুকচ্চবনচিংবশিং অসি য়াম্ন লূন মরাত্তাগ্রবশিংনি। নহাক্ল উপাধী অমগী মশাশিং অদু ককথৎলবদি মখোয় অদু মতম থরগী মতুংদ অমুক চোংথৎলকনি। মতৌ অদুগুম্ন মতম থর পাথহল্লব নত্রগ নমথরব ৱাখলশিং অদু মতম থরগী মতুংদ অমুক মশক উৎলকই। মখোয় অসি য়াম্ন কম হোৎনদুন, ৱাখল তৌদুন অমদি ধ্যাননচিংব তৌদুন মপুঙ ফানা মরু ফুকঙৎকদবনি।

### ৫। নেপোলিয়ানগী নিয়মশিন ৱাখলবু লাকশিন্‌ৱ।

নহাক্না করিগুম্ব বিষয় অমদ খল্লিঙৈদ অতোপ্পা ৱাখলশিং চঙ্‌হনগনু। নহাক্না গুলাপ অমগী মরমদ খল্লিঙৈদ তোঙান তোঙান্‌ব গুলাপ মখলশিং অদুদং খল্লু। অতোপ্পা ৱাখলশিং চঙ্‌হল্লকনু।

নহাক্না ঙাকপিব হায়ৱসিগী মরমদ খনব মতমদ ঙাকপিবগী, স্ৱপ্নগী ঙাকপিব হায়ৱসিদংগী মরমদদ খল্লু। অতোপ্পা ঙাকপিব অমম্তং থাঙ্‌ব কনবনচিংবগী মরমদ খল্লুগনু। নহাক্না গীতাগী মরমদ খল্লিঙৈদ চা নত্রগ ক্রিকেট মেটচ অদুগী মরমদ খল্লুগনু। খুত্ত ৈলাৱব বিষয় অদুন মপুং ফান চিলহল্লু।

নেপোলিয়ান্‌ন মওং অসিদ মহাক্না ৱাখলশিংবু লাকশিল্লি: "ঐন হেন্না নুঙাইব পোৎ অমগী মরমদ খন্‌ব পাম্‌লক্‌পদ ঐন ঐগী পূক্লিংগী উপু অসি থিংজিন্দুন পুন্সিগী অৱাব-নুঙাইতব অমত্তু চঙ্‌হন্দে, অদুগ নুঙাইব য়াওরব উপুশিং অদু হাংদোকই। করিগুম্ব ঐন তূম্নিংঙক্‌পদ ঐগী পূক্লিংগী উপুশিং পুম্নমক থিংজিল্লি।"

### ৬। ফত্তব ৱাখলশিংন হল্লক্‌পদ ফাজিল্লু।

ফত্তব ৱাখলশিংন নঙগী নপুক্লিংদ পুং ১২ দৈ, অদুগ নুমিৎ ছুমনি শুব থৌদিংগী অমুক হল্লকই হায়ন খল্লসি। নহাক্না নুমিৎ থৌদিংগী ধ্যান তৌদুনা মখোয় অদুবু পুং তরা চুপ্পা ফাদুনা থম্ব, অদুগ চয়োল অমগী মনুংদ অমুক্তং হলুহন্‌ব ঙম্লবদি মদুমক লেপ্পরব ফগৎলক্‌পনি। করিগুম্ব নহাক্না নহাক্না সাধন অদু লেপ্তুনা চৎথরবদি ফাদুনা থম্ব ১সুং অমুক হল্লক্‌পগী মতম অদু অম্তম অম্তম তেনশিল্লকনি।

মথং মথং ওইন মখোয় অদু স্পষ্ট ঊরকনরোই। নহাক্কী হৌজিক ওইরিবা পুক্নিংগী ফিবম অসিগ হৌখিব চহিদ ওইখিব অদুগ নত্রগ মদুগী মমাঙ্গী চহিদ ওইখিবদুগ চাংদম্নদুনা য়েংঙু। নহাক্ন নহাক্কী চাওখৎলকপ অদু খঙ্ব ঙমগনি।

অহান্বদদি চাওখৎপ অদু য়াম্ন ত্তপকনি। নহাক্কী চাউখৎ হেনগৎলকপদু ওন্বদ য়াম্ন লুন থোক্কনি।

৭। অরানব ৱাখলদ করিগুম্ব অকোম্ব অমত্ত পিরুগনু।

অহান্বদ অরান্ব ৱাখল্ন পুক্নিং অসিদ চঙলকই। মদুগী মতুংদ নহাক্ন ভাব্ন কম শাগৎলি। হায়রিব অরান্ব ৱাখল অদুদ নহাক্ন লৈজরগ নহাক্ন মুঙাইজৈ।

নহাক্ন নপুক্নিংদ মসিন লৈবদু য়াই, অদুগ অরানব ৱাখল অসি থিংহৌত্রবদি মসিন নঙগী নপুক্নিংদ মকোল চাউন শা-রগনি।

অদুদগী মসি ভাম্নোকপদ য়াম্ন লুরব অম ওইরকই। "থোক অদুদ ইক্নি অমতং পীয়ু মদুদ মহাক্ন খুনিঙ অম লৌখিগনি।" হায়ব পাউরো লৈরিবনি। মসি অরান্ব ৱাখলশিংগীম্নু অচুম্ব লৈ হায়বদুনি।

৮. ফত্তব ৱাখল অদু হৌগৎলকপদ মাঙহল্ল।

নহাক্কী থোঙ নত্রগ থোঙ্গালদ হুই নত্রগ গাথা অম চঙ-লকে তৌবদ নহাক্ন থি·জিনব অদুগ হেক য়াম্নন, করিগুম্ব ফত্তব ৱাখল অমন চঙলক্লিতৈদ অমাদ নহাক্কী মাঠা অদুদ করিগুম্ব

প্রভাব অমত ভাগ্রিদৈদ নপুক্লিং অদু থিংজিল্লু। নহাক য়াম্ন থুনমক অশিংব ওইরক্কনি, অদুগ অমরগী থুবম, মপান নাইদ্রব শান্তি অমস্তুং কৃপা অদু ফংলক্কনি।

কামি ওইব, মিহৌব অমস্তুং অপঙ্ববু তাস্থোকখো। সৃষ্টিগী অশেংব মঙ্গলগী বাখলশিং অদুদং থম্মু। মসিদি অঙম চৌং কাব, অকব থবক অমনি। নহাক্ক মসিবু সাধন তৌগদবনি। মতম থরগী মতুংদ নহাক্কী হোৎনবদু মায় পাক্কনি।

ফত্তব রাখল অম মাঙ্হন্বন নঙোন্দ অতৈ অফোয়ব বাখলশিং মাঙ্হন্নবগী পাঙ্গল লাক্কনি অমস্তুং নহাক্কী আত্মা শক্তি নত্রগ নিঙ্বগী শক্তি চাউখৎলক্কনি।

নহাক মায়থিরবস্তু ফত্তব রাখল অম মাঙহনবদ কদৌ-দৈদস্তু নিঙবা কায়গনু। অরাব য়াওদন সুঙাইব অমত্ত লৈতে। নঙোন্দ সুঙগী অধ্যাত্মিক্কী শক্তি তপ্ন-তপ্ন ফোঙদোকপীরক্কনি। মসি নঙোন্দ ফাওরকপ ঙমগনি।

৯। ফত্তব বাখলশিংবু মুখৎনবা আধ্যাত্মিক্কী সাধনা।

বরিগুস্বদ নহাক্কী নপুক্লিংদ ফত্তব রাখল চঙ্লক্পা মতমদ নহাক্কী নপুক্লিং অদু কিবন থক-থক নিক্কনি। মসি আধ্যাত্মিকী লম্বীদ নহাক্কী চাউখৎলক্পা অদুগী খুদমনি। আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদ নহাক চাউখৎলক্লি। হৌখিবদ তৌখিব ফত্তব থবকশিং অদুগী মবমদ থল্লুবদ নহাক য়াম্ন অরাব অম ওইরগনি।

মসিবু আধ্যাত্মিক্ত নহাক্কী চাউখৎলক্পা অদুগী খুদমনি। হৌজিক্তি, নহাক্ক থবক অদু অমুক হল্লকলরোই। নহাক্কী নপুক্লিং

অদু নিক্কনি। করিগুম্ব ফত্তব থবক্কী অয়ান্‌ব রাখল অমন ইনশিন্দুনা নহাকপু হৈনখিব শাক্তংকী শক্তি অদুন থবক অদুমক অমুক তৌহল্লক্পদ নহাক্কী হকচাং অদু নিক্কনি। নহাক্কী ধ্যান অদু য়াম্ন কনথোন অমদি য়াম্ন পূকচেলশেংন মথা চৎথো। ফত্তব থবকশিং, ফত্তব রাখল পুম্নমক, শেত্তানশিংগী ফত্তবদ ইনশিললকপ পুম্নমক অদু মখোয় মশা মথন্দন শিজখিগনি। নহাক মপুঙ ফান অশেংব অমসুং শান্তি হায়বদু ওইরক্কনি।

হোৌগৎলক্পদদি নহাক্ক ধ্যানগীদমক হেক ফমথবগ মথক্স খুদিংগী ফত্তব রাখল পুম্নমক নপুক্রিংদ পোকলক্কনি। নহাক্ক অশেংব রাখল ফংনব হোৎনরিবৈঙ অমদি ধ্যান তৌরিবৈঙদ মসি করিগী ওইরক্লিবনো খল্লক্কনি।

মসিন মরম ওইদুনা সাধকশিংন মখোয়গী আধ্যাত্মিক্কী ধ্যানগী সাধনা অদু থাদোকই। নহাক্ক য়োং অমবু তাম্হোক্লব হোৎনরবদি মসিন নঙোন্দ লমনশিংদুন উক্কুল চাইনব হোৎনরক্কনি। মতৌ অদুগুম্ন, অয়িব কূইরব ফত্তব রাখলশিংন নঙোন্দ আক্রমন তৌদুনা লমন খুমলক্কনি অমসুং নহাক্ক অফব, আধ্যাত্মিক্কী ওইব থর পুখৎনব হেৎনব মতমদ শক্তি শরুক অনি হেনগৎলক্কনি। নহাক্ক য়েক্কববু নয়ূমদগী তাম্হোকপ মতমদ নহাক্কী য়েক্কব অদুন নহাকপু য়াম্ন কম থিংগনি।

প্রকৃতি অসিদ অথিংবগী নিয়ম অম লৈরি। অয়িব ফত্রব রাখলশিংন তকশিল্লকই অমসুং হায়রি "ও, মীওইব, সুংশি হৈতব ওইগনু। নিঙশিংব থোক্কব মতমদগী ঐখোয়বু নহাক্কী পুক্রিংগী

কারখানা অদুদ লৈহন্‌বিরক্লি। ঐখোয়না মসিদ লৈননবগী অধিকার খুদিংমক লৈ। ঐখোয়না মতম অসি ফাওবদ ফত্তব থবক খুদিংমক্ত নহাকপু নত্তেং পাংদুনা লাক্লি। নহাক্ক করিগী ঐখোয়গী লৈফম অসিদগী তাঃস্থোক্লিঃলিবনো ? ঐখোয়দি ঐখোয়গী লৈফম অসি থাদোক্লোই।" পুক্লিং হন্থগনু। চাং নাইনা নহাক্কী ধ্যানগী সাধনা অদু মখা চৎথো। মসিগী ফত্তব রাখলশিং অসি পাথজরকনি।

অস্থম তৌদুনা মখোয় অসি পুম্নাও মাও্‌খিগনি। মতম পুম্নমক্ত অওইবনা ওইদববু লাকশিল্লি। মসি প্রকৃতিগী নিয়মনি। নত্তু-ওইদব, ফত্তব রাখলশিং অসি অকব, নিঙথিব রাখলশিংগী মমাঙদ লেপ্প ঙমদে। থৌনা হায়বা অসিনা অকিববু লাকশিল্লি। খাঙব হায়বসিনা অশাউব অমস্থং শাগৎলকপবু লাকশিল্লি। নুংশিবনা তুকচ্চববু লাকশিল্লি। অশেংবনা মিহৌববু লাকশিল্লি।

ধ্যান তৌরিঙৈদ নপুক্লিংদ ফত্তব রাখল লাকপদ সুঙাইতব ফাওরকপ অদুমক, হৌজিক, নহাক অসি আধ্যাত্মিক্ত খুমাঙ চাউথৎলক্লি হায়রবা তাকপনি।

হৌখিবদদি, নহাক্ক জ্ঞান তান মথল খুদিংমক্কী ফত্তব পুম্নমক পৈশিন্দুনা থল্লে। নহাক্ক মখোয়বু তরাম তরাম ওকশিল্লে অমস্থং নোই-পেলহল্লে। নহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী সাধনাশিং অদুদ খাঙব কল্লু। করম নপ্‌শিল্লু অমস্থং হৈশিংঙু। নহাক নমাম পাক্কনি। করিগুম্ব মহাক্ক লেপ্তুনা চহি ২ নত্রেগ ও জপ অমস্থং ধ্যানগী সাধনা তৌজরবদি তনগল্লব মথলগী সাধক ফাওব মশাদ অঙকপ ফংনা

অহোংব লাকপড়ু খঙলক্কনি। হৌজিক, মহাক্ন সাধনা অদু লেপ্প ভয়ক্কলরোই। করিগুম্ব মহাক্ন নোংম মহাকী ধ্যানগী সাধনা অদু মাঙব তারবদি মথোন্দ নুমিৎ অদুগী করিগুম্ব খর মাঙ্বদু ফাওরক্কনি। মহাকী মপুক্নিং অদু য়াম্ন ব্লাইচিনগনি।

১০। ফত্তব ব্লাখলশিং কোক্কব থ্বাইদগী ফরব উপাই।

পূক্নিং অসি হাঙন লৈরব মতমদ ফত্তব ব্লাখলশিংন চঙ্-শিল্লক্কব হোৎনৈ। ফত্তন খন্ব হৃয়বব অসি পাপকী থবক তৌব হৌগৎলকপনি নত্রগ হৌরক্ফম্ অদুনি। সুপ্নগী মিহৌবগী মিৎয়েং অদুতন নহাক্ন হান্নন নথম্মোইদ পাপকী থবক তৌগ্রবনি। পূক্নিংগী থবকশিং অসিদন অশেংব থবকশিংনি। মসি নিঙশিংঙু। ঈশ্বরন মী অমবু মহাকী মনুংগী পুকচেলশিং অদু য়েংই; সংসারীকী মী-ওইশিংন মহাকী মপান্থোংগী থবকশিং অদুদ য়েংই। নহাক্ন মী অদুগী মপুক্নিং য়েংনব হোৎনগদবনি। মদুদ নহাকী অশোয়ব লৈররোই।

পূক্নিং অসি সপুঙ ফান থবক চিলহল্লু। মদুদ কনব ব্লাখলশিং চঙলক্লোই। অত্তন্ব ব্রেক্তি লাই ফত্তবগী থবক শূকমনি। মিনিট খুদিংগী পূক্নিং অসিবু য়েংশিল্লু।

মতম পুম্নমক্ত নশা অসি কি ফোৎপ, কোন ফেঙব, ব্লাই শিত্তোকপ, ঈশিং শোকপ, লাইরিক পাব, ধ্যান তৌব, মালা চৎপ, নাম শোনব, প্রার্থনা তৌব, অহন-লমনশিংগী সেবা তৌব নত্রগ অনাবগী সেবা তৌবনচিংব করিগুম্ব থবক খরদ ব্লাই চিলহল্লু

ফ-ত্তব বা ভাঙব নত্রগ রারেম ভাঙব তোকউ। পুক্লীং অদু গীতা, উপনিষদশিং অমস্তং যোগ বাসিষ্টনচিংবশিংদ য়াওরিব চৌংলেম্লব অরাংব রাখল খরন থল্‌হল্লু।

## ১১। বাখলশিংগী নুমিৎ খুদিংগী নিয়মশিং

পূক্লিং অসিদি ওকখিদ্রব অপাম্ব অমনি। মসিদি চোংহুনভ লৈব য়োং অমনি। মসি নুমিৎ খুদিংগী নিয়ম ভৌবিগদবনি। মদুগদ মসি খল্ল খর ওইন নহাক্কী নখাদ লার্কনি।

নহাক্ক ফ-ত্তব রাখলশিং অমস্তং থবকশিংবু থিংব অমদি ফত্তব রাখলশিং অমস্তং থবকশিংবু অমুক হোগৎলক্তনব থিংব হায়বসি সূপ্নগী পূক্লিং অসিবু থবক্কী লমদ তম্বীরবত্তদ ওই।

অফব রাখলশিংবু পুক্লিং থোগৎপ ১স্তং থবকশিংবু হোগৎহন্‌ব অমদি অফব রাখলশিং অমস্তং থবকশিংন অমুক হল্লকপদ ফাজিন্‌ব, লৈহন্‌ব হায়বসি সূপ্নগী পুক্লিং অসিবু থবক্কী লমদ তম্বীরবত্তদ ওই।

পুক্লিং অসি পোত্থানবগীদমক য়াম্ন ফজ্জরব শাক্কেল অম লৈ। মসিন নঙোন্দ অচৌব থোইলশিন অমস্তং পাঙ্গল হৈথরক্কনি। নমিৎশিং অদু উইশিল্লু। পুক্লিং মুঙাইব করিগুম্ব খরগী মরমদ খল্লু। মসিন পূক্লিং অদু অঙকৃপ মওং অমদ পোৎথাহল্লি। চাউরব হিমালয় চৌংশাং, শেংলব গঙ্গা তুরেল, পূক্লিং হুরব কাশ্মীরগী দৃশ্য, তাজমহল, কালিকত্তাগী ভিক্তোরিয়া মেমোরিয়েল, ভারমদাই নুমিৎকী নুংশিরব মতৌ, পাক-চাইল

শন্দোকপ্লব সমুদ্র নত্রগ মপান নাইদ্রব শংবানরব অতিয়ানচিংবশিং অসিগী মরমদ থল্লু।

সংসার পুম্নমক অসি নহাক্কী নশা অসিগ লোয়নন পাক-চাউরব আত্মাগী সমুদ্রদ চরু মকা অমগুম্ন তাউডুন লৈরি হায়ন ৱাখল তৌ। নহাক অসি অথোইব আত্মা অদুগ শম্নরি হায়ব ভাব তৌ। সংসার অপুম্ব অসিগী মপুন্সি অসি নঙগী থোঙ্দ মিহুন হুম্লি, লেঙ-ওৎলি অমদি চৎলি-চোংলি হায়ন ভাব তৌ। ভগবান হিরণ্যগর্ভ, পুন্সিগী সমুদ্রন নহাকপু মহাক্কী পাক-চাউরব মতম-বাক্ত নাউথেম্বিরি হায়ন ভাব তৌ। অদুদগী নঙগী নম্বিৎশিং অদু পাঙথোকউ। নহাক মপান নাইদ্রব পুক্নিংগী শান্তি, থৌন অমসুং শক্তি অদু হাকথেংনরগনি।

১২। ৱাখলশিংবু লিনগ চাংদম্নব।

মরুশিংদগী উটৈ পোক্লকপগুম ৱাখলশিংদগীম্ন থবকশিং পোক্লকই। অকব ৱাখলশিংন অকব থবকশিং পোকহল্লি। ফত্তব ৱাখলশিংন ফত্তব থবকশিং থোকহল্লি।

অফব ৱাখলশিং পৈডুন থম্মু। ফত্তব ৱাখলশিংবু মকু থোক-তোকউ। নহাক্ন সৎ-সঙ্গ তৌব, ধর্ম্মগী লাইরিকশিং পাব প্রার্থনা তৌবনচিংব অসিন অফব ৱাখলশিংবু য়োকখৎলবদি ফত্তব ৱা-খলশিং অদুদি মশা মথন্দ শিজখিগনি।

থোঙ্প মখাদ চঙব, নহাকপু লাহল্লব নুং মচা অদুবু নহাক্ন খুদক্ত লৌথোকপগুম নহাক্কী নপুক্নিংদ লাকপ নুঙাইতব ৱাখল অদু নহাক্ন খুদক্ত লৌথোকপম্ন শোয়দন ঙমগদবনি। মদুগদ

বাখলশিংবু লাকশিন্নব মহাক্কী মক্তিক চাম শক্তি কংলকনি। মচুঙদ মহাক্ক শাখ্যা[illegible]গীদ তশেংন থর চাওখৎপদু কংলগনি।

মহাক্ক লিন অমগী [illegible] চৈ অমমন কুব অমসুং মকোক থুগাইবদ মতম থম্বদি মদু তুপলেঙ্ লেঙ্দন লৈ। মহাক্ক মদু শিরে হায়ন থম্মি। ইথঙ থঙহৌদন মসিন মকোক থাক্কৎলকই অমসুং হৌদুন চেন্নখি। মতৌ অদুগুম্ব, মহাক্ক মতম অমদ থুগাই-ব্রব অমদি নম্থব্রব বাখল অদুন মপাক্কল অমুক কংলকই অমসুং মথোঙগী মকোকশিং কাঙ্খৎলকই। মথোম অদু অমুক হিংগৎ-লকপ চম্দনব মপুং কান মাঙহল্লগদবনি।

১৩। বাখলগী শক্তিন পৃথিবী জয় তৌব।

বাখলশিং নত্রগ অপাম্বশিং অসিবু লাকশিল্লু। ভাব্‌ন শাব নত্রগ কায়দবা বাখল থাদোকউ। পূক্লিং অসি মুথৎখিগদবনি। অপাম্ব-শিংবু মুথৎপ অসিমক মুক্তি নত্রগ নিঙতম্ব হায়বদুনি। ভাবন শাব অমত লৈত্রব কান্দ পূক্লিং অসি মাঙ্কন্‌ব হায়বদু ওইরে।

সংসারগী মায়াদ হাকথেংনরিব অসি নহাক্কী ভাব্‌ন শাগৎপ অদুননি। ভাব্‌ন শাগৎপ বাখলশিং অসি মপুঙ ফান লেপপ্রব মতমদ মসি মাঙ্খি।

বাখলবু জয় তৌব হায়বসিদি জশেংনমক অশোনব, অপঙ্ব অমসুং অশিবনচিংব লোম্ব নাইব পূম্নমক অসিবু জয় তৌবনি। মনুংদ পূক্লিংগ শোক্কব লান অসিন মপানগী মেচিন্‌গনগী লান অসিদগী হেন্ন অকিবগী মশক ওই। খুৎলাইগী শক্তিন পৃথিবী

অসি জয় তৌবদগী বাখলবু জয় তৌব অসিন হেন্না লুই। মহাকী বাখলশিংবু জয় তৌ, অদুগ নহাক্না পৃথিবী অপুম্ববু জয় তৌগনি।

১৪। বাখলগী শক্তি চেন্নবা আধ্যাত্মিকী থোক অম তৌ।

মহৌশান বাখলশিং অসি অয়ায়ব মওংদ মপানথোংগী পোৎশিং অসিদ চেটৈ। পূক্নিং অসিন মপানগী পোৎশিং অসিদ য়াম্না লায়ন থন্ব ঙমই। মসি মদুগী স্বভাবনি।

পূক্নিংগী শক্তি অসি অয়িব ঈরম অসিদ লায়ন চেনব ঙমই অদুগ সংসারীকী বাখলশিং অসি ওইন চেন্থখি। মসিন ঈশ্বরগী মরমদ থনব অসিবু থাইদগী অরুব অম ওইন লৌই। সংসারীকী পূক্নিংগী ব্যবহারদদি মসি য়াম্ন অরুব থবক অমনি।

পূক্নিং অসিবু সংসারীকী বাখলশিংন মপানগী পোৎশিং অসিদগী হন্দোকহনবা ১মুং মসিবু ঈশ্বরদ লৈশিনহনবদ লূরিবসিদি গঙ্গা তুরেলবু মাগী মহৌশাগী ঈচেল, গঙ্গা সাগরলোমদ চেন্‌হন্‌বগী মতুন্তা গঙ্গোত্রিরোমদ চেল্‌হন্‌বগ মাদৈ। মসি যমুনাগী ঈচেল্‌দ হঙ্গৎন কাখৎপগুম্বনি। অদুমকপু নহাক্ন নশাবু পোকপ অমসুং শিবদগী ননিঙ তম্ব পাম্নবদি য়াম্ন কম হোৎনদুন অমদি ত্যাগ তৌদুন মসিন কম য়ানিঙত্রব ফাওবদ মসিবু ঈশ্বরলোমদ চেম্নব হোৎনগদবনি। নহাক্ন সংসারগী অৱা অনাশিং অমসুং খুদোংথীবশিং অসিদগী নাম্থোক্নিংলবদি অতোপ্প মচৎ (চৎপা অম) লৈতে।

১৫। বাখল লাকশিন্‌বদ মিৎ-না শিংবসিগী কান্নব।

হৌগৎলকপদদি পূক্নিং অসি বাখল অমত্তদ লেঙদন থম্ব অসি য়াম্ন অরুব অমনি। বাখলশিংসিগী মশীং অসি হম্থহল্লু। বিষয়

অমথক্তংদ থন্নব হোংনৌ। নহাক্ত গুলাপকী মরমদ খল্লবদি সুপ্নগী মথল খুদিংমকী গুলাপ্ক মন্না লৈনব ৱাখলশিং অদুদং থনব ঙমই। নহাক্ত পৃথিবীগী তোঙান তোঙানৱ মফমশিংদ লৌব তোঙান তোঙানৱ গুলাপ মথলশিংগী মরমদ খনৱ য়াই। গুলাপশিংদগী লৌব মথল মথা অয়াম্ব পোংশিং অমসুং মখোয়গী শিজিন্নফমশিং অদুগী মরমদ খনব য়াই। নহাক্ত অতোপ্প লৈশিংগী ৱাখল ফাওব চঙহল্লকপ য়াই, তৌইগুম্বসুং উহৈ অমসুং মনা মশিংশিংগী ৱাখলদি তৌরুগনু।

পূক্নিং অসিন পান্দম অমত্ত য়াওদনা কোয়চৎ চৎপগি য়েংশিল্লু। নহাক্ত গুলাপকী মরমদ খল্লিঙৈদ ৱাখলশিং অদু ফৈবেংনহনগনু। অসুম অত্তম, নহাক্ত নপূক্নিং অদু ৱাখল অমত্তদ থম্ব ঙম্লকনি। নহাক্ত সুমিৎ খুদিংগী পূক্নিং অসিবু পকশি-থাশি নাইহনগদবনি। ৱাখলবু লাকশিন্বদ মনুংগী ওইন য়িৎ-না শিংব হায়ব অসি দরকার লৈ।

১৬। য়েংশিল্লু অমসুং নহাক্কী ৱাখলশিংবু আধ্যাত্মিক ওয়্যোকউ

ৱাখলশিংবু য়েংশিল্লু। ৱাখলশিং অদুবু লাকশিল্লু। নহাক্কী ৱাখলশিং অদুগী সাক্ষী অম ওইয়ু। ৱাখলশিংগী মথক্ত কাখৎলু, অদুগ ৱাখল হায়ব শম লৈত্রব অশেংব জ্ঞান অদুদ লেপ্লু।

কূপত্রব পূক্নিংগী মমিশিং, অনিঙবশিং, অপাম্বশিং অমসুং পূক্নিং হায়বসিগী লৈথাদ লৈত্রব কামগী অপাম্বশিং অসিন নহাক্কী সাধারন জ্ঞানগী পুন্সিদ অকনৱ ফল অম পোকহল্লি।

মখোয় অসি শেংদোকপবনি অমসুং মমৎথগদবনি। মখোয় অসি আধ্যাত্মিক ওন্থোকপবনি। লাইবক কব হায়বদু করিনো তাউ। লাইবক কব হায়বদু করিনো য়েংঙু। লাইবক কব হায়বদু করিনো থল্লু। লাইবক কব হায়বত্র করিনো হায়রু। লাইবক কব হাবব অদুদ ধ্যান তৌ। লাইবক কব হায়বসি করিনো ভাব তাউ। লাইবক কব হায়বসি করিনো থঙু।

অকিব, কম পানজবব, য়াম্ব তুকচনব, য়ারোনব. থাঙব ওম-দব, অশাউব, অপাম্বশিং অসিন পুক্লিংগী লৈথাদ তৌরিব থবকশিং অসিদ অপনুব ওইহল্লি। ধর্ম্মশিংবু য়োকথহল্লু। পুরিংগী লৈথা-সুং অসিবু শেংদোকউ অমসুং মপাঙ্গল কলহল্লু। অপাম্ব, মি-হৌবনচিংব অসিন, মহৌশাগী অশেংব কিবমদ হল্লিন্গদব অমসুং মনিঙ ডমহনগদব পুক্লিং অসিবু অচুম্ব কংব অমসুং ধ্যানগী সাধনাদ মমহল্লি অমসুং মীনাই ওইহল্লি। হন্থব থাকৌ পুক্লিংগী ইথিলশিং অসিদি মপানগী হকচাংগী অমসুং পুক্লিংগী ওইব থাকৌনি।

অপাম্ব বাসনাশিং (পুক্লিংগী মমিশিং অমসুং কুপশ্রব অপাম্বশিং) অসি লৈতত্রুন পুক্লিং অসি থবক তৌত্রবদি মনোনাস নত্রগ পুক্লিং হায়ব অম অমুক লৈতবগী থাক অদু য়োয়কই।



## ভিপান্নবা পান্দুপ

## রাখলগী কলচর অসিগী মওংশিং

১। অচুম-অরান খন্দোকপ অমসুং পুক্নিংগী মন্নবগী নৈনব।

করিগুম্বা অপাম্বশিংনা মহাক্কী নপুক্নিংদা চঙলকপদা মখোয়-দুবু নীংব থুংহন্নব হোৎনগনু। অচুম-অরান খন্দোক্নুনা, চুম থিজিন্দুনা অমসুং অপাম্ব খাদোক্নুনা মখোয়শিং অদুবু হন্জেকখো। মহাক্না লেপ্তুনা সাধন তৌবদগী পুক্নিংগী পাঙল অমসুং পুক্নিং ঙৌ.ব হায়বদু ফংজগনি। পুক্নিং অসি পাথরকনি। পুক্নিংনা কোয়চৎ চৎপ অসি হাকথেংনন থিংগদবনি। মসিগী মপান্দা চৎথোক্লীংবগী অপাম্ব অসি লাকশিনগদবনি।

অপাম্বশিং অসিবু মুথৎলবদি রাখলশিং অসিনু মশা মত্তোমত্ত শিজখিগনি। পুক্নিংগী দোষশিং অসিদা লেপ্তুনা য়েংশিন্দুনা অমদি ত্রম্মাদ থম্লগা ইন্দ্রিগী ওইব পোৎশিংদগী পুক্নিং অসি খাইদোকই।

সম হায়বদু সাধন তৌবদা জ্ঞান ইন্দ্রি মঙা নত্রগ জ্ঞান ফংনবগী হকচাং কয়াৎশিং হায়বদি মিৎ, নাকোং, নাতোন, উনশা অমসুং লৈরেংশিং অসিবু লাকশিনগবনি। সম হায়ব অসি বাসনা নত্রগ অপাম্বশিংবু তত্তনা মুথৎপদগী খোয়কপ চীং-লেপ্পব পুক্নিংগী থিবম অদুনি।

২। ফত্তব ৱাখলশিং অমসুং ঈশানা য়েংশিনজব।

ফত্তব ৱাখলশিংদগী শিব অমসুং মাঙ্‌তাক্লব ফল থোক্‌হন্‌লকপ অদু মহাক নশামক্ত খঙ্জিন্‌গদবনি। মসিন নঙোন্দ ফত্তব ৱাখলশিং লাকপদ নশাবু ঙাকশেল্‌হন্‌গনি। মথোয়না হেক চঙ্‌লকপ মিকুপ অদুদ নশামক্ত চেকশিল্লু নত্রগা নপুক্লিং অদু করিগুম্ব ঈশ্বরগী ওইব করিগুম্ব ৱাখল অমদ থৈদোকউ, প্রার্থনা তৌ নত্রগ জপ তৌ। ফত্তব ৱাখলশিংবু তাম্থোক্লবগী অশেংব মওংদি নহাক্ন করিগুম্বদ মথোয়বু মঙ্‌ন উরব ফাওবদ তাম্থোক্লবগীদমক থূদক্ত মিকপ থোক্নবা হৌগৎকদবনি। নহাক্ন মিকপ থোরক্‌পদ য়েক্লবশিং অদু থোরক্লবসু নহাক্ন মতিকচান য়েংশিল্লবদি মথোয়গা থেংনবদা লূন থোক্রোই।

নহাক্কী নপুক্লিংদ নত্ত-ওইদব অমদি ভাবন পঙ্‌শা-শাজিনব অদু কোকহনগদবনি। পুক্লিং হায়বসিদি শাম্মুনত্ত লৈব অঙাং-গুম্বনি। ইরাঙ-লাঙব পুক্লিংগী শক্তিশিং অদু অচুম্ব কংনবগী লম্বীদ মরাম্ব ধুক্ত পুথরক্কদবনি। পুক্লিং অসি সত্ত হায়বদি অচুম্ব মগুম থনকল্লগদবনি। মসি লেপ্তুন অচুম্ব নত্রগ ঈশ্বরগী মরমদ থলব তম্বীগদবনি।

নহাক্ন নহাক্কী আধ্যাত্মিকী লম্বী অদুদ লেপ্তুন চাউখৎনিঙ-লবদি ৱাখল থুদিংমকপু য়েংশিল্লু। অহাঙব পুক্লিং অসি মতম পুম্নমক্ত অৱাবগী মশক্নি। মসিদি লাই ফত্তবগী থবক তৌফম্নি। ৱাখল চঙঙু। নহাক্কী পুক্লিং অদুদ মিৎয়েং চঙশিল্লু। ৱাখল অমসুং নীংঙকপ থুদিংমক য়েংশিল্লু।

নহাক্কী ৱাখলগী ঈহৌশিং অদু আধ্যাত্মিক ওহোকউ মক্ত্রগা চীং-লেমহল্লু। ফত্তব ৱাখল হায়বসিমক থ্বাইদগী খুদোং-থীনিঙাই ওইরব হূরানব অমনি। অসিগুম্ব হূরানব অসিবু জ্ঞানগী থাঙশাং পায়দুন হাত্তোকউ। মুমিৎ খুদিংগী নহাক্কী অনৌব নপুক্কিংদ আধ্যাত্মিকী মক্ত্রগ ৱাখলগী অনৌব ঈথক হৌহল্লু। নহাক্কী অশেংব, অকনব, চীং-লেম্লব অমদি চপ্-চারব ৱাখল ওইহল্লু। নহাক্ক মপান মাইত্রব আধ্যাত্মিকী পাঙ্গল অমম্বুং শান্তি ফংগনি। ৱাখল খুদিংমক অসি শেমগৎ শাগৎপা অমম্বুং পুকচেল চাউবা ওইহনগদবনি।

ৱাখলশিংসি (অত্মাদগী) থৈদোরকপা মঙালনি। ৱাখল পুম্নমক হসিবু হাল্লোকউ। নহাক মঙালশিংগী মঙাল অদু হুম্ন চৎলু। নহাক্ক আত্মা জ্ঞান ফংনিংলবদি ভাব্‌ন শাভিন্‌ব অমম্বুং ৱাখম লাকশিনবশিং অসি শোয়দন লেপকবনি। পুক্কিংদ ফাওরক-পশিং অসিবু শেংদোকউ অমম্বুং লাকশিল্লু। নহাক্কী মপাম-থোংগী জ্ঞান অসিগী মথাদ মায় পাক চাউরব মথা থংব জ্ঞানগী জীবন অম লৈরি।

হৈনবী শাজৎ পুম্নমক অসি মথা থংবা জ্ঞানগী লৈরোল অসিদগী থোরকই। সাধারন পোৎশিংগ মরী লৈনব জ্ঞান অসিদগী মথা থংব লৈরোনগী ওইব জ্ঞানগী জীবন অসিন শক্তি লৈব হেল্লি। যোগ সাধন তৌদুন নহাক্ক পুক্কিংগী লৈথাদুং অসিবু হোংদোকপ, লাকশিনব অমম্বুং প্রভাব তাহনব ঙমই। পোকপদগী লোয়নরক্লব ফগুব শাজৎ অম লোথৎলু অদুগ মদুগী ওয়তৈনবদ

অমুক খুদিংগী ধ্যান তৌ। মসি সুংখিলগী মতমদসু সাধন তৌ। কত্তব রিবর মতু খুননক মাঙখিগনি। তাকপিব হায়বদুগী মরীদ অমুক অমমদুং সুংখিলগী মতমদা ধ্যান তৌ। মতোম খুননক তাকপিবগী গুন চেন্নকনি।

করিগুম্বা চয়োল অমদা অহুমলক কত্তব রাখল হৌরকপগী (মমচৎ মাঙবা হৌরক্লবনি হায়না লিংশিংঙু) মহুত্তা খা অমদা অমুক্তং হৌরক্লবদি, করিগুম্বা চয়োল অমদা অমুক শাউবগী মহুত্ত খা অমদা অমুক্ত শাউরক্লবদি মতু চাওখৎলকপগী খুদমনি। মতু নহাকী নীংবগী মপাঙ্গল হেনগৎলকপগী খুদমনি অমসুং আধ্যাত্মিকী শক্তি হেনগৎলকপগী খুদমনি। সুভাইবগী তূংনকম অম ওইনু। আধ্যাত্মিক চাওখৎলক্লব ভাইরি অম থম্মু।

## ৩। যোগগী মওংদ রাখলবু নৈনদুন ইশাবু চাওখৎহনব।

যোগ সাধনাদ থেংনব মীরমলেনগী ওইবশিং অসিদগী খোইদোক হেম্মোকপ অকুপ্প মথলগী থোদোকশিং অসিবু ইচম চম মিত্রং অম ওইনা লৌনরি অমসুং চিংনরি। যোগ হায়বসি অকে-অমৌগী বাস্থ নত্তে, অদুগ সাধারণ ওইদব অমসু নত্তে। মসি মীওইবগী মশাদ লৈরিব রাখলগী শক্তি পুন্নমক অসিবু চাওখৎহনব হায়বসিন পান্দম্নি। মসি মতমগী মতুং ইন্না চাংয়েং তৌরব, বৈজ্ঞানীক ওইব, হেন্না কব মওংদ পুন্সি অসিবু রূপান্তরিগদব অমদি হয়েংগী মীরোল পুন্নমক্ক ইন্নরগদব অমনি।

যোগগী নিয়ম পুন্নমক অদুগ লমচৎ শাজৎকী ত্রেনিং অমসুং থম্মোয়গী মপুঙ্কাব হায়বদুন মথোয়গী মুক্তম ওইবনি। হিংসাবু মুথৎপ অদুগ করিগুম্ব ধর্ম্ম থরবু রোকথৎপ হায়বসিন যোগগী লম্বীদ অহানব কৈরাক কাবনি।

নহাকী লমচৎ-শাজৎশিং অদুবু লাকশিনব, অদুগ সুমিৎ থুদিংগী চাং লাইন য়েংশিন্দুন অমদি অচুম্ব হৈনবী থরন চীং-লেম্বব, অশেংব লমচৎ অম শেমগৎপ হায়ব অসিন অনিগুব থাকনি। নিঙথিন শেম শারব অমদি ধর্ম্ম চেল্লবা লমচৎ অসিগী মথক্ত যোগগী মখা চত্থব শরুক অদু শাগৎকদবনি।

৪। মহুৎশিনজিনবগী মওংদা ৱাথলবু নৈনব।

মহুৎশিনজিনবগী মওং অসি ফত্তব ৱাথলশিংবু মাঙহন্নবগী-দমক য়ায় অয়ারব অমসুং য়াম্ন কান্নব অমনি। ঙাকপিব, সুংশিব, অশেংব, ফনবিব, পুনশিমিন্নব, পূকচেল চাউব, অমসুং নোল্লুকপনচিংব অকব ধর্ম্মগী ৱাথলশিং অসি নহাকী পুক্নিং লৈকোলদ হৌহল্লু।

তুক্কচব, মিহৌব, অশাউব, কন্নকপ, চাউথোকপনচিংব ওন্ন তৈনব, ফত্তব ৱাথলশিং অসি মশা মতোমত মাঙজখিগনি।

ফত্তব ৱাথলশিং অসিবু থাজৈশেংন মায়য়োক্নন লাম্বা তৌব হায়বসি অরুবনি। নঙ্ন নহাকী অনিঙ্ব অদুম্ত হেনগৎহন্গনি অমসুং নহাকী শক্তিসু মাঙ্হন্গনি।

৫। ৱাখলবু নৈননব আধ্যাত্মিকী নিয়মশিং।

করিগুম্বা নঙন শেংদব ৱাখল অমবু হন্না-হন্না খল্লবদি মতুম অনৌব মপাঙ্গল অম ফংলকই। মাসিনা খোঙচৎ অসি, চাং অসি অশুম হেনগৎলকই। নহাক্না মসি খুদক্তা তাম্বোক্লবনি। নহাক্না মতু ভোবদ অরাব অম ওইরবদি শুম-তৈনব ঈশ্বরগী ৱাখল য়ে কখৎলু। চৌং-লেম্লবা অমদি থোইনশিন পোকপ ৱাখলশিং য়োকখৎলু। ফত্তব ৱাখলশিং অতুদি মশা মত্তোমত শিজখিগনি। পুকচেল চাউরবা ৱাখলশিং অসি ফত্তব ৱাখলশিংবু মায়োক্না লবগী ফরব শিদহিদাক্নি অহানুব নিয়ম অতুদগী মসিন খর লায়রবনি। ঈশ্বরগী নামবু নোংমদ লিশিং কয়ারক হন্না শোপ্পা-রবদি অকব ৱাখল অতু অনৌব মপাঙ্গল ফংলকই। "অহম্ ব্রহ্মাস্মি" হায়রবসি নোংমদ কয়ারক হন্না শোনুব অসিন নহাক অসি আত্মানি হায়ব ভাব অসি কনখৎলকই। হকচাং অসি নহাক্কি হায়ব ভাব অসি হেন্না হেন্না শোম্থরকই।

নহাকী পুক্নিংদ ফত্তব ৱাখল চঙ্‌লক্লবদি মখোয়বু তাম্বোক্‌নব নিঙবগী শক্তি শিজিন্নগনু। মঙ্‌ন নহাকী শক্তি মাঙহল্লুনত তোক্কনি। সুপ্নগী নহাকী অনিঙব অতু মাঙহল্লুনত্তা তোক্কনি। নহাক চোকথহল্লুনত তোক্কনি। নহাক্না হেক হোৎনরিব মথৈ ফত্তবগী ৱাখলসু শরুক অনি হেন্না মপাঙ্গল কনখৎলক্কনি। মখোয় অতু য়াম্না থুনসু হল্লক্কনি। ৱাখলশিং অতু হেন্না শক্তি কনখৎলক্কান থোঙইরুগনু, ভুমিম্না লৈথোক্কউ।

মখোয় লম্ভু খুনমক হৌখিগদবা ঙাক্তুনি। নত্রগন অকপ ওন্‌ন-থৈনব পিতৃপক্ষ ভাবনাগী নিয়মগী বাখল্‌ন মহুৎ শিঞ্জল্লু। নত্রগন ঈশ্বরগী চিত্রবত্ত অমম্লং মঙ্গদ হন্ন-হন্ন কম থল্লু, নত্রগ প্রার্থনা তৌ।

৬। বাখলগী নৈনব (কলচর) অসিগী মরু ওইব।

বাখলগী কলচর অসি য়াম্ন মরু ওইব বিষয় অমনি। মসিগী কলা নত্রগ বিজ্ঞান অসি মী থরদন থঙ্‌ই। লাই-রিক-লাইশু হৈরবনি লায়রিব মীশকশিং অসিন কাওবা মসিগী য়াম্ন মরু ওইগ্রব মহৈ অসি থঙ্‌নদে।

পুন্নমক অসি পন্ত্তুংফম য়াওদবা বখলগী মথাদ শিরগদবা ঙা-ক্তুনি তোঙান তোঙানবা মখলগী চেক্রবা (কোম্লবা) বাখল পুন্নমক্ল লাকই অদুগা পুক্লৌংগী কারখানা অসিদ চৎলি। ছন্দ মাত্রাসু চানদে, অদুগা মরমসু চাদে। মসিদ য়ানবসু লৈতে, অদুগ থকশি-খাশিসু নাইদে। পুন্নমক অসি থমথেংন কাং-থোং চাইব অমসুং চমন্নব থোকই। মসিদা বাখলশিংগী অশেংব কিবম লৈতে।

নহাক মথং মনাও অমদি নিয়ম নাইন মিনিট অনিদং কাওব বিষয় অমদ থন্‌ব ঙমদে। বাখলগী নিয়মশিং অমসুং পুক্লিংগী নিয়মশিং অসিগী মায়কৈদ নখোয়ন কর্রিসু থঙ্‌দে।

মসুং অসিদ মপুঙ ফারব শায়োকশঙ অম লৈরি। ইন্দ্রি-শিংগ মরি লৈনব বাখলশিংন ইন্দ্রিশিংগী থবক তৌব মী-শক অমগী মপুক্লিংদ চঙ্‌গদবগী মখোয় মশেন থৎনৈ অমসুং অহানব ভাবৈ। মিৎ হায়ব ইন্দ্রি অসিন মহাকী বাখলশিংদু

পুশিনরুব হোৎলৈ। মসিন দৃশ্য য়েংনিংই। নাকোং হায়ব ইস্ত্রি অসিন কান্নবা রাখলশিং, অপাম্বগী রাখলশিং, ভুকচবা রাখলশিং, মিৎকোৎবগী অমসুং অকিব রাখলশিং অসি পামই। মখোয়গী পুক্নিংগী শক্তিশিং অসি ইন্দ্রিগ মরী লৈনব নায়ক-শিঙলক অসিদ চেনশিনগদবগী ফিবমদা লৈ।

৭। রাখলশিংগী লান।

রাখলগী লৈনব অসি হোৎনবগী অপেংব অমসুং শেংদব রাখলশিংন মনুংদ লাম্বেংনরকই। শেংদব রাখলুন পুক্নিংগী কার-খানা অসিদ চঙ্‌ননব হয় হয় হোৎলৈ। মসিন হায়রি "হে, অপঙ্‌ব মী নহাক্নদি অগানবদ ঐবু চঙ্‌জকম পীবিয়ে, নহাক্নদি হান্‌ন স্বাগত্‌ তৌরে। নহাক ঐবু নপুক্নিং হরাওন ওকচরে। অদুন, নহাক্কী শারম্‌চংবী কাম্‌ন থম্লব নপুক্নিংগী অনেম্ব লমদম অদুদ লৈননব ঐগী অধিকার পুম্নমক লৈ। নহাক করিগী ঐঙোন্দ তাথীরিবনো? সুপ্নগী ঐতন নহাকপু রেষ্টোরেন্টশিং অমসুং হোটেলশিং, শিনেমা, ড্রামা, জগোয় শাকম অমসুং য়ু থককম-শিংদ পুবি নত্রগ ইরাং তৌকল্লি। নহাক ঐঙোন্দগীত ওইব মথল মথা অম্যাম্ব ইন্দ্রিগী সুঙাইব কয়া ফংই। নহাক, হৌজিক, করিগী ঐঙোন্দ তৌবিমল থঙ্গ্রিবনো? ঐ থিংনিংই, ঈন্‌শিন-নীংই অমসুং অমুকস্‌ হয় হয় হোনীংই। নহাক তোনিঙ্‌বত তৌ। নহাক্তি থাইনগী হৈনবীশিং অদুন শোম্বরবনি। নহাক্তি খাঙ্‌জনব নপাঙ্গন লৈজরবনি।" অদুমকপু, সুপ্নগী অপেংব

বাখলশিংমক্তুন মায় পাকনি। মসি হায়বসিন মরু অমসুং তঙ্ম-নগী শক্তি লৈব লেপ্লি। অফবন ফত্তববু ঙমই।

৮। অফব বাখল—অহানবা মপুঙ ফাব।

বাখল হায়বসি অফব মীনাইনি। মসিদি খুংলাই অমনি। নহাক্না মসি হৈ-শিংনা অমসুং মফম চান শিজিন্নগদবনি। মুঙাইন-নবগী মরু ওইব পোৎচঙদি বাখলবু লাকশিনব অসিনি।

নহাক্কী বাখল অসি নহাক্কী নমায়দ মমি ঙাই। বাখল অসি আধ্যাত্মিক্কী মীওইবগ মরী লৈনব মরক্ত শাব থোংনি। নহাক্কী হকচাং, নহাক্কী কারবার, নহাক্কী য়ূম—মখোয়শিং অসি নহাক্কী পূক্লিংদ লৈব বাখলশিং ঙাক্কনি। বাখল হায়বসি পাঙ্গল কল্লব শক্তি অমনি। অফব বাখল হায়ব অসিদি অহানব মপুঙ ফাব অদুনি। বাখল হায়বসি অশেংব সম্পত্তিনি।

৯। বাখলশিং অসিবু নৈনৌ অদুগ বুদ্ধ অম ওইয়ু।

নহাক্কী পূক্লিংদগী দরকার লৈতব, কান্নদব অমসুং য়ানদব যেৎননিঙাই ওইব বাখলশিং পূম্নমক ঙাস্থোকখো। কান্নদব বাখলশিংন নহাক্কী আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপদ অখিংব ওই। য়ানদব-বাখলশিংন আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপদ অথিংব পন ওই। নহাক্না কান্নদব বাখলশিংদু থম্ব মতম অদুদা নহাক অসি ঈশ্বরদগী লাপ্না লৈরবনি। ঈশ্বরগী বাখলশিংন মহুৎ শিনজিল্লু।

মথেং ওক্কগদব অমদি কান্নগদব বাখলশিং অদুদং য়োক-খৎলু। কান্নব বাখলশিং অসি আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপ অমসুং

হেনগৎপ অদুদ চৎনবগী খোঙথ'ফম সিঢ়িনি। পুক্নিং অসিন অৱিব শারক-মোংশোংদ চেনশিনব অমসুং মশাগী হৈনবী লম্বী অমসুং হৈনবীশিংদ চৎলিব অদু য়ারুগনু। য়াম্ন চেকশিন্নুন য়েংত্নুন লৈয়ু।

মহাক্ন মথল পুম্নমক্তা অপিকপ ৱাখলশিং কান্নদব ৱাখলশিং, মতিক চাদব, শেংদব ৱাখলশিং, যোনিগ মরী লৈনব ৱাখলশিং, মিহৌবগী ৱাখলশিং, তুক্চব অমসুং ওইজব থিবগী ৱাখলশিং অসিমু মনুং কঞ্জিন্ন য়েংশিন্দুন মুথৎলু। মাঙ্‌নবগী মশক ওইরব, চানদব অমসুং য়ানদব পুম্নমক অসি মহাক্ন মাঙ্‌হন্‌গদবনি। মহাক্ন মতম পুম্নমক্ত অশেংব, অফব, সুংশিব, চীংতেম্ব অমসুং ঈশ্বরগী ওইব ৱাখলশিং অদুদং য়োকখৎকদবনি ৱাখল পুম্নমক অসি শেমগৎ শাগৎপগী মওংদ তাক্ক ওইগদবনি। মসি অকন্‌ব থবক অমসুং চপ্‌চাব অম ওইগদবনি।

পুন্নিংগী মথি অদু তশেং তশেংব অমসুং নিঙথিন চপ-চাব ওইহন্‌গদবনি; মদুন অতোপ্পশিংদ শান্তি অমসুং পুক্নিং ঈংথব ওইহল্লি মসিন কনাগুম্ব অমদ খজিক্কুং ফাওব অনাব অমসুং পুক্তাইতব ফাওহল্লোইদবনি। মতুংদ মহাক অসি পৃথিবী অসিদ রূপ লৈরব আত্মা অমা ওইরবনি। পৃথিবী অসিদ মহাক চাউরব শক্তি অম ওইরবনি। যিশু নত্রগ বুদ্ধন ভৌরম্বগুম্ব মহাক্ন কয়াগী মতেং পাংব তমগনি, পীশং কয়া অম অনাব কোক্‌হন্‌ব, আধ্যাত্মিক চঙ্‌হন্‌ব অমদি চাওখৎহন্‌ব তঙ্গনি।

নহাক্ন লৈকোন অমদ জবাকুশুম, আতরগুলাব, থরো, হোনোল্লুলুনচিংব লৈশিং থাবগুম্ন নহাক্ন, অন্তকরনগী পাক্লদ লৈকোন্দ সুংশিব. ঙাকপিব, থৌজাল লৈব, অশেংবনচিংব শান্তিগী ৱাখল লৈরাংশিং অসি থাজিল্লু। মপুংহল্লিন্ন য়েংশিন্দুনা নহাক্ন পূক্নিংগী লৈকোন অসি ঊশিং চাইগদবনি ; ধ্যান তৌব অমসুং ঈংল খল্লব অসিদগী অরেম্ব, কান্নদব, ম্নানদব ৱাখলশিংগী মকু অসি লৌথোকউ।

১০। অতোপ্পা মীগী অশোয়্ব য়েংব ৱাখল থাদোকউ।

পুক্নিং অসিগী মহৌশাগী ওইব ফিবমদি মসিন তত্তন থল্লিব অদুমক মসিন ওইরকই। অসুম্ন, নহাক্ন করিগুম্ব অতোপ্পা মুপা অমগী হিংসা অমসুং অশোয়বশিং অদুগী মরমদ খল্লবনি নহাকী নপূক্নিং অদু মতম খরদ ওইরবসু হায়রিব ভাবশিং অদু ওইরক্কনি।

হায়রিব মনোবিজ্ঞানগী নিয়ম অসি খঙ্ব মহাক অদুন কদৌঙৈদম্ব অতোপ্পশিংবু হুলাল্লোই নত্রগ অতোপ্পশিংগী লমচৎত অরান্ব থিরোই—মতম পূম্নমক্ক অতোপ্পশিংগী অফব অদুদং উই অমসুং থাগৎলি। মসিগী সাধনা অসিন কনাগুম্ব অমনা ধ্যান তৌবদ, যোগদ অমদি আধ্যাত্মিকী লমদ চাওখৎহল্লি।

১১। অরোইব ৱাখল্ন মথৎগী মপোক লেপ্পি।

মী অমগী শিরমদাইগী অরোইব ৱাখল অদুন মহাকী মতুংগী মরাইবক শেম্মি। মী অমগী অরোইব ৱাখল্ন মহাকী মথংগী

মপোক লেপ্লি। ভগবান কৃষ্ণন ভাগবত গীতাদ হায়রি, "কনাগুম অমন অরোইবদ করিগুম্ব জীব অমগী মরমদ থল্লব, অদু ওইরবদি হে কুন্তিগী মচা! মহাক অদুন জীব অদুগী মরমদ গুণ্ডন থম্ব মরম্ম মহাক্ক জীব অদুদ চৎলি।". ( অধ্যায়, ৮-৬ )

অজামিল হায়বসি অশেংব লমচৎ য়াওব্রব, অমদি হিংবগী কায়ত্রব অমনি। মহাক্ক পাপ্প ভারব, হূরানব অমস্তুং লুট তৌবগী থবক্ক লেল্লমই। মহাক মীয়াম ভিন্নরবী মুপী অমগী মীনাই ওইরম্মি। মহাক অত্তাং তরাগী মপা ওইরমই। অতোনবচুগী মমিং নরায়ন কৌরমই।

মহাক্ক শিরমদাইদ মহাক, মহাক্কী মচানুপা অতোম্ব অদুগী রাধলদ লুপলম্মি। অকিবগী মশক ফংলব যমগী দুত অহুম অজামিললোমদ চঙশিল্লকই। অজামিল্‌ন য়াম্ম রান, মখোল হৌন মচানুপা অতোন্‌ব নরায়নবু কৌরকই।

"নরায়নগী" মিংথৈবু ইচম-চম্ম খজিক্কং পল্লুবদ ভগবান হরিগী মনাইশিংন থুন য়াঙন চেনশিল্লক্তুন যমগী মনাইশিং অদু থিংখরে। মখোয়ন মহাকপু বৈকুণ্ঠ নত্রগ বিষ্ণুলোক্ত পুখ্রে।

রাহৈন কোঙদোকপ ঙমত্রব লংলব, মগুণ লৈরব মৈরিক অম ওইন শিশুপালগী আত্মান ইবুঙো মতোন্দ তিনখি। তোল্লব শিশুপাল অসিন মপুন্সি চুপ্প ভগবান কৃষ্ণবু চৈদুনভ লেনব্রবনি। অদুবু মহাক ভগবান্দ তিনখি।

কল্লাংদ লৈব ভীন অদু মহু পান্‌ব খোইন চীকপদগী খোই অদু ওইন মশক ওল্লকই। মতৌ মসিগুম্ম, মহাক্কী তূকচ্চব পুম্নমক

ভগবান কৃষ্ণদা পুনশিল্লকুব মুপা অদু মহাক্কী পাপ পুম্নমক কোক-খিদুন কাম্‌ন মরম ওইদুনা গোপিশিংনা তৌবশুম, কংসনা কিদুনা তৌবশুম, শিশুপাল্‌না তুকচ্চনা অমস্তুং নারদনা প্রেম্‌না তৌবশুম চাং নাইনা ভক্তি তৌজদুনা ইবুঙো মহাকপু ফংজে।

ভগবান কৃষ্ণনা গীতাদা হায়রি "হে অর্জুন! লেপ্তুনা, কম অমদি পুক্নিং অমত্তা ওইনা ঐবু খল্লিবা থুমাঙ চাওশিল্লবা যোগী অদুনা ঐবু লোইনা ফংই; অদুগা অস্তুম্ন ঐবু ফংদুনা অমদি ঐঙোন্দা লূপ্তুনা লৈবদগী অবা-অনাগী হোংদোক হোংজিনা নাইবা সংসার অসিদা অমুক পোক্তে। ব্রহ্মান শেম্ব সংসার পুম্নমক অসি মতমগী মমুংদা লৈবগাক্তনি, ঐবু ফংবনা মখোয়গী অরোইবা ওইরে, অমুক হন্না পোক্রোই, মরম অদুনা, মতম পুম্নমক্তা অথোইবা বাসুদেব ঐঙোন্দা ধ্যান তৌ অমস্তুং পুক্নিং লৌশিং পুম্নমক ঐঙোন্দা থম্মু। চিংনবা লৈতনা নহাক্না ঐবু ফংগনি।" ( অধ্যায় : ৮—১৪, ১৫,১৬ )

ভগবান্দা পুক্নিং থম্নবগী লেপ্তুনা সাধনা তৌবা অসিনা মা অদু সংসারীক্কী ওইবা থবক থনা কয়া তোরবস্তু অর্জুনান্দা মশা মথন্দনা শিরমদাইগী মতম ওইরফাওবদা ভগবানগী মরমদা থন্‌ব ওমহল্লি। ভগবান্‌না হায়, "মতো অস্তুম্ন পুক্নিং অসি লেপ্তুনা, য়েথাই থিঙ্গাইবা লৈতনা ধ্যান যোগদা লৈবা অসিনা অমাঙ-অতা লৈত্রবা অথোইবা পুরুষ অদু ফংজে।"

ভগবান্না মথা তান তাকপিরি, "শিরমদাইগী মতমদা ঐগী অশেংবা আত্মা স্বরূপ অসিবু অথোইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ নত্রগা নারায়ন ওইনা খঙনবা, অদুগা দেহ ত্যাগ তৌরবা

মহাক অদু শোয়দনমক ঐবু ফংজৈ। মসিদ করি অমত্ত চিংনগনু। মী অমন শিরমদাইদ ঐবু নিঙজখিব মওং অদুমক্তদ মহাক্ত ঐবু ফংজৈ, ভগবান অমুকস্থ হায়রিবি, "শিরমদাইদ ফাওব মপুক্রিং অদু ঐঙোন্দ লেপ্লব অমদি হায়ন্নিব ফিভম অদুদ শুম্নমক অসি থাদোএব অহৌগা ব্রহ্মদ শয়ন্তারম নক্রগ ব্রহ্মগী ফিবমদা লৈরব মহাক অদু মায়াদগী কোক্লবনি। (ভাগবত গীতা ২—৭২)।

তিংলিঙৈদ নাত্তোনুম চিংখংনা মনম নম্বগী হৈনবী লৈথিব মহাক অদুম শিরমদাই জ্ঞান মাঙড়ন লৈরিঙৈদ ফাওব মখুং খুৎশাশিং চিংশিন্দুন মনম নমই। মীশক অসিদ মনম নম্বগী হৈনবী অসি অত্তপকী মশিক করি।

কায়ন ভুজাংলব মীশক অমগী অরোইব রাখলদি মহাকী মুপি অদু ওইগনি। মরা ভান গকথব মুপা অমগী শিরমদাইগী রাখলদি মহাকী মূগী কপ অদু ওইগনি। মিহৌ চাডবা মনিলেঙ্গুর অমগী অরোইবা রাখলদি মহাকী পৈশাশিং অদু ওইগনি। লান শোক্লরিব সিপাকি অমগী অরোইব রাখলদি লোংঙৈ কাগবিব য়েংবশিং অদুনি। মচা মুপা অমত্ত পোকচব, লুন তৌজব মমা অচুগী অরোইব রাখলদি মহাকী অমত্ত ভায়জরব মচা মুপা অদু ওইগনি।

রাজা ভরতন খোজানবিগুন শক্তি অমবু সেবা তৌবিথি অমসুং মচুদ মপুক্রিং মুপাখি। মহাকী অরোইব রাখল অদু শক্তি অদুন ওইথি। মরম অসিদগী মহাক শক্তিগী মপোক

ওইন পোকপ লায়রই, তৌইগুম্বনুং মহাক্তি য়াম্ন খুমাং চাও-শিল্লব আখা অম ওইব মরম্ম হৌখিব মপোক থওলরই।

মী অমন লেপ্তুন হোৎনজক্তুন অমদি মহাকী মথুক্কিং অদু লাকশিনজক্তুনা মপুন্সি চুপ্প ভগবান্দ থম্লব হোৎনজব অত্তুতন পুপা অমগী অরোইব রাষ্ট্র শংপুগী ঈশ্বরতন ওইগনি। মসি নোংম নত্রগা নিনি, চয়োল অম মক্ত্রগ থা অমত্তংগী সাধন তৌরগ ওইরকপ নত্তে মসিদি পুন্সি চুপ্প খাডব কন্‌বগ লোয়নন লানথেংনক্তুন হোৎনগদব অমনি।

অরোইব রাষ্ট্র অতুন মথংগী মপোক লেপ্লি। মী অমগী পুন্সিদ থোকপ অকোন্‌ব থ্বাইদগী চাউব রাষ্ট্র অতুন শিরম-দাইগী পূক্কিং অসিদ লাকই। শিন্নমদাইদ থল্লকপব রাষ্ট্র অসি চুম্নগা সাধারন পুন্সিদ থ্বাইদগী হেন্ন মহাকী পূক্কিং চিংশিনখিব অতুনি। অরোইব রাষ্ট্রসুন মথংগী মপোক্ত কংলুগদব হকচাং অতুগী মওং অদু লেপ্লি। পুপা অমন থনখিব অতুগুম মহাক্ত ওইক্রগনি।

১২। অশেংব রাষ্ট্রগী য়ুম্ফম।

মী অয়াম্বন মক্তম পুম্নমক্ত করিগুম্ব মশক নাইব অম পায়ানিংই, করিগুম্ব অমদ মখোয়গী আনিঙবশিং অদু হাপচিন-নিংই। করিগুম্ব অমদ মখোয়গী রাষ্ট্রগী মওংশিং অতুগী কেন্দ্র ওইগনি। মতু পূক্কিং অসিগী মহৌশানি। পূক্কিং অসি থম্‌নব রাষ্ট্রগী য়ুম্ফম অম দরকার লৈরি।

পূক্কিংগী মথি অসিগী অশেংব রাষ্ট্রগী য়ুম্ফম অম লৈয়ু।

পূক্লিং অসিন তত্তন থন্ব করিগুম্ব পোৎশক অদুগী শক্কম্ মশান লৌরকই। করিগুম্ব মসিন কমলা অমগী মরমদ্ থল্লবদি মসি কমলা অদুগী মশক লৌরকই। করিগুম্ব মসিন মখুত্ত বাঁশি পায়ব ভগবান কৃষ্ণগী মরমদ থল্লবদি মসি ভগবান কৃষ্ণগী শককম লৌরকই। নহাক্ন পূক্লিং অসি মওং চান তম্বি-গদবনি অমসুং মাম্নব মতিক চাব সাত্ত্বিক আহার পীবিগদবনি।

লমথুংফম (মুক্তি) অদু ফংঙ্গনবগীদমক নহাক্ন ব্রাথলগী অশেংব য়ুম্ফম অদু লৈগদবনি। নহাক্ন ভগবান কৃষ্ণগী ভক্ত অম ওইরবদি মহাক্কী মূর্ত্তি অমসুং মহাক্কী ফাওরব নাম ওঁ "(ওম্) নমো ভগবতে বাসুদেবায়" অমসুং মহাক্কী মঙ্গনশিং (রূপ-নাম-গুন) অসিদ য়ুম্ফম ওইয়ু। নির্গুন উপাসক (বেদান্তি) অমন 'ওম' 'ওঁ' অমসুং মসিগী অর্থ। মঙালগী মপান নাইত্রব সমুদ্র. সৎচিৎ আনন্দ, ব্যাপক, পরিপূর্ন আত্মা অদুদ ব্রাথলগী য়ুম্ফম ওইয়ু। পৃথিবী অসিদ থবক তৌব অদুগা পূক্লিংগী খোঙচৎ অসি মনিঙ তম্লবদি পূক্লিংগী য়ুম্ফম অদুগী মরমদ থন্ব হৌরবনি-সৎগুরু নত্রগ নির্গুন ওইবা য়ুম্ফম অমদ মশাগী সাধনা তৌবদ হৈনজব-পামজব অমসুং ভমজবগী মতুংইন্না ব্রাথলগী য়ুম্ফম ওইগদবনি। লেপ্তুন থন্ব অসিদগী পূক্লিংদ হৈনবা অম ওইরক্কনি, অদুন ইথোৎ হোৎনক্লদন পূক্লিং অসিন মহাক্কী ব্রাথলগী য়ুম্ফম অদু তম্ন চেনশিনজরক্কনি।

মী অয়াম্বন পূক্লিগী খিদম অমত্ত থম্মদন, করিগুম্ব পূক্লিগী কার্য্যক্রম অমত্ত লৈতব অমসুং অশেংব ব্রাথলগী য়ুম্ফম

লৈতবা অসি অমসুং সুংশিবিনিঙাইনি। মখোয় অসি মায়থীবগী দক্তি কংলব ঙাক্তনি। লুহোংব কুইজন্নিবা মৌ নহাশিংগী, রাখলগী যুক্ষমদি মহোশান কাফিক ওই, মমা হমুবী অমগী রাখলগী যুক্ষমদি মহাকী মচাশুপাশিং অমসুং মশূশিংগী প্রেম অমুনি। মী অয়াবগী রাখলগী যুক্ষমদি তুকচবা অমসুং কল্লব অসিনি। বিশ্ববিদ্যালয়গী উপাধি কয়া পায়রব অমদি স্কুলগী শিক্ষা ফংলব লাইব্রিক-লাইশু হৈরবনি হায়রিব মীশকশিং অসি ফাওবদ আধ্যাত্মিক জ্ঞানগ য়েংনরুরবদি সূপ্নগী রাইকুপকুম্বনি। মখোয়গী ফিদম লৈতে, পুন্সিগী কার্য্যক্রম লৈতে অমসুং রাখলগী যুক্ষম লৈতে। ডিপুটি কলেক্টর অমন পেন্সিল কংলব মতুংদ অঙুমশুবী সুপি অম লুহোংই অমসুং স্টেট অমগী দেৱান ওইড়ুন চৎলি।

সংসারীকী পুকচেল-চেন্ব মীশিং অসিদি যোনিগী রাখল-শিং অমদি তুকচ্চব, অশাঙব অমসুং লমন খুম্নি'বগী রাখলশিং অসিগী মচিঙ্গাকশিংনি। মহাক্তি হায়রিব রাখল পরিঙ অনি অসিগী মীনাইনি। মহাকী মপুক্রিং অসি কমদৌন লৈথোকদগে অমসুং অকব পুকচেল চাউব রাখলশিংদ কমদৌন থমগদগে হায়বড়ু মহাক্ত থঙদে। মহাক্তি রাখলগী নিয়মশিং অসি থঙদে। মহাক্তি পুক্রিংগী মচৎ অমসুং খুদোংচানব'থবকশিং অসি সুপথঙ থঙদে। মহাকী সংসারীকী লন-থুম, বিশ্ববিদ্যালয়গী উপাধিশিং অমসুং লাইব্রিকী জ্ঞানশিং অসিগী মথক্ত মহাকী ফিবম অসি থমথেংন সুংশিবিনিঙাইনি। মঙোন্দ বিবেক হায়বসি

ৱাকৈদি আত্মা হায়ব অসিনি। আত্মা হায়ব অসি "অভ" হায়ব ধাতু অসিদগী থোরকপনি অর্থদি মতম পুম্নমক্ত চত্তুনদ লৈব হায়বনি। মতৌ অসুম্ন, আত্মা হায়ব অসি মতম পুম্নমক্ত মশা মথন্তুন সংসারদ লৈরিব মিং অমসুং মূর্তিশিং অসিগী মরক্ত মশাগী সৎ-চিৎ-আনন্দ ওইব অশেংব শক্ফম্ অদু থঙ্জনবগী-দমক্ কোয়ন চৎলি।

## ১৩। অশেংব জ্ঞান অমসুং ৱাখলশিংদগী মনিঙ তম্ব।

ভক্তন অমসুং কর্ম যোগ তৌত্তুন অমদি জ্ঞানগী সাধনা তৌদুনা নহাক্না ঈথক হোইনদন ৱাখলদগী মনিঙতম্ব ঙমই। পুৰিংগী ঈথক তৌদ্রব যোগী অমন লৌটথোকদ লৈব নুপা অমদগী কৈম পৃথিবী অাসবু তেংবংব ঙমই। সাধারন মীওই—শিংনা মসিগী ৱাফম অসি লৌশিনবা ঙমদে। নহাক্না পুৰিং ঈথক তৌদ্রব অম ওইরবদসু থাজেশোন সংসার অসিগী এটোম থৃদিংমক্ত শিনবগুংন শন্দোক্তুন পাথবী অপুব আসদ লৈব, লেংদোকপ অমসুং হৌদোকপিব ঙমদ।

যাদা ভারত অমসুং ব মদেবনচিংব পুৰিংগী ঈথক হৌদ্রব জ্ঞানিশিংবু হৌজিক ধাওব নিঙশিংনার মখোয়ন লাইরিক অমওস্তু ফোংঙম লৈতে। মখোয়ন শিষ্যশিং শেমগৎলম্ব লৈতে। অদুম ওইনমক, অসিঙমব পুৰিংগী ঈথক হৌদ্রব জ্ঞানিশিং অসিন মীশিংগী মপুৰিংদ করাদ কনগ্রব প্রভাব তারিবনো।

ইন্দ্রিশিংপ মরী লৈনব অপাম্বশিং অমসুং লোইব নাইব পুৰিংগী কিবমশিং অসিদগী মনিঙ তম্বৱতদ নহাক্না জ্ঞান কংব

ঙমগনি। ইন্দ্রিয়শিংগী ওইবা পোৎশিংদগী হকচাং অসিনা লাপ্না অমদি পুক্লিংগী লমচৎ নাইদবা ফিবম অসিদগী পুক্লিং হায়বা অসিনা লাপ্না লৈবা অসিমক জ্ঞান ফংনবগী দরকার ওইবা অমনি। মতুংতদা দৈব্য-জ্যোতি কুমথবিরকনি। ভাইসরোইবু ওক্লনবগীদমক বাংলাশিং অসি মিরাং কয়হুন শেংদোকপা অমসুং লৈকোনশিংদা উনা-রানা শেংদোকপা অদুগা হেক মাঙন ভাইসরোইশিংগী 'ভাইস-রোই ওইরবা শেংলবা ব্রহ্ম অদুবু স্বাগত তৌজনবগীদমক পুক্লিংগী কোপুং অসিদগী হিংসা পুম্নমক অপায় অমসুং লমচৎ নাইদনা ফিবম পুম্নমক অসি শেংদোকদবনি।

পুক্লিং অসিদা অপায় অম হেক লাকপদা সংসারিক অমনা মদুবু স্বাগত তৌই অমসুং মদু ফংনবা হোৎনৈ, তৌইগুম্বরা, সাধক অমনদি অচুম্বা জ্ঞাননা মরম ওইদুনা মদু খুদক্তা থাদোকই। অশিংবা মীশিংনা অপায়গী মৈরিক অম ফাওবা য়াম্না চাউরবা কন্নবা অমা ওইনা খল্লি। মরম অদুনা, মখোয়না করিগুম্বা মথলগী অপায় অমত্তা য়োকখৎতে। মখোয়দি স্বপ্নগী আত্মদা পুথোক্না লৈজবনি।

রাধা খনবা হায়বা অসিনা সৃষ্টিগী অহানবা থৌরম অমনি রাধা খনবা হায়বসিমক্কী অর্থ তৌরিবসি মপান্দা পুথোরকপা মতমগ পোৎশিংগা মরী লৈনমক্লকপবুনি। রাধা খনবা হায়বসি মথং মথা য়ামহল্লিবসিনি, গুণনি অমসুং য়ামথোক্কনবসিনি। সংসার অসি রাধানি। রাধানা মরম ওইদুনা হকচাং অসি

ওইনা শক তাকই। ৰাধানা মৰম ওইদুনা ''ঐ'' অমসুং ''ঐগী' হায়বা অসি ওইখ্রি।

ৰাধাদগী অভিয়া অমসুং মতমচিংবা অসি ওইরকই। বৈৰাগ্য অমসুং সাধন তৌদুনা ৰাধা ভোব কাপ্রবসিমক থাগোকই, অদুগ নপানক অশেংবা জ্ঞান কায়ব অদুম লুপংঙিলু' ৰাধা অমসুং অপাম্বা লৈতবা মফম অদুদা অসুপ্প' নুংগা জীবন মুক্তি হায়বদু লৈরবনি।



## মঙাশুব পন্দুপ

## ৱাখল-শক্তিগী চাউখৎ-লকপশিং

### ১। শাজৎ-লমচৎ শেংদোক্নবা ৱাখলগী শক্তি তানশিন্নবা

অচুম্বা ওয়াঙবা অমসুং শাজৎ-লমচৎ শেংবা মুপা অমগী মতম পুম্নমক্ত অকনবা ৱাখলগী শক্তি লৈ। মতম কুইনা সাধনা তৌদুনা অশাউবা লাকশিন্নবা মুপা অমগী অকনবা ৱাখলগী শক্তি লৈ।

ৱাখলগী অকনবা শক্তি লৈবা যোগী অমনা ৱাহৈ অমতমক ঙাংই, অদুগা মতুন অতেপ্পা মীশিংগী মপূক্নিংদা অকনবা মগি তাহল্লি।

অচুম্বা চৎপা, পূক্চেল শেংবা অমসুং হোৎনবা কনবা হায়বসি খ্বাইদগী ফবা পুক্নিং শক্তিগী থোরককফমনি। অশেংবা হায়বসিদি জ্ঞান অমসুং অমর শুবমগী লম্দম অদু য়োৎনি। অশেংবা হায়বসি মখল অনি শুরি: মনুংগী নত্রগ পুক্নিংগী হায়বা অম অদুগা মপান্থোংগী নত্রগ ককচাংগী ওইবা হায়বা অম।

পূক্নিংগী অশেংবা হায়বা অসিনা হেন্না মরু ওইবা অমনি। ককচাংগী ওইবা অশেংবা অসিসু দরকার অমনি। মনুংগী পূক্নিং-শেংবা হায়বসি লৈরবদদা পুক্নিং মকাপাম্ব, পূক্নিং চঙবা, ইন্দ্রিয় জয় তৌবা অমসুং আত্মজ্ঞানগী অধিকারনচিংনা অদু ফংই।

### ২। পূক্নিং চঙবদগী ৱাখলগী-শক্তি লাকই।

মীওইবগী ৱাখলগী শক্তি অসি অরেপ্পা ওমথৈ নাইদে।

করিগুম্বা অমদ মীওইবন পূক্নিং চঙ্‌লিব অদুপকী মতিক করিগুম্বা হিরম অমবু খঙ্‌নবগী শক্তি লেনগৎলকই।

সংসারিক ওইব পূক্নিংগী মীতাশিং অসিদদি পূক্নিংগী মঙালশিং অসি ইচাই-চাইথোকই। মথল মথা অয়াম্ব মায়কৈ কয়াদ পূক্নিংগী শক্তি অসি শন্দোকলি। ধ্যানগীদমক্তদি হায়রিব শন্দোকখ্রিব মঙালশিং অসি ধ্যানগী সাধনা তৌদুনা পুনশিনগদবনি অমসুং মতুংদা পূক্নিং অসি ঈশ্বরলোমদ ওনশিনহন্‌গনি।

পূক্নিং চঙ্‌ব তযু, নঙন ধ্যান নিঙথিন তৌব ঙমগনি। চৌং-লেম্ব পূক্নিংতন ধ্যান তৌনবগী মতিক চাবনি। পূক্নিং অসি লেঙ্‌দন থম্মু। মতম পুম্নমক পূক্নিং মকা লাম্ব লৈযু। মতুংদ নহাক্ত ধ্যান তৌব ঙমগনি। নহাক্কী ধ্যান তৌব অদুদ চাং নাইযু। মকম অমতদ, মতম অমতদ অযুক্কী পুং ৪ দ ফম্মু।

ব্রহ্মচার্য্য, প্রানয়াম, অপাম্ব অমসুং থবক থনা হুম্বহনব, কামি ওইদব, মৌনি তৌব, তোঙান লৈব, ইন্দ্রিশিংবু লাকশিনব, জপ তৌব, অশাঙব লাকশিনব, উপন্যাস পাদব, খবরপাদব অমসুং সিনেমা য়েংদব অসিনচিংব অসি ধ্যানগী মতেং ঙাক্কনি।

কা-হেন্না হকচাং য়াকনব, কা হেন্না বা ঙাঙ্‌ব, কা হেন্না চাশিনব, কা হেন্না সংসারিক মীওইশিংগ নকশিন্না তিন্নব, কা হেন্না চৎপ, কা হেন্না স্ত্রী-সঙ্গ তৌব অসিনচিংব পুম্নমক অসি ধ্যানগী লম্বীদ অকায়ব অপনব ঙাক্কনি।

৩। নিয়ম চুম্ন খন্দুনা বাখলগী শক্তি তানুব।

নিয়ম নাইদনা পঙ্‌খন্‌ খন্‌ব তোকউ। বিষয় অম নাইয়ু অচুগ মচুগী তোঙান তোঙান্‌ব মায়কৈ অমসুং অফ-ফত্তশিং অদু য়েংঙু। অসুম্ন নহাক্না বিষয় অমগী মরমদ খল্লিঙৈদ নহাকী নপুক্কিং অদুদ অতৈ অতোপ্প বাখল চঙ্‌হন্‌গনু। নপুক্কিং অদু নখুত্ত লৈরিব বিষয় অদুদ অমুক হন্দিনকউ।

খুদম ওইনা লৌরবদ— নহাক্না জগৎগুরু সঙ্করাচার্য্যগী জীবন অমসুং পাউতাকী মরম্‌দ খন্‌ব হোৎরসি। মহাকী পোক্নফম লমদম, মহাকী নওা ওইরিঙৈগী পুন্সি, মহাকী লমচৎ, মহাকী ব্যক্তিত্ব, মহাকী ধর্ম্ম, মহাকী পাউতাকশিং, মহাক্না ইরখশিং, মহাকী দর্শন, মহাক্না ইরম্বশিংগী মনুংদ মরু ওইব বাঙাংশিং নত্রগ শ্লোকশিং, মহাক্না মরক মরক্ত উৎলম্ব সিদ্ধিশিং, মহাকী দিগবিজয়, মহাকী শিষ্য মরি, মহাকী আশ্রম মরি, মহাকী গীতা, উপনিষদ অমসুং ব্রহ্মসূত্রশিংগী টিকাশিং—হায়রিব হিরমশিং অসি মথং-মনাও নাইনা অমমম্‌ খল্লু। মখোয়শিং অসি লৌইথোকউ। পুক্কিং অদু হম্ন হম্ন পোইন্ট অদুদ তাহল্লু। মতুংদ অতোপ্প বিষয় অম পায়খৎলু।

সাধনা অসিদগী নহাক্না নিয়ম চুম্ন খন্‌বগী চাউখৎপদু ফংগনি। পুক্কিংগী মমিশিং অদু অকন্‌ব পাঙ্গল অমসুং শক্তি ফংগনি। মখোয় অদু শেংনা তাক্লব অমদি নিঙথিনা সংজ্ঞা পীরব ওই-রকনি। সাধারন মীশিংনদি পুক্কিংগী মমিশিং অসি লাম অর্থ ভোই অমসুং সংজ্ঞা পীনদে।

৪। নীংন-শক্তিদগী ৱাখলগী শক্তি।

ইন্দ্রিগ মরী লৈনব ৱাখল খুদিংমকপু য়াদব, অথেম্ব খুদিংমক ঙাকথোকপ, অকন্‌ব ৱাহৈ খুদিংমক ফাজিনব, পুকচেল চাউব আশা খুদিংমকপু পূক্নিং থৌগৎপ অসিন নহাক্কী নীংন-শক্তি নত্রগ আত্মা-বল হেনগৎহল্লি অমসুং নহাকপু লমথুংকম অত্তুদ হেন্ন হেন্ন নকশিল্‌হল্লি।

য়াম্ন কন্ন নীংতন নপূক্নিংদ শোম্লু :— ঐগী অনিঙব অসি শক্তি চেল্লে, অশেংব ওইরে অমসুং থিংঙমদব ওইরে। ওম্ ওম্ ওম্। ঐন নিঙ্‌বদগী থবক খুদিংমক তৌগনি। ওম্ ওম্ ওম্। ঐগী য়ৈখাই-থিনগাইব ঙমক্লব অনিঙব অদু লৈরবনি। ওম্ ওম্ ওম্।"

নীংব হায়বসি লেঙ্‌ব-চৎপ নাইব থব্রাইগী শক্তিনি। মসিন থবক তৌন্নকপ মতমদ অচুম-অরা'ন্‌গী শক্তি নীংশিংবগী শক্তি, লৌশিনবগী শক্তি, ৱারি শাবগী শক্তি, খঙ্‌বগী শক্তি, খন্দোক-খঞ্জিন তৌবগী শক্তি, খঙ্‌ব অমসুং তাকপগী শক্তিনচিংব পূক্নিংগী শক্তিশিং অসিনচিংব পূম্নমক অসি খুদক্ত থবক তৌব্রকই।

নীংন-শক্তি অসিন পূক্নিংগী শক্তিশিংগী নিংথৌনি। অশেংব অমদি থিংঙম্‌দ্রব ৱাখল অমসুং অনীংব অত্তুন অঙকপ কয়া তৌব ঙমই। শেংদব অমসুং অশোনব কামগী থবকশিং, লুঙাইব পাম্ব অমসুং মিহৌবশিং অসিন অনীংবগী শক্তি অসিবু শেংদব অমসুং অশোনব ওইহল্লি। অপাম্বগী মশীংন তাথরিব মথৈ ৱাখলগী শক্তি অমসুং নিঙবগী পাঙ্গল কনখৎলকই।

কাযগী শক্তি, মসলগী শক্তি অশাউবনচিংব অসিন নিঙবগী শক্তি ওন্থোক্লব মতম্দ মথোয় অসি খুড়ুম চল্লবনি। নীংন-শক্তি কনুব মুপা অমগীদমক্তি সংসার অসিদ ওইথোক্তব করি অমত্ত লৈতে।

নহাক্ল কোফি থকপগী অরিব হৈনবী অম থাদোক্লবদি নহাক্ল মহাওগী ইন্দ্রি অসিবু থরমখৈ খুড়ুম চল্লে। অপাম্ব অমবু মাঙহল্লু অদুগ মদুগী হৈনবী অদু মুখৎলু। কোফি ফংনব হোৎনব অমদি মদু থক্লব হোংনব অদুদগী নিঙতম্লবনিনা নহাক্ল শান্তি থরদি ফংলগনি। কোফি থক্লব হোৎনবদ মাঙখিব শক্তি অদু হৌজিক্তি নিঙবগী শক্তিরোমদ ওন্থোরক্লগদবনি। অপাম্ব অমবু মতৌ অসুম্ব জয় তৌব অসিন নহাক্ল নিঙন শক্তি ফংগনি অমসুং মতৌ অসুম্ব নহাক্ল করিগুম্ব অপাম্ব তরামণ্ডা জয় তৌরবদি নহাক্কী নিঙবগী শক্তি অদু শরুক তবামণ্ডা হেনগৎলকনি। অদুগ নিঙবগী শক্তি হেনগৎকন্দুনা অসুম্ব জয় তৌব অসিন অতোপ্প অপাম্ব অম জয় তৌবদসু নঙোন্দ তেংবাংগনি।

পূক্লিং লাঙদব ফিবম, চাং মাম্লন লৈব পূক্লিং, মোমোন নোকপ, নুংগী পাঙ্গল, অরুব থবক কয়া তৌনবগী শক্তি, তৌরু-তৌরুব লম কয়াদ মায় পাক্নব, অতোপ্প মী খোনব, মী চিংশিন্ব অমসুং থৌদাব ওম্ব, মমায়দ অরংব লেক কারব, চৎপদ চীং-লেম্ব, অকিব লৈতবনচিংব অসি কনাগুম্ব অমগী নিঙ্ন শক্তি অসি হেনগৎলক্লি হায়বদু তাক্লনব খুদমশিং নক্লগ লাইওংশিংগী মরক্ত থরনি।

৫। শেংনা খল্লনবগী (clear thinking) অচম্ব পাউতাকশিং।

সাধারন মীশিংদা মহৌশান পুক্নিংগী মমি অসি য়াম্না কাং-খোং-চাইনা লৈ। লুন-থম্নব হায়ব অদুমক করিনো হায়বসি মহাক্না খঙজদে। মহাক্কী ৱাখলশিং অদু লান থোরকই। করি-গুম্ব মতমদা মহাক্কী মপুক্নিং অদুদা য়াম্না চমম্নব য়াওরকই।

পুক্নিংদা ফাওরকপ মমিশিং অসিবু ময়েক শেংনা, নিঙথিনা সংজ্ঞা পীরিবসি ৱাখল খন্বশিং, দর্শনিকশিং অমসুং যোগী-শিংদনি। অন্তজ্ঞনগী থোঙ্দা মখোয় অদুবু হাকথেংননা উব ঙমই। পুক্নিং চঙ্না ধ্যানগী সাধনা তৌরিব মখোয়শিং অদুনা পুক্নিংগী মমিশিং অসিবু নিঙথিনা মযেক শেংনা শেমগৎপা ঙমই।

নখোয়গী ৱাখল অয়াম্বদি নিঙথিনা য়ুম্ফম লৈবা নত্তে। মখোয়শিং অদু অমুক লাকই অদুগ অমুক চৎখোকখি। মরম অদুনা মখোয় অসি মঙ চাদবা অমাদি অরেপ্পা নত্তবা ঙাক্কনি। মমিশিং অদু শেংদবা, অশোনবা অমসুং নিঙথিনা সংজ্ঞা পীদবা ঙাক্কনি।

মহাক্না মখোয়শিং অদুবু শেংনা, লেপ্পনা অমসুং লুন থম্নদুনা হনজিনহনগদবনি। ৱাখল তৌদুনা, পুক্নিংদা নৈনদুনা, নক্রগা লুন থম্নদুনা অমসুং ধ্যান তৌদুনা মহাক্না ৱাখলশিং অদুবু ঈংথনবা অমদি অরেপ্পা মঙং অমদা মুক্তাগুম লংনবা হোৎনগদবনি। মদুগী মতুংদা দর্শনগী ভাবশিং অদু মরা চেৎলক্কনি।

চুম্বা খনবা, অচুম্বা জ্ঞান, মসুং হজিন্না য়েংশিনবা অমসুং ধ্যান তৌদুনা মহাক্না মহাক্কী ৱাখলশিং অদু মযেক শেংহনগদবনি।

মত্রুতদ চম্যম্বব কোকখিগনি। ব্রাথলশিং অদু ঈংথখিগনি অমস্থং নিঙথিন মরা ভাখিগনি।

শেংন খল্লু। নহাক্রী স্পিদম অদু হম হম শেংদোকউ। অচীকপদ মনূং হক্তিম ব্রাথল ভো। নহাক্রী ব্রাথল অদু থম্নফম থোকপ থাক অদু য়োন শেংদোকউ। ব্রাথল অসি মখোল থোকহনগম্নু।

নপৃক্লিং অদু কোঙ্গোল কাবগুম শোহনগম্নু। ব্রাথল অমত্তং পোক্লগ য়াম্ন ঈংন মুংহল্লু। মত্তুংদ অতোম্ন ব্রাথল অম অমুক চঙহল্লু। নকাক্র হৌক্তিক নথঙা পায়খংলিব বিষয় অদুগ মরী নৈনদব ব্রাথল মথৈ থাদোকখো।

৬ নশাগী ওইব অরুব ব্রাথল খন্নবগী সাধনা।

ঐথোয় অয়াম্বন চুম্ন খনব হায়বসি করিনো হায়বদু খঙ্নদি। মী অয়াম্বন ব্রাথল অসি যান খন্নব ঙাক্তনি। লুন খনব অসিদি মী থরদত ওইবনি। ব্রাথল খনবশিংদি পৃথিবী অসিদ য়াম্ন অঙাঙবনি।

লুন খনব হায়বসি অকনূব সাধনা (প্রাক্তিস) চঙ্বনি। পুক্নিংগী ফিবম অসি মওং ভান চাউখৎলকপ অসিদ মশীং থীঙমত্রব মপোক কথা চঙ্ইবনি। মদুত্তদ মসিন মওং ভান অমদি লুথন খনব ঙম্নিবনি।

মরম্নাই ওইন অমস্থং মনিঙ তম্ন খনব অসি বেদান্ত চৎপ-শিংদন ভোই। বেদান্তীক সাধনাগী (মননা, মওন-মওন খন্ব) হায়বসিদি অথোব জ্ঞান চঙ্ই।

কনন থনব, তক্তন থনূব, ময়েক শে'ন থনব, সমস্যা অদুগী মক, ফিবম অদুগী হৌফম যু'ফম, য়াথল অমসুং ওইরিব পুন্নমক্কী হান্ন থন্নফম অদু বেদান্তীক সাধনাগী মরু ওইব ওাক্তনি।

থাইনগী অরিব আদর্শ অদু ফন য়াম্ন কনব অমদি মরা তান লৈথিব ওইদুনসু মদুগী মতুন্তা অনৌব, অহাংব অমসুং অতোপ্প আদর্শ অম নহারু ফংলবদি থ'দোক্কদবনি।

নহারু নহাক্কী য়াথলগী ফল অদু মায়োরনবগী অমদি মথোয় অদুন নঙোন্দ তৌনিংব অর্থ তৌরব ফাওবদ নহারু থনূব য়াথলগী ফল অদু লৌশিন্নব তারবাদ নহারু কদৌঙৈদসু দর্শনিক্কী থুদো'থীবদু ন'লোইদবনি। ভক্তিদ থবক পায়খৎলু।

৭। অকক্লব অমদি মরুওইব য়াথল অদুগীদমক ধ্যান তৌব।

অচৌব পান্নল অম ওইন য়াথল হায়বসিদ শক্তি কয়ামুক য়াওরি। অচৌব শক্তি অসিবু খ্বাইদগী য়াংব মওংদ শিজিন্নব অমসুং ওইব য়াথ খ্বাইদগী চাউব ফল অম থোকহন্নবগী মরম থৎ ব অসিমক অচৌব মকুপ পুঙফম অমগী য়াফম্নি। মসি ধ্যানগী সাধনান য়াম্ন নিঙথিজন পাঙ্থোক্প য়াই।

মবম অম লৈন থনব অসিন য়াথল অসি করিগুম্ব পোৎ অমদ থিংজিনহল্লি, অদুগ হিংনবগী থনূব অসিন লেপ্পুন নোম-হল্লি। পুক্লিং চপ য়ুংব হায়বসিন য়াথল থনবগী মওং অনি অদুবু নিঙথিহল্লি, অদুগ পুক্লিং চোইথোকপ লৈত্তব ফিবম অমগী চাউথৎপ অমসুং চাউথো'কপ হায়বদু ওইকল্লি,

মরম লৈন থন্‌ব অমস্নুং হিংনবগী মরমদ থন্‌ব, পূক্নিং চপ্‌ যুংব, মুংঙাইব অমদি পূক্নিং চোইথোক্তব হায়বদু ওইরব কান্দ ধ্যান ওইরকপ য়াই।

৮। শেমগৎ শাগৎনব রাথলগী-শক্তি তানশিন্নু।

রাথল হায়বসি য়াম্ন মরু ওইগ্রব, অকূপ্প অমস্নুং থিংব ঙমখিদ্রব সংসার অসিদ লৈব অহিংব শক্তি অমনি।

রাথলশিং অসি অহিংব পোৎশিংনি; মথোয় অসি চৎলি, মথোয় অসিগী মওং মূর্ত্তি নাই, মচু, মগুণ, শক্তি অমস্নুং অকন্ব লৈ।

রাথল অসিমক অশেংব থবক্নি; মসিন মশামকপু লেঙ্‌ব নাইব শক্তি অম ওইন উৎথোরকই।

মুঙাইবগী রাথল অমন অতোপ্পশিংদস্নু মুঙাইবগী রাথল অম পোকহল্লি। পূকচেল চাউব রাথল অম হায়বসি ফত্তব রাথল অমগী অনাব কোক্নব মরু ওইব হিন্দাক্নি।

শেমগৎ শাগৎপগী রাথলশিং অসিন মরম ওইদুন ঐথোয়ন শেমগৎ শাগৎপগী শক্তি তানশিন্‌ব য়াই।

৯। ব্যক্তিত্ববু য়োকখৎলু: অথেম্বশিংবু মায়োক্নো।

অতোপ্পশিংগী অথেম্বশিংবু ইরায় লায়ন য়ারুপম্নু। নহাক্কী নরম্নাইগী ওইব রাথল অম লৈজো। অকন্‌ব থোইনশিন অমন খুদক্ত ফল থোকহল্লবস্নু মতুংদদি থবক চথরকনি। মসি কদৌদৈদম্নু অরেম্বদ মাঙলোই।

ঐখোয় পূম্নমক অসি থৌইলশিনশিংগী সংসায় অমদ লৈরিবনি। ঐখোয়গী পুন্সি অসি ঐখোয়ন খঙ্দনা, অতোপ্প-শিংগ তিন্নব অসিদগী মুতিগী হোংব নাইরিবনি।

ঐখোয়ন য়াঙ্কব মীশিং অদুগী মতো অদু ঐখোয়ন ভাব ভাদন তমই। ঐখোয়গী মুতিগী নক্সিবশিং অদুদগী থৌইলশিন কয়া ঐখোয়দ চুরকই। ঐখোয়দ হায়রিবশিং অসিগী ফল তাহল-লকই। অশোন্‌ব পূক্নিংগী মীন অকন্‌ব পূক্নিংগী মী অমগী থৌইনশিন লৌই।

মতম পূম্নমক্ত মীনাই অমন মপু অদুগী থৌইলশিন ইল্লি। মুপী অমন মপুরোইবগী থৌইলশিন ইল্লি। অনাবন ডাক্তরগী থৌইলশিন ইল্লি। ছাত্রশিংন ওঝাগী প্রভাবকী মখাদ লৈ

চৎনবী হায়বসি থৌইলশিনশিংন থোক্‌হন্‌ব নত্তন অতৈ করিসু নত্তে। নহাক্ন শেৎলিব ফিজেৎ, লমচৎ ব্যবহার অমসুং নহাক্ন চারিব ফিজেৎ পূম্নমক অসি সূপ্নগী থৌইনসিন অমদগী থোরক্‌প ডাক্তনি।

প্রকৃতি অসিন মথল মথা অয়াম্ব লম্বী কয়াদ থৌইনসিন পীরি। চেল্লিব তুরেল, তাল্লিব মুমিৎ, মনম মুংশিরব লৈরাংশিং, হৌরিব উপালশিং পূম্নমক অসিন অরেপ্প লৈতন নঙোন্দ থো-ইলশিন পীরি।

১০। বাথলগী-থকশি-খাশি নাইব অসিন থোইদোক হেন্দোকপ শক্তি থোকহল্লি।

শক্তি লৈরব অয়োনব শাম্নব অমন অপূনব ভাবক্ কাঙবু অমবু মহাকী পূক্নিং চঙবগী অমসুং নিঙবগী শক্তি অদুন ওক্‌হন্‌ব

ঙমই অমসুং থৌরিগী চালাক কয়া তৌই। মহাক্ত অঙাঙব থৌরি অম সুংশিন্ন ছনগৎলগ ময়াম অদুগী মমাঙদ মচুদ কা-খৎপ্রগ মিকুপ অমগী মনুংদ মিৎন উব ফংদন মাঙখি। তৌইগুম্বসুং ফোটো লৌবদদি করিস্ত তাদে।

বাখলগী শক্তিশিং অসিবু খঙজিল উশিল্লু। অরোন্‌বা শক্তিশিং নত্রগ মীন খঙনদব জ্ঞানশিং অদু হাংদোরকউ। নম্বিৎ উইশিল্লু। ধ্যান তৌ। পুক্লিংগী মনুংদ লৈরিব অরাংব থবক কয়া অদু হাংদোকউ।

নহাক্ত অরাপ্প পোৎ কয়া উব ঙমই। অরাপ্প খোঞ্জেল কয়া তাব ঙমই। অরাপ্প মফমশিংদ পাউ থাব ঙমই। অরাপ্প মফমদ লৈব মী অমবু লায়য়েংব ঙমই অমসুং অরাপ্প মফম অমদ মিৎন কুপ্পদ য়োনব চৎপ ঙমই।

## আপলশুব পন্দুপ

### বাখলদগী বাখল পোকপ

### (বাখল অমসুং পুন্সি)

মীওইবন ইন্দ্রিশিংগ মরিলৈনন খল্লি অমসুং মদুদ মপুক্লিং লূপই। মহাক্ত মদুগী মহৈ অদুবু হকচাংগীদমক য়াম্ন অফব অমনি হায়ন খল্লি। মহাক্ত মখোয়শিং অদুবু ফংননব হোৎনরকই অদুগ মদু তশেংনস্ত ফংলকই অমসুং মদুগী মহাও লৌরকই। হৌজিক মহাক মহৈ ফল অদুদ নপশিনখ্রে। মহাক হৌজিক, মহাও লৌবগী হৈনবী অম য়োকখৎলক্লে। অদুন মহাক্ত ইন্দ্রিগী মহাও অদু নোংম-ফাদোক ফংত্রবদি অবাব অম ওইরে।

নহাক্কী লমচৎ শেম্‌গৎলু। মতুদত নহাক্কী পুন্সিবু মওং তাকনব ওমগনি। লমচৎ কাম্ববসিদি শক্তিনি, মসিদি প্রভাবনি, মসিন মরুপ ওইনহল্লি। মসিন উপায় অমস্তুং মতেং'বু চিংশিল্লি। মসিন মী অমস্তুং শেল পুশিল্লকই। মসিন লন-থুম, মিংচৎ, মায়পাকপ অমস্তুং মঙ্গল ওইব কাম্ববত্বু লায়ন অমস্তুং শোয়দন কংকম্ববব লম্বী অম ফাত্তোকই।

মায়পাকপ অমস্তুং মায়থীব, মঙ্গল ওইব অমস্তুং ওইদব নচিংব পুন্সিগী লম্বী থুদিংমক্ত লমচৎ কাম্ববসি চাং ম্নেংনবগী মরম অমনি। লমচৎ কজব মী অমন হিংলিভৈদস্ত অদুগ মতুংদস্ত মুঙাইরব পুন্সি কংই।

প্লেট ফোর্মদ য়াম্ন চাউন ভাষণ পীব, রাগী তৌব, রা ঙাঙব, লৌশিং উৎপনচিংব অসিদগী থৌজালগী থবক মচাশিং তরাম তরাম তৌবশিং, মচা মচাদ খন্ন-নৈনরিবশিং, পূকচেল চাউবগী থবক মচাশিং ওইন তৌব সমাজগী থবকশিং অসিন নঙোন্দ পুক্লিং হূব হেল্লি।

অকনব অমস্তুং পুকচেল চাউব রাখলদগী অকনব লমচৎ শেমগৎলকই। অকব লমচৎ কাম্বব অসিদি ইশান কম্ন হোৎনবগী মকয়নি। মসিদি মুপা অমনা হোৎনজবগী মহম্ন অদুনি।

মসিদি লন-থুম নত্রগ শক্তি নত্রগ পৃথিবী অসিবু চলাইরিব ইচম চম্ন জ্ঞান অসি নত্তে। সংসার পুম্নমক অসিবু শেংন রায়েল্লিবদি থাইদগী ফব নীতি নিয়মগ লোয়নব লমচৎ-শাজৎ অদুনি।

# বাখলগী শক্তি

## ( অচুম্মগী শক্তি )

### ২। বাখলশিং অমসুং লমচৎ

মীওইব হায়বসি ফিবম্ন হুমদুন পূব জীব অম নত্তে। মহাক্কী বাখল অসিন ফিবমশিংবু শেম্বনি। লমচৎ নাইব মুপা অমন ফিবমশিংগী মথক্ত মশাগী পুন্সি শেমগৎলি। মহাক্ন লেপ্তুন থাণ্ডব কনবগ লোয়নন চঙশিল্লি। মহাক্ন তুং হম্ম য়েংলক্তে। মহাক্ন থোৌনা ফন মাঙদ চঙশিল্লি।

মহাক্ন য়ৈখায়-থিঙ্গায়বশিংবু কিদে। কদৌদৈঙদম্ম শাউগত্তে অমসুং শুগত্তে। কদৌদৈঙদম্ম পুক্লিং হম্থব নীংব কায়ব তৌদে। মহাক্কি পাঙ্গল কনব, শক্তি লৈব, কন-থৌব অমসুং মুপা থোকপনি। মহাক্কি মতম পুম্নমক্ত মিহৌচাউব অমদি আশা চাউবনি।

বাখলশিং অসিদি লমচৎপু শাগৎলিব চেকশিং অদুনি। লমচৎ হায়বসিদি পোকপদ য়াওরকপ নত্তে। মসিদি অশেম্বনি। পুন্সিদ অশেংব, অরেপ্প লমচৎ অম শেমগৎপ হায়বসি দরকার ওইব অমনি। মসিদি য়াম্ন থাণ্ডব কনবগ লোয়নন ফংনব হোৎনগদবনি।

নহাক্কী লমচৎ শেমগৎলু। মতুদত নহাক্কী পুন্সিবু মওং চাহনব ঙমগনি। লমচৎ হায়বসিদি শক্তিনি, মসিদি প্রভাবনি, ৷সিন মরুপ ওইনহল্লি। মসিন উপায় অমস্তং মতেংবু চিংশিল্লি। ৷সিন মী অমস্তং শেল পুশিল্লকই। মসিন লন-থুম, মিংচৎ, ায়পাকপ অমস্তং মঙ্গল ওইব হায়বহুবু লাম্নন অমস্তং শোয়দন ংহম্নব লম্বী অম ফাত্তোকই।

মায়পাকপ অমস্তং মায়থীব, মঙ্গল ওইব অমস্তং ওইদব চিংব পুন্সিগী লম্বী খুদিংমক্ত লমচৎ হায়বসি চাং য়েংননবগী ৷ম অমনি। লমচৎ ফজব মী অমন হিংলিঙৈদস্ত্র অদুগ মতুংদস্ত্র ৷াইরব পুন্সি ফংই।

প্লেট ফোর্মদ য়াম্ন চাউন ভাষণ পীব, রারী তৌব, রা ৷ব, লৌশিং উৎপনচিংব অসিদগী থোজালগী থবক মচাশিং ৷ম তরাম তৌবশিং, মচা মচাদ খন্ন-নৈনরিবশিং, পুকচেল ৷বগী থবক মচাশিং ওইন তৌব সমাজগী থবকশিং অসিন ৷ান্দ পুক্লিং হুব হেল্লি।

অকনব অমস্তং পুকচেল চাউব রাখলদগী অকনব লমচৎ গৎলকই। অফব লমচৎ হায়ব অসিদি ইশান কয় নবগী মহয়নি। মসিদি মুপা অমনা হোৎনজবগী মহয় ৷।

মসিদি লন-থুম নত্রগ শক্তি নত্রগ পৃথিবী অসিবু চলাইরিব চয় জ্ঞান অসি নত্তে। সংসার পুম্নমক অসিবু শেংন য়বদি থ্বাইদগী ফব নীতি নিয়মগ লোয়নব লমচৎ-শাজৎ ৷

সংসার অসিদ লৈরিব লন-থুম, মিং, মিংচৎ, মায়পাকপ-নচিংব পুম্নমক অসি লমচৎপু য়াওরবদ লৈবোং অম নত্রগ চক্র মকা অমগম্ভ মান্নদে। পুম্নমক অসিগী মরুমদ লমচৎ হায়বসি লৈগদবনি অমসুং মসিন শোগৎকদবনি। অদুন লমচৎ হায়ব অসি নহাক্কী রাখলশিংদন শাগৎপনি।

## ৩। রাখল অমসুং ব্রাহ্মণশিং।

ভাগ্যথোকখিব ব্রাহ্মণ খুন্দিংমক অসিদ শক্তি অমমম লৈ। ব্রাহ্মণশিংদ শক্তি বৃত্তি অমসুং লক্ষনা বৃত্তি হায়ব বৃত্তি নত্রগ রাখল হায়ব মথল অনিথক লৈ।

উপনিষদশিংদ লক্ষনা বৃত্তি হায়বসি লৈ। "বেদ-স্বরূপম্" হায়বসি "বেদশিংগী তুঙনফম ওইব" হায়ব নত্তে। লক্ষনা বৃত্তিন খঙহল্লিবদি "ব্রহ্ম" হায়ব সৃম্নগী উপনিষদশিংতবু নৈনজরগ শূম্নগী শব্দ প্রমাণতন ফংজগদব অদুতবু খঙনৈ।

মসিদ লৈরিব ব্রাহ্মণশিংগী অর্থশিং অসি য়েংশিল্লু। কনাগুম্ব অমন অতোপ্প অমবু "শালা" নত্রগা "বদমাস" নত্রগ "অপণ্ডব" হায়রবদি মহাক খুদক্ক শাউবগী ফিবম অম ওইরকনি। খংনচৈনব থোকহল্লি। নহাক্ক কনাগুম্ব অমবু "ভগবান" নত্রগ "প্রভু" নত্রগ "মহারাজ" হায়রবদি মহাক য়াম্ন হরাওজগনি।

## ৪। রাখল অমসুং থবকশিং

রাখলশিং অসি থবক্কী তৃম্নিব মরু অহুনি। হকচাংগী থবক নত্তব, পুক্কিংগী থবক অসিদন অশেংব থবক্নি। কর্ম্ম হায়ব শব্দ অসিন অশেংন হায়রিবসিদি পুক্কিংগী থবকশিংবুনি।

য়াখল অমসুং থবক অনি অসি অমন অমগী মথা পোল্লি। য়াখলদগী পুক্রিংন ভোঙানব হায়ব পোৎ অমত্ত লৈতে। য়াখলশিং অসিমক্ত পুক্রিং হায়বদু ওইরিবনি।

য়াহৈশিং অসি খঙব ঙমদব য়াখলশিং অদুবু মপান্দ ফোঙ-দোকপ অম নত্তন অতৈ করিস্ম নত্তে। থবকশিং অসিদি পুক্রিংদ ফাওরকপ য়ানিঙব অমসুং য়ানিঙদব (অপাম্ব অমসুং পামদবশিং) অদুন ওইব ঙাক্তনি। অদুগ মসিগী পুক্রিংদ ফাও-রকপশিং অসিদি নহাক্ত পোৎশিংবু মুঙাইব নত্রগ অয়াব ওইন লৌরুব অদুগী মতুং ইল্লি। য়াখল হায়বসিদি লোইব নাইবনি। মসিদি পুম্নমক শূপ্পব, ফোঙদোকপ ঙমদ্রব অদুবু ফোঙদোকপদি হায়রুম্নু মতম থরদংগী ওইব ভৌক্তিক জগৎকী য়াখল অসি ফাওব ফোঙদোকপদ মতৌক চাদে। হকচাং অমসুং মসিগী ইন্দ্রিশিং অসি পুক্রিং অসিমক নত্তন অতৈ করিস্ম নত্তে।

## ৫। য়াখলশিং, শাস্তি অমসুং পাঙ্গল

অপাম্বন হেক হন্থরিবমথৈ য়াখল অসিস্ম হন্থরকই। মপুঙ ফানা অপাম্ব সুপ্লে লৈতব অম ওইয়ু। পুরিংগী চক্র অসি মপুঙ ফানা পুংলেপ লেপখিগনি। নহাক্ত নহাক্তী অপাম্ব অদু ময়েং তাকল্লবদি, নত্রগ নহাক্ত নহাক্তী অপাম্বশিং অদু থুংনবব হোৎনত্রবদি নহাক্ত নহাক্তী অপাম্বশিং অদু অমমম্ ওইন হন্থহল্লবদি, নহাক্তী য়াখলশিং অদু ভত্তন অমদি থিন্দনমক হন্থরক্তনি। য়াখলগী মশীং অসিস্ম মিনিট খুদিংগী হন্থরক্তনি।

রাখলন অদুপকী মতৌক য়ামদ্রগ অদুপকী মতৌক শান্তি য়াম্ন ফংই। মতম পুম্নমক্ক মসি নীংশিংঙু। অচৌব সহরদ লৈব, রাখল লৈরব য়াম্ন ঈনাকখুনব মুপা অদু মহাক্কী মুঙাই য়াইফব পুম্নমক্কী মথক্ত মপুক্লিং অদু পোখাব লৈতে, অদুগ হিমালয়গী গুখা অমদ রাখল লাকশীনবগী সাধনা তৌরিব সাধু অদু মহাক্কী লায়রজব অদুগী মথক্ত য়াম্ন মুঙাইন লৈ।

রাখলন অদুপকী মতৌক য়ামদ্রগ ধ্যান অমসুং পুক্লিংগী শক্তি হেনগৎলি। গড়দ পাবদ পুং অমদ নহাক্কী ব্রেণ্ডা রাখল মখল চাম্ম লাকই হায়ন খল্লসি। মদুবু নহাক্ক তত্তন ধ্যানগী সাধনা তৌজদ্রন মশীং মরিফুতরাদ হন্থহল্লবদি নহাক্ক পুক্লিং লাক-শিনবগী শক্তি অদু চাম্মদ ভরাদি ফংলে হায়ব য়াই।

হন্থখিব রাখল খুদিংমক অদু পুক্লিংদ শান্তি অমসুং পাঙ্গল ওইন হেনগৎলকই। রাখল অমখক্তং হন্থব ফাওবন পুক্লিংদ শান্তি অমসুং পাঙ্গল হেনগৎলকই। নহাক্ক অকুপ্প জ্ঞান অদু লৈতব মরম্ন হৌগৎলকপদদি মসি নশাদ ফাওহনব ঙম্নমদব য়াই, তৌইগুমসুং রাখল অমত্তং হন্থব ফাওব রেকোর্ড তৌশিন্নব থর্মোমিটর অম মনুংদ য়াওরি। করিগুম্ব নহাক রাখল অম-খক্তংবু হন্থহল্লবদি, নহাক্ক হন্থহনব অসিদগী ফংলকপ পুক্লিংগী পাঙ্গল অদুন অভোপ্প অনিশুব রাখল অমমু লায়ন হন্থহনবদ মতেং ওইগনি।

## ৬। ৱাখল, শক্তি অমসুং অশেংব ৱাখলশিং।

ৱাখল হায়বসি অতিয়া নত্রগ শক্তি (energy) হেন্না কুপথব জীবগী ফোঙদোকপ শক্লোন অমনি। নহাক্ক খল্লি, মরমদি নহাক্ক সংসারগী ৱাখল (universal thought) অদুদ শরুক য়াই।

ৱাখল হায়বসি শক্তিস্তু ওই, অদুগ লেঙস্তু লেঙই। ৱাখল অসি শক্তি (dynamic) চেনবনি। ৱাখল অসি লেঙই। ৱাখলন ভবিষদ লেপ্পি। নহাক্ক খনবগী মতুংইন্না নহাক্ক ওই। সাধু অম নত্রগ পাপি অম হায়ব অসি ৱাখলন শেম্মি। মী অমবু ৱাখলন মওং শেম্মি। নহাক অসি ভ্রাগ.ণ অমনি খল্লু, নহাক ব্রাহ্মণ ওইগনি।

অশেংব ৱাখলশিংন ঈশ্বরগ মরী লৈনব ৱাখল পোকহল্লি অমসুং ৱাখল অদুবু য়োকখৎহল্লি। তূকচ্চবগী ৱাখল অসিন থম্মোয়গী অঙ্গংব অদুদ অপনব ওইহল্লি। কান্নদব ৱাখল অসিন শক্তি মাঙহল্লি। কান্নদব ৱাখলশিং অসি অধ্যাত্মিকী চাওখৎপদ অপনব ঙাক্তনি। ৱাখল পূন্নমক অসি অকরুব মরম অমমম লৈব ঙাক্তনি।

ওন্না তৈনব ফত্তব ৱাখলন অকিববু লাকশিনব ঙমদে। থাঙব হায়বসিন অশাউব অমসুং শাগৎপবু লাকশিল্লি। সুংশিবন তূকচ্চববু লাকশিল্লি। অশেংব হায়বসিন মিহৌববু লাকশিল্লি। পূক্লিং অসিদি সুমিৎ খূদিংগী শাব নত্তে; মিনিট খূদিংগী মসিগী মচু অমসুং মওং ওল্লি।

### ৭। ফাজিন্ পূনশিনহনব ৱাখলশিং

মাগী তোঙান্-তোঙানব শক্তিগী মতেংন পূক্লিংন সংসার অসিবু শেম্মি। পূক্লিংগী ৱাখল অসিন ইন্দ্রিশিংগ মরী লৈনব পোৎশিংদ শন্দোকপ অসি ফাজিন-পুনশিনব অমনি।

ৱাখলশিংবু থাদোকপ হায়বসিমক্তন অৱান খুবম হায়বদু ওই। পূক্লিং অসিন, অমুক্তদ, হকচাং অমসুং ইন্দ্রিশিংগ মরী লৈনব পোৎশিংবু শেমগৎলি, মী অদুবু অপাম্ব অসিদ ফাজিল্লি। মসিগী অপাম্বন ফাজিনব অসি রজগী শক্তিন তৌরিবনি।

সত্ত হায়ব অসিন অপাম্ব লৈতব ওইহল্লি অমসুং পূক্লিংদ অচুম-অৱান্ খন্দোকপ অমসুং ত্যাগ হায়বসি হানজিনবিরকই।

'ঐ' অমসুং 'ঐগী' হায়ব ৱাখল থোকহল্লিব, অদুগ হকচাং, জাতি, সংস্কৃতি, মচু, পুন্সিগী আশ্রয়মচিংব তোঙানহল্লিব অসি ৱাজসিক লৈব পূক্লিংদগীনি।

হু চেল্লব মায়াগী অপঙব উ পাম্বী অসি পূক্লিংগী ফোঙদোকপ শক্লোনগী মরূশিং অসিদগী হৌরকই নত্রগ সংসারগী মখল-মথা অয়াম্ব হরাউ-ভয়াম্বগী ৱাখলশিং অসিন লৈখাদুংদ শন্দোকথি।

### ৮। অশেংব ৱাখলশিংদগী থোইদোকপ হাকথেংনব জ্ঞানলোমদ

ৱাখলশিং অসি অশেংব ৱাখল অমসুং শেংদব ৱাখল হায়দুন মখল অনি থোকই। জপ তৌব, ধ্যান্ তৌব, ধর্ম্ম শাস্ত্রশিং লৈনব অসিনচিংব ধর্ম্মগী থৌরমশিংবু পাম্ব অসি অশেংব ৱাখলনি। সিনেমা য়েংনিংব, অতোপ্পশিংবু ওৎ নৈনিংব অমসুং যোনিগ মরী লৈননিঙবনচিংব অসি শেংদব ৱাখলনি।

অশেংব ৱাখল হেনগৎহন্দুন শেংদব ৱাখলশিং অসি হন্থ-হনগদবনি অদুগ ইরোইথোইবদ অশেংব ৱাখল অসিমক্তু থাদোক্কদবনি।

ঙক্তন ইন্দ্রিশিংগী ভোগ তৌবন ৱাখলশিং অসি মপাঙ্গল কনখৎহনকই। ইন্দ্রিশিংগী ভোগশিং অসিন পুক্নিংদ য়াম্ন কুপ্পব মমি তাহল্লি।

পুক্নিং অসিগী অশেংব শকফমদি শুদ্ধগী সত্ত্ব হায়বসিনি। খুদোংথীবদগী মরক্ত রজ অমসুং তম য়ানশিল্লকপনি। মখোয়শিং অসি সাধনা নত্রগ তপস্যা তৌব, সেবা তৌব, সাম, দাম, জপ, প্রার্থনা নচিংব শেংদোকপগী অভ্যাসশিং অসিন তাম্থোকখিব য়াই। করিগুম্ব নহাক্ন দৈবী-সম্পদ্ নত্রগ ঈশ্বরগী গুণশিং অসিবু য়োকখৎচবদি রজ অমসুং তমদি মশান মাঙজখিগনি। মতুংদদি পুক্নিং অসি শেংলক্কনি, কুপথরক্কনি, পুক্নিং লেম্নক্কনি অমসুং অমত্ত ওইরক্কনি। মতুংদদি মসি মিৎন উব ঙমদব, চাং অমত্তদ লৈরব ব্রহ্ম (অখণ্ডাকারষ্য ব্রহ্ম) অদুগ অমত্ত ওইরক্কনি। হৌজিক্তি, মসি সঙ্গোনগ সঙ্গোমগ, ঈশিংগ ঈশিংগ, থাউগ থাউগ তিন্নবদোন ব্রহ্মগ তিন্নরগনি। অদুগ মদুগী ফল ওইন নির্বিকল্প সমাধি হায়বদু ওইরক্কনি।

## ৯। ৱাখলবু ৱাংন থাঙ্গৎননব রাজ যোগগী নিয়ম্

অশেংব ৱাখলশিংন শেংদব ৱাখলশিংগী মহুৎ শিনজিল্লু। মসিগী মহুৎ শীনজিনবগী নিয়ম অসিন ফত্তব ৱাখল পুম্নমকপু মাঙ-হল্লি। মসিদি য়াম্ন লায়থ্রব অমনি। মসি রাজযোগগী নিয়মনি।

ৱাখলশিংবু নিঙবগী শক্তি শিজিন্নৱুন নত্রগ "হে কত্রব ৱাখলশিং চৎখোকখ্রো চৎলো (Taxing) হায়ব ফোর্মুলা শিজিন্নদুন খুদক্ত তাম্নোকপ অসি য়াম্ন ফত্তে। মসিদি সাধারণ মীওইশিংগীদমক্তদি চানদে। মসিদি অঙকপ ফংলব নিঙবগী শক্তি অমস্নুং আধ্যাত্মিকী পাঙ্গল চঙই।

নহাক্ত অশেংব ৱাখলশিংদুগী মথক্ত কাখৎকদবনি অমস্নুং ৱাখল হায়ব অম অমুক লৈত্রব অথোইব মফম অদু ফংনব তানগদবনি। মদুগুদ নহাক্ত নহাক্কী অশেংব স্বরূপ অদুদ পোত্থাজব ওমই। মদুগুদ নহাক্কী নখুবাক্ত য়াওরব অমলকা হায়ব উহৈগুম ব্রহ্মণ (Brahman) মশাবু ফোঙদোকপিরক্কনি।

১০। বেদান্তীকশিংগী ৱাখলবু বাংন থাঙ্গৎপগী শিল্প-বিদ্যা

কায়দব ৱাখলশিং অমস্নুং পুক্রিংগী ঈথিল পুম্নমক নহাকপু য়াম্ন ওৎলরবদ পুক্রিং চঙঙ্গনু (উদাশিন)। নশা নতোমত হায়জো: "ঐহাক অসি কনানো?" নশাদ কাওহল্লু: ঐদি হকচাং অসি নত্তে, ঐদি মফম থৃদিংমক শীন্‌ব থুংন লৈব, শুদ্ধ সৎ-চিৎ-আনন্দ-ব্রহ্ম অদুনি। পুৱিংগী ঈথকশিংন ঐবু করম্ন কংগদগে? ঐদি নির্লিপ্ত হায়ব শঙ্কদব অদুনি, ঐদি পুক্রিংগী ঈথকশিং অদুবু য়েংব সাক্ষী ওইবত্তনি। করিগুম্ব অমত্তন ঐবু য়ৈথায়-থিজ্জাইব ওমদে।" নহাক্ত হায়রিব ৱাখলশিং নত্রগ বেদান্তগী ৱাখলশিং অসিবু শোল্লবদ ৱাখল অমস্নুং পুক্রিংগী ঈথিলশিং অসি মশা মতোমত শিজখিগনি।

মসি পুক্লিংগ লানথেংনরিব রাখলশিং অমম্তং পুক্লিংগী ঈথক-শিং অসিবু ভানথোকখিনবগী জ্ঞানগী নিয়মশিং অদুনি।

পুক্লিংদ করিগুম্ব রাখল অমকেক লাকপ মতমদ য়েংশিল্লু : মসিগী বৃত্তিশিং পুক্লিংগী শক্রোলশিং অসি করিগী কৌরকইবনো? মসিন কনাগ মরী লৈনরিবনো? ঐ অসি কনানো? রাখল পুম্নমক অসি মশান শিথজখিগনি! পুক্লিংগী থবক পুম্নমক লেপ-খিগনি। পুক্লিং অসি মতুংলোমদ হজিনখিগনি। মসিন আত্মাদ পোথাজরকনি। মসি বেদান্তিশিংগী সাধনানি। নহাক্ত সাধনাদ লেগুন চঙ্শিন গদবনি।

রাখলশিংন চোইজাইনন লাকপ মতমদ "ঐ অসি কনানো" হায়ব রাখল অমথক অসিন অতৈ সংসারীক রাখলশিংবু মাঙ্কন-খিগনি। রাখল অদুদি মশা মতোমত শিজখিগনি। মায়া হায়বদু মাঙ্খিগনি। লেমহৌরিব শরুক্তি : কৈবল্য অষ্টি; চিনমাত্র; কৈবল্য শুদ্ধ চৈতন্য; চিদাকাসমাত্র হায়ব নাম-রূপ-রহিত (মমিং অমম্তং মুর্ত্তিশিং অসিদগী মনিঙ্তম্নব), ব্যবহার রহিত, মলবসন-রহিত, নিষ্ক্রিয়া, নিরা ভায়াভা হায়ব মগুকা উপনিষদকী শাস্ত্র-সিব আদ্বৈত্য হায়বদুনি। আত্মা হায়বদু মদুনি! থঙ্গদব অদু মদুবুনি।

---

## তরাশুবা পন্দুপ

# ৱাখল শক্তিগী দর্শন শাস্ত্র

### ১। ৱাখলগী শক্তি অমসুং কর্ম্ম-ক্ষেত্রগী আদর্শৱাদ

পুন্সিগী সেন্ন-ফালাদ মীন ফত্তব হায়বত্তুদগী হেন্ন ফত্তব হায়বত্তুদ চৎলি। মহাক্ল মহাক্কী মপাঙ্গল পুম্নমক অসি মতিকচাব থবক্ত পুম্ন থাদদে; মরম অদুন মহাক্ল খ্বাইদগী চাউব জ্ঞান অদু ফংবে ঙমদে। মীওইব হায়বসিদ মপুঙ ফাদবশিং অদুন ওৎ-নৈবি। মপুক্লিংদ মলোমগী কোঙ্গোল কাখৎলকই মরমদি মহাক্কী মপুন্সি অদু অচুম্ব থৌনাগ লোয়নন লেল্লক্তে। "ঐবু" হুংশিজব হায়ব-সিমক্তুন মতম পুম্নমক্ত অতোপ্পশিংবু দোষ পিগদবগী থৌরাং তৌদুন লৈ। পোৎকী ওতব সংসার অসিগী পোৎশিং অসিন মহাকপু য়াম্ন মহাও লৈন ওৎ নৈবিরি। অদু ওইরব ফাওবদ, মী অদুন মশাগী অপাম্বশিং অদুদ মরা চেৎন লেপ্লি। মশাগী অপাম্ব-শিং অদুমক্তুন শেগায়দুন মহাক্ল অতোপ্পশিংগ নিঙথিন চান-চিন্নন লৈননব মরী থম্ব ঙমদে। মহাক্ল মতম পুম্নমক্ত, ফিবম খুদিংদ মশাগী হুংঙাইনব লম্নাই ওইব মরম থম্ন থিদুনভা লৈ।

অচুম্বগী পূজা তৌফম অদুদ কম্ন হোৎনব, ইশাবু, লুন লৌজব অমসুং অপঙ্বনচিংব পুক্লিংগী ফিবমশিং অসি হোম তৌব দরকার লৈ। মীওইব, নশামকপু মীচং-মীথায় নাইত্রব, হুপা হুপী থায়দ্রব, লেঙদ্রব মঙালগী মশক ওইরব অচুম্ব অদু থঙ্জন-বগীদমক নশাবু তম্বীয়ু। মী অমগী হুম্মিৎ খুদিংগী হাকথেংনবশিং

অসিদ অৱান্‌ব কন্নাগী দোষ নৈ। মরম অসিদগী মহাক্কী পুক্নিং অহু মায় থম্‌ফম খণ্ডদব অমদি কিবম চাদব ওইহল্লিবনি। মী ওইবন মখোয়গী অৱান্‌ব ৱাখলশিংনে মশা মশাগী মমিত্তা হাউজরব য়ুগুম উহল্লি।

ফত্তব ৱাখলগী উনশিং অসিন মখোয়গী মৎম্মোই অড্ড চিক-চিক লাওহল্লি। ঈ মরৌন, চাউখোকপন, কিজবন, আশা তৌজ-রুবদগী, শেন্দোংনে, অপাম্বন, তৃক্কচ্চবন, থাগৎপন, ফিবম অমসুং অপুনব মখল খুদিংমক্ক মীওইব অসিবু অমগ অমগ মরী নৈনহল্লি। মসি পুম্নমক অসি ৱাখল লান্‌বদগীনি।

জ্ঞানীশিংনে ঈশিং চাউখৎলকপ নৈত্রব ঈথৎ অমা শেম্মি। নৈগী নৈনমূন সুংশিৎকী মায়োক্ত চৎতে, তৌইগুম্বসুং জ্ঞানীশিংগী মনমদি সুংশিৎকী মায়োক্ত চৎলি। মহাক্ক মহাক্কী ৱাখলুন মফম খুদিং য়োনা চৎলি। মহাক্তি অৱাপ্পদগী উব উম্ন কুপ্লব চাংজাউ গুমই।

হে মীওইব, নহাক্কী থাংমৈ অড্ডদ ঈশিং হাপ্লবদি অমম্ব কোক্‌হন্‌ন ঙম্লোই। নহাক্কী থাংমৈ অড্ডদ অচুম্ব ৱাখলগী থাউ হাপ্পু। অচুম্ব মিৎয়েং হায়ব অসিন নহাক্কী লম্বী উননব মৈৱানি। নশাগী চাউখোকপ অমসুং ওইজব থিবগী অপাম্ব অড্ড খুংহল্লুগনু।

অচুম্বগী তোর্ব্বান্দ মীওইবন নিঙব কায়ন শি। মী অমবু য়েংলগ মাগী মরমদ হায়ব ঙমদব বিদ্যা অড্ডদ ফত্তব ৱাখল পুম্নমক নৈরে। তৌইগুম্বসুং, মসিদ নিঙব কায়নিঙাই মরম করিসু নৈতে, মরমদি মঙাল্‌গ মরী নৈনদব অমম্ব হায়ব অম নৈতে। মীওইবগী

দরকার ওইবশিং অসিদ য়াম্ন চীং-লেম্নব পাউখুম অমমম লৈরি। ওইব য়াট হায়ন থাজবশিং অদুগী মকমদদি পোৎ থুদিংমক অসি ওইথোকপ ঙাক্তনি।

হে মীওইব, নহাক্কী মিৎয়েং অদু অচুম্ব মায়কৈরোমদ ওইশিল্লু, অদুগ অচুম্ব নিয়মশিং অদু শিজিন্নো। অফব রাখলশিং অদুদ চৎহল্লু। নহাক্কী লক্ষ অদু নিঙশিংঙু। লম্বী মশা অমদ লৈফে চৎথোকপ অদুদি অরায়বনি।

অশেংব রাখল অম হায়বসি থোঙ্জেল অমনি। লৈয়েং অসিন ভূমিন্ন লৈরবতদ মসিন মরোল থোকই। মসিন অথিংব পুম্নমক লানথেংনতুন থোরকই অদুগ পৃথিবীদ লৈব শক্তি অমত্তন মসিবু মতম কুইন থিংব ঙমদে। হে মীওইব, নত্ত ওইদবশিং অসিদ লল্লোন্ব ঙৌরগনু।

নুঙাইব হায়বসিবু লম্বী লিশিং অম থোক্ল থিরুরগনু। নঙ্ন য়াঙ্ন তান্নরিব মথৌ মসিস্ত নঙোন্দগী য়াঙ্ন চেন্থোক-খিগনি। অতোপ্পগী অমস্তুং নশামক্কী তিত্থুং অম ওইগনু।

নহাক্কী রাখলগী মায়কৈ অদু হোংদোকউ। নহাক্কী রাখলশিং অসিবু খন্দোক মন্থোকউ। দরকার ওইব হায়বদুনবু থম থেংন-বদি লাঙতক্কব হৌরকই। নঙোন্দ দরকার লৈবশিং অদু হেক পিবগ নহাক্ক ঈংন কময়রে, অদুগ খুৎশেমগী ওইব অরাম-খৌরাংবগী রাখল কয়া অমবু পেলহল্লে। নহাক্ক চৎনবী আইনগী সিমানাগী রাংম লান্থোক্ল চৎলিবদুগী মরমদু মসিনি।

নহাক নশামকী রাখলশিং অদুমক্তন নহাক্ত সংসার অশিবু শেমগৎলি অমস্তুং মাংহল্লি। হে মীওইব, শোয়ব নাইত্রব কর্ম্ম ফলগী মতুং ইন্না নহাক্ত নহাক্কী থম্মোইগী কাচিন্দ লোৎলি-বশিং অদুমক্তন নহাক্কী মপানথোংগী পুক্সিগী মওং শেমগৎলি। খুৎসি খুৎনা'থোক হায়বসিমক ওইরিবশিং অসিগী মপান্থোং অসি শেম্বগুম ওই, তৌইগুম্বস্তুং, মথাদ লুথরগদি রাখলগী শক্তিশিং অসিন থবক তৌই। সংসার অসিদ সৃষ্টিগী ওইব পুক্সি অসিদম্ম করিগুম্ব অমগ ইচম চম্ম ইখং-খঙহৌদব থৌদোক্তগী ওইদে। মরম অদুন নহাক্কী রাখলশিং অদু ফগৎহল্লু।

অশেব থবক্তি ভূমিম্ন লেঙওৎপ অসিদ লৈরে। অশেংব রাখলন পুক্সিগী লমচৎ পুম্নমক অসি শেমগৎলি। মসিন মীশিংদ "নহাক্ত অম্নম্ন তোরে, অগুবু অতে.প্প মওং অমরোমদ ফননব ওইন থোকত্রে।"

নহাক্ত ধ্যান তৌরিবৈঙদ থেংনখিব রাখলশিং অদু নহাক্ত সৃমিৎ খুদিংগী ওইব থবক থনা চৎথরিবৈঙদ কান্নদব অর্থ লৈতব অম ওইহনগনু। চীং লেম্নব রাখলশিংঙন নহাক নশামক্কী খুৎলাই ওইন পায়খৎহল্লু।

কনাগুম্ব অমগী মশাগী ওইব রাখলগী মওং অমস্তুং হাক-থেংনব জ্ঞান নঙন কনাগুম্ব অমত্তন হাকথেংনব অচুম্ব হায়ব অদুদ চঙ্জরকপ ঙমদে। দৈব্য-জ্ঞান হায়ব অসি শতাব্দি কয়া চুপ্প হেনগৎলক্লি অদুগ যুগ কয়া কয়া অসিদ চুপ্প লৈরক্লি। দৈব্য-জ্ঞানশিংবু য়োকখৎলু।

## ২। রাখলগী শক্তি অমসুং কর্ম্ম ক্ষেত্রগী আদর্শ বাদ

অহানবগী ফগুব রাখলশিং অমু অরাংব রাখলশিংগী মতেংন চাংথোকখ্রো অমসুং নিঙ্‌থিন চাংথোক্লব মতুংদদি মখোয় কনা অমত্তদ নপ্‌শিল্লূরগনু। নহাক্কী হৌজিক ওইরিব হাকথেংনব জ্ঞান অসিদি মশিং থিঙমদ্রব কৌব্রব মপোক কয়াদ থনথিব, পুক্নিংদ ফাওথিব অমসুং তৌথিবশিং অদুননি। মসি মতম চঙ্‌ন খন্নব অমসুং সাধনা তৌব নত্তনদি ইরাম লায়ন কেক তোক্‌প য়াব অম নত্তে।

রাখল হায়বসিদি থবক্কী মপা মপুনি। করিগুম্ব নহাক্ন নঙ্‌গী থবকশিং অদু চাওখৎহল্লিংলবদি নহাক্কী রাখলশিং অদু শেংদোকউ।

ইশাবু থাজব অমদি ইশান হোৎনজব হায়বসিদ কম্ম থাজব মীশক অম ওইয়ু। নহাক্ন রাখলশিংগী শক্তিন নরায়বক অদু হোংদোক্লপ ঙমই। লৈচিনশিংন নোংগী হৌরকফম ওইবগুম কনাগুম্বন মশাগী রাখল সুঙাই য়াইফনবগী হৌরকফমনি। নহাক নশামক অসিন নশাগী মরুপনি নত্রগ য়েক্লবনি। করি-গুম্ব নহাক্ন অকব রাখলসিবু য়োকখণ্ডূন মশাবু কঞ্জব্রবদি করিগুম্ব উপাই অমত্ত লৈতে।

শূপ্নগী পুক্নিং অসিমক্তন শেম শাবনি। খুদিংমক অসি পুক্নিংগী থোঙদ শেম-শাব ঙাক্তনি। মসিন মশামক্কী সংসার অম শাবদ কনাগুম্ব অমগী মথা পোন্দ্রবনি। পুক্নিং অসিবু

মপানগী পোৎশিংসি শেম-শাব ওইন লৌরবদ মসি সংসার অপুন্ন অসি পুক্লিং ওইন অমসুং ঈশ্বরগী সৃষ্টি অসিগী শরুক অম ওইন লৌব তাই।

পুক্লিং অসিবু মনোবিজ্ঞানগী থবকশিংগ মরী লৈনব মুংশিৎ অমসুং তুকচ্চবনচিংবগুম্ব অম ওইন লৌরবদ মসি মী মীগী পূক্লিং অমসুং জীব সৃষ্টিগী শরুক অম ওইন খল্লগদবনি। হে মীওইব অশেংব ঈশ্বর অদুদি থম্মোই মনুংদ লৈবনি অদুগ নহাক্কী হকচাং মন্দির মনুংদ লৈব ঈশ্বর মহাকপূ খুরুমজনবা অমদ্ধ ভায়রব লম্বীদি নহাক্কী অশেংব রাখলশিং অসিনি। নপুক্লিংদ লৈব মনোবিজ্ঞানগী থবকশিং অদু লেপহল্লু অদুগ শূন্নগী অশেংব রাখলশিংগী মমল অদুদং য়েংঙু।

নহাক্কী অকোয়বদ লৈরিব পোৎশকশিংগী প্রকৃতিদি নহাক্ক মখোয় অদুগী মরমদ খন্‌বগী মতুং ইন্ন ওই। নহাক্কী পুন্সি অসি নহাক্কী রাখলশিংন শেমখিব অদুমক্তি। রাখলশিং অসি নহাক্কী ব্যক্তিত্ববু শাগৎখিব চেকশিংনি। রাখলন লাইবক লেপই। নহাক্কী অকোয়বদা লৈরিব সংসার অসি নহাক্কী রাখলশিংদগী থক্তোরকপ মমিশিং অহুনি।

নহাক্ক খনব মতুং ইন্ন নহাক হাকথেংনব জ্ঞান ফংই। নহাক্কী নপুক্লিংন শাজিনবশিং অদুমক্তন নহাক্কী মাঙ তাকুব লিলা শায়ে। নহাক্ক অকিব রাখলশিং য়োথত্তুন নশাবু মীখি-থি ওইহল্লি। চাং নাইন ভাবকী দলান শাব ভোগমু।

শূপ্নগী নহাক্ন পোৎশিংগী মরমদ খল্লুব ৱাখলশিং অদুগী মতুং ইন্ন পোৎশিং অদুন নখোন্দ ফল থোকহল্লি। পুক্নিং অসিন থাজরুব পোৎশিং অদুমক্তন সূপ্নগী মমল হায়বদু ওই। নখোয় পূম্নমক পোৎ অমবু চপ মান্নন ওইরবস্তু নখোয় খূদিংমক্ত মতুদ তোঙান তোঙানব মমল হুল্লি। নহাক্কী পুক্নিংগী হৈনবা মতুং ইন্ন নহাক্ন খল্লিবনি।

ৱাখল হায়ব অসি শেমগৎ-শাগৎনবগী খুৎলায় অমনি। অদুগ মীওইব অসি মতাক মশান খল্লিব অদুমক ওইরকই। লমচৎ হায়বসি ৱাখলন শেম্বনি। মহাক্ন পোক্লকপদ নহাক্ন খনখিবশিং অদু য়াওন পোক্লকইবনি অদুগ নহাক্কী হৌজিক ওইরিব লমচৎ অসিদগীস্তু নহাক্কী হৌখিব ৱাখলশিং অদু খঙব য়াই। নহাক্কী হৌজিক ওইরিব ৱাখলশিং অসিন মরম ওইদুন নহাক্ন নহাক্কী তুংগী পূন্সি শেম্মি। করিগুম্ব নহাক্ন পুকচেল চাউন খল্লবদি নহাক্কী লমচৎ-বাবহার অদুস্তু পুকচেল চাউগনি। নহাকবু ফত্তন খল্লবদি করিগুম্ব ফিবম অমত্তনস্তু নহাকপু তোঙানব অম ওইন শেম্মিরোই। মতৌ অসুম্ন, ৱাখলশিং অমস্তুং থবকশিং অসি অমন অমগী মখা পোম্নব ঙাক্তনি। নমিৎ শিংঙ্‌' অদুগ নহাক্কী পুক্নিংগী লৌবুক অসিদ শূপ্নগী অকব ৱাখলশিং অদুমং লৈহল্লু।

নখোয়গী তোঙান্‌-তোঙান্‌ব থাজবশিং অদুগী মতুং ইন্ন ইথৌ, মমল, মুঙাইব অমস্তুং নিঙতম্বনচিংব অসিদ নখোয় খূদিংমক্কী তোঙান তোঙানব ৱাখল লৈ।

নহাক্কী মতম কুইন লৈরক্লব কন্‌শিল্লব থাজব অমগুং রাখল অদুগী মতুংইন্ন নহাক্ল থবক তৌরিবনি। নহাক্ল নহাক্কী অপাম্ব পোৎশিং অদু ফংননব তাগৈ। নহাক্কী নপুক্লিং অদু অস্থম অস্থম কুংশিল্লক্তুন মপাং ওইহলগনু। ধর্ম্মগী ওইব রাখলশিংবু য়োকখত্তুন মশক নাইদব নিয়ম অমগী মতুং ইল্লু।

নহাক্কী হৌজিক ওইরিব পুন্সি অসি হকচাংগী, পুক্লিংগী অমদি আধ্যাত্মিকী হায়তুন শরুক অহুম থোক্ল খায়রি। হকচাংগী ওইব শরুক অসিদ নহাক্ল কম্ম নপ্‌শিল্লি। নহাক হকচাং অসিদংনক্কে, নহাক্কি হকচাং মন্দির অসিদ সুপ্লগী মতম থরদংগী লৈবনি হায়ব রাখল অসি য়োখত্তুন হকচাংগী ইন্দ্রিশিং অমস্থুং অরাম খোরাংবশিং অসিগী মথক্ক কাখৎলকউ। পুক্লিংগী ঈথিন পুম্নমক অসিগী মথক্ক কাখৎলকউ। রাখলগী সংসার অসিদ অচুম্ব থবকশিংন মথক্ক কাখৎলকই।

সংসার পুম্নমক অসিদ অরেপ্প লৈতব অফব রাখলগী খোংলম অম ফাওোরকউ। রাখল পুম্নমক্কী মরুমদ লৈরিব থবক্কী মওং অদু শিজিন্নগদবনি অমস্থুং মরুপ ওইনগদবনি।

অরানব, হৈশিংব অমস্থুং চালাকশিং অসি নহাক্ল থওই, তৌইগুম্বস্থুং নহাক্কী প্রমাণ য়াওদব চালাক অমস্থুং হৈশিংবশিং অদুবু লাকশিন্নব নিয়ম অমম্থু লৈরি! মরম অদুন, তংখাই অম জ্ঞান মাঙ্ব, জ্ঞান তাব ওইনব হোৎনগনু। নিয়ম অসিন মী পুম্নমক্ল ওইরিব অসি শেমিবনি। মহাক্কী রাখলশিং অসি

মহাক্কী লমচৎকী রাঙাঙনি অমসুং লৈরেংগী রাঙাং নত্তে। শাশিন্নব ব্যক্তিত্ব অম শেমগৎনব হোৎনগনু। নহাক্কী রাখলশিং অদু মপূংফাব অমদি অশেংব ওইহল্লু।

রাখলগী ঈচেল অসি মায়কৈ অনিদগী চেনশিল্লকই। মসিন অফবরোমদ চেনশিল্লকপ মতমদ মসিন নিঙতম্ব অমসুং জ্ঞান তাব ওইহল্লি। অদুগ মসিন হিংনবগী ঈথক ঈরৈ অসোমদ মথারোমদ অফ ফত্ত খঙদন চেনশিল্লকপদ মসিন ফত্তব হায়ব অদুদ চেনশিল্লি। রাখলগী থবক অসি মসিন লমচৎ ব্যবহারগী নিয়মশিং অসিগী মতৌইম্ন চৎলব কান্দ অরাংব মতোন অদু য়ৌই।

নহাক অসি মী অমগী লম্নাইগী অনিঙব, লম্নাইগী রাখল অমসুং লম্নাইগী ওইন ফাওরকপশিং অদুগী কেন্দ্রনি। মতম অমসুং মফমগী খোঙচৎ অসিন অনোক্কী মচুদ ওনব স্নগগী দৃশ্যশিং অদু নঙগী নমাঙদ পুরকই। নহাক নশামক্ক হন্ন হন্ন মখোয়ন নোক্লব অদু য়ারে। মরম অসিদগী নহাক্কী নথবাক অদু অরা·অনাগী হোরায়ন ককথৎলিবনি অমদি নহাক্কী অচুম-অরানগী শক্তি অদু জ্ঞানগী মৈনা কংহল্লিবনি। আধ্যাত্মিকী লমথূংফম অদু নহাক্কী নমাঙদা লৈরে। কয়া থুন নত্রগ কয়া তপ্ন নহাক্ক মদু তম্ন চৎপ হায়বত্ত নহাক্কী রাখলশিংগী মতূং ইনবনি।

নহাক্কী অরাংব রাখলশিং অদুগ শাগোম্নন লেপ্পু। মায়থিব কয়ামুক্ক পূরক্লব লমথূংফম অদু নহাক্ক ফংজগনি। নশাগী মুঙাইব অমদি মায়পাকপ অদু থিদব মীশক অম ওইয়ু। নহাক্ক নশাদ হিংসাগী রাখলশিংগী সনা লিকফাং অদু কোনশিনজত্রবদি

অশিব হায়বতুন ইরায় লায়ন নহাক্কী ননাক্ত নকশিংক্লোই।

পুক্লিংগী মরমদ নৈনবদগী থোরক্প অফব কুপ' অতুন মরোল অহনক্কী লন-থুম নত্রগা মথল থৃদিংমক্কী মণি-মুক্তা লোইব নত্রগ অরাংব ফম পায়বদগী ফাওব হেল্লি।

নহাক্কী নপুক্লিং অতুদ শক্তি পুন্নমক লৈরবনি। মসিন থবক মথল থুদিংমক পাঙথোকপ ঙমই। নহাক্কী নপুক্লি দ নহাক্ক খনব অচুমক ওইথোকই। নহাক্কী নপুক্লিংদ লেপ্তুন কন্ন খন্‌ব অচুমক থবক ওইন পাঙথোকই অমসুং ফল তাহল্লি।

নহাক্কী ব্রাখল অতুদ শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি য়াওরিবনি। মসিন মসিমক্কদগী পোৎশিং পুথোরকপ ঙমই। শেমগৎ-শাগৎপ অদু শূপ্নগী মসিদন তৌরিবনি। পুক্লিং অসিদ লশ্নী ওইদন করিগুম্ব অমগ শেমগৎ শাগৎপ নত্রগ মঙং ওস্তোকপ নৈতে। ব্রাখল হায়বসি পোৎশিং অসি ওইরক্কবগী মচাকশিংনি। পোৎ পুন্নমক অসি জ্ঞান লায়বতুন পোৎশক ওইন ওস্তোরকপ নতুন অতৈ করিস্থ নত্তে।

নহাক্ক তানজরিব অসি অতোপ্প জীব কনা অমগী দায়িত্ব নত্তে মরমদি থৃদিংমক অসি নহাক্কী ব্রাখলগী ফল ঙাক্তনি। নহাক্কী পুন্সিদ মায়োক্নরিব পুন্নমক অসিগী মরম পুন্নমক নঙোন্দ লৈব ঙাক্তনি। নঙনবু মতিক চান্নবদি করিগুম্ব অতোপ্প মীথাং অমগুন নঙগী ফনব তৌব ঙম্মোই। নহাক্ক অতোপ্পশিংগী মতেংদগী ফংলিব পুন্নমক অসি নহাক্কী ব্রাখলশিং অমসুং হোৎনজবদগী থোরক্প ঙাক্তনি। নহাক্কী ব্রাখল অসিনবু অচুম্ব মায়কৈদ

চেম্বরিউৈদ নহাক্ত পাঙ্খোক্পা ওয়োইদবা সংসার অসিদ করিগুম্বা লৈতে। নহাক্ত কত্তুনা লৌগনবা অমদি লান-নন থন্দন্বা অমত্তা ওইরোইদবনি।

শেমগৎ-শাগৎপগী শক্তি অসি পুক্নিং খুদিংমক্কী ওইবা খুদোংচাবা অমনি। নহাক্কী থৌইনশিন না লমজিংবা নশামক্কী হোৎনজবা অসি নহাক্কী নপায়বক্নি। অশোন্বা রাখল কয়া য়োকখত্তুনা কত্তবা পুক্নিং অমা লোইগনু। তৌশিন্নবা পুক্নিং অমন অরূব পুক্নিংগী মিংয়েং অমা থম্ব ঙম্মদে।

রাখল লিশিং অমত্তা ওইনা হূরানবগী মশক ওইরবা পুক্নিং অসিবু লাকশিল্লু। নহাক্ত কয়া, লেপ্তুনা থন্বা পুম্নমক অদু তপ্পবু ওইরবস্থু নত্রগ থিন্দনবু ওইরবস্থু নহাক্ত মহুবু কংনবা তান্বদ হোৎনবগী মতুং ইন্না নঙোন্দ লাকনি।

পাক চাউনা শন্দোকখ্রিবা অহাঙবা অতিয়া অমগী মতম হায়বা অসিগী অশাংবা অসি নহাক্কী রাখলশিং অমসুং পুরিংগী অপাম্বশিং অদুগা যরী লৈনবা ঙাক্কনি। নহাক্ত থনবা মতুং ইন্না নহাক্ত হাকখেংনবা জ্ঞান ফংই। করিগুম্বা মিকুপ অমবু শাংলবা মতম অমনি হায়না পুক্নিংনা শাগৎলবদি মদুমক ওই। অদুগা শাংলবা মতম অমবু য়াম্না তেন-না থল্লবস্থু মদুমক ওই। চপ্ মান্নবা মতম অমবু নহাক্ত অরাবা তারবা মতমদ য়ুগ অমগুম হাকখেংনগনি, অদুগা পুডাইবা মতম্দন মিকুপ অমগুম থনগনি।

অকন্বা রাখলগী মতুং ইন্না অথুবা পোৎ অমবু অথাবা পোৎ অমা ওইনা অদুগা অথুবা পোৎ অমবু অথাবা পোৎ অমা ওইনা মহাক

কাওব ওম্ব রাখলগী শক্তিনি। নহাক্ন হূবু অমৃত ওল্হনব ওমই। মিরান তৌখিবদু নিঙশিংঙু। মহাক্ন মহাক্কী অকনব রাখল্না হূবু অমৃত ওল্হনখি।

নহাক্তি তাম্রোয়নবব শক্তি কয়ামুক্ত পোয়-কোয়ন য়োমশিল্লি। তৌইঙুমখ্রং, নত্তোন্দবু ওম্ন-তৈনব রাখল লৈত্রবদি নহাক্না শাপ তৌববু কুপা ওইনা শিরাঙ্ন-লায়না ওল্হনব ওমই। মতৌ অসুম নহাক্ত ওম্ন-তৈনব শক্তি পুম্নমকপু লাকশিনবা ওমই। কম্ন লানথেংনৌ অমসুং দরকার ওংদব পুরিংদ চঙ্লক্পাশিং অসিবু য়েংশিল্লু।

নহাক্কী অকোয়বদা লৈরিব সংসার অসি নহাক্ন অসুম ওইরে হায়না থনব অত্তুমক্তি। নহাক্কী ইন্দ্রিয়শিংদ কাওরকপা অমা নহাক্কী রাখলশিংনা মচু শঙবনি। নহাক্কী নপুরিংনা মাম্ন থাজ মওং অসুম তৌই হায়না খঙব মওং অসুমক ওইনা নহাক্ত পোৎশিংবু খঙই। ফত্তব রাখলশিংবু ইম্পালক্কী য়াংনা লিৎশিন্দুনা ঙাক-থোকপা অতুগ পোৎ পুদিংমক্ত লৈব ঈশ্বরগী ওইব মগুণ অদু য়েংজনব হোৎনৌ।

নহাক্না ময়েক বুলিনা পোকপা অমসুং শিব নংলিব, সংসার অসিদ পুন্নশিল্লিব অমসুং মাসদগী অরাব কোয়রব পুম্নমক অসি শুপ্নগী রাখলদনা ওইব ঙাক্তনি।

মুডাইব নক্লগ স্বর্গ নক্তুগা নরক্কী অরাব পুম্নমক অসি নহাক্কী নশাগী রাখলগী ফল ঙাক্তনি। ওমবু ওইরবদ নক্তুগ থেঙনবু ওইরবস্ত পুন্সি অসিদ নক্তুগ তৌখিব পুন্সি কয়াদ থোকখিব নহাক্কী

রাথল পুন্নমক থঙ্গদবনি। মরম অসিন মাপ্প ফজন অচুম-অর ন থন্দোকউ।

নহাক্ক কৌজিক ওইরিব ফিবম অসি নহাকী রাথল্‌ন থনথিব ওাক্কনি। নহাকী কৌজিক ওইরিব ফিবম অসি নহাকী রাথল-শিংগী মরম ওইদুন অতোপ্প মওং অমদ হোংদোকপ ঙমই। নহাক্ক নশাবু পুন্নমক শূপ্প অহুদগী তোঙান্‌বনি হায়ন থল্লবদি মদুমক ওই। অদুগ নহাক্ক নশামকপু ব্রহ্ম অদুমক্কি হায়ন থল্লবদি মদুমক ওই। নহাক্ক নশামকী রাথলশিংগী মরম ওইদুন নশাবু চাং কক্ক থম্মি।

ঈশ্বরগী ওইব রাথল অমএম অসিন মশক অমসুং চাং লাইব পুক্লিং খদিবু শেগায়থোকই অদুগ মপান নাইত্রব লোইবনাইত্রব অদুদ তিবৈ্র; তোইগুম্বসুং নখোয়দি নখোয়গী পুক্লিংগী ইজ্জিন অসিগী মরমদ মাপ্প চেকশিন্দে।

৩। রাথলগী শক্তি অমসুং কর্মক্ষেত্রগী আর্দশবাদ (৩)

নহাকী নরায়বক অসি নহাকী রাথলশিং অসিন মেপ ওইব মেকপান! নহাক নঙোন্দ লৈ হায়ন নিঙব শক্তি অদুক নঙোন্দ লৈ! নহাকী অকোয়বদ লৈরিব সংসার অসি নহাক্ক ওই হায়ন নিঙব অদুমকনি।

নহাক্কি মপান নাইত্রব শক্তি অমসুং মুঙাইবগী সমুদ্র অদুদ অদুদ লৈরিবনি তোইগুম্বসুং, মদুবু নশান থাজব অমদি থঞ্জরবগী মহুংইম লশাগী চাং শেমজবতনি। কয়িগুম মচাক থর ম্যাওবদগী

নহাক্ক করিগুম্ব রাখল খর য়োকখৎলি, অমসুং নহাক্ক নগী মপুক্কিং লুপ্ন লৈবদু পামজে। তৌইগুম্বসুং, অচুম-অরান লৈনবুন নহাক্ক পুক্কিংগী অতাওবা মতৌ অদুবু ইরায় লায়না থ'দোকপা ঙমই।

নহাক্কী রাখলগী ঙমখৈ অদুন নহাক্কী ওইবা মাবশিং অদুগী ঙমখৈনি। নহাক্কী ফিবমশিং অমসুং নহাক্কী অকোয়বদ লৈরিবশিং অদু নহাক্কী রাখল অদুন পোৎশকশিং ওইনা শক্লোন ওন্থো-রকপনি। সংসারগী হাকথেংনব জ্ঞান অসি নহাক্কী রাখলগী মতুংইন্না হেনগৎপা অমসুং তাথবা নাই। সংসার অসিদ নহাক্ক থল্লিবা করিগুম্ব রাখল খুদিংমক অদু ইরোম্ন লোইবদ হাকথেং-নরগদবা তাক্কনি।

অশেংবা পুক্কিং অমন কয়া থাজরিবা খুদিংমক অচুম্বা য়াম্না খুন ওইরকই। নহাক্কী রাখলশিং অসি নহাক্কী পাঙ্গল, অক্লবা মতৌ অমসুং মুত্তাইবশিং অদুদ শক্তি লৈরবা চাং কয়া য়াওরি। মখোয়শিং অসি মখোয়বু কয় কয় লেপ্তুন অমদি কয় থংবতদ ওইরকই। লেপ্তুন থনবা, পাম্ব নত্রগ তাবা তৌবা ফিদম অচুম্বা ফিদম অদুবু মশক নাইনা পুখোকপদ য়াম্না মতেং ওই।

করিগুম্ব নহাক্ক ফংনিংবা পোৎশক অমসুং ফংনিংবা সংসার অদুগী মরমদ অশেংবা পুক্কিং অম শেমগৎলু নহাক্ক হায়দ্রিবা পোৎ-শিং অমসুং সংসারশিং অদু ফংগনি।

মীওইবগী হকচাং পুম্নমক নত্রগ শরুক খরদ নহাক্ক থল্লিবা রাখল খুদিংমক অসিগী মায়বা কল অমমম থোকহল্লি হায়বা অসি অচুবনি। মপানথোংগী হকচাং অসি লেৎনা থ্যান তৌদুনা মিৎনা

উদব অকুপ্প শকুক্ম অমনি চায়ন খল্লবদি মত্তমক ওইরকই। পুরিংগী ওইব নত্রগ অকুপ্প মিৎন উব কংদব শকক্ম অদু লেপ্তুন নিঙ্‌লবদি পোৎশক নাইব ওইন থোরকই। মায় পাক্লনবগী অরোন্‌ব তঙদি লেপ্প লৈতন অমম্তং রম রম হোৎনব অসিনি।

অচুম অরান খঙ্‌ননবগী অকন্‌ব শক্তি অম য়োকখৎলু। মসিন নহাক্কী রাখলশিংবু খঙ্‌জননবগী মরুওইব মরম অমনি। নহাক্কী লেপপ্রব পুক্নিংগী শক্তি অদুবু খঙ্‌ব ঙম করা অমতম্ লৈতে। নহাক্ন থুদিংমক খঙ্‌ব ঙাক্তনি।

নহাক্কী হকচাং অসি নহাক্কী পোৎশক ওইন ওস্থোক্লব রাখল অদুনি। নহাক্কী রাখল অসি হোংদোক্লবদ নহাক্কী হকচাং অসিদস্ত অকোংব লাকনি। পুক্নিং অসিন নহাক্কী রাখলশিংগী মচাকশিং অসিদগী হকচাং অসি শেম্মি। রাখল হায়ব অসি চাওরাক্ন মীওইবগী কিবম অসিবু হোংদোকপ, মশক ওস্থোকপ, নত্রগ রামদ্রবদ, শেমদোকপ ঙম্ব শক্তি অমনি।

মপানথোংগী হকচাং অসিদ মথং মনাও নাইরক্তব অমম্তং কিবম চারক্তব অদুবু লায়না কৌই, অদুগা পুক্নিংগী চয়েৎনব অসিবুন পুক্নিংগী লায়না কৌই। মথোয় অনিমক অসিগী অমত্ত ঙায়রব হৌরকুক্ম মরুদি অপঙ্‌ব হায়ব অসিনি। অদুবু শুপ্পগী অশেংব হায়ব অদুগী জ্ঞানতন লায়য়েংব ঙমই। নহাক্ন সংসারগী হাকথেংনব লান্‌ক্ম অসিদ রায়বদি নহাক্কী নপুক্নিংদ অরাব পুক্নিংগী কিবম অম হৌরকনি। পুক্নিংদ অপন্‌ব লাকপ অসিগী কলন চাং নাইন অমদি কজন চেম্বরক্লিব জীবনি শক্তিগী ঈচেল

অদুন অপন্থ ওইরকই। জীবনি শক্তিগী হৈচেল অসিনবু চাং নাইনা চেন্দ্রবদি শিংলি ফংলক্তে। কনাগুম্বা খরন জীবনি শক্তি হেন্না নৈ অদুগা কনাগুম্বা খরদন তাথন নৈ। মতৌ অসুম্না পুক্নিংগী কাং-খোং চাইরকপ অসিন হকচাংগী অনাবশিং অসি ওইরকই। অদুবু মসি শৃংগী হৌরক্ফম মরু অওদং মুওংলগ লাইয়েংব ওমই।

নহাক্কী মাথাদ চঙ্লকপ অত্তব অমসুং খুদোংচাদব রাখল পুম্নমক অসিন নহাক্কী হকচাংদা নৈরিব অপিকপ অকোব মখুল খুদিংমক অদুদা শিথহনব ফল অম থোকহল্লি অমসুং লাইনাশিং শেমগৎলি। নত্তু-ওইদব রাখলশিং অসি লায়নাশিংগী মথাং থান চেনবশিংনি অমসুং মখোয় অসি অংশব লাইবক্তগী পাঙ্থব ভূত্শিংনি।

নহাক্কু কুইন পুস্লিনিঙ্ঙাব, মাং ত ন অমসুং হকচাং ফল হিংনিংলবদি অফব রাখলশিংনা য়োকখৎলু। অকুপ্পা মশাক ফংদব অমদি মপাঙ্গল কল্লব রাখলগী শক্তিশিং অসিন নহাক্কী হকচাং অসি শাবদা অমসুং ফল শেমগৎপদা মতেং ওই। নমিং-নমা শিংথু।

ওশেংন হায়রবদা লায়নাশিং অমসুং মখোয়গী অরা-অনাশিং অসি কাং-খোং চাইরব পুক্নিংগী ফিবম, অপাঙ্বগী মওং অমসুং ফিবমশিং অদুনি। নহাক্কীদা ওদি পুক্নিংগী কাং খোং চাইব অদু শেমজিন্বা লায়ব অসি শোয়দনমক দরকার ওইরবনি পুকচেল চাউরব থবকশিং অমসুং অশিংবশিংগা তিন্নজত্তুনা নহাক্কী রাখলশিং অদু শেংদোকউ। নহাক্কী রাখলশিং অদুন শংলব কান্দা জীবনি শক্তি নিংথিন চেনব হৌরক্নি অমসুং ফিবম চাদব পুম্নমক ফরক্নি।

অফব রাখল খুদিংমক্ অসিন থম্মোই কহল্লি, চাব তুম্নবগী শক্তি লেনগৎলক্লি অমসুং য়ান খুদিংমকী মথৌ নিঙথিন তৌকল্লি।

অপেনব হায়ব অসি পুক্নিং ফবগী অতোপ্পা মমিং অমনি। নহাক্কী রাখলশিং অদুন পোৎ অসিদ নত্রগ অদুদ চেন্দ্রব কান্দ অমাদি নহাক নশা নথম্লগা অপেনব অম কাওরব কান্দ নহাক অনিশুবা পুক্তাংবগী থাক অমদি লৈরগনি। করিগুম্বা নহাক্না মনুংদ পুক্তাংবা অম কাওরক্লবদি পুম্নমক অসি নঙোন্দ অফবা অমসুং পুক্তাংবা ওইনা উরক্কনি!

রাখলশিং অসি নহাক্কী পুক্নিং মথা লাম্নবগী মরুওইব লোংকুথম অমনি। নহাক্কী রাখলশিং অদু শেংদোকউ :- অরা-অনা পুম্নমক কোকখিগনি।

নহাক্না অফব শান্তি ওইব রাখলশিংবু য়েংথৎলবদি সংসারগী পুম্নমক অসি হৌজিক উগনি, তৌইশুবসু, নঙ-ওইদবা রাখলশিংনা মখায়গী সাম্রাজ্য অম শন্দোক্লবদি পুম্নমক অসি শারবা কোম-শঙগী মৈফু অম ওইনা উগনি। করিগুম্বা শিংবা অমত্তন নহাকপু মওব রাখলশিং হন্না নহাক ঙমনশিন্দ্রোই। নহাক্না নরায়বক হায়ব অমদ লান্-নন থাজদ্রুন নশাম্বকপু মাঙহনগনু। মসিদি নশাগী অশেংব হায়ব অম সুপলৈ লৈজদবনি।

রাখল হায়ব অসিদি অশেংববু শোধোকপ ঙমগনি। অশিংব মীনা অচুম্বা রাখলশিংগী মতেংনা দ্বাইদগী খুদোংথিবব ফিবমশিংদগী নাকৈরক্পা ঙমই। মপুঙ ফাবা অশেংব অদুন মকম খুদিংমক

শিনব থুংন লৈ, মরম অদুন মফম অমদ কয় থন্‌ব অদুমক মফম অদুমক্তদ হাকথেংনব য়াই।

পোৎ পুম্নমক অসিগী মরু ওইব মওংদি মাথলশিং অসিনি। পোৎ ওইন উরিব অসিমক অরান্‌ব মাথলনি।

ঈশিংদ মৈশা থাজিল্লবদি উন কাওব শোদোকই, মরম অদুন, চুম উব অমসুং মাথল চুম থন্‌বগী সাধনা তৌবদগী পুক্লিং অসি পাথরকই।

অশেংব থবক্তি শূপ্নগী মাথল অসিদনি। মসিদি অশেংনমক পুক্লিংগী কিবমনি হকচাংগী ওইব অম নত্তে। হকচাংগী ওইব থবক অসিদি পুক্লিংদ কাওরকপ অশেংব থবক অদুগী কোঙদোকপ শক্লোন অমনি। নহাক্কী মপানথোংগী হকচাংগী থবক-থনাশিং অসিদি সূপ্নগী পুক্লিংগী ওইব থবকশিং অদুগী মথল মথা অয়াম্ব মমায়নাকলশিং অদুনি।

বসন্ত ঋতুদ উপাশ্বী অমগী ফজব য়াম্ব কেনগৎপগুম নহাক্কী পাঙ্গল, নহাক্কী লৌশিং অমসুং নহাক্কী নপাল ফগৎলক্‌প অদু নহাক্কী মাথলশিং অসি সাধারণ মীশিংগী মাথলদগী পুমতোং-তোঙাল্লি। সংসারগী মাথলশিং অংগ চাশিন্নদবশিং অদু নহাক্কা ননিঙ্‌-ঙম্ব শেমদোকপ ঙমই।

নহাক্কী অকোয়বশিং অদুদ অশেংব মাথলশিং হৌরক্লবদি লোম্ব নাইত্রব আইন নহাকপু শোগৎপিব কৌরক্লবনি। নহাক্ক নহাক্কী মাথলশিংবু থঙই। করি হাকথেংনন থুত্রবগে হায়ব অদু শূপ্নগী নহাক্কন থঙই। নথোয় থুনিংমক্ক সংসারদগী হাকথেংনব

জ্ঞানশিং অসি তোঙান তোঙানন কাওরকই। নত্তোন্দ মখল মখা অয়াম্ব মওং অমস্তুং ফিবমশিংগী মখা পোল্লব চাং কন্নব পূক্নিং অম লৈ।

৪। বাখলগী মরু ( seeds ) থর

অশেংব জ্ঞান হায়বত্তুদি আধ্যাত্মিকী জ্ঞান অসিনি। মসিদি কনাশুব অমগী অশেংব প্রকৃতি অদু খঙ্লক্পবুনি। জ্ঞান হায়-বগী অর্থদি চুম্ন থনব নত্তগ চুম্ন মমল লেপ্প, নশাবু অমদি অতোপ্প-শিংবু শিংন অমদি মপুঙ ফান খঙব, অচুম্ব বাখল্নে অচুম্ব থবক তৌনব্ অমস্তুং চুম্ন পুন্সি লেন্হনববুনি।

ফজব হায়বসি মরুওইন আধ্যাত্মিকপুনি। অশেংব ফজব হায়বত্তুদি মী অমগী থম্মোইদ লৈবনি। মসিদি মী অমগী লমচত্ত লৈবনি। ফজব হায়বসি অশেংব হায়বত্তুদ লৈবনি। ফজব হায়বসিন ধর্ম্মদ ঙাক্লি। সুংশিব হায়বসি শেংদোক্লব, সংসারগী দৃষ্টি পুম্নমক অসিগ অমত্ত ওইবগী বাখল অদুবুনি। সুংশিব হায়বসিদি মশান লৌজদব, মশাগী ওইজব থাদোকপবুনি।

সুংশিব হায়বসি থম্মোইগী অশেংব অদুনি। সুংশিব হায়বসি অথিংব অম য়াওদ্রব ফননব থনব, ঙাকপিব, চানবীব অমস্তুং খাঙ্-বিব অসিবুনি, সুংশিব হায়বসি ইন্দ্রিগী ওইবশিং অসি য়াওদবনি।

হকচাং অসিদি খূদিংমক শূন্নব অদু নত্তে। হকচাং অসিগী মনুংদ হিংনবগী য়াম্ন মরু ওইগ্রব করিগুম্ব অম য়াওরি। মসি মীওইবগী থম্মাই অসিনি। বিশ্ব আত্মা অসি ওইন খঙনরবম্ব মসি মী মী অদুগী আত্মাগী কর্ম্মকল মতুংইন তোঙান তোঙান্ব মশক

য়াইহল্লি। হকচাং অসিদি চৎখিগনি অদুগ আত্মা অসিদি লৈহৌগনি। হকচাং অসিন লৈরিমখৈ আত্মাগী ব্যক্তিত্ব লৈখিগনি অদুগ মসিন মহাক্কী অহানবা হৌরকফম অদুদ অদুম হঞ্জিল্লকনি। অদু নত্রবদি মতমগী মতুংইন্না মসিন কর্ম্মগী মতুংইন্না অতোপ্পা হকচাং অমদ মপুঙ ফাবা শকফম অদু ওইননবগীদমক্ চৎখিগনি।

পুন্নমক অসি চৎখিগদবা ওাক্তনি। মহাক্কী কর্ম্ম নত্তনা মীওইবনা থাদোকলমদাইদ করিগুম্বা অমত্তা লোয়্নাখিগদবা লৈতে। মরম অসিদগী, মীওইবন হেক হিংলিবা মখৈ তিন্নবা য়ান, সুংশিনন অমদি পুন্নমক্কী মকমদ অফবা ৱাখলগ লোয়্নন, করিগুম্বা লমচৎ অমত্তন কনাগুম্বা অমত্তবু অৱাবা পীরুদন, লন থুমগী ওইবা ইনাক খুনবশিংবু কল্লকউদন, থোইন থোজানবিদুন অমদি পুক্লিংগী ওইবা দান্গ লোয়্নন ওাকপিবা অমসুং খঙবিবা য়াওনা, সংসারীকী ওইবা পোৎশিং অসিদ পুক্লিং থিংজিল্লুদন অমদি কনাগুম্বা অমগী থবক্তগী পাপকী মতৌ তম্লদন, অহান্বগী কর্ম্ম অদু মপুঙ ফাদ্রিবৈদ অনৌবা কর্ম্ম অমুক তানশিল্লদনবা হেৎনগদবনি।

থর পেনথোকপা, অচুম অৱান থনবা, ঈশ্বরদ ভক্তি তেৎলবা, অমদি মহাক্কী ইচ্ছাদ আত্মা সমর্পন তৌজদুন, অপাম্বা থর থাদোক্তুন অমদি কনাগুম্বা অমদগী করিগুম্বা অমত্তা পাম্লদনা, প্রার্থনা তৌজবগী মওংদ লৈজদুন অমদি মহাক্কী অন্তরজ্ঞানগী মতুংইন্না থবক তৌজদুন, মশাগী আধ্যাত্মিকী অমসুং লমচৎকী নিয়মশিং অদুদ চেৎনা থাজদুন পুন্সি অসি ইরায়-লায়্নন, মতিক চাবা অম ওইনা অমসুং মুঙাইনা লেন্বা য়াই।

করিগুম্বা নহাক্না খুদোংথীবা অমা লাক্লবদি ইহান্-হান্বদ মতুগী মরম অদুদ য়েংঙু। অপেংবা অৱা-অনা অসিদি হৌরক্-ফাংবগুম অদুবু-থৌওইদুনবা হাবনা ত্রসমজিনি। করিগুম্বা অদুবু খুদোংথীবা অদু থরদি হন্থগনি নত্রগনা তাঙ্গা চাদবা হায়বদু ওইগনি। সংসার অসিগী মীশিংনা "মথা মথাদু" হেনা নিঙথিনা ফম শেমজিন্নবগীদমক্ "মরাঙ কায়না খুদোংচাবা লৈরবা স্কুল অমনি।

কনাগুম্বা অমত্তা মপুঙ ফাবা পোক্রকপা নত্তে। মীপুম খুদিংমক্ "মথাবু চাওখৎহন্নবগী খুদোংচাবা লৈ"। চাংয়েংশিং অমম্তুং অৱা-অনাশিং অসিনা কনাগুম্বা অমবু মপুঙ্ক্লিং অমম্তং মথৎয়েংইদা চংশিংনবা অমদি অরাবা পীবগী মহুত্তা থৈমদুনা ফগৎ-হল্লি। অচৌবা অমম্তং-পুকচেল চাউরবা মাখলশিংদা চঙদৌ অদুগ মপুঙ ফাবা অদু ফংজৌ।

শিষ্যগী মফম্দা গুরুগী কৃপা। অসি যতন পুক্নমক্ত অথাক্পা লৈতনা অমদি অথিংবা য়াওদনা হাংদোক্লবা অমনি। অদুম ওইন-মক, হায়রিবা কৃপা। অসিবু শিজিন্নবা নত্রগা শিজিন্নদবা হায়বা অদুসি শিষ্য অদুগী ব্যবহার, ভক্তি অমম্তং অপেংবা মতৌ, অদুগী মথা পোল্লি। গুরুদি মহাক্তী শিষ্যশিংগী থম্মোয়দা লৈবনি। মাকম অসি মী থরন থঙই, অদুগ মী থরন থঙদে। থম্মোই মনুংদা গুরুবু লেঙদনা থমজবা হায়বসিনা শিষ্য অমনা গুরুগী মফমদা পীবা খ্বাইদগী করবা দক্ষিনানি।

---

## তরামাথোইশুব পন্দুপ

## বাখলগী শক্তি অমসুং ঈশ্বরবু ফংজন।

### ১। পুন্সি—বাখলশিংনা মনুংদা শান্নবা

মহাক্ক খঙ্লিবা বাখল অদু মহাক্কী পুন্সিদা মশক নাইনা চোংথোরকনি। কনিংঙাই নমাক অসিনা থৌনা ফবা, পুক্নিং মকা লাম্নবা, মীৎসুংশি খঙবা, থাবা বনুবা অমসুং থৌজাল হৈবা ওইরবদি হায়রিবা গুণশিং অসি মহাক্কী মপানথোংগী পুন্সিদা মশক উৎলরগদবা ঙাক্কনি। শুপ্পগী পুক্নিংগী শেংদবা হায়বসিমক্তন বাখল অমসুং অপাম্বগী হৌরককমনি।

মমিৎ-মমা শিংলবা শক্তি অমনা লননৈগে শঙ্‌বগুম নহাক্কী অক্ষর বাখলশিং অদুবু ঙাক-শেন্নৌ। "এ" হায়বা বাখল অসিবু লৈত্রবদি অতোপ্পা বাখল অমত্তা লৈরোই।

পুন্সি অসিদি বাখলশিংনা মনুংদা শান্নবা অমনি। পুক্নিং অসিনা মশাগী মথৌ লেপ্পা মতমদা ওয়্-কৈনবা জুরা চৎপশিং অসি কোকথিগনি। বাখল থন্‌বা হায়বসি মতমগী মথা পোন্‌বা অমনি। বাখল থনবা অসি লেপ্‌কদবা অমনি। মতুঙদা নহাক্ক মতম হায়বা অম অমুক লৈত্রবা ফিতম অদু কংগনি। পুক্নিং ঈংবা ওইয়ু।

বাখলগী ঈথক পুম্নমক নেমথহল্লু। পুক্নিং ঈংলবা অমদি থম্মোই মহি-চেল্লবা ফিতম অদুদা মশা মতোম্‌তনা ঙাজরবা অমসুং

অশেংবা জ্ঞানগী মশক ওইরবা আত্মান ঙাম্দুনা লৈ। পুক্নিং অসিনু য়েংশিল্লু। রাখলশিং অসিবু শেম্মৌ। পুক্নিং ঙংনব কৌংনৌ। নহাক্কী থম্মোই অহুদ ভগবান্-না লেংঙশিন্‌বদ মতিক চাবর মকম অম ওইহল্লু।

## ২। আধ্যাত্মিক্কী হাণ্‌থেংনব জ্ঞানদ রাখল্‌না ফল থোকহল্লি

মশী চেন্নব সন-না মচুবু নৈজিল্লিব পাত্র অচুগী মওং লৌই। মতৌ অচুগুম্ব, পুক্নিং অসি মসিন শন্দোক্লিব পোৎশক অচুগী শকুফম লৌই।

পুক্নিং অসিদি মসিন লেপ্পুন থল্লিব পোৎশক অচুগী মশক লৌরকই। করিগুম্ব নহাক্না কমলা অমগী মরমদ থল্লবদি মসি কমলা অচুগী শক্ফম লৌরকই।

করিগুম্ব মসিন ভগবান কৃষ্ণগী মরমদ থল্লবদি ভগবান কৃষ্ণ অচুগী শকফম অদু লৌরকই। নহাক্না পুক্নিং অসিবু নিঙ-থিনা মঙং চানা ভক্তিগদবনি অমসুং মসিবু মতিক চাব সাত্ত্বিক আহার পীবিগদবনি।

সুপা অমন সুংথিলগী মতম্‌দ থন্‌ব রাখল্ অতমক তুবদ মঙ্ মৎ লক্পসু য়াওই। করিগুম্ব নহাক্নবু পুকচেল শেংলব অমসুং থরাই য়াওরবদি পুক্নিং অদু নহাক্না পামজব ভাব অমদ হেক্ক থম্ব ঙমই। করিগুম্ব নহাক্না ঙাকপিব হায়বচুগী মরমদ থন্‌বদ নহাক্কী থরাই পুম্নমক ঙাকপিব হায়ব অচুম্ব লুপশিল্লকনি।

অদুগ করিগুম্ব নহাক্না শান্তি হায়বদুগী মরমদ খন্ব মতমদ নহাক্কী নশা পুম্নমক্ত শান্তি হায়বদুন শন্দোক্লন লৈগনি

থবক অমগী মওং লেপ্লিব অমদি থবক অদুমক্কী মহৈ-ফল পুরক্লিব অসি পুক্নিংগী ভাব নত্রগ মওং অদুননি। নহাক্না নহাক্কী নমা, নত্রগ নচন-নচে নত্রগ সুপীবু কোল্লুব য়াই। থবক্কী মওংদি চপ মান্নে, তৌইগুম্বসু মদুদ লৈব পুক্নিংগী ভাবতি ভোঙাল-ভোঙাল্লি।

মতম পুম্নমক্ত নহাক্কী ভাবনাশিং, ৱাখলশিং অমসুং পুক্নিংদ ফাওরক্পশিং অদু মুম্ন য়েংশিল্লু। মতম পুম্নমক্ত নহাক্কী ভাবনা অদু সাত্ত্বিক ওইহনগদবনি। নহাক্না মতম পুম্নমক্ত ব্রহ্ম ভাবনা অদুদ লৈনব হোৎনগদবনি। ধ্যান তৌরিঙৈদ ফাওরক্পা পুক্নিংগী ভাবনা অদু য়েংশিল্লু। নহাক্কী সুংশা শ্বর অদু য়েং-লুবগী দরকার লৈতে।

নহাক্কী পুক্নিংদ য়োক্লিব ৱাখলশিং অমদি নহাক্কী সুতিগী ওইব পুন্সিদ শেমগৎলিব পুক্নিংগী মমিশিং অসিন নহাক্না ওইরিব ফিবম অদু শেম্বদ নত্রগ নহাক্না ওইনিংলিব ফিবম অদু ওইবদ মতেং পাংগনি। করিগুম্ব নহাক্না ভগবান কৃষ্ণগী মরমদ লেপ্তন খল্লবদি নহাকপু ভগবান অদু ওইন শক তাক্লরকনি। নহাক মতম পুম্নমক্ত মহাক্কবু নিঙজগনি।

৩। ঈশ্বরগী ৱাখলশিং

নহাক্কী নপুক্নিং অদুদ সংসারীকী ৱাখলশিং অসি পুমহাং

হাঙ্‌হন্‌গদবনি। মতুদ ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিংদন থলহনগদবনি অমসুং অতৈ অতোপ্প অমত্তু চঙ্‌হল্লোইদবনি।

মহাক্কী মপুক্কিং অদুদ কত্তব রাখলশিংগী মকম পিদনবগীদময়ক অকব, ঈশ্বরগী ওইব, চীং-লেম্নব, অরাংব রাখলন থলহল্লু। দরকার লৈতব রাখে অমত ঙাঙগনু। মহাক্কী মপুক্কিংদ দরকার লৈতব মত্রগ কান্নদব রাখল অমত্ত চঙ্‌হল্লুগনু।

## ৪। লায়নাশিং কোক্লব ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিং

হকচাং ফন থম্নব অমসুং লায়না পুম্নমক কোক্লনব খ্বাইদগী করব হিদাক মত্রগ শিদ-হিদাক্তি ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিংবু য়োকথৎপ অসিনি। ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিংদগী, কীর্ত্তণ, জপ অমসুং চাং নাইন ধ্যান তৌবদগী থোরকপ ঈথকশিং অদুন হকচাংগী অহোব কাশিং ভোংশাশিং অমসুং শিংলিশিং অসিদ ইলেকত্রিক্কী শক্তি থাজিন্নবনি, অমুক কম মলা ওইথোকহনগনি, হিংগৎহনগনি অমসুং পাঙ্গল লাপকৎলকনি।

অতোপ্প অথোঙ্‌ব অদুগ য়াম্নদি মরূ ওইগ্রব হিদাক অমদি কনাগুম্বন এক্তম পুম্নমক্ক মশাবু পুক্কিং মকা লাম্ন অমসুং হরাওনুঙাই থম্ন অসিনি। নুমিৎ খুদিংগী অর্থগ লোয়নন গীতাগী আধ্যায় অম মত্রগ অনি পাউ। মশাবু থবক চিল্‌হন্‌ব হায়ব অসি সংসারিক্কী ওইব রাখলশিংবু তামথোকথিনবগী মরম অমনি।

মপুক্কিং অদুদ সাত্বিক ওইব ঙাক্কন থলহল্লু, অদুগ অঙকুপগী মশক ওইরব শান্তি অমসুং হকচাং ফবগী নুঙাইব অদু ফংজো।

জ্ঞানিশিংগ সঙ্গ ছৌজো। থাজব, চৌংলেম্ব, অচুম্ব চৎপ, থৌনা-ফব, তাকপিহৈব, ভক্তি লৈব, দুংশিবিব, পূক্নিং মকা লাম্ব, ইশাবু থাজব, ঈশ্বরগী রাখল অমসুং ঈশ্বরগী ওইব ধর্ম্মশিংবু য়োকখৎলু।

পূক্নিং অসিন আধ্যাত্মিকী মায়কৈদ, ঈশ্বরগী ওইব নারক অসিদ চেনশিনখিবদ থিংলুগনু: নহাক্কী নপূক্নিং অদু শান্তি ওইরকনি অমসুং মুঙাইরব ঈথক ঈপোম অম হোৎকনি। নহাক্কু পূক্নিংগী থ্নাইদগী মশা ফবগী মুঙাইবদু ফংজগনি অমসুং মপান-থোংগী হকচাংগী ওইব লায়না অমত্ত চেল্লোই।

## ৫। জ্ঞান অমসুং ভক্তিন রাখলবু নৈনব

অচিকপ মফম অমদ কম্ম্ অদুগ নহাক্কী রাখলশিং অদুবু য়াম্ন চেকশিন্ন য়েংঙু। য়োংগী মশক ওইরব পূক্নিং অসিবু মতম খরদি মহাক্ক শাম্ব মওংদ চেল্হল্লু। ঙাইহাক নৈরগ মসি ঈংথরকনি। মসি ভূমিন্ন নৈখিগনি। লোইব নাইদ্রব সাকাস নত্রগ কুমৈ্ম ভৌকম অসিদ লৈব মখল মখা অয়াম্ব রাখলগী শাশিং অসিবু সাক্ষী ওইয়ু নত্রগ ভাবক ওইয়ু। পূন্নিংগী বাই-স্কোপ খিলম্ অসি য়েংঙু।

রাখলশিং অদু ওইন শক ঙাকনু। তোঙানব শক্লোন অম লৈ। রাখল পুম্নমক অদু অমমম ওইন মশা মতোম* শিজ-ন্বিগনি। লান্ফম্দ সিপাহি অম মাগী য়েক্লবশিংখু অমমম হাৎপগুম নহাক্ক রাখলশিংবু অমমম ওইন হাত্তোকপ ঙমই।

নপূক্নিংদ শোল্লু, "ওঁ ঐ অসি সাক্ষীনি। ঐ অসিবু কনানো ? ঐদি রাখল অমমুক লৈত্রব আত্মা অমনি। মীনম্ব

পূক্লিং অমসুং ঝাথলগী চিত্রবৃত্তিশিং অসিগ লোয়নন ঐন ভোগদব করিস্ত লৈত্রে। মখোয়সু মখোয়গী খোকপ ভোজসন্ উংহাক্তি মখোয় অসিগ মরী করিস্ত লৈনদে।" ঝাথল পুন্নমক মাংখিগনি। পূক্লিং অসি মী স্রাণক্রব থাংমৈ অমত্তম মুৎচখিগনি।

পূক্লিং অসি ভগবান হরিদ নত্রগ ভগবান শিবদ, নত্রগ ভগবান কৃষ্ণদ নত্রগ মহাকী গুরুদ নত্রগ ভগবান বুদ্ধ নত্রগ ভগবান গিংগুম মহাপুরুষ অমদ থম্মু। মসিগী পূক্লিংগী মূর্ত্তি অসি হম হম থম্মনব কোংনো। ঝাথল পুন্নমক শিক্ষখিগনি। মসিন অত্তোপ্প নিয়ম অমনি, ভক্তশিংগী নিয়মনি।

## ৬। ঝাথলশিং অমসুং পূক্লিংবু ভুমিন্ন লৈহন্নবগী যোগ সাধন্।

ভূমিন্ন কময়ু। অচুম অরান থম্মু। নহাক মশামকপু ঝাথল থনবগী নিয়ম নত্রগ ঝাথলগী মশক ওইরব ঝাথলশিং অমসুং পূক্লিং অসিদগী ভোঙাম থাংদোকউ।

নশামকপু খ্বাইদগী মমুং হক্তিম্ন লৈরব আত্মা অদু ওইন শক ভাকউ, অদুগ ভূমিন্ন লৈরব ভাবক নত্রগ সাক্ষী অম ওইযু। মথং মথং ওইন ঝাথল পুন্নমক মশা মতোমক্ত শিক্ষখিগনি। নহাক অখোইব আত্মা নত্রগ পরং-ব্রহ্ম অদুগ অমত্ত ওইরকনি।

পূক্লিং ঙাংহন্নবগী সাধনা অদু মথা চৎখো। মসি পূক্লিং হায়ব অসিবু মাণ্ডক্রব মায়োকনন হোৎনবদ চিংনমিত্তাই লৈত্রব দরকার ওইব অমনি।

মহাক্ন অহান্নবদ বাসনাশিং অসিবু মাঙ্‌হন্নগদবনি। মচুঙ্গদ নহাক্ন পুক্নিং চেংথ্রহনবগী অকনব সাধনা অসি তৌবা তমগনি।

বাসনা থাদোকপ ঙামবসি মাংদন পুক্নিংবু চেংথহনবা নত্রগ মুথংপ হায়বসি ওইথোক্কে।

৭। যোগগী সাধন-ন মরুপশিংবু তম্ব।

"উইন ফ্রেণ্ডস এণ্ড ইনফ্লুয়েন্স পিপল" হায়ব তম্পাক লমগী ওইব ঈহিং লাইহিং তানরব নিয়ম অসিদি থাইনগী ফাংএকী আধ্যাত্মিক-মনোবিজ্ঞানগী লাইরিকশিংদগী পিকপ্রব মচেৎ অম নত্তন করিন্থ নত্তে। যোগ সাধণ তৌ! সংসার পুন্নমক অসিন নহাকপু পুজা তৌনরগনি। নহাক্ন খণ্ডজন্তবন থন্নাই পানবা পুন্নমক্ন নঙোন্দ চঙ্‌জরগদবনি; লাইশিং ফাওব নহাক্ন মঙক্ নোমহুন কৌবংদা লাকনি। উমংগী তমথিরব শাহিং চাব শা উচেকশিং ফাওবদ নহাক্ন জয় তৌরব মরুপশিং হায়বচু ওইরগনি। পুন্নমকপু সেবা তৌ। পুন্নমকপু নুংশিয়ু। রাজ যোগ সাধন তৌদুনা লুমদি ৱাখলগী শক্তি অসিবু জয় তৌদুনা অমত্তং লাকশিন্দুনা নহাকী নপাদ লৈব মনুংগী শক্তিশিং অহু হাংদোরকউ।

যোগ সাধনগী উপাইদুন নহাক্ন মীওইব জাতি পুন্নমক অমিগ লোয়নন থন্নাই পানব পুন্নমক অসি নহাকী ইমুং মনুংগী মীপক নত্রগ জীব অমমম ওইহনব ঙমই। যোগ সাধন্‌গী উপাইন নহাক্ন অরা মনা পুন্নমক লাকশিনব ঙমই, অমত্তুং অপোনব পুন্নমক মাঙ্‌হনব ঙমই।

যোগ সাধনগী উপাইন মহাক্না অরা-অনাশিং অসিবু কৃপা অম ওইহনব, শিব হায়বদুবু অমর ওইহনব, অরাবন সুন্ডাটব ওইহনব, মানবীবন মায়পাক্পা ওইহনব, অমদি অনাববু মপা ক্ষব অম ওইহনব ঙমই। মরম অদুনা কনা হোৎনদুনা যোগ সাধন তৌ।

## ৮. বাখল হায়বদু মাঙখবা যোগগী কিঙম

সাধারণ ওইনা, খূদক্কী ইখঙ-খঙহৌদনা আধ্যাত্মিকী অপেংবা জ্ঞান হায়বদু ফাওনদে। মনোবিজ্ঞানগী নত্রগ যোগগী ইচম চম্ব শক্তি খরা ফংনবগীদমক্তি লাঙতক্নবা য়াওই। হায়রিবা শিষ্য অদুদি মহাক্না সিদ্ধি হায়বদুগী অপাম্ব খরা থাক্তুনা থম্লিবা মীখা ঈশ্বরদগী য়াম্না থাম্লিবশিং অদু চেকশিন্না ঙাকউ।

সংসারিক ওইবা কিঙম অদু অহানবদ হোংদোকখো। করিগুম নহাক্নবু মপুঙ ফানা অপাম্ব থাদোক্লবা, বাখল হায়বদুবু মপুঙ-ফান থাদোক্লবা, মপুঙফান বৃত্তিশিংবু থাদোক্লবা অদু ওইরবদি অপেংবা হায়বদুগী শক্তিচন ইহোৎ হোৎনক্রবস্থ কুণ্ডলিনি অসি মপা মথন্দ কাপংচরকনি। পূক্রিংগী অমোৎপশিং অসি লৌথোকখো। নহাক্ন মনুংদগী মতেং অমম্রুং পাউখুম ফংজগনি।

## ৯। বাখলগী শক্তি, বাংলব যোগী

রাখলগী শক্তি রাংলব যোগী অদুদি পূক্রিং হূরব অমদি মীবু চিংশিন্নবা শক্তি দৈ। মহাক নক্রুবশিং অদু মনাকী মুংশিন্নবা খোজেল শক্তি চেন্নবা রাঙাঙ, অংলব মমিশিং, পেংলব

কুচু, মহুৎ হকচাং, মকুৎকী লমচৎ, ধর্ম্ম চেহ্নৎ গুণশিং অমসি ঈশ্বরগী ওইব মওংশিং অদুন মাঙ্গ শুক্লাংলি।

মীশিংন মতোম্নগী সুভাইব, শান্তি ওইব পাঙ্গল ফংই। মহাক ইচম-চম্ন মতৌ লম্বুকুম মখোয়শিং অমু মহাকী মাঙাংশিং অদুন শুক্লংলি অমসুং মপুক্কিং চাওখৎহল্লি।

রাখলশিং অসি চৎলি। রাখল হায়বসিমক্তবু অচৌব শক্তি অমনি। যোগী নত্রগা ঋষী অমন অচিকপ হিমালয়গী গুফা অমদ লেংদন লৈরবসু মহাকী শক্তি লৈরব রাখল অদুন সংসার পুম্নমক অসিবু শেংদোকপিব ঙমই।

মহাক্ল প্লেট ফোর্মদ কাহুন প্রজাশিংগী মতেং পাংনবগীদমক ভাষণ পীব অমসুং বাগী রাঙাই তৌবগী দরকার লৈতে। সম্ব ওইবা হায়বসিম্ব অহেম্ন লৈতব খবক নোম্বনি। হয়-হয় লয়দুন লৈরিব চকা অসি লেম্ন ওইন উই। সম্ব হায়বসিম্ন মওং অম্নম তৌই। অদুগী সাত্ত্বিক ওইরব মীশক অদুম্ব অম্নম তৌই।

১০। রাখলগী হিশিং অসি চাংদম্নীংঙাই লৈতনা মপাঙ্গল কল্লি।

পুন্সি অসি শেংদবরোমদগী অশেংবরোমদ, তুকচ্ছনবরোমদগী বিশ্ব-প্রেমলোমদ, অশিবগী অমরলোমদ, মপুঙ ফাদবরোমদগী মপুঙ ফাবরোমদ, মীথা পোনবরোমদগী নীংতম্বরোমদ, ভোঙাম ফাবরোমদগী পুনশিন্নবরোমদ, অপঙবরোমদগী পূর্ণ জ্ঞানলোমদ

অৱা-অনাৱোমদগী কৃপাৱোমদ, অশোনবৱোমদগী মপুঙ কাৱব পাঙ্গললোমদ চৎপ খোংচৎ অমনি।

ৱাখল খুদিংমক্ত নহাকপু ভগবানগী মনাক নকহল্লুসনু। ৱাখল খুদিংমক্ত নহাক্কী মপোক ফগৎপ ওইৱসনু।

---

তৱানিথোইশুবা পন্দুপ

## অনৌবা সভ্যতা অমগী ৱাখলগী শক্তি।

### ১। অশেংব ৱাখলশিং— সংসাৱ অসিদ মথোৱন ওস্ব শাক্ত।

নোংচুপলোমগী মনোবিজ্ঞানীকশিং অমস্তুং অৱোনব বিদ্যা ভৌব কাওবুশিংন ৱাখলশিংগী অশেংব হায়ব অসিদ য়াম্ম কনশিন্ন অমস্তুং চেকশিন্ন হায়রি। ৱাখল হায়বসিবু নৈনব অসি য়াম্মা চুম্ব ফল পুথোকপ য়াব বিজ্ঞান অমনি। মী অমন সংসাৱগী কান্নদব অৱেম্ব ৱাখলশিং অসি ভাম্বোক্তুন চুম্ব খনব হায়বাসবু য়োকখৎকদবনি।

কৰুব ৱাখলশিংবু য়োকখৎলিব মহাক অদুন মশাম্ভক্তদ অমদি ময়ামগী ওইব চাউৱব সংসাৱ অসিদ মাওন-তাৱব কয়াগী মৱম ওইবৈ। ৱাখলগী সংসাৱ অসিবু মহাক্ত মোৎহল্লি।

মহাক্কী কত্তব ৱাখলশিং অদু অথাপ্পদ লৈব অতোপ্প মীশিংগী মপূক্লিংদ চঙখি মরমদি ৱাখল হায়ব অসি মঙালগুম য়াঙন চৎলি।

কত্তব ৱাখলশিং অসিমক মথল মথা অয়াম্বগী লায়নাশিং অসিগী হৌরক্ফম মরূনি। লায়না পুম্নমক অসি অহান্‌বদদি কত্তব ৱাখলগী মওং লৌদুনা লাক্পা ঙাক্কনি। অফব, চাৎলেম্নব অমদি ঈশ্বরগী ওইব ৱাখল কয়াবু য়োকখৎলিব মহাক অদুন মশামক্কদ অমদি অতোপ্পশিংদ অফব কয়া তৌই। মহাক্ক নুঙাইব, আশা লৈব, অৱা অনা কোক্পা অমসুং শান্তি ওইব হায়বদুবু অৱাপ্পদ লৈব মহাক্কী মরুপশিংদ থাদোক্পা ঙমই।

## ২। সংসারগী মঙ্গল ওইনবগীদমক ৱাখলগী শক্তি

কর্ম্ম হায়বসি থবক্কি অদুগ মসি পুম্নমক্কী মরম অমসুং ফলগ্ন ওই। মীওইবগী সাম্রাজ্য অসিগী মথাদ লৈব অতোপ্প জীব শিংগী সাম্রাজ্য পূম্নমক পুক্লিং হায়বসি য়াওদব ঙাক্কনি। মরম অদুন মখোয়গী ৱাখলশিংবু কোক্‌কন্‌ব ঙমদে। অদুদগ্ন নত্তন মখোয়দ কদায়ন অচুম্বনো কদায়ন অৱানবনো অমসুং করিন ভোগদবনো, করিবুনা ভোৱোইদবনো হায়ব ভাব লৈতে অমসুং মরম অদুমক্তন মখোয়ন কর্ম্ম হায়ব ফল অমুক তৌদে।

ৱাখলশিং অসি চু-চুশাং অমদগী লেম কন্‌ব, মপং ওইব পোৎনি। মখোয় অসি কল্লব শক্তি অমসুং মপাঙ্গল লৈ। মসিগী শক্তি অসিবু য়াম্ন চেকশিন্‌ন শিজিন্নো। মসিন নহাকপু মওং কয়ামুক্ত নুঙাইনব সেবা তৌব ঙমই। তৌইঙমসুং

হায়রিব শক্তি অসিবু ননিঙ তম্ন লান-ল-ন ,শিজিন্নগনু। করিগুম্ব নহাক্ত শক্তি অসিবু ওম্নন শিজিন্নরবদি নহাক য়াম্ন থুনমক তারকনি নত্ত্রগ অকিব ফংলব ফল কয়া ফংলনি। মসি অতোম্পশিংগী সেবাদ শিজিন্নৌ।

## ৩ থৌনা অমসুং প্রেম য়োকখৎনব রাথলগী শক্তি

অকিবগী রাথলশিং, ওইজব থিবগী রাথলশিং, তুকচ্চনরব রাথলশিং, মিহৌবগী রাথলশিং অমসুং অতৈ ফজদব নত্ত-ওইদব রাথলশিংবু মরু ফংন মাঙ্হল্লু। মসিগী ফত্তব রাথলশিং অসিন অশোনব, অনাব, নুঙাইনদব, পুক্নিং হন্থব অমসুং নিঙ্‌ব কায়ব কয়া থোকহল্লি।

থৌজানবিব, থৌনা ফব, নুংশিবা অমসুং অশেংব ওইবন-চিংব অফব রাথলশিং অসি য়োকখৎলু। ফত্তব রাথলশিং অসি মশা মংতাবত শিথজখিগনি। মসি হোৎনৌ অহুগ নহাক্তী নপাঙ্গল অত য়েংউ। অশেংব রাথলশিং অসিন নঙোন্দ অনৌব পুমত্তোপ তোম্ন পুন্সি অম পীরকনি।

চীংলেম্নব গ্রন্থগী ওইব রাথলশিং অসিন পুক্নিংদ অকনব ফল অম থোকহল্লি অমসুং ফত্তব রাথলশিং অসিবু তাঙ্হোকখি অমদি পুক্নিংগী মচাকশিং অসিবু হোংদোকহল্লি। ঈশ্বরগী ওইব রাথলশিংবু য়োকখৎপ অসিন পুক্নিং অসিবু মঙালগী লমদম অমদ হোংদোকহল্লি।

## ৪। পুন্সিগী ফিদম অমগীদমক রাখলগী শক্তি

থ্বাইদগী রাংলব রাখলশিং অদু য়োকখৎলু। মহাক্কী লমচৎ অদু ওল্লকনি। মহাক্কী নপুন্সি অদু পুকচেল চাউরব অমদি ফিদমনিঙাই ওইরব অম ওইরক্কনি।

তৌইগুম্বসুং, তোঙান তোঙানব মীশিংন তোঙান-তোঙনব পুক্নিংগী মওং লৈনৈ। মীশিং অসি মখোয়-মখোয়গী তৌবা ঙম্ব শক্তি, পূক্নিং অমসুং জ্ঞানগী থাক, অমদি থবক তৌনবগী পুক্নিং অমসুং পাঙ্গলগী চাং অমগ অমগ মান্নদে। মরম অদুন, নখোয় খুদিংমক্ক নশা-নশাগ চানাব চাং, তৌব ঙম্ব শক্তিগী মতুং ইনব ফিভম অমমম্ থম্গদবনি, অমসুং মসি য়াম্ন চেকশিনন খঙ্জিন-গদবনি অমদি অকন্ব থবক ওইন পায়খৎকদবনি।

মুপা অমগী ফিভম অদু অতোপ্প অমদ চানদব য়াই। কনাগুম্ব অমন মশান খঙ্গদব, মশান লাম্ব ফংলরোইদব, থবক ওইন পাঙ্থোক্পা ঙম্লরোইদব ফিদম অম থম্লবদি মহাক নিংবব কায়বহায়বত্ত ওইগনি। মহাক্ক মহাক্কী হোৎনজব অদু তোক্লগনি অমদি তামসিব ওইরক্কনি।

মহাকসু নশাগী নরম্মাইগী ওইব ফিভম অম লৈজগদবনি মহাক্ক মসি মিকুপ অসিদ খঙ্লক্প য়াই, অদুগ চহি তরাগী মতুংদ খঙ্লক্পসু য়াই। মসিদ থোইন খঙ্ককনিঙাই লৈতে। মীপুম খুদিংমক্ক হায়রিব ফিভম অসি ফংনবগীদমক মহাক মহাক্কী লৈজবী থাহুনা হোৎনগদবনি। মহাক্কী শক্তি পুম্নমক, শিংলি অমসুং নীংবগী শক্তি পুম্নমক ফিদম অসি ওইথোক্কবগীদমক্ত শিজিন্নগদবনি।

নহাক্কী ফিভম অমস্তুং থাক্কী মতুং ইন্না নশাগী চান্নব য়েংদুনা ফিদম অম শেমগদবনি। করিগুম্ব নহাক্ক মসি তৌব ঙমদ্রবদি লমজিংবিনব গুরু অম থল্লু, অদুগ মহাক্ক নহাক্কী তৌব ঙম্ব শক্তি অমস্তুং চাং য়েংদুনা নহাক্কী ফিভম অমা থনবিগনি।

অনেম্ব থাক্কী ফিদম লৈব অমবু কনাগুম্ব অমত্তুন হন্থন থনবিরোইদবনি। মহাক নৌজিক মতাক্কী লমচৎ শাজৎ নত্রগ আধ্যাত্মিক্কী লম্বীদ যণ শাড়ুন চৎলকপদ ঙাইরিব অঙাং ওইরিব আঙ্গা ওইরম্ব য়াই। নহাক্কী নথৌদি ওইব য়াব লম্বী থুদিংমক্ত মহাক্ক থঞ্জরিব নত্রগ মহাক্কী ফিদম অদু পাঙথোকপদ মতেং পিবিগদবনি। মহাক্ক মশাগী চাংদ পূকচেল শেংনা থমজবিব থুইদগী য়াংলব ফিদম অদু পাঙথোকপদ নহাক্ক মথল থুদিং পুক্কিং থৌগৎপিগদবনি।

মশাং য়াম্লবা এঁয়াম অসিগী অয়াম্ব মীশীংনা ফিদম অমত্ত য়াওদব অসিমক য়াম্ন অরাবগী মশক্কি। লাইরিক-লাইশু হৈরব মীশিংনা ফাওব ফিদম অমত্ত য়োকখত্তে। মথোয়না লমথুংকম য়াওদ্রব পুন্সি অমা ওইনা লেপ্লি। মরম অদুন চক্ক মচেৎ অমা তাউরবগুম্ব অমদ ওইরবস্তু অমদদি তাউড়না চৎলি।

মথোয় অদু পুন্সিদ চাওখৎপ অমত্ত ফংদে। মাসিবু য়াম্ন অরাব ফিভম অম নত্র? ত্তশেংবমক, য়াম্ন অরাবগী মশক্কি! মীওইবগী মপোক ফংজব অসিমক য়াম্ন লুপ্তব অমনি, অদুবু মীশিং অসিন ফিদম অম থম্ব অমমুং মতু ফংনব তাননবগী মরু ওইব অদু থঙনদে।

"চাও, থকউ অমস্তুং মুঙাইথোকউ" হায়বা ফিদম অসি অরাঁকপ, শূম চারবা ইনাকথুনবশিংনা পায়থনরে। তায়রিবা রাথল অসিগী স্কুল অসি ইনবা মী মশাং অসি য়ামথললক্রি অমস্তুং নোংম নোংমগী থঙকেন কেনগললক্রি।

মসি বীরোচনাগী ফিদমনি। মসিদি আস্থর অমস্তু রাক্ষসশিংগী ফিদমনি। মসিগী ফিদম অসিনা মী অমবু অরা-অনাগী অমম্ব লমদম অমদ চিংতুন পুষ্ট।

মহাক্কী অরাংব রাথলবু য়োকখললিবা অমস্তু মশামক্কী অরাংব ফিদম অড ফংনবগীদমক কম্ব লানথেংনরিবা মুপা অড়ু কুপা লৈরিবনি, মরমদি নহাক্ক থুনমক ঈশ্বরগী ওইবা জ্ঞান অড ফংজরগনি।

## ৫। সেবা অমস্তুং আধ্যাত্মিক্কী চাওখৎপ ফংনবা রাথলগী পাঙ্গল।

অতনবগী রাঙাং অমস্তুং বারেমশিংদ পাঙ্গল শক্তি মাঙহনবগুম্ব কায়দব অচম্ব রাথলশিং থনব অসিস্থ পাঙ্গল-শক্তি মাঙক।

মরম অড়ুন, মঙাক্ক বাথল অম ফাওব মাঙহল্লোইদবনি। অরেম্ব, কায়দব রাথল অন্দুন শক্তি মরিক অম ফাওব মাঙহনগম্ব।

পুক্রিংগী শক্তি থাদংমক য়োকখংলু। মসিবু অরাংব আধ্যাত্মিক্কী মরম্বদ ঈশ্বরগী রাথল তৌবদ, ব্রহ্ম-চিন্তন অমদি ব্রহ্মবিচার তৌবদ শিজিন্নৌ। রাথলগী শক্তি পুম্নমক অসি ধ্যান তৌবদ অমস্তুং ম'ঙকব জাতিগী সেবা তৌবদ শিজিন্নৌ।

নহাকী নপুক্লিংদগী দরকার লৈতব, কান্নদব অমদি পান্ন-দ্রব রাখলশিং অসি তাক্লোকখো। কান্নদব রাখলশিং অসিন মহাকী আধ্যাত্মিকী চাওখৎপদ অপনব ওই। কান্নদব রাখলশিং অসিন আধ্যাত্মিকী খুদাং চাওশিন-নবগী লম্বীদ অথিংব পল ওইবনি।

নহাক্ন কান্নদব রাখলশিংবু কেক য়োকখৎপদ নহাক ঈশ্বর-দগী লাপ্ন লৈরবনি। ঈশ্বরগী ওইব রাখলশিংন মহৎ শিনজিল্লু। সুপ্লগী কান্নব অমদি নত্তেং ওইগদব রাখলশিং অদুদং য়োকখৎলু।

কান্নব রাখলশিং অসি আধ্যাত্মিকী চাওখৎপ অমসুং হেন-গৎপগী লম্বীদ থাব খোঙথাক্ম নুংনি। পুক্লিং অসিবু ভঙ্গল-লোমদ চেনশিনহন্দুন মসিগী মরম্নাঃ ওইব লম্বী অমসুং হৈনবীশিং শেমগৎ শাগৎপদ য়াক্নগনু। য়াম্ন চেকশিন্ন য়েংশিল্লু।

৬। অফুব রাখলন সংসার আসবু নত্তেং পাংথন্নু।

মান্ন-মান্নব চিংশিন্নৈ। করিগুম্ব নহাক্ন ফত্তব রাখল অম য়োকখৎলবদি হায়রিব রাখল অদুনা অতোপ্প মীশিংদগী মখল মখা অয়াম্ব ফত্তব রাখলশিংবু চিংশিল্লি। নহাক্ন অসিগুম্ব রাখলশিং অসি অতোপ্প মীশিংদগু শন্দোকই।

রাখল কায়বসি চৎলি। রাখল শায়ব অসি মপাঙ্গল কল্লব অথিংব শক্তি অমনি। রাখল হায়বসি পোৎশক অমনি। করিগুম্ব নহাক্ন নহাকী নপুক্লিং অসি চীংলেম্নব ফত্তব রাখল অমদ থমলবদি রাখল অসিন অতোপ্পশিংদগী অফব রাখলশিংবু চিংশিন্নকনি।

মহাক্ন হায়রিব অকব ৱাখলশিং অদু অতোপ্পশিংদ পীথোকই। অদুগ মহাক্ন মহাক্না কণ্ডব ৱাখলশিং অদুন সংসার অসিবু থোংহল্লি।

৭। ৱাখলগী শক্তি অমসুং অনৌব সভ্যতা অমগী ফিভমশিং

ৱাখল্না মী অমবু শেম্মি। মীওইবন সভ্যতা শেম্মি। পুন্সিগী থৌদোক খুদিংমক অমদি পৃথিবীগী ইতিহাস অসিগী মরুমদ শক্তি লৈরব ৱাখল অমমম লৈ।

অনৌবা হৌদোকপ অমসুং পুথোকপশিং পুম্নমক অসিগী মরুমদ, ধর্ম অমসুং দর্শন পুম্নমক্না মরুমদ, থৱাই মাঙ্‌ব মত্রুগ থৱাই কন্‌ব থৌদোকশিং অসিগী মরুমদ লৈরিব অসি ৱাখল অসিনি।

ৱাখল অসিবু বাহৈন ফোঙদোকই অমসুং থবক্ন পাঙথোকই। বাহৈ হায়বসি ৱাখলগী মখুৎন মেতু্ন শাবনি অদুগ থবক অসিন অৱোইব মহৱ-ফল অদুনি। মরম অসিদগী “মহাক্ন থন্‌ব মতুং ইন্ন মহাক্ন ওই” হায়নরিবনি।

অনৌব সভ্যতা অম করম্না শেমগৎলকনি ?

ৱাখলগী অনৌব শক্তি অম হৌগত্তু্না শেমগৎকনি।

মীওইব জাতি অসিদ শান্তি পীবিগদব, সমাজ অসিদ নুঙাই-য়াইফব পীবিগদব অমদি তোঙান্‌-তোঙান্‌ব মীওইশিং অসিদ মুক্তি পীবিগদব সভ্যতা অম করম্ন শেমগৎকনি ?

মীওইবগী পুক্নিংদ শান্তিগী মুঙাইব হায়বদু পিবিগদব, মহাকী থম্মোইদ ঈশ্বরগী ওইব মুংশিবগী ধর্ম অদু লিংথৎপিগদব, মহাকী মরুপশিংবু সেবা তৌহনবিগদব, ঈশ্বরবু প্রেম তৌজনব অমদি অরেপ্প লৈতন মহাকপু থঙজনিঙবগী অপাম্ব অদু পোকচনবা ব্রাথলগী শক্তি অম হৌগত্তুনা শেমগৎকনি।

অদুবু, করিগুম্ব অরেম্ব কায়দবদ, মাঙ্তাক্নব থবক কয়াদ মাঙহনখ্রিব লনথুম অমদি মতমশিং অসি অকব ব্রাথল অম শেমগৎপদ শিজিন্নরবদি হৌজিকী মতম অসিদদি অনৌব সভ্যত অম চপ্-চান লৈব য়ারবনি।

এটোম অমস্তুং কায়দ্রোজেন বোমশিং, আই: সি: বি: এম: অমদি অতোপ্প অনৌব পুথোকপশিং অসিন মীওইব জাতি অসিবু মুৎহননব হোৎনরি।

মথোয় অসিন নহাকী লন-থুম মাঙ্হল্লি। মথোয় অসিন নহাকী যুমলোম্নবশিংবু মাঙ্হল্লি। মথোয় অসিন সংসারগী হরা মুংশিং শেংহন্দে অমস্তুং নহাকী থম্মোইদ অকিব, তুকচ্চব অমদি চিংনব পোকহল্লি। পুক্নিং অসি চাং অমদ লৈহন্দে অদুগ হকচাং অসিবু লায়না চেলহল্লি। মসিগী থোঙচৎ অসি লেপ্প।

আধ্যাত্মিকী, রিসার্চ চাওখৎহল্লু। ধর্মগী অমদি পুন্সিগী অকব থবক পুম্নমকী মীওইবগী অশেংব কননব তৌরিব দর্শনিকশিং অমদি সন্ন্যসিশিংবু য়োকখৎলু। মথোয়না ধর্মবু নৈনব, থাইনগী অরিব আধ্যাত্মিকী সাহিত্যশিং নৈনব অমদি অকব হিরমদ অচৌব ব্রাথলগী শক্তি থাদরকপশিং অদুগী পুক্নিং থৌগৎলু।

মহারোমশিংগী ৱাখল্দ অমোংপ পোক্হন্ব মখলগী সাহিত্য পুম্নমক থিংঙু। মহা ওইরিব মাথাশিং অদুদ অকব ৱাখল, ফিদমশিং হান্জিনবিয়ু।

মী হাৎপ, মহাকী শেনগাও হুৱান্ব, অমদি মহাকপু মমথাক তৌরম্ব মুপা অদুবু আইন্-না দণ্ড তৌরি। তৌইশুম্বস্তুং মসিগী মথানশিং অসিদি জ্ঞান লৈরব ফত্রব মীশিংন মহারোমশিংগী মপুরিংদ অমোংপ ৱাখল চেল্হল্লিব মরান অসিগ চাংদম্নরুরবদি ইচম চম্ব অর্থ লৈতব মরাননি।

মহাক অদু পৃথিবী অসিদ থোক্লিব মীহাৎপ কয়াবু ইব লেখক্নি, মহাক্ন মহাকী থ্বাইদগী চাউরব মরুন্ হায়বদি জ্ঞানবু হুৱাল্লি। মহাক্ন নঙোন্দ লৌনম্ তৌহুন হুবু থুম্নব অমৃত ওইন পিহুন মীনম্ শোরি তৌরি। অসিগুম্ব হিংচাব জীবশিং অসিবু অনৌব সভ্যতাগী আইন্ না অকন্ব চৈরাক পিগদবনি।

দর্শন, ধর্ম অমস্তুং আধ্যাত্মিকী ৱাখলদ নৈননিঙ্বশিং অদুবু অনৌব সভ্যতা অসিন হিরম থৃদিংমক্ত পুক্নিং থৌগৎপিগদবনি। মসিন স্কুল অমস্তুং কলেজশিংদ মখোয়গী মহৈ তম্বদ কম্পলসরি ওইহনগদবনি। মসিন দর্শনগী ছাত্রশিংদ স্কোলারশিপ পিবিগদবনি। ধর্ম অমস্তুং দর্শনগী হিরমশিংদ রিসার্চ তৌবশিংদ মনা অমদি উপাধিশিং পীবিগদবনি। মীওইবদ লৈব থ্বাইদগী খোৱাংব—আধ্যাত্মিকী খোৱাংব অসিন মহাকী লমথুংকম অদু য়োজনবগী মপুঙ ফারব মফম অম থম্বিগদবনি।

অনৌব সভ্যতা অসিগী মহম্ন মলদি হিরম পুন্নমক্ত নিঙ-থিন মতিক চাবনি। মসি শাগৎপদ মীপুম খুদিংমক্ক শরুক য়াব ঙম্ব অমনি। হায়ৰিব অনৌব সভ্যতা অসিদ অচুম্ব অশেংবগী পুন্সি ওইব মী অম ওইন লেন্‌ব পাম্‌গদবনি। মহাক্ন মহাকী মরুপ-মপাংশিংবু সেবা তৌবগী খোৱাংব লৈগদবনি অমসুং মহাকী লৈজব অদু অতোপ্পশিংগ শরুক য়ামিন্নগদবনি। মহাক্ন পুন্নমক অসিদ মশামকী আত্মান শিন্‌ব থুংন লৈব অদু খঙ্‌জহন পুন্নমকপু সুংশিগদবনি। মহাক্ন জীব পুন্নমকী সুঙাই য়াইফনবগী হিরমশিংদ পুক্নিং চঙ্‌গদবনি।

প্রজাশিংন মখোয়গী লৈজব অদু অতোপ্পশিংগ শরুক য়ামিন্নব অমসুং মীপুম খুদিংমক্ক অমগ-অমগ ঙেংবাংনব সমাজ অদু কয়াদ ক্ষিদমনিঙাই ওইরব সমাজ অম ওইগবা। মীপুম খুদিংমক্ক পুন্নমকী ওইন থবক শূনন্নব সমাজ অদুদ খাজনাগী করি দরকারনো? প্রজাশিংন অচুম্ব ধর্ম্মদ পুক্নিং লূপ্নব সমাজ অদুদ থানা অমসুং সিপাহিগী দরকার কদাইদনো?

হায়ৰিব ক্ষিদম অদুদি মসিনি। পান্দম অসি ফংনব মীপুম খুদিংমক্ক ৱাখলগী শক্তি থাদোকন্নব হোৎনগদবনি।

ঈশ্বরন নখোয় পুন্নমকপু থৌজানবিব ওইরসু।

লোইরবা।

